মাইকেল মধুসূদন দত্তগী

# মেঘনাদবধ-কাব্য

অনুবাদক

শ্রীনিংথৌখোম ইবোবী সিংহ
শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই
ইম্ফাল।

পুম্বা কলবা

মমল লুঃ ' ২০

প্রকাশক

এন, হেরামনি সিংহ

শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই।




অহানবা নম্বা ১৯৬৮ ইং জুন

কোপী—১০০০

নম্ফম—

জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস

মোইরাংখোম জন্মস্থান, ইম্ফাল।

## হায়জনিংবা খরদং

বীররসনা কুয়োম ওইরগা, মন্নুংদনা করুণরসনা থল্লবা, শ্রীমাইকেল মধুসূদনদত্তগী 'মেঘনাদবধ-কাব্য' মণিপুরী লোনদা অনুবাদ তৌবা মপুং ফানা লৈত্রি, মসিনা থৌইনশিন ওইদুনা মপুং ফাবা অমা লৈহঞ্জনিংবদগী, ইতিক ইপা চাত্রবা থৌ অসিদা খুথারুবনি। অতোপ্পা অমনা শ্রীমধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর ছন্দদা তান্থানদুনা ভাব-রসকী মতিকপু ফজবা Art-acting দা আবৃত্তি তৌননবা সর্গ মাপন্দা মপুং ফাহল্লবা কাব্য, ইমারোন্দা আবৃত্তি তৌনবা শৈশক্তা শৈরাংজনিংবা অসিমসু ইশাগী উৎসাহগী অতোপ্পা লৈ-ফম অমনি। পান্দমফম অনি অসিনা মরম ওইদুনা লাম্থোক-চরবনি "মেঘনাদবধ-কাব্য" মণিপুরী লোনগী শকফমদা। মসি পুথোকচনবা হোৎনবকপগী মতাংদা J. M. Press কী শিংঙমত্রবা মতেং,—পুন্সিসিমগী লম্মন তোল্লে শকলোন অসি লৈশেমজবদা, ভুল কয়াগী শংসোধনগী মতাংদা তেংবাংবিবা শ্রীচিংঙাখম পিশক সিংহ—Principal Manipur College, ওজা-ইবুংঙোগী সাহিত্য প্রাণগী মতেং অদুগা—

শ্রীযুক্ত খুমল্লম্বম, ইবোতোম্বীসিংহ জে, এম প্রেসকী ম্যানে-জারনা গ্রুপকী মতাংদা পুক্লিং লৈশিন্নবা তেংবাংবিবগী কৃতজ্ঞতা উৎঙল্লরোইদবা মতেংনি। অদুগা নিংশিংজগদোবা অমনা

লাস্থোকচরিবা লৈফমদা, খুংনমগী Style দা মমৈ মকোক মান্নবা চাং অমগী শকতমগী শক শেম্নবা হেৎনবদা রাহৈগী বানানদা খরদং হেন্না তপশিন্নবা য়াওরিবসিগীদমক্তদি ঙাপীগনি।

অনুবাদক
শ্রীইবোবী সিংহ
১।৬।৬৮ ইং
থাংজ



মাইকেল মধুসূদন দত্ত

দত্ত শাগৈগদা শাংচবা কবি মধুস্থদন্নি যশোহর কৌ'জিলাগী সাগরদাঁড়ি মথুঙ্গং। কবতক্ষ খোংবান্দা পোক্লকমনি মাগীবু; অপোক' পঙ্গৌ মিংলেম্না পুকচেল চাওবা শ্রীদত্ত রাজনারায়ণ মিঙ্গৌবা, পলেম মিংনা জাহ্নবী।

# শ্রীমধুসূদনগী জীবন চরিত।

১৮২৪ খৃঃ জানুয়ারি তাং ২৫গী রাকচিং থাগী থাংজ নুমিতা যশোহর জেলাগী মনুংদা কপোতাক্ষ তুরেলগী মপান্দা সাগরদাঁড়ি গ্রামদা মধুসূদন দত্ত পোকখি। *মধুসূদনদি শাগৈ জাৎ ফবা পরিবারদা পোকপনি। মপাবুংগী মমিংনা রাজনারায়ণ দত্ত অমসুং মমা ইবেম্মনা জাহ্নবী দেবী কৌই। রাজনারায়ণগী মপা মপুদি খুলনা জেলাগী-তালাগ্রামদঃ লৈরম্মী। রাজনারায়ণগী মপাবুং রামনিধি দত্তনা ইহান হান্না সাগরদাঁড়ি গ্রামদা মমাপোকপা মবুবোক্কী মনাক্তা লৈবা হৌখিবনি। মধুসূদনগী মমা ইবেম্মা জাহ্নবী দেবীদি খুলনা জেলাগী পাটিপাড়াগী জমিদার গৌরীচরণ ঘোষকা মচানুপীনি। রাজনারায়ণসি মরিরক লুহোংখি; মহুগী মনুংদা জাহ্নবীসিনা ইহান হান্বা মতালোইনি। অহুগা মধুসূদনসিমক্তা মপাবুংগী অমত্তা ঙাইরবা হিংজহোবা মচানি, অতৈদি ঙম্না লাইগী খুয়া তানখ্রবনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা মধুসূদন্না সাগরদাঁড়িদা মমাগী মনাক্তা লৈহুনা পাঠশালাদা তম্লম্মী। মমা ইবেমনা লীবিহুনা রামায়ণ মহাভারত অসিনচিংবা প্রাচীন বাংলা মহাকাব্যশিং, মধুসূদননা অঙাং ওইরিঙৈদগী শকখংনখি। অহুগা অমুকসু মতম অহুগী চৎনবী মতুংইন্না মহাক্লা ফার্সীভাবাসু তমখি। মধুসূদন্না মশাগী চহি তরেং

* ১।১২।১৮৮৮ খৃঃদা শাবা মধুসূদনগী সমাধি স্তম্ভদা ইবা পোকপগী শকতি ১৮২৩ খৃঃদনি।

হায়রকপা অহুরাইদা মপাবুং রাজনারায়ণনা খিদিরপুরদা লম লৈহুনা মফম অহুদা লৈবা হৌখি অমসুং মতম অহুদা সদর দেওয়ানী আদালততা উকিল ওইনা চংশিনখি। ১৮৩৩ খৃঃ দা মধূসূদনবু মশাগী চহি ৯ শুবদা কলিকাতাগী হিন্দু কলেজদা মমিং চনবিরে। মহাক জুনিয়র ডিপার্টমেন্টকী অনিশুবা শ্রেণীগী ৮ শুবা রোলদা মমিং চল্লম্মী, মহাক্না মতম অসিদা ভূদেব মুখোপাধ্যায়, মতুংদনা গৌরদাস বসাক হায়না খংনখিবা অহুস্থু তম্মিন্নরৈ। জুনিয়র ডিপার্ট-মেণ্টতা পরীক্ষা কয়াদা মধূসূদন বৃত্তি ফংহুনা থোইনা মমিং চংখি। ১৮৪১ খৃঃ দা নুপীগী শিক্ষাগী প্রবন্ধ অমা ইহুনা মধুসূদননা প্রতি-যোগিতা ( ফাংনবা ) অমদা য়াওবদা খ্বাইদগী মকোক ওইহুনা মনাগী মশক ওইনা স্নাগী তকমান ফংখি। মতম অসিমক্তদা মধু-সূদনগী সাহিত্যিক প্রতিভা উবা ফংখি। মখল কয়াগী পত্রি-কাদা ইংরাজী লোনদা ইবা কবিতা কয়ামরুমসু ফোংখি। বাংলা লোনদা মহাক অহুক হাক্না মথ্বাই তাশিল্লমদে। মমৈথংদা মহা-কবি অমা ওইনিংবনা বিলাততা চৎনিংখি। চহি অসিদা, হায়বদি ১৮৪২ খৃঃ দা থৌরম কয়ামরুমদগী মধূসূদনগী পুন্সীদা নিংশিং-নিঙাই ওইবা থৌওং অমা থোকখি। চহি অসিদা মপাবুং মমা ইবেমনা মাগী লুহোং-খোংদোংনবগীদমক মতিক চাবা নুপী য়েংবা কন্না লাক্নরম্মী, মহুদগী নাস্থোক্নবা হায়হুনা তুমিন্না ইথু-থুনা খং-হৌদনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রগা ১৮৪৩ খৃঃগী ফেব্রুয়ারি তাং ৯ দা মধুসূদন্না আর্চডিকন ডিল্‌টিরিগী ( Arch Deacan Dealtry ) মনাক্তা ওল্ড মিশন গির্জাদা খৃষ্টধর্ম লৌহুনা জাৎ তারে অমসুং

শ্রীমধূসূদন হায়বা মিংকমগী মহুৎতা মাইকেল মধুসূদন হায়বা মিংফম অসি লৌথি। মহাক্না খৃষ্ট ধর্ম্ম লৌথিবগী মরম কয়ামরুমস্থ লৈরম্মী — মখোয়তুগী মম্নুংদা বিলাততা চৎনিংবসিস্থ অমনি। তৌইগুম্বস্নুং মহাক্না বিলাত চৎপগী খুদোংচাবতুদি ফংখিদ্রে।

মধুসূদন্না মপাবুংনা অনিংবগী মাইয়োক্তা খৃষ্টান অমা ওই-খ্রবফাওবদস্থ মহাকপু মুংশিজবা মপাবুংনা মতেং পাংবদা আপত্তি তৌবিখিদে অতুম্মক মতেং মপাংবিখি। তানিংবা খুদাদা খুদা চেৎচনবা মাগী। হিন্দু কোলেজদা খৃষ্টান্না তম্বা য়ারমদে মতমতু, অতুনা ১৮৪৪ খৃঃগী নবেম্বর থাদা মাইকেল মধুসূদন, বিশপ্স্ কলেজদা মমিং চল্লে। চহি অহুম লোমগী মতুংদা মপাবুং রাজ-নায়ণনা মধুসূদনদা করিগুম্বা অমদগী শাওতুনা শেলগী মতেং থিংখ্রে অতুনা মধুসূদন লাইরিক তম্বা তোকলে। মরকসিদা মহাক গ্রীক, লাটিন অমদি সংস্কৃত লোনদা নিংথিজনা অহৈবা মী হায়বতু ওইনবা তানশিনখি।

মাগা তম্মিন্নবা মাদ্রাজী মরুপ খরগা মরাইবক্তী মফম থিগে হায়তুনা মধুসূদন ১৮৪৮ খৃঃদা মাদ্রাজদা লাকলে। মফম-সিদা মহাক মেল অর্ফান এসাইলামদা ইংরাজী ওজা অমা ওইরে। মতুংদা বিদ্যালয় অসিগী বালিকা বিভাগতগী ছাত্রী, রেবেকা ম্যাক্টাভিস্ কৌবী অমগা মুপী মচা অতুগী মমা মপানা আপত্তি তৌবা সতুগী মখাদা লুহোংলে। মাদ্রাজদা লৈরিবৈ মতমদা মধুসূদন্না পাওগী চে কয়াগা মাগা মরি লৈনখি, অমস্নুং মফম অসিমক্তদা মহাক্তী ইহান হানবা কাব্য 'ক্যাপ্টিভ্ লেডি' কোংদো-

কখিবনি। ১৮৫২ খৃঃদা মধুসূদন, মাদ্রাজ য়ুনিভার্সিটিগী হাইস্কুল বিভাগকী অনিশুবা ওজা ওইনা লৈরে। চহি অহুমলোম হায়রিবা ফম অসিদা লৈরবা তুংদা ১৮৫৬ খৃঃগী অহানবা তাজিন্দা মধুসূদন কলিকাতাদা লাকলে। মসিগী চহি অমা হান্না মধুসূদনগী মপাবুং রাজনারায়ণ দত্ত নোংগাখিবনি, তৌইগুম্বস্থুং, অস্তুক কুইবশি মাইকেলদা মপাবুং লৈখিদবগী পাও লোৎতুনা থম্বীখি। মধুসূদন্না পাও ফংদবসিগী মহৈনা—রাজনারায়ণদত্তগী সম্পত্তি মরমদা শাগৈ নাতৈ অমদি মাগী জাতিশিংগী মরক্তা শাথিনা খৎন-চৈনবা অমা থোকখি। পাও ফংলবদা মাগী সম্পত্তি ফংননবগীদমক মধুসূদন্না কলিকাতাদা লাক্লিবসিগী মরম ওইরিবনি। মহাক্না কলিকাতাদা লাক্লমদাইগী চহি অমগী মমাংদা মাগী হান্নগী মুপী অমু খাইনখিতুনা ইথু-থুনা হেন্‌রিয়েটা সোফিয়া কৌবী ফরাসী লৈশাবী অমা লুহোংখি।

মতম শাংনা লংফৈদা লৈরুরবগী মতুংদা ১৮৫৬ খৃঃগী অহানবা চৈকোক্তা মধুসূদন কলিকাতাদা হল্লকপা অসিদা মহাক্কী ফনবা খনবিবা মরুপ মপাংনা হোৎনবদগা থুনমক মহাক্না পুলিশ কোর্টতা কেরাণী অমা ওইরে। কুইদে মহাক হায়রিবা থবক অসি থাদোক্কুনা দোভাষীগী থবক্তা (Interpreter) চংশিল্লে। মতম অসিদা মধুসূদনগী মরুপ কিশোরাচাঁদগী লৈকোনগী য়ুমদা সাহিত্য চর্চ্চাগী বৈঠক অমা শেমগৎলম্মী মধুসূদন্না মহুদগী বাংলা লোন্দা অমদি সাহিত্য মুংশিবগী রাখল লংজিন ফংবা হৌখি। মীনা হায়নবদি মহাক্না মরুপ মপাংগী মতেংদগী

মপাবুংগী সম্পত্তিগী শরুক খরদি উদ্ধার তৌবা ঙমখি।

বাংলা দেশদা লাক্লবদসু মধুসূদনগী সাহিত্যিক খুন্থাবদি ইংরাজী লোন্দা ওইরম্মী। 'রত্নাবলী নাটক্কী' ইংরেজী অনুবাদ তৌর মতুংদা ইখং খংহৌদনা মহাক বাংলা ভাষাগী সাহিত্য ইবা হৌরকই, মথং মথং 'শার্ম্মিষ্ঠা' নাটক; মসিগী ইংরেজী অনুবাদ, 'একেই কি বলে সভ্যতা' অমসুং বুড়ো শালিকের ঘাড়ে রোঁ' কৌবা ফাগীগী নাটক; 'পদ্মাবতী' নাটক; 'তিলোত্তমা সম্ভব' কাব্য, 'মেঘনাদবধ' কাব্য, 'ব্রজাঙ্গনা' কাব্য, 'কৃষ্ণকুমারী নাটক', নীলদর্পণ' নাটক্কী ইংরেজী অনুবাদ অমসুং 'বীরাঙ্গনা' কাব্য রচনা তৌই। ১৮৬১ খৃঃদা মধুসূদন্না Hindoo patriot কৌবা মতম অত্তুগী ফাওরবা পত্রিকাগী সম্পাদন তৌবগী থবক্তসু খুৎ থারম্মী।

১৮৬২ খৃঃদা পিতৃ সম্পত্তিদগী বন্দোবস্ত অমা তৌরগা মধুসূদন্না মানা মতম কুইনা আশা তৌরকলবা বিলাত চংননবগী থৌরাং তৌরকলে। মতালোই হেন্‌রিয়েটা, মচানুপী শর্মিষ্ঠা অমসুং মচা নুপা মিল্টনদত্তবু কলিকাতাদা থনম্লগা মহাক চহি অসিগী জুন তাং ৯ দা বিলাটতা চৎখি।

চহি অসিমক্তদা জুলাই থাগী অরোইবা শরুক্তা মধুসূদন ইংলণ্ডদা থুংহুনা ব্যারিষ্টারি তম্নবগীদমক গ্রেজ-ইন্‌দা মিং চল্লে। তৌইগুম্বসুং খরদংগী তুংদা মহাক ওন্থোক্লা খুদোংচাদবা অমগা মাইয়োক্লরম্মী। মমাংঙৈগুম মরৈবাক্তগী, মাগী মফমদা থাগী লুপা থারকপদো লেপখ্রে, করি অমুক হায়গনি, কলিকাতাদা

লৈবা মাগী মরুপ মপাংশিংনস্থু শেল থারকপা লেপখে। অবস্থা অসিদা তারবদা হেন্‌রিয়েটা ১৮৬৩ খৃঃগী মে থাদা মপুরোইবগী মনাক্তা চংখে। শেল মতিক চানা লৈজদবদগী মতৌ মনাও অনিমক লণ্ডন থাদোক্তুনা ফ্রান্সকী কোন্নুং প্যারিস, মতুংদা ভার্সাইদা লৈবা হৌখি। মখোয়গী খুদোংথিবগী অয়োবা পম্থং মতাং অসিদা ওইরে, মতম অদুদা বিদ্যাসাগর মহাশয়না খুদোংথিরবা মধুসূদনদা শেল কয়ামরুম থাদুনা মতেং পাংলম্মী। মধুসূদনগী খুদোং চাদবদু খরদং ফরদুনা ১৮৬৫ খৃঃদা ইংলণ্ডদা অমুক হল্লকলে। মরক অসিদা ভার্সাইদা লৈবা মতমদা মাই-কেলনা শতসনেট অমদি চতুর্দ্দশপদীগী কবিতা কয়ামরুম ইখি।

১৮৬৬ খৃঃগী অরোইবদা মধুসূদনা ব্যারিষ্টারি পরীক্ষা পাশ তৌদুনা খরগী মতুংদা মরৈপাক্তা হল্লক্লে। চহি অসিদা মহাক কলিকাতা হাইকোর্টতা চংলে। ব্যারিষ্টারিদা অদুক হাক্লা শেল ফংঙমদবনা ১৮৭০ খৃঃদা মধুসূদননা হাইকোর্টকী আপীলগী অনু-বাদ বিভাগতা পরীক্ষককী থবক তৌরে। চহি অনিগা মতুংদা চাকুরী তৌবা থাদোক্লগা মহাক অমুক হন্না ব্যারিষ্টারি তৌবা হৌরে। মনুংসিদনি ১৮৭১ খৃঃদা মাইকেলনা 'হেক্‌টরবধ' কাব্য ইখিবা। শেলথুমগী অবস্থা ফত্তবদগী মথরাই মুংঙাইতবনা মধুসূদনগী মশাদি অস্থুম ফৎচিল্লকত্রে। ১৮৭২ খৃঃদা মহাক্কী খ্বাইদগী ইরোই লোইবা নাটক 'মায়কানন' অমস্থুং মপুং ফাখিদবা নাটক 'বিষনা ধর্ম্মগুণ' ইখি।

হৌজিক্তি মধুসূদনগী মশা অসি পুম্মাং মাংখে। ১৮৭৩ খৃঃদা

মাগী মরুপ মপাং কয়ানা মাবু লাইয়েংখি। তাং ২৬ জুন থাদা বেনিয়াপুকুরদা মহাক্কী মতালোই লৈখিদে মসিগী মতুং নুমিৎ হুমনি কোনবা জুন তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং অনি তাবা মতমদা মাইকেল মধুসূদন আলিপুর দাতব্য চিকিৎসালয়দা ইহলোগ অসি থাদোকখি। ১৮৮৮ খৃঃদা মরৈবাক্কী য়াইফনবা খনবা মীওই খরনা হোংনবদগী মাগী সমাধি মফমদা অচৌবা স্মৃতি স্তম্ভ অমা শাখি। মতুদা মখাগী অসি ইরি—

দাঁড়াও পথিকবর, জন্ম যদিতব
বঙ্গে! তিষ্ঠ ক্ষণকাল! এ সমাধিস্থলে
(জননীর কোলে শিশু লভয়ে যেমতি
বিরাম) মহীর পদে মহানিদ্রাবৃত
দত্তকুলোদ্ভব কবি শ্রীমধুসূদন!
যশোহরে শাগরদাঁড়ি কবতক্ষতীরে
জন্মভূমি, জন্মদাতা দত্ত মহামতি
রাজনারায়ণ নামে, জননী জাহ্নবী।

মহাক্কী সাহিত্য-জীবনদি মসিনি ;—

মধুসূদনন্না সাহিত্যগী পুন্সী হৌরকপসি তশেংনদি ছাত্র-জীবনদগী হৌবনি। ১৮৪২ খৃঃদা মধুসূদন ২শুবা সিনিয়র শ্রেনীদা তম্বা মতমদমক স্ত্রীশিক্ষাগী মরিদা ইংরেজীদা প্রবন্ধ অমা ইত্তুনা সনাগী তকমান ফংখিবনি। সিনিয়র ডিপার্টমেন্টতা তম্বা মতমদা মহাকনা Leterary Gazette, Leterary Gleaner, জ্ঞানান্বেষণ অসিনচিংবা পত্রিকাদা ইংরেজী কবিতা কয়ামরুম ফোংলম্মী।

করিমুক হায়রসিগে ইংলণ্ডগী Bentley's Miscellany অমসুং Blackwood's Magazine অসিনচিংবা পত্রিকাদসু মহাক্না কবিতাশিং থারম্মী। মতম অসিদা মহাক্না ইখিবা 'বর্ষাকাল' কৌব বাঙ্গলাগী কবিতাশিংসু থেংনৈ। তশেংবদি মতম অদুদা মহাকসি বাংলা লোনদা অদুক হাক্না শ্রদ্ধামক্তি লৈরমদে। বাংলাবু মহাক্না অশিক্ষিত অমদি নাতৈ পুতৈ চাদবা লোলনি হায়না খন্দোকলম্মী।

হিন্দু কলেজদা তমলিঙৈদগী হৌনা মপুক্তা মহাকবি অমা ওইনিংবগী ঈহৌ কাবা হৌখি। মহাক্না কন্না খনজবদি বিলাততা চৎলবদি মহাক শোয়দনা মহাকবি অমা ওইবা ঙমগনি অসিনি মহাক্কী মতম অদুগী চিঠি অমদা থেংনৈ -- "......... I happen to be a great poet, which I am almost sure I shall be, if I can go to England."

১৮৪৮ খৃঃদা মধুসূদনসি খংহৌদনা মাদ্রাজদা লাক্লে। মফম অসিমক্তা মহাক্না চাং নাইনা সাহিত্য সেবাদা মপুক্নিং চংবা হৌখি। Madras Circulator ১সুং General chronicle, Spectator অমসুং Athenaeum কৌবা পাওগী চে অহুমথক্কা মাগা মরি লৈনরম্মী। ১৮৫১ খৃঃদা মধুসূদন্না Hindu Chronicle কৌবা পাওগী চে অমা ফোংবা অমদি সম্পাদনসু তৌরম্মী। হায়রিবা পাওগী চেশিং অসিদা মধুসূদন্না মাগী রচনা পুন্না ফোংদোক্লম্মী, মখোয়শিং অদুগী মসুংদগী অতৈ অতৈ খরদি মতুংদা কলিকাতাগী করি করিগুম্বা পত্রিকাদা ফোংবা উখি।

১৮৪৯ খৃঃদা মধুসূদন্না মাগী অহানবা কাব্য লাইরিক 'Captive Ladie' ফোংখি। মসিগা লোইননা 'Visions of the past'— হায়রিবা অনি অসিমক্কী অরোনবা মিংফম অমদা Timothey penpoem, Esq. অদুগা Madras Circulator কৌবা পত্রিকাদা ইহান হান্না ফোংখি। Captive Ladie, লাইরিক অসি শিক্ষিতশিংগী মরক্তা ওন্থোক্লা ইকাই খুম্নবা ফংলম্মী অদুগা মসিদগীসু মধুসূদনগী পুন্সীদা অহোংবা অমসু ওইখি। মসিগী শরুক অমা খুদোল ওইনা ফংবদা কাউন্সিল অব্ এডুকেশনগী সভাপতি বেথুন সাহেবনা মধুসূদনগী মরুপ গৌরদাস বসাক্তা ইরক্লম্মী, "…. he could render for greater service to his country and have a better chance of achieving a lasting reputation for himself, if he will employ the taste and talents which he has cultivated by the study of English in improving the standard and adding to the stock of the poems of his own language, if poetry at all evants he must write." মরুপ গৌরদাসনসু মাঙোন্দা ইতৎ তন্তনা মাতৃভাষা চর্চা তৌননবা কন্না হায়রম্মী। অমুকসু মহাক্না বেথুনগী চিঠীগা লোইননা মহাক্তসু চিঠি ইখি, "We do not want onother Byron or another Shelley in English ; what we lack is a Byron or a Shelley in Bengali Literature."

অসুম্না অতৈ অতৈ মরুপ কয়ানা ইনশিনবদগী মহাক্না মাতৃভাষাদা খুৎ থাবা হৌখিবনি। লাইপোক ওইবা কবি অসিনা

মমৈদা কয়াগী মতিক বঙ্গভাষাবু, অমিত্রক্ষর ছন্দদা, মধুরতা, ধ্বনি, হাব-ভাবতা ওন্থোক্না চংখোন্না খোরিবা য়াবা লোন্নি হায়বাময়েক শেংনা উৎখি।

মহাক্না ইখিবা বাংলা অমদি ইংরেজী লাইরিকশিংদি—

## বাংলা

(১) শর্মিষ্ঠা নাটক ( জানুয়ারি, ১৮৫৯ )
(২) একেই কি বলে সভ্যতা ( ১৮৬০ )
(৩) বুড়ো সালিকের ঘাড়ে রোঁ ( ১৮৬০ )
(৪) পদ্মাবতী নাটক ( এপ্রিল, ১৮৬০ )
(৫) তিলোত্তমা সম্ভব কাব্য ( মে, ১৮৬০ )
(৬) মেঘনাদবধ-কাব্য— ১ম খণ্ড ( জানুয়ারি ১৮৬১ )
— ২য় খণ্ড ( ১৮৬১ )
(৭) ব্রজাঙ্গনা কাব্য ( জুলাই ১৮৬১ )
(৮) কৃষ্ণকুমারী নাটক ( ১৮৬১ )
(৯) বীরাঙ্গনা কাব্য ( ১৮৬১ )
(১০) চতুর্দ্দশপদী কবিতাবলী ( আগষ্ট, ১৮৬৬ )
(১১) হেকটর বধ ( সেপ্টেম্বর, ১৮৭১ )
(১২) মায়কানন ( ১৮৭৪ )

## ইংরাজী

(1) The Captive Ladie ( 1845 )

(2) The Anglo Saxon and the Hindu (1854)
(3) Ratnavali ( 1859 )
(4) Sermista ( 1859 )
(5) Nil Darpana or the Indigo planting Mirror ( 1861 )

মহাক্কী স্বদেশ প্রেমীক ওইবগী মতৌনা

১৮৫৯ ইংদা থাবা নিম্মী লাখ য়াংখৈ মুক্কা নীম থাবা অমদি নীম খাজনা লৌবগী মরিদা চাওরবা আন্দোলন অমা তৌখি। মখোয়দা সাহেবশিংনা কয়া ওৎ-নৈখি, মমৈদা দীনবন্ধু মিত্রনা নীল-দর্পণ কৌবা নাটক অমা ফোংখি। মাসদগী নীমগী খাজনা, থিরিবা নীম্মীশিংগী মথস্মোইদ। অকনবা ঈহৌ পীরম্মী। জেমস্ লোঙ্কৌবা মপুকচেল ফবা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা অমনা নীম্মীশিংগী মথক্তা সাহেবশিংনা আত্যাচার তৌরিবসিবু উরগা ওন্থোক্লা হুংঙাইরমদে। নীম্মীশিংগী মতেং মহাক্লা তত্তনা পাংলম্মী। মরম অদুনা মাইকেলদা হায়রিবা 'নীল-দর্পণ' নাটক অসি ইংরাজীদা হন্দোকহল্লি, অদুগা সাহেব অদুনা অদুগী ভূমিকা ইখি। মসিমক্কী মহৈনা নীম-লৌ উবশিংগী মথক্তা আত্যাচার তৌরিবসি ইংলণ্ডদা প্রচার তৌখি। নীম খাজনা লৌরিবা সাহেবশিংনা আদালততা মখোইগী ইকাইখুম্নবা মাংহল্লে হায়না ব্রাকৎলে অমস্তুং বিচার তৌবদা সাহেব অদুবু লুপা লিশিং অমা জরিমানা, অদুদা নত্তনা থা অমা ফাদোক পিবগী রায় তারে। কালীপ্রসন্ন সিংহ মহাশয়না মাগী জরিমানা লুপা লিশিং অমদু আদালততা জমা তৌরে। অদুগা

নোকনা নোকনা লোঙ্ সাহেবনা বৃটিশকী কৈশুমশংদা চংখি। "নীল-দর্পণ" নাটক অনুবাদ তৌরুবগীদমক মাইকেল মধুসূদননা সরকারগী চাকুরি তৌবা সুকয়া য়াহনখিদে।

১৮৬২ ইংগী অরোইবা শরুক্তা মহাক্না ইংলণ্ডদা আইন তম্বা চংলি। মরৈপাক থাদোকলমদাইদা মহাকনা মাতৃভুমিগী মফমদা বিদায় তৌবদা ইরস্বদি মথাগী অসিনি।

বঙ্গভূমিগী মফমদা সোনাই, ১২৯৬।

"My Native land, Good night"

—Byron.

"রেখো : মা, দাসেরে মনে, এ মিনতি করি পদে।
সাধিতে মনের সাধ,
ঘটে যদি পরমাদ,
মধুহীন করো না গো তব মনঃকোকনদে।
প্রবাসে দৈবের বশে,
জীব তারা যদি খসে
এ দেহ আকাশ হতে,—নাহি খেদ তাহে।
জন্মিলে মরিতে হবে,
অমর কে কোথা কবে,
চিরস্থির কবে নীর, হায় রে, জীবন-নদে?
কিন্তু যদি রাখ মনে,
নাহি, মা, ডরি শমনে;

মক্ষিকাও গলে না গো, পড়িলে অমৃত-হ্রদে।
সেই ধন্য নরকুলে,
লোকে যারে নাহি ভূলে,
মনের মন্দিরে সদা সেবে সর্ব্বজন ;—
কিন্তু কোন্ গুণ আছে,
যাচিব যে তব কাছে,
হেন অমরতা আমি, কহ, গো, শ্যামা জন্মদে!
তব যদি দয়া কর,
ভুল দোষ, গুণ ধর,
অমর করিয়া বর দেহ দাসে, সুবরদে।
ফুটি যেন স্মৃতি-জলে,
মানসে, মা, যথা ফলে
মধুময় তামরস কি বসন্ত, কি শরদে!"

অদুগা মহাত্মা মমারোলবু শক খংজরক্লবা মতাংদা মখাগী কবিতা অসিনা নিংঙম্মক্তবৰু তেংথাজখি—

"হে বঙ্গ, ভাণ্ডারে তব বিবিধ রতন,
তা' সবে, (অবোধ আমি) অবহেলা করি'
পরধন-লোভেমত্ত, করিনু ভ্রমণ
পরদেশে ভিক্ষাবৃত্তি কুক্ষণে আচরি'।"

মধুসূদনমা কয়াগী মতিক ইংরেজীগী লেখনীদা মথুং থুম্লম্বা হায়বগী মরিদা পল্লবদি :—

মহাক্কী "ভিজন্স অব দি পাষ্ট" কৌবা খণ্ড কাব্য অমা লৈরি, মতুগী শরুক মচেৎ অমদি মখাগী অসিনি—

"Tis night—Oh ! how I hate her smile
Which lights the horrors of this isle,
Where, like lone Captives, we must sigh
O'er arms that rust and idly lie—
Far from the scenes, where oft the brave
Will meet thee, glory ! or a grave—
Far from the scenes, where revels gay
Will chase the darkest cares away—
Far from the scenes, where maiden bright,
Will steal to list, at fall of night,
Her lover's lute and roundelay,
And like a viewless spirit shower
Her dewy wreaths on leaf and flow'r,
Love's token—and then swiftly fade.
And vanish like an airy shede !"

"ক্যপ্‌টিব লেডী" দগী শরুক অমত্তংসু কনখৎচরি অসিদা পাঠকশিংনা তরাইনা খংবিবা ঙমগনি, মতাং অসিদগী কবিগী থম্মোইদা ব্রজাঙ্গনা কাব্যগী ময়োন চোংবা হোৎখ্রে হায়বসে। কবিনা শকলি—

"And all around the dazzled eye
Met Scenes of gayest reverie,
For here beneath the parfum'd shade
By Some bright silken awning made,

Midst rose and lily scatter'd round,
That blush'd as if or fairy ground
Bright maidens fair as those above
Sang—softly—for they sang of love ;
How fondly in the moonlit bow'r
When midnight came with star and flow'r
Young krishna with his maidens fair
Rav'd joyously and sported there—
Or, on the jumna's holy stream
Where starlight come to sleep and dream.
From his light skiff, that sped along
His soft reed breath'd the gayest song
Which swelling on the fitful sweep
Of the lone night-wind's sigh—so deep
Wing'd ravishment where'er it fell
Love's accents in their airy spell !"

কবিনা "কেপ্‌টিব লেডী" গী অহোবদা মাগী মতালোয়দা নুংশি নুংঙন্না হায়বদা ইখিবা কবিতাগী শরুক থরনা ;—

Oh ! beautiful as inspiraton when
She fills the Poet's breast—her fairy shrine.
Woo'd by melodious worship ! Welcome
then !

Tho' ours the home of want, I ne'er repine.
Art thou not there, e'en thou, a priceless
gem and mine ?
Life hath its dreams to beautify its scene,
And sun-light for its desert, but there be
None softer in its store of brighter sheen
Than Love— than gentle Love ; and thou to
me
Art that sweet dream, mine own ! in glad
reality.
Though bitter be the echo of the tale
Of my youth's wither'd spring I sigh not now;
For I am as a tree, when some sweet gale
Doth sweep away the sere leaves from each
bough,
And wake far greener charms to readorn
its brow."

# মেঘনাদবধ-কাব্যগী

## মরুওইবা ৱারীগী মওং

অহানবা সর্গ—কবিনা অহানবদা দেবী সরস্বতীবু আবাহন তৌরগা মহাক্কী কাব্য ইবা হৌই। মতুংদা ৱারী তারকই। সনাগী সিংহাসনদা রাবণনা ফমদুনা লৈরি, মাইকৈ শরিমক্তা পাত্র-মিত্রপুম্বা তিল্লি; রাজসভাগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা বৈভব অদো ইন্দ্রপুরীমক্সু মাইথিরে য়াবনি। মচাগী মৈচাক্লা ৱাগী মচেৎ ঙাংদে। ওহাক লৈরগা মহাকনা মুংশাম্বর শাংনা হোল্লগা মপারী অকনবা বীরবাহুগীদমক তেংথাখি। মতুংদা ভগ্নদূততা বীরবাহু তুবগী ৱাফম হংঙি, ভগ্নদূতনা মিৎলুগী পী তৈথোক তৈথোকনা বীরবাহুগী বীরত্ব অমসুং মাইয়োক্নবা লানফমদা মমাই ওন্দনা তুখিবগী ৱারাবু লি। রাবণনা মাগী খোংলোইশিংগা লোইননা দোলান মথক্তা কাখৎলে অমসুং লাম্ফমবু য়েংখি। লাম্ফমদা তুরিবা মচাবু উরগা মহাকনা ওহাক অমুক তেংথাদুনা কপখি মতুংদ রাজ সভাদা হল্লকলে। মতম অসিদা মতারোইশিংগা লোইননা বীরবাহুগী পলেম চিত্রাঙ্গদানা রাজসভাদা লাক্লুনা কপ্লা ৱাবণদা হায়জবা হৌরকই। মহাক্লা হায়খবদি, ৱাবণগী দোষনা (সীতা হুরুবগী দোষনা) সনা লঙ্কা মাংলকলিবসিনি। চিত্রাঙ্গদানা অন্তঃপুরদা চংশিনখ্রবদা ৱাবণ মশামক লান চংগনি হায়না শেম শারো—য়াথং পিখি। লঙ্কাদা অকীবা ফংনা ইনিন নিনখি। অশোমদনা সমুদ্র ঈথাখুংদা জলাধিপ বরুণগী মতালোই

বারুনীনা মতালোই মুরলাদা লাংলিবা অসিগী মন্নম খংনবা অমস্যুং লঙ্কাগী রাজলক্ষ্মীগী মনাক্তা চৎতুনা লঙ্কা পল্লা'নফমগী মরমপুম্বা খংলুরগা লাকউ মেনখি। মুরলানা রাজলক্ষ্মীগী মনাক্তা চৎলগা মহৈ মহৈ অমনা অমগী রাফম হংনরগা মখোয়না অবোনবা ফীজেৎ শেত্তুনা মপান্দা থোরকলে অমসুং রাবণগী লানগী থৌরাং উরকলে; লক্ষ্মীনা হায়রকই নুপীশিংনা তেংথারিবা অমসুং রাবণগী পাপকী লমচৎ অসিদা মহাক অমুক লঙ্কাদ. লৈনিংদরে। মুরলাবু বিদায় তৌরগা মহাক্না মেঘনাদকী য়োকচবী প্রভাসা হিংচাবীগী ফীজেৎ শেত্তুনা মেঘনাদকী মনাক্তা চৎখে অমসুং মফমদা বীরবাহু তুবগী রাফম তম্মুরে। মেঘনাদনা খুদক্তা মতালোই প্রমীলাদগী বিদায় লৌহুনা লঙ্কাগী মপান্দা লৈবা প্রমোদ উদ্যান্দগী বিমান তোংহুনা মপাবুং রাবণগী মনাক্তা লাকলে অমসুং হায়রকই, হয়েংমক মহাক লাঞ্জংগনি। রাবণনা অহানবদদি থাম্মম্মী; তৌইগুম্বসুং মমৈদদি মহাকী মপাওহুবু য়াবিরহুনা হায়রকই—"ইবুংঙো, নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা ইষ্টদেব অগ্নিদেববু পূজা তৌজরগা মতুংদা লাল চংঙু" অসি হায়রহুনা ইন্দ্রজিৎপু সেনাপতিগী ফম হাপখি।

অনিশুবা সর্গ—মেঘনাদকী লানগী থৌরাং উবদা লক্ষ্মীদেবীনা কীহুনা দেবরাজ ইন্দ্রগী সভাদা লাকলে অমসুং রামচন্দ্রগী তুংগী অরাবা খুদোংথিবা থোক্কদোবগী রাফম হায়হুনা খংহল্লে। মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎনা অমুক নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা অগ্নিদেবতাবু পূজা তৌজরগা বর ফংথিবা থোক্লবদি জগৎতা মাবু ঙম্বীনবা

লৈররোই ; অদু ওইরবদি রামচন্দ্র অমদি লক্ষ্মণগীদি থোইনা খুদোংচাদবা হায়বদু থোকপা তারে। ইন্দ্রনা পাও অসি হেক ফংবমক্তদা শচীদেবীগা লোইননা কৈলাস পর্ব্বততা চংখ্রে ১মুং দেবী পার্ব্বতীগী মফমদা মরম পুম্নমক চিথদনা হঙ্গচ্চরে। মতম অসিদা দেবী পার্ব্বতীগী সখী বিজয়ানা খংহনখি মদুদি, রাম-চন্দ্রনা মহাকপু পূজা তৌরি হায়বসি। মহাদেবদি মতম অদুদা যোগাসন কৌবা চীংদোন্দা তপস্যা তৌবদা মপুক্লিং লুপ্তুনা লৈখি। দেবীনা মফম অদুদা কামদেবগী মতেংনা মহাক্কী ধ্যান থুগাইরগা মরম পুম্নমক হঙ্গংলে ; মরমদি, রাবণদি মহাদেবগী অথোইবা ভক্তনি। দেবীনা হায়জবদগী মহাদেবনা হায়রকই অদুদি লক্ষ্মণনা মায়াদেবীগী মতেংনা মেঘনাদ হাংপা ঙমগনি। মায়াদেবীনা চংখিদুনা রাফম অসি ইন্দ্ররাজদা তমলে, মহাক্না পন্দনা মায়াদেবীদা রাফম পুম্নমক শিন্নরে। মায়াদেবীবু লক্ষ্মণগী মনাক্তা থাখিনবা থৌরাং তৌবগা লোইননা খুৎজু খুৎলাই কয়ামরুমস্থ পিরে। ইন্দ্রনা খুদক্তা চিত্ররথতা স্বর্গগী দোলাইদা খুৎলাইশিং অদু হাপ্তুনা শ্রীরামচন্দ্রগী মনাক্তা থারে। মায়ানা শেম্বা নোং নুংশিং অমদি অমম্বা মরক্তা চিত্ররথনা রামচন্দ্রগী মফমদা চংখ্রে অমস্তুং খুৎলাইশিং অদো পীরুরে।

অষ্টমশুবা সর্গ—মেঘনাদনা মপাবুংগী মনাক্তা চংখিবদা, মহাক্কী মতালোই প্রমীলানা মাবু থিল্লকপা উবদা থোইনা রাজখরে। মথং মথং অহিং ওইরকলে। মতা বাসন্তীনা মহাকপু থেমজিল্লি মতুমক্তদা মহাক পেনখিদে। মমৈথংদা লঙ্কা চংলগে

হায়না মপুক্লিংদা লেপলে। বাসন্তীনা হায়জরকই মাইকৈ মরিমক্তা য়েক্লবগী তেঙ্গোন্না খুরক হাংদনা লৈ, মরম অসিনা কোন্নুং মন্নুংদা চংশিনবদি ওইথোকলোই। বীরবালা প্রমীলানা হায়খিবদি, মহাক য়েক্লববু কীদে, লাম্বা তৌরগা মহাক্তা কোন্নুংদা চংগনি। মতুং অদুদা মহাক্কা অমদি মতালোইশিং পূন্নমক লানগী ফীজেং শেংলহুনা লানবুং থিন্দুনা কোন্নুংলোমদা ফাওরক্লে। মনিং থংবা থোঙ্‌মক্তনি, শ্রীরামচন্দ্রমকনা পুবনি, রামচন্দ্র লৈরম্মী। মসোমদা চংশিল্লকলে। হনুমানগা প্রমীলাগী মতারোই নৃমুণ্ডমালিনীগা মাইয়োক্নরে মসিদা হনুমান্না খল্লি, শোয়দ্রে মায়াবী হিংচাবীনা ভুপাগী ফীজেং শেত্তুনা লৌনম তৌনা লাকলিবনি; তৌইগুম্বসুং মতুংদা ব্রারী ব্রাথোং পূন্না খংলহুনা দূতাবু শ্রীরামচন্দ্রগী মনাক্তা থাজিনখরে।

রামচন্দ্রনা হায়রকই, শাগৈগী মৌশিংগা ঐহাক্কা খংনবা লৈজদে, মথোয়না মনিংতন্না কোনংদা চংখিবা য়াগনি। দূতীনা শ্রীরামবু খুরুম্নগা চংখ্রে, রামচন্দ্রনা বিভীষণগা অসিগুম্বা ভুপীগী তেঙ্গোল অসিবু য়েংখি অমসুং বিভীষণগী মফমদগী মসিমসু খংখি, মহাশক্তিগী অংশনা প্রমীলাসি পোকপনি, কালনেমী দৈত্যনা মাবু পোকপনি। রামচন্দ্রনা খুদক্তুদা অসিগুম্বা বীরাঙ্গনাগা মাগী স্বামীগা তিন্নখ্রবদি অকীবগী মশক ওইরিবা খুদোংথিবা অমা থোক্লবা তারে হায়না চিংনবা পোকখি। তৌইগুম্বসুং লক্ষ্মণনা চিত্ররথকী মব্রা মপাওশিং অহু নিংশিংহুনা রামচন্দ্রবু তপথহল্লি। প্রমীলানা মতারোইশিংগা লঙ্কাগী মনিংথংবা থোংদা চংখিহুনা

শিঙ্গা দুন্দুভি খোংবমক্কদা থোংঙাকপশিংনা য়েক্লবননি নিংত্থনা খুৎলাই কাপকে থৌরাং তৌরক্লে।

তৌইগুম্বস্মুং নৃমুণ্ডমালিনীনা খুদক্তা হায়রকই ; মমৌ ইবেম্মা লাক্লি-হৈ, মতম অত্তুদা মখোয় পুন্নমক ইপা পাখংনা থোং থাদো-কলে। প্রমীলানা অন্তঃপুরদা চংশিনখিত্থনা মপুরোইবগা উনখরে।

অসোমদনা লক্ষ্মণ অমদি বিভীষণনা লান্দ গী মাইকৈ মরিমক্তা কোইরুরগা শ্রীরামচন্দ্রগী মনাক্তা লাক্লে। কৈলাস ধামদগী বিজয়াগা লোয়ননা দেবী ভগবতীনা প্রমীলানা লঙ্কাদা চংখিবসি উরত্থনা বিজ-য়াদা হায়রকই, মহাক্তা হয়েং প্রমীলাগী দেবী শক্তি লৌথোক্কনি অমস্মুং লক্ষ্মণনা মেঘনাদ হাংলগনি, প্রমীলাস্মু মপুরোইবগী মতুং ইনহনগনি, মেঘনাদনা শিবগী মনাই, অদুগা প্রমীলানা মহাক্কী মনাই ওইহনগনি। অসি হায়রগা দেবীনা তুমফমদা লেংশিনখি।

**মরিশুবা সর্গ**—সর্গ অসিদা অশোক বনদা সীতা অমদি সরমাগী ৱারী ৱাতাই শাবত্থ ইরি। হয়েংগী লাম্ফমদা মেঘনাদনা রাম লক্ষ্মণবু হাংলগনি হায়বা অসিগী নুংঙাইবদা লঙ্কাদা লৈবশিংনা মরাং হৌরি। সীতাবু ঙাক্লম্বী হিংচাবী পুন্নমকস্মু অসিগুম্বা নুংঙাইবগী উৎসব অসিদা য়াওখে। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা বিভীষণনা মতা-লোই সরমাগা সীতাগী মনাক্তা লাক্লে। বিভীষণ, শ্রীরামগী চান্নবা মরুপনি, মরম অসিনা মপুরোইববু নিংজবী সরমাস্মু সীতাগী মফমদা নুংশিজনা তৌজৈ। সরমা লাক্লুনা সীতাগী লাইবক্তা সিন্দুরগী বিন্দু নম্বীররে অমস্মুং সীতাদগী রাবণনা মাবু করম্না লুরকপা হায়বদো থংনিংঙি হায়জরে। সীতা দেবীনা রাজ্যগী নুংঙাইবা থাদোক্লবস্মু

ইপুরোইবগা ইনাও লক্ষ্মণগা লোইননা কয়াগী মতিক ভুংঙাইনা পঞ্চবটি বনদা লৈরকই, মহুগী রাফম অদু তম্মী। মসিদা বনগী হিংসা লৈতবা শা-উচেকশিংগা শান্নরকপা, মুনি পন্ডিতশিংগী রারী রাতাই, বনগী মহৌশাগী ফজবা সম্পদ মতুদা মহাক্না থোইনা ভুংঙাইনা লৈরকপগী রারী লিখি। মমৈথংদা শূর্পণখা লাক্লুনা মহাকপু হাংলগা রামচন্দ্রগী তালোই ওইগে লাংখিবা রাম লক্ষ্মণনা মাবু তানখিবা লিরে। মসিগীদমক হিংচাবশিংগা রাম-লক্ষ্মণগা অকনবা লান্থা পাখিবা লান্দা জয় ওইবা। মনৈদা নোংমা সনাগী শজি অমা উরুহুনা রামচন্দ্রগী মফমদা মহু নিজবদা শ্রীরামচন্দ্রনা মাবু তান্নবা চংখ্রে। লক্ষ্মণদি লৈহৌই থাংপোক্লা। থিন্দনা "ইয়াম্বগী লক্ষ্মণ, ইয়াম্ববু কল্লো' হায়বা খোঞ্জেল তারকলে।

সীতাদেবীনা রামচন্দ্রগী খুদো থিবা ফংলবনি হায়না চিংনহুনা লক্ষ্মণবু থিরুনবা থাখ্রে। অহাংবা তাঙ্গ অসিদা সন্ন্যাসীগী ফীজেৎ শেত্তুনা রাবণনা মনাক্তা চংলক্লগা ভিক্ষা নিররে, মহাক্না ভিক্ষা অসি হাপকে হায়হুনা মপান্দা থোকল্লুরে, খুদক অহুমক্তদা মাবু মপাঙ্গল্লা নমহুনা ফারগা দোলাই মথক্তা হাপকংলগা চেনবা হৌরক্লে। সীতাদেবীনা তেংথাজবা হৌরকই— মশাদা পকখিবা সনাগী লৈতেং পূম্নমক লম্বীদা লংথবা হৌখি। অস্থুম অস্থুম লাকপদা লমখাংদা থোইনা অকীবা শকফম ওইরবা উচেক অমনা রাবণগী দোলাই মমাংদা থংলরে। তৌইগুম্বস্থুং রাবণগা লাম্বা পাবদা মহাক মথ্রাই থারে। তাল্লক অসিদা সীতাদেবীদি রাম্ববগী অবস্থাদা লৈরুই, মতাংহুদা মাবু পোকপী পলেম, মালেম

লৈমনা মমোমবু চেংনা কোল্লগা হায়খি, রাবণবু মশাগৈগা লোই-ননা রামচন্দ্রনা শোয়দনা হাৎতুনা মহাকপু উদ্ধার তৌরগনি। লঙ্কা লানগী মতৌ, মতেং পাংবগী দৃশ্যশিং অসিগুম্বা রান্থরিঙৈ অসিদা উজবদা মমিৎতা পীগী ইরা চেনজখি। মহাক্কী রান্থরম্বদো লোইরবদা অমুক হন্না রাবণনা মাবু পুতুনা চংখিরম্মী, মতম অতুদা মহাকনা শিরগদোবা পক্ষিরাজ অতুদা মশাগী পরিচয় পিজরম্মী। মতৌ অসুন্না রাবণনা মহাকপু লঙ্কাদা পুরক্রে। সীতাদেবীগী মপাও তারগা সরমানা হায়রকই, মহাক্কী মং অদো শোয়দনা মহৈ য়ানগনি। মতৌ অসুন্না থেমজিন রাহৈ কয়ামরুমনা সীতাদেবীবু থেমজিল্লম্লগা সরমানা অন্তঃপুরদা চখি।

মণ্ডাশুবা সর্গ দেবরাজ ইন্দ্র, ইন্দ্রজিৎপু হাৎননবগী লাংতক-নরে। শচী দেবীনা হায়রকই তশেংনা ভগবতীনা মাবু লুংশিবীবদা মখন কয়াগী দেব অস্ত্র থাখে, মরম অসিনা শোয়দনা লক্ষ্মণগী মথুৎতা ইন্দ্রজিৎ শিরগনি। মতম অসিদা মায়া দেবীনা লাক্তুনা হায়ররে, মহাক্কা মশাগী প্রভাবনা লক্ষ্মণবু নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা পুতুনা চৎকনি অমসুং মহাক্কা মেঘনাদপু হাৎননবা উপায় হায়গনি। অসি হায়তুনা মায়াদেবীনা স্বর্গদগী মপান থোকখে। মহাক্কী ময়াথংদগী স্বপ্নদেবীনা লক্ষ্মণবু পোকপী পলেম সুমিত্রাগী ফিজেৎ লৌতুনা তুমতুনা লৈরিব। লক্ষ্মণগী মনাক্তা চংলক্লগা হায়ররে, লঙ্কাগী অরাং থংবা থোংগী বনগী মনুংদা পুখ্রিগী মনাক্তা চণ্ডীদেবীগী মন্দির লৈরি, মসিদা নতোমতা চৎলগা দেবীগী পূজা তৌরবদি শোয়দনা ইন্দ্র-জিৎপু হাৎপা ঙমগনি। মীকপ থোক্লবদা লক্ষ্মণনা শ্রীরামচন্দ্রগী

মফমদা ৱারীশিং অসি তমজরে অমস্তুং মহাক্কী অনুমতি লৌরগা মংদা তাকলম্বা বন অতুগী থোংদা থুংলরে। থোংঙাকপা শিবনা মহাক্কী মতিকতা শুম্বাংখিতুনা থোং থাদোক্লে। বনদা চংশিনখিবদা লক্ষ্মণনা মায়া কয়ামরুমগী দৃশ্য উখিরম্মী, তৌইগুম্বস্তুং মতুদা মহাক্লা খজিক্তস্থ থুকখিদে, কীখিদে। মতুংদা মহাক্লা পুখিগী মনাক্তা লৈবা মন্দিরদা চংশিল্লগা দেবী চণ্ডীগী পূজা তৌরগা মেঘনাদ হাৎনবগী বর ফংজরে। দেবীনা মহাক্পু বিভীষণগা নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা চংতুনা পূজা তৌদ্রনা লৈবিবা মেঘনাদপু লান্দাতুনা হাৎলু হায়না তাকপিরে। অসোমদনা মেঘনাদনা মীকপ থোক্লবদা মতালোই হৌদোক্লগা মংখোয় অনি তিন্নন্না মমা ইবেম্মা মন্দোদরীগী মফমদা চংখরে। মন্দোদরী দেবী, শিব পূজা তৌরম্মী। মেঘনাদনা মথল কয়াগী থেমজিনবা মপাওনা থেমজিল্লগা, মকমদগী বিদায় লৌজরে। মন্দোদরীনা প্রমীলাবু মনাক্তা লৈহৌনবা হায়রে। মেঘনাদনা যজ্ঞশংদা চৎলমদাই মতমদা প্রমীলানা মফমদগী বিদায় নিজহৌই। প্রমীলানা মপুরোইবগী মঙ্গলগীদমক দেবী ভগবতীগী মফমদা প্রার্থনা তৌজবদা থংখিনি হায়তুনা ইন্দ্রদেবনা কীবনা নিকখিতুনা নুংশিং কৌবা দেবতাদা হায়বদগী অসিগুম্বা প্রার্থনা বাণীবু নুংশিংকী মতিক্লা মাইকৈ অমরোম্বদা হুমদোকখি। প্রমীলানা মিংলু ঈরা অতুবু মুংথংতূনা মমুমদা চংশিঞ্জখি।

**তরুকশুবা সর্গ**—লঙ্কাদা দেবী চণ্ডীকাগী পূজা তৌবা লোইরগা লক্ষ্মণনা রামচন্দ্রগী মনাক্তা লাক্লগা ৱারী ৱাথোং পূন্নমক হঙ্গজরে তৌইগুম্বস্তুং শ্রীরামচন্দ্রনা মথৱাইদগী হেন্না নুংশিজরবা মনাও

লক্ষ্মণবু অদুগুম্বা খুদোংথিরবা মফম অদুদা থাবদু য়ানিংলমদে। লক্ষ্মণ মশামক্লা খংহঞ্জরকই, দেবতাশিংনা চানবিরিবা ঐখোয়না করি-গীদমক ইন্দ্রজিৎপু কীফম লৈবগে ! বিভীষণনা হায়জরকই মহাক্লা রক্ষ শাগৈগী রাজলক্ষ্মীবু মমংদা উজরম্মী অমসুং মঙোন্দা খংহল্লম্মী মদুদি রাবণসে মশাগৈগা লোইননা শিরগনি অমসুং মশামক লঙ্কাগী নিংথৌ ওইরগনি। মতম অসিদা শ্রীরামচন্দ্রদা কীদনবা থৌজানগী দৈববাণী অমা লাওরক্লে। রামচন্দ্রনা থাজবা ফংজরদুনা লক্ষ্মণদা দেব-অস্ত্রনা লৈভেংবিরে। লক্ষ্মণ, বিভীবণগা লোইননা মায়াগী মতিক্লা শক উহন্দনা লঙ্কাগী মন্থুংদা চংশিনখরে, চৎনা চৎনা মাইকৈ মরিদা হিংচাবশিংনা লানগী শেম শারিবশিং অমসুং লানজংনবগী থৌরাংশিং তৌরিবদু উরম্মী। লঙ্কাদা লৈরিবশিং অদুগী মপুক্তা নিংলিবদি মেঘনাদকী মখুত্তা শোয়দনা রাম লক্ষ্মণ শিরগনি অসিনি। মতুংদা মেঘনাদনা অগ্নি (মৈবু) পূজা তৌরিবা মফম অদুদা অনি থুংলরে, নিকুম্ভিলা যজ্ঞ তৌবিবা শং মন্থুংদা চংশিল্লে। মেঘনাদনা মমিৎ পাংথোক্তুনা য়েংবদা খনবদি অগ্নি দেবতানা লক্ষ্মণগী মশক-ফম লৌদুনা মাঙোন্দা উৎপিররিমাল্লে অসিনি। তৌইগুম্বসুং লক্ষ্মণগী মপাওদগী মহাক্লা নিংলম্বদো লাল্লে খংজরে, মমৈদা মহাক্লা অতিথি সংকার তৌজনিংবগী অপাম্বদো উৎলি অমসুং মশাগী খুৎলাই লৌরুখিগে ফোংদোকই। তৌইগুম্বসুং লক্ষ্মণগী অয়াকপা মপাওনা মদুবু থিংলবদা মহাক্লা খুদুমনা থাদুনা মহাকপু (লক্ষ্মণবু) ব্রান্থহল্লি। ব্রান্থরিবা লক্ষ্মণবু মায়াদেবীনা মহাক্কী মায়াগী শক্তিনা ঙাকপীরম্মী। মেঘনাদনা খুৎলাই শং-লোম চৎনবগী লম্বীদা বিভিষণ উরে।

অহানবদা মহাকপু মরৈবাক্কী য়েক্লবনি হায়বনচিংবা অথিবা রাহৈ কয়া হায়রুনা চৈরে, মমৈদা থোং থাদোকপীনবা কয়া হায়জবা হৌখি। তৌইগুম্বস্নুং বিভিষণনা থোং শুকথা থাদোকখিদে। খুদক্কুদা লক্ষ্মণনা জ্ঞান লাক্কুনা মথকতা খুৎলাই কাপশিনবা হৌরকলে। মেঘনাদস্নু মাঙোল্লোমদা শঙ্খ, শরিক অসিনচিংবা মাগী মনাক্তা লৈরিবা পূজাগী পোৎচৈ অমদি অককৃপা খুৎলাই কয়ানা লংবা তৌরকই। তৌইগুম্বস্নুং মায়াগী মায়ানা লক্ষ্মণগী মশাদা শোকপা লৈখিদে। মেঘনাদনা লক্ষ্মণলোমদা চেনশিল্লকলম্মী লক্ষ্মণনা মহাকপু থাংনা য়ান্দুনা লৈমাইদা তুহনখি। শিরমদাই মতমদা মেঘনাদনা লক্ষ্মণদা হারম্মী, ইপা রাবণ নিংথৌনা চুমদবা লানফমদা মচাবু হাৎখিবগী পাও তাবদা, শাওরকলবদা লক্ষ্মণবু কনখিনবা কনাগীস্নু মতিক লৈতে। মেঘনাদনা মথরাই থাখিবগা লোইন-লোইননা প্রমীলাগী য়েৎথংবা মমিৎ চোংলম্মী, কাও-খিহুনা মহাক্না মরাইবক্তগী শিন্দুর মথস্তা মুথৎচরুই অমস্নুং মকোকথক্কী মুকুট খংহৌদনা মরম্নাই তাজরকই। অসোমদনা ময়াম্বনা পোকপা মচাগী অশিবা মশাগী মনাক্তা বিভিষণনা কয়া কুইনা তেংথাখি মতুংদা লক্ষ্মণনা মহাকপু থেমজিল্লগা রামচন্দ্রগী মনাক্তা লাকলে। রামচন্দ্রনা মেঘনাদ শিরে তাবদা লক্ষ্মণবু থাগৎখি অমস্নুং বিভিষণগী মফমদা তৌবিমল খংবা উৎখি।

**তরেৎশুবা সর্গ**—নোংঙাল্লকপগা লোইন-লোইনা প্রমীলানা ইরুমাইথজহুনা বেণী লোল্লম্মী; তৌইগুম্বস্নুং ফীজেৎ লৈতেংগে থৌরাংলকপদা মশাপুম্বা ইচোক চোকথরে, য়েৎথংবা মমিৎ চোংবা

হৌরকলে ; লঙ্কা কোনুংদা মাংলে হায়বা খোঞ্জেল তারকলে। মহাক্না বাসন্তী মতাদা অসিগুম্বা ফত্তবা খুদমশিং অসি হায়তুনা নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা চৎলগা মখুংঙো মেঘনাদপু লেংথোকপীগনু হায়না হায়রু হায়খি। মতুংদা মন্দোদোরী রাণীনা শিব পূজা তৌরিবা মফমদা মখোয়না চৎখি। অশোমদনা কৈলাসতা মহা-দেবনা পার্ব্বতীদা মেঘনাদ শিবগী পাও তমলগা হায়রকই রাবণদা হৌজিকমক রুদ্রতেজগী নত্রবদি মচাগী মৈচাকনা মহাক্না শোয়-দনা থব্রাই থারগনি। অসি হায়রতুনা বীরভদ্রবু নিংশিংলে অমস্তুং মহাকপু রাবণগী মনাক্তা থারম্মী। বীরভদ্রনা অহানবদা নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা চংতুনা শিতুনা তারিবা মেঘনাদপু য়েংলম্মী মতুংদা রাবণগী মনাক্তা রাক্ষস দূতকী ফীজেৎ শেত্তুনা মেঘনাদপু লক্ষ্মণনা চুমদবা লানওংদা মথব্রাই লৌখে হায়বা পাওসি তমখি। রাজ-সভাদো মাংলে হায়বা খোন্থোকনা নিনখি অমস্তুং রাবণ নিংথৌ ব্রান্থতুনা তাখি। রুদ্রতেজনা পন্দনা মহাক্কী ব্রান্থবতু ফহনখি। বীরভদ্রনা চৎলমদাইদা রাবণদা খংহল্লম্মী মতুদি, মহাক শিবগী মনাইনি। মহাক্না লক্ষ্মন খুমগে হায়বগীদমক হেক লৈরিবা হিংচাবগী তেঙ্গোল পূন্নমক সাজন লোইরো হায়না য়াখং লাওথোকখি। মসিগী লানগী নিনখোংবা অসিদা ঙকগত্রুনা শ্রীরামচন্দ্রনা বিভীষণগী মফমদা হংতুনা খংলে, মচাগী মৈনা চাক্লবা রাবণনা লক্ষ্মন খুন্নবা থৌরাং তৌরে হায়বসে। খুদক অদুমক্তা রামচন্দ্রনা য়োংগী তেঙ্গোল পূন্নমক কৌরতুনা লানগী থৌরাং তৌরো মেল্লে। লক্ষ্মী দেবীনা মতম অসিদা দেবরাজ ইন্দ্রগী মনাক্তা চৎতুনা রাবণগী ব্রাশকপসি খংহল্লুরে,

ইন্দ্রনা মাগী তেঙ্গোল পূম্নমক পুরন্থুনা লঙ্কাদা রামগী লাম্বাংবা চৎপনি হায়রবসি খংহল্লে। অসিগুম্না শরাও লাল্লাওখোন অসিনা অমদি তেঙ্গোলগী খোংফম অরুম্বদা রাজরবী মালেম লৈমনা নারায়ণগী মফমদা চৎলগা মাগী অৱাবদো হঙ্গৎলুরে। নারায়ণনা মফমদা চানবিত্নুনা হায়রকই; রাবণনা রুদ্রতেজনা মতিক চানা কনখিবনা মহাকপু মতিক য়ৈথবদি ওমদ্রবস্থু মহাক্না দেববীর্য্যদি লৌথোক্কনি। লাম্বা হৌরবদা রাবণনা অমমম গুইনা দেবতাশিং অমদি বানরশিংবু মাইথিবা পীত্নুনা লক্ষ্মণ তম্না দোলাই থৌজিল্লে। অনিমক অকনবা লান পাখে। মমৈথংদা রাবণনা মহাশক্তি কৌবা তানা লক্ষ্মণবু থিন্দুনা লৈমাইদা তুহল্লে ১স্থং মহাক্কী অশিবা মশা অত্থু লৌগে হায়বগীদমক চেনশিল্লক্লে। মতম অসিদা দেবী ভগবতীনা হায়ত্নুনা বীরভদ্রবু রাবণগী মনাক্তা থারক্লে। বীরভদ্রনা মাগী মনা-কোংদা হারকই, য়েক্কবা হৌজিক হাৎলে অত্নুনা অমুক লান তৌথবনা করিস্থু কান্নফম লৈতরে। রাবণনা মাগী তেঙ্গোনগা কোম্লুংদা চংশিনখরে।

নিপানশুবা সর্গ— লক্ষ্মণ লাম্ফমদা তুরে। শ্রীরামা মাগী তেঙ্গোলগা অৱাবগী ঈপাক্তা লুপ্লে। রামচন্দ্রনা মনাওগী অৱাবা মৈচাকনা কয়াগী মতিক তেংথাখরে। কপ্পা তাবদা দেবী ভগবতীনা কপ্পা কপ্পা শঙ্করগী মফমদা লক্ষ্মণগী মথৱাই হিংনবা মরম হংজরে। শঙ্করনা মতম অত্থুদা মায়াদেবীবু কৌরগা মহাকপু রামচন্দ্র পুত্নুনা যমপুরী চৎনবা য়াথং পীরে ১স্থং মম্নবা মফম অত্থুবু ঙান্নবা মহাক্কী ত্রিশূল পীরে। মায়াদেবীনা চৎখিত্নুনা রামচন্দ্রদা হায়খি— হে

রামচন্দ্র নহাক্না সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা স্নান তৌরগা নংগী অচংবা নশা অদুগা লোয়নননা ঐগা যমালয়দা চৎসি। মফম অদুদা নপাবুং দশরথনা লক্ষ্মণগী মথ্বাই হিংননবা লম্বী তাকপীগনি। মায়াদেবীগা লোইননা যমপুরীদা রামচন্দ্রনা চৎলকলে। অহানবদা মহাকনা বৈতরণী নদী অমস্মুং মদুগী মথক্তা শারিবা মায়াগী থোংবু উরকলে। পাপীনা লাক্লগা থোং অসি মৈগী মশক ওইবা অদুগা পুণ্য চেনবনা লাক্লগা থোংসিনা সনাগী থোং ওইরম্মী। থোংজিন্দা যমগী দূত লৈরম্বশিং অদু শিবগী শূল অদু উবদা ঙম্না লম্বী থাদোক্নরে। রামচন্দ্রনা অহল ওইরবা, ময়াই কারবা, যক্ষা; মতোমদা শিজরকপা, অসিনচিংবা ব্যাধি থুংবা কয়ামরুম উরকই। মতুংদা মহাক্না রৌরব, কুম্ভীপাক অসিনচিংবা নরকতা পাপীশিংবু অকীবা ফংনা শাস্তি তৌরিবা অমদি অৱাবা ভোগ চারিবশিংবু উরকই। মতুংদা কীরবা শুক্লবা বন অমদা মারীচ, খর, দূষণ অসিনচিংবা প্রেতাত্মাশিংবু উখি। মতুংদা মখল মথা অয়াম্বা কাংলুপকী পাম্বীশিংনা মখল মথা অয়াম্বা অৱাবা ফংলিবা য়েংলগা মহাক্না মাইয়োক্নবা লাম্ফমদা মথৱাই থাখিবা বীরশিং অদুগী প্রেতত্মানা মুংঙাইনা স্বর্গগী ভোগ চারিবদুগী মফমদা লাকলে। মফম অসিদা শুম্ভ, মহিষাসূর, ত্রিপুর, সুন্দ উপসুন্দ অসিনচিংবশিংবু উখি। ঙহাক লৈরগা বীর বালীগা লোইননা উনরে। তৌইগুম্বস্মুং বালীগী মপুক্নিংদা করিমত্তা য়েক্নবগী ভাবতি লৈরমদরে। মহাক্না মাবু পুদুনা জটায়ুগী মফমদা লাকলে। রামচন্দ্রনা মপাবুংগী মরুপ জটায়ুগী মফমদা লক্ষ্মণ তুবগী ৱারম পুন্নমক তমজরে ১স্মুং মহাক্না লোইননা মনিংথংবা

থোংলোমদা রাজর্ষিশিংগী আত্মানা লৈরিব্রা মফম অদোমদা চৎখ্রে। মফম অসিদগী রাজা দিলীপতগী মপাবুং লৈফম খংলগা বৈতরণী খোংবান্দা লৈবা সনাগী চীংতুম নখোংদা হৌবা বট পাম্বী মখোংদা রাজা দশরথনা লৈরিবা মফম অতুদা মায়াদেবীগা লাকলে। মপা মচা অনিমক অমগা অমগা উনবদা ঙহাক্তং কপমিন্নরে। মতুংদা দশরথনা হায়রকই, অহিং অসিনা লোইদ্রিঙৈদা হনুমান্না গন্ধমাদন চীংজাওদগী বিশল্যকরণী লৌরুত্নুনা লক্ষ্মণগী অশোকপা মফমদা তৈরবদি শোয়দনা লক্ষ্মণগী মথক্রাই হিঙ্গৎকনি। রামচন্দ্রনা মপাবুংগী আশীর্ব্বাদ পুত্নুনা মায়া দেবীগা লানফমদা লক্ষ্মণনা তুফম মনাক্তা হল্লকলম্মী।

মাপনশুবা সর্গ— নোং ঙাল্লকপদা রাবণনা রামচন্দ্রগী মপান্নাইদ্রবা তেঙ্গোন্না নিল্লকপা তাত্নুনা মন্ত্রী সারণগী মফমদা হংবদা খংলে মতুদি গন্ধমাদন পর্ব্বততগী হিদাক লৌরুত্নুনা লক্ষ্মণবু হিংহল্লে হায়বসি। মতম অতুদা মহাকনা সারণবু রামচন্দ্রগী মফমদা নুমিৎ তরেংনিগীদমক লাল লেপ্লখিসি হায়বা পাও অসি হায়রু হায়না থাখ্রে, মরমদি মেঘনাদগী পোংলোইনবগী থৌরাংশিং তৌবদা মতম খরদং চংগনি। রামচন্দ্রনা প্রস্তাব অসিবু য়াখি। সরমানা চংখিত্নুনা সীতাগী মফমদা মেঘনাদ শিবগী পাও অমদি প্রমীলানা মপুরোইবগী চিতাথক্তা কাত্নুনা মপুরোইবগা শিমিন্নদোবগী পাওপুম্বা তমখি। ব্রজ খোঞ্জেনগুম্না লঙ্কাগী মনিংগী থোংজাও হাংদোকলে অমম্লুং নিংথৌগী শাপোৎ লানপোৎকা লোইনরবা মঙ্গুম্বা কাংবু থোরকলে। পরেং পরেং নাইরবা হিংচাবগী কাংবুনা

অন্না মুংঙাইতবগা লোইননা সনাগী ফীরাল অসিনচিংবা পুত্থনা চৎলি, মখোয়গী মতুংদা রাক্ষস নুপীশিংনা কপ্পা কপ্পা ইল্লি। শগোল অমোম অমদা প্রমীলানা তোংলি। কনানা লপ্পীদা কবোক অফাবা, সনা তাঙ্গা অসিনচিংবা চাইরি; বেদজ্ঞশিংনা বেদমন্ত্র খিবা হৌরকলি; ঢাক; মৃদঙ্গ অসিনচিংবা য়ৈবা হৌরকই। রামচন্দ্রনা বানর লিশিং অমগা লোইননা কুমার অঙ্গদবু থারক্লুনা মঙ্লুমবা অত্থুদা য়াওখি। আকাশতা দেবতাশিংস্থু তিল্লরে। মতম-চানা চিতা মৈ চুরে। রক্ষপুরোহিতনা মন্ত্র থীরকলে। প্রমীলানা ঈরুমাইথজরগা মতারোইশিংদগী বিদায় লৌরগা অসিগুম্বা চাকলিবা চিতা অসিগী মথক্তা কাথৎখরে। জয়ধ্বনিগা মাংলে হায়বা মীকপখোনগা তিনশিন্নখিদ্রুনা ওস্তোকপা নিনখোংবা অমা থোকখি। রাবণনা কয়াগী মতিক কপখি। কৈলাসতা মহাদেবনা খংহৌদনা শাওদোরকখি। মতম অত্থুদা পার্ব্বতীনা থেমজিনখি। শিবগী য়াথংদগী অগ্নিদেবনা মেঘনাদ অমদি প্রমীলাগী আত্মাবু সনাগী দোলাইদা থাঙ্গৎলগা শিবধামদা পুত্থনা চৎখি। মতুংদা হিংচাবশিংনা শঙ্গোমতনা হৈত্থনা চিতাগী মৈ মুৎথংখি অমসুং খিন্দনা মফম অসিদা সনাগী মঠ শারগা স্নানচিংবা তৌরগা লঙ্কাকোম্নুং তম্লা পুম্নমক চংশিনখি। নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা লঙ্কানা অপ্পাবগী ঈপাক্তা লুপখি।

# মেঘনাদবধ-কাব্য।

## অহানবা সর্গ

মাইয়োক্ক' লান্দা তুহ্না অকনশিংগী কোক্কীয়াই
বীরবাহু, যমগীপুং, খোংদোই মাগী হুনখ্রবা
মন্নুং মতম চাদনা, তাকপিসিনে হে দেবি,
খোনফম খোইহিনরিবী, অথৌ কল্ল' কনাদা
লাঞ্জিং পুরেন ফমগাহন, হুইয়েল্লাম্ফম' থাখিবা,
হন্না রক্ষে লনঙইবা রাঘবগী য়েক্লবা?
করি লোশিং লৌমান্না, রক্ষ' পুক্লিং লুম্নঙাই
ইন্দ্র ঙম্বা মেঘনাদ তাইবং লাম্বা তাংলবা—
উর্ম্মিলাগী মবুংঙো মানা য়াইবী লৌহুনা
ইন্দ্র মাগী নিকচবা তন্না কোকহনখিবনো?
নোঙ্গৈ নখোং থম্বালদা, থম্মোই য়োনা ফত্রবা

---

রক্ষ—হিংচাবা; উর্ম্মিলাগী মবুংঙো—লক্ষ্মণ।

মাইয়োক্ক' লান্দা……রাঘবগী য়েক্লবা—মমাংদা থোকখিবা ৱারীপূম্বগী মতেংনা মতুংদা পাঠকশিংদা মমাংগী ৱাফম থৱা নিংশিংনা হায়রবনা মরুনি।

বীরবাহু—রাবণগী মচানি।

খোম্ফম খোইহিনরিবী—হে দেবি সরস্বতি। কবি মিল্টন্না Paradise Lost লেংবা মতমদা Muse বু খুরুম্মী, মহুগী মতৌ তম্বনি।

ঐনা, কৌজৈ হন্নদি, পাম্বোম * পশোংনরিবী
নংবু পলেম ভারতি ! † ফম্বিরো ইমা মতৌগুম
বাল্মীকিগী নৈতোন্দা ( থম্বাল ফম্ফম্লাংগুম্না )
মতাং অদো থৌরক্লেন, শুক্রবদি উমংদা,
উরোক লাবা অমোম্না অপাম চিল্লোক্লরিঙৈ
নিষাদ্ মানা লাবক্সু য়াইবী থরাই লৌঙৈদা,
অত্থুগুম্না নচাবু লাকলো লনকুবিররো ।
নয়াই নংগী লমথোক্তবী নতিক নংগী অহকপী

ফম্বিরো ইমা মতৌগুম……মূল রামায়ণদা ইরি ;

মতম অমদা বাল্মীকিনা স্নান তৌগে হায়না মাগী থাংপোক্তগী থোরক্লম্মী, মতম অত্থদা ব্যাধ অমনা মাগী মমাংদা অপাম ঈকা-ননা শান্নজরিবা উরোক লাবা অমবু তেন্না পাক্লগা হাংলে । মগাক্লা কাইন-মৈশা লাংলবী উরোক অমোম অত্থগী অহাবক্তু উবদা অসুম হায়না ব্যাধ অত্থবু শাপ তৌপি :—

"মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ ।
যৎ ক্রৌঞ্চ মিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্ ॥"

ফত্রবা নিষাদ ( ব্যাধ ) নংনা মরম নৈতনা কামনা ময়াই কারিবা উরোক মতৈ মনাও অনিগী মরক্তগী লাববু হাৎপিরে মরম অসিনা পৃথিবী অসিদা কদৌঙৈদা নংনা মুংঙাইবা ফংলগনু । মুঙাইতব মৈশা লাংক্তুনা বাল্মীকিগী মচিন্দগী অসিগুম্বা ছন্দবদ্ধ বাক্যবু হায়দোকখ্রে । মসিমক ইহান হানবা কবিতানি, মফম অসিদা কবিনা ( মাইকেলনা ) সরস্বতীগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরিবনা, ব্যাধগী মফমদা শাণ্ডুনা চৈবদা বাল্মীকিগী নৈয়েংদা ফম্বীথিবা অত্থগুম্না মাগী মফমদসু থৌজানবিয়ু । কাব্য অসিগী মন্নুংদা অয়াম্বা মফমদি বাল্মীকি রামায়ণগী মপান তাংক্তুনা ইবনি, মরম অসিনা কবিনা ব্যাল্মীকিগী ভারতিবু নিঙজরিবনি ।

* পশোংনরিবী—ঙৌরোক ঙৌরিবী । † ফম্বিরো=ফম্বিরো লাউ ।

কনানবু থংঙমনি তাইবং মালংপানসিদা ?
মীরক্তগী তোল্লবা, মীহিংচাদি মীতম্বাল
হুরানচিম্বিবতনা তিল্লাং মাগী মখোয়্-তা,
ইমা নংনা লনকুবী থৌজাল মিংকমত্নদগী
অশিববু জয় তৌরে, শি' নাইদবা শিব-শুম !
থৌজাল হৈবী হা পলেম ! নংগী বর ফংহুনা
মীপোৎ হুবা রত্নাকর, কবি কাব্যগী রত্নখোঙ্
পলেম নংনা শোকপদা, হুগী তলা পামেনবু
চন্দন পাম্বী ওইনদি তন্না হেক্তা মরেপ্পী।
মাংলে, পলেম পূণ্যদো ননাই ওইবৈ লৈত্রনে ?
অহুম ওইনা অহুম্বা তুফরুবা পারী-লক
পংজবনে থোইনবু, পলেম ওইবী, নুংশিবী
মাবুদধু থোইনহেন, চানবিবদাই, য়েহ্লোইঙে !
'হুনা খোংদোইবিরক্লো, থৌজাহৈলবী য়ৌরক্লো
বিশ্বরমে ! শকচগে, বীর-রসতা তাউজনা
শক্কে ইমা মহাগীত ; লেংশিল্লকলো ননাইদা
থৌজাল মিংয়েং তাবিরো নক্কম থুপচ' পীনৌনে।
নংবু লাওনে হে দেবি, মহাক্লিদো থুমহনবী
কবিগীদি কল্পনা। কবি-থম্মোই লৈকোনগী
লৈরাং লৈহি লৌরগা শেম্বীয়ুনে ইমানা
থোইরাবুদি নিংথিবা, গৌড়শিংনা পেন্নদি

শি' নাইদবা শিবশুম—অশিববু জয় তৌবা শিব লৈত্রবা মহাদেবশুম।

হরাওজনা থরুবা খোইহৌতুবু তত্তুনা ।
সনা ভাংবল ফম্বাল্লাং দশাননদি অকনবা
সনাই লুহুপ কোক্ক-ভান, লোইবাচা দোল্লগুম্না
মত্তিক মঙান ঙল্লদি ! পাত্র মিত্র চাম্ম-চাম্ম
সভাসদ্‌তি অপুম্বা, ফমলি মাইকৈ মরি-চোন,
লৈদ ঙম্না মরুলুক । মুংঙৌ চনবা মাসেমদো
থোইনা হেন্না নিংথিরি; রত্ন কোঙ্গোন থিনবনা
মানস কৌবা পুখ্রিদা লৈরাং থম্পাল মচাকনা
ফুগাইনা শাংপা পান্দম্নি । অঙৌ মঙাং মেমাবা,
শংবান্নবা য়ুম্বীশিং — পরেং পরেং য়ুমুনা
পুরি, সনাই য়ুমথক্তো, ফণীন্দ্রনা হন্দুনা
মতোক লিশিং' মহাক্কী, মালেম মাবু পুজবা
মতৌ অতু মমাল্লি । কুম্মৈ শমলেন শংগুংদা
তলা উনা অনৌবা য়াম্থবগুম নিংথিনা,
য়াম্থরিনে ইলং-লং, নিংথিজবা ঝলরদা
পদ্মরাগ মরকত, হীরামণি মুকুতা
ইরং ইরং তোইনবু মঙান খোইরুম্নজরি
মিকুপ মিকুপ থুদিংদা মিৎয়েং তথকহন্দুনা ।
মিংতা নাতা নিংথিবী মুজা ওইবী ফজবী
মাইথোং থাজ মাল্লিবী হেরা থম্মৌ পাম্মোম্না
চামর মাদি চুম-জুম্বা তপ্না তপ্না হুমজরি ।

ফণীন্দ্রনা—অনন্তনা,

ছেকপিন খানবা মনাইদো তম্ব-মাদি ফজবা
আহা-লাইমা মনিংথি ! হরৈ অশাও খাম্বী-লুং
তাঙ্গোইবুদি তাহৌদা কামদেব মহাক্না
ছেকপিন খানবা শাহ্ননা সভায়াইদা লেপচগুম
থোঙগাকপদো মশকফম য়েংবদবু কীরবা,
পাণ্ডব লান্সং থোংজিনগী ত্রিশূল শূবা রুদ্রগুম।
তপুক্লদি হাদনা লৈনম মাবু পুরিদো,
লোইনাইদ্রবা বসন্তে মালং খমগোল নামিবা,
শান্ন' শান্ন' লাকপনি, লৈনম লাইমা সুংশিরে।
থোইনা পুক্লিং হুরেনে, বাঁশরীগী ক্লুংশিবা
খোন্থাং ঈপোম মতৌগুম বৃন্দাবনগী উমংদা।
লাম্বা ঙমদাই চাবরা, দানব্পতি হে-ময়,
মণি ফীবুং ওই'সভা ইন্দ্রপ্রস্থ মপুংয়াই
নথুংমক্না শারম্বা লৈপাক পুক্লিং হু-নবা ?
'সুম্ব সভাদা ঙাম্থোইরে রক্ষঃশাগৈ মবুংঙো,
মচা-শেংন' মৈন-ল্লাই, রাগী মচেং ঙাদবা!
পিরাং চহুম চহুম তাই অতৎ-অখম লৈতনা—
চরৈ ফীবুম চোংহল্লন্না, তলা পামেন নাপুংবা
নিক্ল তুমিন থাংজগুম তেল্লাং চৈথেং পীবদা,
রক্ষঃ নিংথৌ কপচরি তুমিন 'হুম্না মরন্নাই।
উক্লুন্নদি ইল্লাও-ল্লাও, ঈনা পুমচোৎ চোৎলবা,

ভগদত্ত=লানফমগী কাইন্নুনা চেল্লকপা ভূপ ; হরৈ=হরগী, মহাদেবগী।

মথুং মাগী নোঙ্গ-লোন, লেপ্নি মাংদা ভগ্নদূত।
বীরবাহু মাগদি চাম চাম যোদ্ধাগা—
হুইয়েন লানগী ঈরক্তা তাউরু-মুংগী মঙ্গুংদৈ
মথন্দবু হিংহৌবা অথোইবদি মহাবীর;
মাংনৈ 'তুগুম ঈথক্লা খ্বাইবু য়োংকে তৌবকাল
শমু মাগী প্যাঙ্গল-থেক ঙাকচখিবা রক্ষশিং—
মকরাক্ষ কৌরবা, মতিক্ক যক্ষ পতিনি।
দূতসি চিন্দৈ মপারী নোঙ্গাখরে তাবদা
"মাংলে," অন্না চৈহক্লি ঙসি নিকষাগী মপারী।
সভাচুম্বু রাজরি নিংথৌ অন্না' চৈহক্তা।
মমখরেদো মালংপান, নোংদোক্তিয়া মকোইশিন
নোংলেন মানা কুপ্পগুম। ঙাহাক পুঙ্গোই লৈরগা
লৌশিং পরিং লাক্তুনা অন্না' শোর ফুইন-হোন,
মতেক ওইবা মপাওনা মেল্লকইদো দশানন :—
"অহিং মঙ্লান পান্দমগুম নপাও নংগী তারেনে,
করি হায়বা হে দূত! লৈরি' লাইয়াম পুম্ববু
মপাম্বোম্না নিকহনবা, অচুগুম্বা লী-শুবা

রক্ষা করিলে রাক্ষসে—

নাম মকরাক্ষ রণে যক্ষপতি অসুম্না—

মতিক্ক যক্ষপতিনি — যক্ষপতিদি মতিক্তা অচুক ম্নান্না পংঙ্গাও-কাওবদি নত্তে মধুসূদন দত্তনা অনুপ্রাস শেম্নবগীদমক রক্ষা রাক্ষস মকরাক্ষ যক্ষপতি অসুম্না শকশিনবনি; যক্ষপতিদি কুবেরনি।

চাক্লিবদি রাঘবনা হাংখ্রবকো লানফমদা ?
লৈব্রাং লৈনা অনৌ'না তনা তেরা মপান্বী
ঙন্না চাওবা পামেন-উ ককথংখ্রবা বিধাতা ?
পারী বীর বাহু-ও অথৌশিংগী কোক্কী য়াই ।
করি লংজ' লাংজমন মাংবা নংগুম ফীজিলন ?
নোংদম্ব-ও পুকফত্ত, ঐগী লংজ' করি-উ
নংগুম লনবু হুবিবা' মাংলে ঐদি কমদোনা
থাংহুনবু- লৈগনি ? ঙাকপিগনি কনানা
চাওর' শাগৈ সন্মান্দি মাঙ-তাক্র লানফমদা ?
শুক্ল' উকোন্নুংহুদৈ উশা পুন্মা হান্ননা
তলা শিংজ্জা লাংবনা ঙন্না তেংনা থারগা,
মমৈদদি মমৈদা তলা মউ য়াম্বুগুম,
ওম্বোকপনি নোংদম্বা, য়েক্লবশিং ফল্লবা,
অহুগুন্না য়েংবিয়ু ঐগী শাম ইপাঙ্গন
অস্তুম অস্তুম শোহ্লল্লে ! ঐগী কাংথুল মুংলনি
মাগী তেল্লাং তেনজিন্দা। নল্লদবু করিগী
শূলী শুবা শম্ভুগুম' কুম্ভকর্ণ ইশানৌ

---

লৈরাং লৈনা অনৌ'না ...... ঙন্না চাওবা পামেল-উ...
—উপমাসিমক, মাইকেলগী প্রতিভাগী মক্ক অহুগী হোৎমদি : —
'ধ্রুবং, স নীলোৎপলপত্র ধারয়া
শমিলতা, ছেত্তুং ঋষির্ব্যবস্যতি'—
অভিজ্ঞান শকুন্তলম্

য়াইবী থব়াই মাংখিদ্রাও লায়না তোম্ভেরুহুনা
মতম চাঁদনা ইরান্না ? শাদ-লান্দ অথৌশিং—
রক্ষ শাগৈ কল্ল'শিং ? ওঃ শূপর্ণখা কৌবিও,
করম ফত্র ক্ষেনদোংদা কাল-পঞ্চবতীদা,
তোললবীবু নহাকনা কালকুটতি হু-পুবা
তাংজ লীনসি উরুবা ? করম' ফত্র ক্ষেন্দোংদা
নংণী অব়া উরুঙৈ, খাম্বী মৈরিগুম্নবী
জানকীবু পুরকপা সনা লৈকোইপুংসিদা ?
ওস্থোকপনি ! পামজরে, সনা লঙ্কা তুংদা-থম,
মীচিক মীখোল তাত্রবা, শুক্লবদি উন্নুং-চং
পুক্লিং খাম্বী অকনবা মৈমুৎনবা লৈরুবা।
শিঙেঙল লৈরাং মথন্না লৈথেৎ চানা লৈতেংবা,
ঙাল্ল' থাংমৈ পরেংনা লংল' নাট্য শালাগুম
নিংথিরমবা ঐহাককী সনা লঙ্কা কোনুংনি !
হৌজিকসিদা ওস্থোকই মথং মথং কংখরে,
লৈরাংশিংদো নিংথিবা, মুৎখ্রে, থাংমৈ ঙাল্লম্বা;
লৈখে তুমিন রবাব্ বীণা, মুরজদি মুরল্লী;
অত্থুগবু করিগী ঐনা সিদা পন্থনি ?
হায়য়ু কনা পাম্ব-লৈ শুরু' মম'দা লৈনিংবা"
মতৌস্লুম্না তেংথাখি রক্ষঃ নিংথৌ অথোইবা;
ওস্থোপগী মতৌনি, হস্তিনাগী অন্ধরাজ,

হুপুবা—শ্রীরাম্বুনি।

সঞ্জয় মাগী মচিন্দৈ পাম্বোম য়োংশুক পান্দম্বা
ভীমসেনগী চৈফুদা মপারীশিং মুংশিবা
কুরুক্ষেত্র লানবুংদা তুমথি তা'দা তেংথাগুম।
মতুং তাবা মতাংদা সারণ কৌবা লৌশিংবা
( অথোই' মন্ত্রি হ্না-ঙম্বা ) মখুৎ মাগী লোন্নজ'
চিঙ্গোই পাওমেনজরকই নোঞ্জবদি মতৌদা,—
"নিংথৌরেল-ও য়াইফবা মালেম্নুংদা মিংনাইবা
রক্ষ শাগৈ কোক্কীয়াই, অয়োন-অরান ঙাকপীনি
ননাই ওইবা ঐহাকপু! মতিক মঙন কনাইনো
নক্কম পাওতাক পীদোবা ঙসি মালংপানসিদা?
অহুম ওইনা লৈমাবা সনা বুদ্ধি তৌবিনি
রাখল লৈচং তাবিনি; লৈচিন্নোংথোং খেৎ-ব্রাংবা
লোইবী চীংদোন অচোবা থকী তেন্না থাবদা
উফুল লৈরিক তাবস্থু, মালেম নিক্কে কদৌঙৈ।
থোইদোকপনা মায়ানি, অরা'-মুংঙাই অরেম্বা,
পংজ' লাংলম মতাংতা খুজুং ইনবা অপং'নি"
মতুং পাওখুম পীরকই সনা লঙ্কাই মবুংঙো,—
"অরেপ্পনি নপাওদো, মন্ত্রিলক্কে লুচিংবা,
সারণ! খংঙি ঐস্থুকো, তাইবং মালং পাল্লিদি
মায়ামক্কি, কান্নদে, অরা' মুংঙাই' অপুমবা
'হুবু খংন-তানমক কপচৈ থম্মোই অপংবা।
থম্মোই খোক্রেল্লিদবু তোমথিঙ্গাৎপা লৈরাংদো

মুংশি' হৈত্র' কালতুনা শেগাইবিরে শিংনা-শা,
রাজগনবা থম্মোইসে থম্বাল কেনখ্র' লৈখোক্লা
লাইজ' ঈয়াই তরক্কুম, অরা' ঈপাক তাউবদি
মশিন করি ওইদনি, শোয়দবনি শোয়দবা।"
স্তুম্না চিঙ্গোই মেল্লগা দূতপু চিংনা য়েংতুনা
সনা য়াথং তাওথৈনে—"হায়য়ু দূত-ও করমনা
লানফমদবু তুখিবা লাইয়ামক্লা কীনবা
বীর বাহু অকনবা পারী ঐগী অথোবা?"
রাজেন্দ্রগী মখোং-খা মখুৎ অনি লোন্নজ—
মেঞ্জরকই ভগ্নদূত,—"লঙ্কাপতি ওস্তোকই,
করম তৌনা পাওদমনি ভক্ত' রাফম ননাইনা
কম্না লীনি মপাওদো বীর বাহু কৌবগী
মতিক থৌদাং অচৌবা লীরম লীখুন চিন্থদা?
শামু লমশা অচৌবা ময়া থম্বৌ মাল্লবা
মৌবী তোমশংবন্নুংদা চংনা নৈহৎপিগুমনা
তেল্লাং লীকাপ হৈবদো য়েরু' পন্নুং চংশিনখি
শামু লমশা পান্দম্লাক! হৌজিকমকস্থু নিকচরি
থম্মোই ঐগী থক-থক্লা মাগী লাল্লাও অথুকপা।
রক্ষঃপতি তাজরে, নোঙ্খাক-নোংঙ্খোং অহৌবা
ঈথক ঈখোন, সিংহনাদ; উরে থক্কী তেল্লাংগী
মঙাল সিংপু থকপনা নোংদোন শরা শনবদি;
উজ্রি তাজ্রি কদৌওে মরোল অহুমসিদবু,

লীরি লীখোন অয়াকপা থম্মোই থুক্লা কীজবা
অকনবশিং তুংইল্লি বীরবাহু-তুং লাম্ফমদা
শামু শল্লুপ পুবগী তুংইঙ্গবা পান্দমনি।
মা:লম্নৈরিক উফুন্দো নোংদোন শুক্ল মমখিদো,
শাওনা নোংদোন মগুম্মী মথিনহৌবা-নোংনবু ;
নোংথাংলৈমা কুপ্পগুম শৎ-শৎ লাওবা তেন্নদি
অতিয়াগী মকোইদা লংবা মিংসি থকখরে!
থাগৎনিংডি মইহদো অকন' বীরবাহুগী—
অশি' থেংজিন থাখিবা য়েক্লৈ মশীং থীঙমদে!
সুম্না য়েক্ল' পন্নংদা পারী নংগী লাম্লেংনৈ—
খোংমী মাগী পুতুনা লাম্মী মাগী লোইননা,
তাবীয়ুনে লৈমাবা! থরৈ মতুং তাবদা
চংশিললকলে লানবুংদা নরেন্দ্রদি রাঘব!
সনাই লুহুপ লুরেন-হেন, চীংশাগুম্ব। লীরুং-শূ,
নোংদোন চুমথাং খানবগুম রত্ন কয়া থাম্বনি,"
অসি হায়র' সরম্নাই তুমিন কপখি ভগ্নদূত।
মমাং রাখল থল্লুবা—পিরাং নৌবা পান্দম্নাক!
লৈরি' সভাসদ্‌শিংসু মকা ফোংদনা কপ্পখ্রে।
মিৎলু লাইজ'তরং হৌ হম্না হংখি দশানন,
মন্দোদরীগী মথংলেন,— "হায়য়ু তম্মু ভগ্নদূত,
হায়য়ু তাগে ঐহাকনা, দশাননগী মপারী
লান্দা থৌবা মহাকপু কম্না য়াইবী লোখিবা

দশরথকী মচানা তম্মু চিথগম্মুদো ?”
“কুম্মো মাংলে ইবুংঙো,” অমুক হৌজে ভগ্নদূত,
“রক্ষঃ শাগৈ লনওইবা, ননাইনা করম লিশিবা;
করম তাবিগদৌবা থম্মোই কাইবা রাক্ষসে ?
মমিৎ ঈখেং ঈহৌনা চৌর' য়ারেল ক্রক্তিচিক
অশাও থিম্মন হৌত্নুনা শারে ম্নোংশা শানিংথৌ
কাওরেল্ল শারাক তম্বগুম কল্ল' লানবুং মগুংদা
মাইকৈ মরিমক্তদি ভুইয়েল্লাম্ভোং কনশিল্লে,
রাইর' শাথোং কুংলকলে মালংবগা থেংনবা
লাইজ' ঈপাক সমক্রুই ঈনিন পান্দম্নাক্লকলে।
মৈরিগুম্বা কবাকথাং, মৈখু পান্দম্নাক্লবা
চুংলেন শাদোন মরক্তা ইবুং ইরং লুংলক্লে।
মোইবুং পরেং থিঙ্গাম্না ঈরাওখোনগী পান্দম্নি।
করি অমুক হায়নি, দেব ! মমাংগীদি লংজ'না
ইদোম হিংজরক-এ-ঐ ! ওম্মোকপনি নোংদম্বা,
করি ইপাপ লংবনা মৈচাকুসিবু ইকাদা-
ওসি নংনা পীবিবা ? করি য়াহিপচদবা
তেল্লাং ফম্মুং মথক্তা, মুনা লঙ্কাই লৈতেংওই,
বীর বাহুগা লানবুংদা ? অহুম ওইনা ইনিংথৌ
নন্নাই ঈরান নচচদে। থবক তোংলম হোগাইবা
খেক্তবগী চৈথাসি, সনা মিংয়েং তারিসি
মিংয়েং ভাবিরগনে, খংবিলিদো নিংথিনা

লঙ্কাগীদি মবুংঙো নম্নোন্দা চৈকম লৈজদে”
অসি হায়রা হিংচাবা থম্মোই মথিন হোজনা
ঋাহৈ মমৈ লোমথরে মপি লিপৎ পিরাং-হো।
অরা’ মুংঙাই-পুংয়ান-পু লঙ্কাপতি মতুং-তা—
সুম্না মতুং তারকই,-“থাগৎনিংঙি নপাও দুত !
নপাও খোন্সি তাবদা, কনাগীবুদি মথম্মোই
লানদুংদবু লাঙ্গংবা পাম্নোইদব য়াওগনি !
ডমরু খোঞ্জেল তাবদা তাংজ লৌনদি অমুবা,
কদৌঙৈদা তঙ্গানা মখুম্নুংদা লৈথোকচৈ ?
য়াইকৈ লঙ্কা লৈময়োল অকন’ পারী শাংচবী !
চংলো চৎসি খুাই হোসি, য়েংলুসিনে সভাসদ্,
কম্না হুয়েল্লাম্বু’য়াই অকনশিংগী কোক্টায়াই,
বীর বাহু ইচানা তুবা য়েংসি চংসিনে।”
রক্ষঃ পতি কাখৎলে দোলান মথোন থক্কবু,
সনাই চীংদি-উদয়া দিন মণি অঙ্গানবৈ
মঙান পরেংগুম্নদি। মাইকৈ মরি নিংথিরি
সনাগীদি দলাননা লুহুপনবী লঙ্কাগী—
পুক্লিংহুবা কোন্নুংদো—সনাই দোলান মথোম্না
পরেং পরেং লৈবগী লৈকোনগীদি ময়াইদো,

---

নম্নোন্দা চৈকম লৈজদে—মসিগী ভাবত্তি মাইয়োক্কনা লান শোক্কজ ; মরম অসিনা মাংলোমদা খুৎলাই মকম লৈজ ; তুং ওথোক্কনা চেক্কদে, মরম অতনা নঙ্গন্দা খুৎলাই মকম লৈজদে। অরা’-মুংঙাই পুংয়ান-পু—অরা’ মুংঙাই মাম্না।

থম্বাল লৈগী তুংফমশিং থরো থম্বাল শাৎলিনে,
ঈশিং চাইবী নিংথিরি; উগী পরেং, লৈরাংশিং,
য়েংদা পেল্লি মুক্তাগুম, হীরামতোল থান্নবা
পুক্নিং হুবা দেবালয়; মচু মখল মথেননা
লৈতেংবদি দোকানশিং, রত্ন কয়ানা থল্লবা;
তাইবং পুম্বা পুন্ন-হৌ' লনগী মখল কয়া-পু
সনা লঙ্কা নিংথিবী; পূজাই পোচং শুনা-লাং
নখোংখাদা কৎল'গুম. লাইমবুদি নিংথিরে.,
নংবু পামনৈ জগৎনা, নু'ঙাই পু'নি নহাক্কি।
সনা মিৎয়েং শানখৈরি হিংগাবগী মবুংতো,
ঙম্না রাংবা চেকপন্নি— চৌংগুম্নদি লেংদ্রবা
অতুগীদি মথকতা মতিকনা ময়াই কারবা,
খুৎলাই কয়া পাইবশিং শস্ত্রি কৌইনা চৎলিনে
নিংথৌগীদি স্ন-খোং থোংজাও মরি অতুদি
পৌরোন পোমাই তুরিবা' বৈদেহীবু হুঙম্ব
মিৎয়েংবুদি শানখৈরি; মিৎশেংখাংলি অতুদা,
মশীং থিঙমদরবা দোলাই, রথী, খোংমীদি
শগোল শামুশিংনবু। মিৎয়েং তাথি নিংথৌনা
সনা কোন্নুং পনবান্দা, য়েরুবগী মরুপতো
লৈভোই শেক্তা পৈবগুম সমুদ্রগী খোংবান্দা,
নোংদোম্নোংথক হেল্লিবা থরান্নীচাক মপৈগুম।

থম্বাল লৈগী তুংকমশিং—পুখ্রিশিং। শানথৈরি—য়েংলি।

থানা পুরি নোংপোক-থোঙ্ লাক্ল'রাবা লান্দদি
নীলবীর অথৌবা ; মথা থংবা থোঙ্দনা
অঙ্গদনি, লাঙ্গোইদি, শামুমচা পান্দম্বা
নৌনা শাম্ কল্লকপা ; পান্দম অমা পল্লগা
তাংজ মাদি হুপ্পুবা তাংজ' ময়েক নাইরবা
থাবা উল্লেন থকখ্রু-তুং তোকলেন মাগী ফন্দুনা
ত্রিশূলগুম্বা মরৈ-তম, কোইনা চৎপা পান্দগনি।
অরাং থোঙদা সুগ্রীব য়োংগী নিংথৌ মামকনি,
নোংশালক্কে অথোইবা। দাশরথিনা মনিংথোঙ্,
ওন্থোকপনি মকথরে মাইথোং অদো হোজিক্তি
সীতা কাইন-মৈন-কা, থরো কাইন-থাজগুম !
মনাও লক্ষ্মণ লোইনরি, নুংশিৎ পারী হনুমান,
চান্নথোইবা বিভীষণ। পল্লোন চাম থোক্লদি
কোইখ্রে য়েক্লশিংনবু সনা লঙ্কা কোন্নুংদো,
শুক্লবদি উন্নুংদা শাদান মপৈ হৌত্নুনা,
কৈককক্লৈরাং কোইথ্রবী শারেন্নোংশা অনোমগুম—
ঙক্ল মিৎপু শুক্লংপী ; চণ্ডীনগুম পাঙ্গনবী !
লাপ্প্রে উরে লানবুংদো রক্ষঃপতি অথোইবা।
লাংজা, লমহুই, তাওবা হুই, পিশাচগী মরুপ্পা
লওন-খোংন চৎলিনে। পাইব-তেংব কয়ানি ;
চিক্লরিম্নু কোঙ্গাইনি, শাদোন খপ্পা কনানা
ফুরা তাল্লি লাপ্পবু শামুন্নবা মতাংদা।

কনানদি ভংনে-লাও হয়াও মথোই কাহুনা
অরাম মাগী মৈমুৎলি, ঈখেং কনা মথকই।
শামু শন্নুপ তুরিনে, শকক্ষম মাগী কীরবা,
খোংজেন কন্বা শগোলশিং খুরুপ লেপ্লে লৈতরে,
হৌজিক্নিদা মাংলেদো; দোলাই মতেক খিভমদে,
মাহুত, রথী, খোংমীদি, থাং-শু'-তা-শু' ওল্লিনে
লানবুংদবু পুল্লপনা। রাক্ফক ফুরিৎ নিংথিরি;
চুঙ্গোইথাং লীরুং-তেন, তেন্দোংশিংদি অরাম্বাঙ্ট,
তেস্তেক, য়োংশুক, শিংজংনা মফম মফম চবুল্লি
মণি ফিভম ওইরবা কোক্কী লৈতেং কিরীট,
অকনশিংগী ফীজেৎনি, মঙান থোইনা চাওজরি।
ওল্লি যন্ত্র খোংশিংদো যন্ত্র মপৈ মরক্কা!
সনাই ফীরান খুৎতা পাই, চৈথা অহক চাবদা
তুরি ফীরাল পাইজশিং! মাংলে অল্লাবনিনে
খোইঙাং শাবা ফোবানবু পোইনুচবী থাজমুং
লৌথাওরগা লৌমীনা লোবুক লময়াই মতা-ক'
খুদাপ কাইরং থন্বশুম—হিংচাবগী মরুপতো
তুরি তুমিন তুমিল্ল, অঙান' শাগৈ অঙানবা
কল্ল' রাঘব তেন্দদি! বীরবাহু—তুরিনে,
য়েক্রশিংবু ননথাইনা, তুরম্মীনে মতৌশুম—
হিড়িম্বানা নাওয়োকপা ঘটোৎকচ গরুড়,

ঘটোৎকচ গরুড়—গরুড়শুমগা মান্ননা কনবা ঘটোৎকচ।

তাংজ’ মাদি অমুবা মরুম চাথোকপিখ্রবা !
অরাই নুংশিং অকনবা সভাদুদা শিংলকলে
ফজবীশিং চেংলৌনা মাইকৈ মরি লংলকলি
নোংথাংগুম্না ভান্দুনা, ফারি’ শন্নাং নোংওইরে ;
ফুইনা হোনবা নিংশানা প্রলয় নুংশিৎ পান্দম্মি ;
শিন্থরকপা পীরাংনা ইঙা নোংজু মানথরে ;
মাংলে লাওবা, কুমগা নোংখোং মানবনি ।
ঙকখ্রে লঙ্কাই মবুংঙো সনা তাংবন থক্তুদি !
চামর লাখ্না লংথোক্লে, মিৎলু পীন্নাং ইচোৎ-চোৎ
চামরবু হুমজবী ; ছত্র পাইবা কপচরে
ছত্র খুইত্তু থাদোকনা ;রানা শাওনা, থোঙশংবা
শৎখি থাংশাং থাংখুমদৈ অকী শকফম ওইরবা ;
পাত্র, মিত্র সভাসদ্ পুন্নমক্তো তপথদ্রে,
খ্বাইগী কপ্পা খোঞ্জেল্না ইনিন হেক্তা নিল্লকলে ।
রাংলেন মিৎকুপ খরৈ-তুং তথকপদি খোম্থাংদ্না
হায়খি রাণী নিংথিবী চিত্রাঙ্গাদা সতীনা
রাবণ নিংথৌ চিংন-য়েং ;—“রত্ন অমা ইকাদা
নোংদম্বনা পীবিনে ঐবু থৌজানবিদুনা ;
নুজা পাঙ্গন শোনবীনা শিন্নজৈনে মতুধু

রত্ন অমা ইকাদা—চিত্রাঙ্গদাগী ভেংথাবসিগী ঐশ্বর্য্য অমদি মতিক পুম্বা লোইশিল্লকুবা মতাংনি অদুবু মধুসূদনন্না বীররসনা মপুং ওইবা মহাকাব্য অমা শেম্নবগীদমক মফম অসিদদা অহানবা অকনবা চৈথেং পিরি ।

ঙাপীনবা নফমদা ; রক্ষ শাগৈ’ হে মণি,
তলা পামেল উথুং-মুং থমজবগুম চেক্লা-চা
চেক্লা অমোম ওইবীনা। হায়বিয়ুনে লঙ্কানাথ
কৈদা থম্বীখু অতুবু ? কৈদা মুজাই ফীজিলন ?
কৈদা ঐগী রত্নদো মমল লেপঙমদরবা ?
লাইরবৈ লনবু ঙাকপদি রাজধর্ম্ম নত্তরা ;
নংনি রাজ কুলেশ্বর ; করম থম্বী তাকপিরো,
নিংথৌরেলও ইরন্দো ? লাইরবীনি ঐহাক্তি !
পাওখুম্মকউ মতুংদা দশাননদি অকনবা
’তুম্বা অরেম-অরা’দো করি পীরি চান্নবী !
গ্রহে দোষ লৈবদা কনানা চৈনৈ নিংথিবী !
মাংলে ওন্থোকপনিনে, নোংদমখোন্দো হে দেবি,
খাংলি ঐস্সু—রান-রা ! অকনশিংবু পোকচবী
সনা লঙ্কা লৈময়োন, য়েংঙু অসে হৌজিকসে,
অকন লৈত্রে থংবরা ; ওলাংথাগী ওমচাক্কাল
হৈরাং পানদ্র’ হৈকোন্নি, লাইজ’ কংল’ তুরেন্নি।
শবৌ কৌবা শানদি পান-না নারক নারাইবা
মনা ঙল্লা শেগাইগুম, দশরথকী পারীনা
সনা লঙ্কা নৈহংলে। মশানবু য়ানদি
লাইজ তরং সমদ্রু মখোং য়োহিলং চঞ্জরে।

---

গ্রহে দোষ লৈবদা······নিংথিবী। —রাবণনা মশানা শেমজবা মরানবু হন্দোক্লগা মরাঙৈবকী নোংদমনি হায়না হাঙৈজল্লি। পান-না—পানমনা।

নপারীবু অমত্তে কপলি—ৱারী মুজা-নং,
পারী চাম্মে-চাক্লিনে অহিং-মুংথিল তনিদা !
উকোম্ন্ংদা মালংবা শউম কনবা হে দেবি
তেরাই লক্োই কাইবনে, মালং মাগী শকুদা
তেরা মকোল পাইথোকই, চাওরা শাগে 'সিগী
লুচিংবদি হিংচা'শিং তুরে মতৌ অতুমনা,
কালবু ওইবা লালসিদা নোংদম্বও মহাকনা
মথুৎ অনি শল্লেনে ঐগী লঙ্কা মাংনবা
হায়রবনি ৱাফমসে মীনমদনা নকাদা।"
ৱাঙাংখিদ্রে রক্ষনাথ ; ৱাবনদি মরু-লুক
থাজ মাইথোং ওনজবী চিত্রাঙ্গদা ফজবী
গন্ধর্ব্বগী মমোয়্লোই, কপখি খল্লু' খল্লুবা।
ওন্থোকপনি ৱাখরে। হন্না মপাও মেল্লকই,
দাশরথিই য়েক্লবা—"স্নুম্না তেংথা নাওইবা
নংগী ফজফমবুদি দেবি করি ওইরিবা ?
ইমা লৈপাক্কী য়েক্লবা লানফমদবু হাংলম্ল'
পারী নংগী অকনবা স্বর্গপুর তমথরে ;
অকন পোকপী নহাক্লি ; অকন থৌদাং য়াবদা

ইমা লৈবাক্কী য়েক্লবা……মতিক চারবা—ৱাবণগী অসিগুম্বা মপাও অসিদগী হংবা ওম্বদি, মানা ক্ষত্রি ধর্ম্মবু দাবী তৌরি। মথোয় অসি হিংচাবমক ওইরবস্মু করিনা মহাকপু আর্য্য ওইবগী মতিক চাবনি খন্দুনা মতৌ অসুম্না মাগী চরিত্রবু শেম্বনি

থৱাই থাখিবা নচাগী কপ্পবু মতিক চাবরা ?
শাগৈ অসে ঐগীদি খংঙো ঙসি লংলেনে
নপারী মতিক থৌনাদা, অত্থগবু করিগী
মুজা অত্থম কপহৌবা, থাজ মানবী নংবুনে
পীরাং অত্থম করিগী হৌরি মিৎম্না অনিদা
মতুংতাবা পাওখুমজৈ মিৎম্না মতৌ লৈজবী
চিত্রাঙ্গদা মিঙ্গৌবী ;—দেশৈ য়েক্ক' মাংহনবশিং
ফর পুংকম পোক্কুনা ; "লাইবকফৈদা খঞ্জরি
'সিগুম কল্ল লৈরাংলেন পোকচবীদি পলেমশিং
অত্থবুনে খনবিসি সনা পুকনিং ইবুংঙো,
সনা লঙ্কা কৈদনো, কদাইদনা অযোধ্যা ?
করিগীদি মরমনা করিবুদি পামত্থনা,
হায়বিয়ুনে ইনিংথৌ লাকপা সনা লঙ্কাদা
অত্থগুম্বা রাঘবতো ? সিগুম সনা লঙ্কাসে
ইন্দ্রমক্কা মিত্তাবা, তাইবং চাংদম লৈতবা ;
মাগী মাইকৈ মরিদা লুপাই চেকপন পান্দম্নাক
নিংথিজরি সমুদ্র ইকোইবুদি কোইশিল্লী।
তাজৈ মাদি ননাইনা সরযূগী খোংবান্দা
লৈবা মীবু মীচমনি। নংগী সনা তাংবন-পাম'
দাশরথিগী লানফম্লা ? খোংনেম্বদি কনানা
নোংদোন থাজ লাম্লবা ? অত্থ'ওইর' মহাকপু
দেশৈ য়েক্কবনিদি করি হায়বিই অকনবা !

কালপৃষ্ঠ গুরবা কর্ণ মানা কাপপদা
একাঘ্নীদি থৌরতেন, কৌরবশিংবু কন্নবা।
অন্না-হকশোক লাংবনা থোইনা হেন্না ন্নারবা
হায়রকইনে দশানন ;—"পারী নংবু ঙ্গুংশিবা
ঙসি কৌবা নোংশিদা নংনা য়াহিপচরিবা
পাবন্থকসে ইবুংঙো অথৌবশিং মরুপনা
মতম পুম্বদা পান্নেনে! য়েক্লশিংবু নৈহৎনা
ন্নাইর' লাম্থোং মরক্তা মমা লৈবাক কন্ন'গী
'ছুদা য়াইবী পোন্থাবা কনা' কীন' য়াওবগে ?
মতুদবু কীরিবা পাংদ্রবদো তোল্লবা ;
তোল্লি তোল্লি মহাক্তো! অতুবুনে ইবুংঙো,
থম্মোই অসে ইপাগী ন্নাঙজবদা থল্লবা,
নৌখ্রে থোংখ্রে লাইমবু লৈরাং পান্দমগুম্বনি
'সিগুম বজ্র চৈফুদা, কয়াই মতিক ন্নাখ্রবা,
অথংবদনা খংদৌনি ; অন্তর্য্যামী-নদৌনা,
ইপাই ইতিক্তি নল্লেকো, হাদঃ বিধি নোংদম্বা

কালপৃষ্ঠ—কর্ণগী লীরুং মমিংনি।

একাঘ্নী—অথোইবা খুৎলাই মথল অমনি। খুৎলাই অসি কর্ণনা অর্জ্জুনবু হাৎননবগীদমক য়াম্না যত্ন তৌনা থমজবনি। তৌইগুম্বসুং দুর্যোধন্না হায়জমনবদগী ঘটোৎকচগী মথক্তা লংদুনা কৌরব ভেঙ্গোল ঙাকথিবনি।

হাদঃ বিধি নোংদম্বা—ন্নাবণনা লাইবক্কী নোংদম্ব তত্তুনা থাজদুনা লাকই। কাব্য অসিদা লাইবক্কী নোংদম (Fate) থাজবগী প্রভাব উবা ফংঙি, মসিদা গ্রীক্কী প্রভাবকী মতৌ লৈ।

মালংপানসে নহাক্কী খেলা মপুং ফাফম্নি :—
কনাই অৱা' উরগা থম্মোই নংগী পেনবোইদো ?
পম্মৌ ওইবা মরূপ্পা মচাই অৱা' উরগা
ৱাবীৰদি মশিন্নি—নংদ জগৎকী মপানি,
করি লমচৎ কৌবগে ? ইপাগীদি ইবুংঙো !
বীরবাহু মিংনাইবা ! অকলক্ক নোংশা-ও !
কম্না ইপাবু হিংসিগে পারী নংবু শেৎননা ?
 সুম্না তেংথারুরগা ৱাংলেন থর দশানন,
মিৎয়েং মাগী লৈরকপা উরে লাপ্পা সাগর—
ঙাকিয়োংগী য়াতাফম লৈচিন পরেং পান্দম্নাক,
ইরেং লেংদ ; তাওরিনে ঈপাকথক্তা নুংহুমশিং,
কন্না চেৎনা ফাহুনা নাকন অনিগী ঈথকশিং,
কোঙ্গোন ঈপোম্মরিবা মতোক ফনবা তাংজনি,
কারি ঈথক তত্তনা খোঞ্জেল মাগী য়াক্লবু।
ঙক্লা শাংবা থোংগুম্না নিংথৌ সোড়ক মান্নদি
পুম্নুম্নবু পাকপনি ; চেল্লি লাইজ ঈথিন-হৌ,
নোংজুথাগী মতমদা খোংলম ইনবা লাইজগুম
ঈচেন মাগী অকনবা লোইবা থম্বা নাইদবা।
নাপন মাগী ৱাংজবা অকল শাগে শম্বু ওই,
দশাননবু কৌবনা মেল্লি মপাও অথোবা
সিন্ধু চিংনা য়েংহুনা—"কয়া নিংথিজবনো
শিঙেল পরেং নঙকশম ঙসি কোবা নোংসিদা,

বরুণ ! নংদি ওস্থোকই, চোংঙমদ্রবা নং নত্রা ?
ওস্থোকপনি মসিবু করি নংগী লৈতেংনো,
হায়য়ুদনা রত্নকর ? করি মতিক ময়াইনা,
হায়য়ু, দেব, তাসিদো, দাশরথি মহাক্কী
করম' গুণবু লৈবনা নংধু নাই-ওইহনখ্রবা ?
খংগোন মাগী য়েক্ল'-নং ; মালং মাগা মান্ননা
লাকঙম ফাঙমদবনি ! হায়য়ু, সিগুম য়োহ্লিংনা
তুংবুন পরৈ লাকপদি করি নপাপননোনে ?
তোল্লবদি শা-শওম যাত্নহৈবনা য়োহ্লিং-থাং
শান্নৈ কুম্নৈ তোল্ল'দো, নোংশা মাদি শানিংথৌ
মাগী মখোং অচৌবা চেক্লাই লাংনা ফারুবা
কনাই মণ্ডন লৈবগে ? সনা লঙ্কা লৈময়োল
নংগী থবাক লুরেনগী তম্ফা লিক্লাং ওইবনি,
শংবান' লাইজৈ মবুংঙো, কৌস্তুভনা মাধবকী
থবাক লুরেন হেনগুম্না। করিগীবু কুবিদে
মকাদবু মহাক্কী ? হৌগৎলোনে অকনবা
নপাঙ্গন্না পন নমখাই, মিংচৎ অথি' কোকহল্লো ;
চাকলিবগী ইংহল্লো, নংগী লুর' ঈন্নুং-বুং
য়েক্লশিংবু লাকহৎলো·থৌইনা হেন্না তমথিবা !
থম্বীরম্মু কদৌগে লাইবক শেলৈ অত্নুদা
কলঙ্কগী রেখাসে, তাবিরবা বারীন্দ্র,
নখোং থূয়া ঙাঙ্গ্রাবা ঐনা খুরুমজরিনে।"

অসিরাবু হায়রগা নিংথৌ লক্তে নিংথৌরেল,
তন্না হঞ্জিল্লক্তুনা সনা তাংবন্দা ঙাম্ভোইরে
সভাগীদি ময়াইদা, অরা' নুংবংনতুনা
করি ঙাংদ' মফম্মী, থোইনা লৌশিং চাওরবা ;
পাত্র মিত্র সভাসদ্ মাইকৈ মরি ফমলিবা,
আহাঃ ঙসি ওম্ভোকই, শোর ফুইদৈ মহেন্দে !
মতাংসিদা মেংলবী নুজা ওইবী' মীকপখোন
মাইকৈ মরি নিল্লকলে, নুপুর খোঙ্গেল নুংশিবা
ঈরোইনখি মতুগা, কিনি কিনি খোন্থাংদো
ঈপোম ঈহুন কঞ্জনা ! সনাকুচুনরবী
মতারোইদি খিবিক্কা চংশিল্লকলে সভাদা,
চিত্রাঙ্গদা কৌজবী ! নুজাই শম্লাং ফানা চাই
ওম্ভোকইনে শম্মুনদো, মাসু ঙসি হিকথখে ।
লৈতেং করি পক্তুদো, নিংথম কাম্বী উল্লেন্দা
লৈরাং মণি কোকথবা বণগী লৈতেং উরিগুম ।
মিংলু পীরাং হোৌরিবা, ইগুং-লিক্কা থনগোকপা
থম্বাল লৈনা মমাল্লি । বীরবাহুই মৈন-কা,
বিবশাগী চান্নবী । চেক্লা অমোম পাংথক্লি,

মতাংসিদা……কঞ্জনা !—কপ্পগী খোঙ্গেন, নুপুরগী ধ্বনি, মসি মধুসূদনন্না বীররস ওইবা কাব্য অমা শেমনিংবনা শিঞ্জিন্নবনি । অতুগা লোইননা চিত্রাঙ্গদাগী ম্নারী অমা বর্ণন তৌন্নিবসি মধুসূদন্না মপুক থোক্লা শেমজিনবনি, রামায়ণদা ঘটনা অসি পন্দে ।

তাংজনদি মতমপুম মরু লুকচ' নত্তব্রা;
অত্তুম ওইর' কনানা মাবু চৈদোন খৎলবা,
শোয়দে মতোক ফন্দুনা তল্লা হেক্তা মচিকনি।
হায়বিয়ুনে কনানা সুম্বা কালগী মৈজাওবু
মৈ-হোবনো লঙ্কাদা? হাই, মাংলে ইবুংঙো
তৌজবৈদি মহৈনা রক্ষঃ শাগৈ অপুম্বা
অরা' চৈনা ফাওহল্লে ইনিংথৌশ্ন ফাওবিরে!"
অসি ৱাফম হায়রগা বীরবাহুই পলেম-ও
চিত্রাঙ্গদা ফজবী; কপ্না মতারোইনা-য়োম,
নৈমকোনবু তমশিনখি। নাপন কানা, শাওনদি,
সনা তাংবন থাদোকই ঙংনা রাঘবৈ য়েক্লবা।
"ইয়া তাংক্মসি য়োকাল (হায়রকপনি নৈমাবা)
অকন' তুমলে ঐ লঙ্কা! সুম্না মাংনৈ লাম্ফমদা
কনা অমা থাগনি? কনানবু ঙাকপিনি হিংচা'
শাগৈ ইজ্জতপু। ফরে ঐহাক মথোক্লে!
থোরাং তৌহে অকনবা, সনা লঙ্কাই নৈতেংশা!

---

অকন তুমলে ঐ লঙ্কা……ইজ্জতপু। হৌজিকসু বীরশ্রেষ্ঠ ইন্দ্রজিৎতি শিদ্রি, অসিমক্তদা রাবণগী অসিগুম্বা তেংথাবা মতাংদা অকনবা অসিবু পনদে, থোইনা ঙকনিংঙাই ওইবনি মসি। মসিদা অমুক খল্লনিংঙাই ওইবনা ইন্দ্রজিৎতি অয়াম্বা লানফমদা লাঞ্জংলবনি মরম অসিনা ৱাররিগনি হায়না খনজুনা মহাকপু পোত্থাননবা, থোইদোক্না মাগী মচাশিং পুম্নমক শিথ্‌রা মথন্তা ঙাইহৌরবনা মচাবু হিংহোনবগীদমক অসুম্না হায়রিব্রা থল্লি।

য়েংগে করি গুণ লৈবা রঘু শাগৈ' লুহেনয়াই !
রাম্না নত্র' রাবণলা লৈত্র' তাইবংদো ঙসিনি।"
য়াথং সিবু তাওথবা নিকষাগী মপারী
নোংশা শারাক পান্দম্বা, সভাতুদা তুন্দুভি
দ্রংদ্রং হেক্তা থিনখিনে নোংখোং পান্দম্লাক্লদি।
কীর' লানবুং খোঞ্জেনদা ময়াইকানা রক্ষঃশিং
সাজন তন্না লোইরেদো, মীবু-লাইদি দৈত্যনা
মীপাইরবা মতৌদা। শামু শংদৈ চেন্থোকলে
শামু মপৈ মুগুকমু; শগোলশংদৈ থাদোক্লে
শগোল শরুপ অপুম্বা, ঙকথোং মচুক পৈক্লনা
য়াচন ক্লোইগী ঙম্না-চিক ! মতোন সনা য়োম্নবা
দোলাইশিংনা গ্রং গ্রং গ্রং, সনা কোম্নুং ঙানখিবা
খোংমী লাম্মী মখৈনা সনাই কোইয়েৎ চুম্বুল্লাক,
থাংশাংশিংবু থাংখুমদা ক্রেকক্রাক্লনা হাপচিনবা
ইরং হেক্তা লংখিদো। কবচবু লিংশিল্লি
কন্দুমদবা খুংলাইনা খুত্তা, তাশোন তন্না পাই,
লৈচিন খেংপা শালমক্লি ভেংনৌগীদি রাম্ফক্লি,
লাকলে পরেং তন্নশা! মাহুতশিংনা লাক্লিবা
বজ্র শুবা ইন্দ্রগুম, শগোল তোংবশিংহ্না
অশ্বিনীদি কুমার ফাইবোক অনি পান্দম্লি।
পাইরি কীর ভীন্দিপাল, তাইবং ঙম্বা পরশু—
মঙাম্নদি নোংদোন লং, বন্দা থাম্বী মৈহৌগুম !

রক্ষঃ শাগৈ মনাৎকী ঙ্কীরালশিংদো পায়রক্লি, ঙ্কীরাল পায়বা অকনশিং রত্নদি হৎলবা মশা পাংদিংনহুনা খগরাজ গরুড়না শাদোন খোম্না পাইরক্লম। অকীবগী খোঞ্জেন্দা মাইকৈ মরি দ্রং-দ্রং-দ্রং লানগী লানবুং থিল্লক্লে, পিংবু-হে-হে-সুম্নদি শগোলশিংনা খেক্লকলে, শামুশিংনা রো-রো-রো, মোইবুং থিঙ্গাম্নরকলে, লিরিহৌনা খিংলক্লে থাংশাং মখোন থোক্লক্লে নাকোং লম্বী ফুনখরে থোইনা নিন খোংবনা।

সনা লঙ্কা লপ্তে হাই অকনবশিং খোংথাংদা, সমুদ্রনা ঙংলকলে মখোই থিৎনা শাওহুনা। লাইজ মাদি ঈন্নুং-বুং সনাই থম্বাল বন্নুংদা পুহাল আসন অরং-থক নিংথিজবী বারুণী মুজা নৌনা ফমদেংজ' মুক্তা মতুম শম্নক-থেৎ, শম্লাং শম্বুল শেম্লিডৈ, অরাং খোঞ্জেল য়োরক্লে ; ইঙক ঙক্না সতীদো য়েংনা মাইকৈ মরিদা থাজ মানবী হায়রকই-মতারোইবু চিংন-য়েং, থুম্ন' মুজাই মপাওনা ;—"হায়য়ুদনা ইতারোই করিগীনো তম্মুনে, পাশ শুবা জলেশ্বর অম্বুক তথকপনোনে ? য়েংঙু থক থক নিক্লিনে মুক্তা থাম্বা য়ুমদোনসে। থল্লি হন্না মালংবা লাম্বাথোক্লিং ফত্তবা ঈথকশিংগা লাকপরা ?

সুংশিং নিংথৌ ওন্থোকই ! করম্নমু মকাওবা
মাগী রাশক অকনবা, তাওনে ইতা নহাকমু,
ইথিন থিন্দ শাওতুনা ইন্দ্রে সভা ময়াইদা,
মাবু পুনগে লাংলুরে য়োৎহ্লিংননে ঐহাকনা
সুংশিং মপৈ পুম্বগা কৈতুমশ দা থমগেইনা !
খোইরুম্নবু নোক্তুনা সুংশিং নিংথৌমানা হায়-
রাথং পিনৌ ইফমদা জলেশ্বরী নংনদি ;
ঈথক ঈপোম্নরিবী লাইজ ঈরু তাজবী
মালেমদবু চেল্লিবী ননাই ওইবী তুরেলশিং ;
মখোয়গবু তত্তনা শাম্নজগে ঐহাক্না—
অহু ওইর ভাকচগে নয়াথংদো শোয়দনা— ;
মহুদবু য়াবিখ্রে। 'হুগা করি ওসিমুক,
লাকপনোনে মালংবা, ঐবু অরা' পীনবা ?"
—খুমজরকই মতারোই রা-রা মাগী খোন্থাংদা ;-
"অরেম্বদা শাওবিরে মালংবদা ইবেম্মা,
বারিন্দ্রগী মভাল্লোই ; সিদি নোংলৈ নত্তেকো,
অহুম ওইনা নোংলৈগুম রাবণ নিংথৌ কৌবনা
সনা লঙ্কা লৈকোইদা, লাকশিন্নবা রাঘবপু
নাপনগবু লাননেবাগে লানগী থৌরাং তৌরিদা।"
মতুং তাবা বারুণী মেল্লি চিঙ্গোই হন্নবু ; -
"অচুম্বরা ইভারোই, বৈদেহীগী মতুংলাং
রাম রাবণ লাম্বারে। রক্ষঃ শাগৈগীবুদি

রাজ লক্ষ্মী ওইবীদো চান্নজবীনি ঐগীদি।
চৎলো নংবু খিন্নুনে মহাক্কীদি মকাদা
তাজনিংডি ঐহাক্তি লানগী লাম্বাও খৌরাংনা !
সনাই থম্বাল অসিবু খুদোল কৎলু মকমদা
কমলাবু কৌবীগী। হায়য়ু মসি শাৎপনি
ঙাঙ্গানবদি শ্রীচরণ থাজমানবী মহাকনা
থম্বাল কমদেংনহুনা ফম্বীরম্বা মফমদৈ,
লাইজৈ ঈগুং ইশাইকোন মক্কানবিরমলগদি
খোংলেংখিবা অহুদৈ শাৎপনিদো তম্মুকো।"
মুরলাদি মতারোই ফুকপু হেক্কা হৌগৎলি,
বারুণীগী য়াথংদা, লাইজ ঈন্নুং থাহুনা,
ঙাহৌ মচা ঙাওজবী লুপানগুম ঙৌরোক-ঙৌ,
কোরৌহনবা ঙকহনগে। থুংলরেনে হুত্তিদো
কমলাগী মকাদা, থম্বাল তাংবন' ঙান্নম্মী,
থম্বানগুম্বী ইবেম্মা কেশব্‌তবু শোন্দুনা
সনা লঙ্কা লৈকোয়দা। ঙহাক খোংদা-পন্দুনা,
হংজৈ মিৎতা ফজবী; উজবনে মমাংদা,
মদন মোহন মরুবু পুকনিং হুৰা নিংখিই-শক !
বসন্তগী মলয়া থমগোল মাদি নামিবা
মতম কুইনৈ মখোংলোই—থুয়া থম্বাল মেংজবী
শেংজগেবু রাথনদা নামিনদি খৌগল্লি।
লৈরাং শয়োম শাৎলিনে মাইকৈ মরিমক্তবু;

কুবেরগী লঙ্গেদা রত্ন ময়াম পৈংগুম্বা।
সনাই ধুপ কমবীনা চামা চামা নিংথিবা—
অগরুদি থংকোকহাপ্ মনম্বুদি নুংশিবা
মনমহুনা হা-হা-হা, মঙ্গম অদো শুঙ্কংলি।
সনাই পাত্র লেংখিন্রে অথেনপোংপু কয়াগা
মথল মথেন থেন্দুনা। সনাই থাংমৈ মখোংশিং
মৈরি মেংনা মচাকলি মনম নুংশি' থাওহুনা
থঙ্কোক্লবু থন্দুনা; লৈচিলথাংবা থাজনা
মঙান মাগী ইশাম-শাম থোকপবুদি মমাল্লি!
থাজ মানবী ইন্দিরা মকা লামদ লেংশিল্লি
মাইথোং চুকলেন ইপৈ-পৈ, হৈনিংদবা মতোদা,-
বিজয়াদি দশমী নোংলেন অহু লাকপদা
অল্লাবগা লোইননা বাঙ্গালীশিং য়ুমথোংদা
থাজ মানবী উমানা মাল্লি ফমদেংবিবগুম!
মশোং কাংদ' খোংফমদা মন্দিরম্নুংদা চংশিল্লি
ফজজবী মুরলা; চংশিললগা দূতীদো
রমাই চরণ থাহুদা নোঞ্জরুইনে লুরুকনা।
আশীষ তৌনা ইন্দিরা রাজলক্ষ্মী ওইবীদো
রক্ষঃ শাগে অচৌবৈ, হায়বিরকই নুংশিনা—
"করিথৌগী ওসিসে, হায়য়ুদনা মুরলা,
নংগী খোংফম অসিবু? ঈরাই লৈমনা কৈদনো
চায়জবী ঐহাক্কী? মাগী রাথন থাওমদে

মতম লৈবা খিবিক্তা ! মাগী মগাই' লৈবকাল
কয়াই মতিক চানবিবা ইফমদবু সতী-ও
বারুণীধু মিঙ্গৌবী ; কদৌঙৈদা মহাকপু
ঐনা কাওজ ঙমখিদ্রা ? রমা ঐগী খোইদাকম
হরি' থবাক লুরেম্মি, হরি মাধু মাংশ্রগা
হিংজহৌবা রমানা, বারুণীকৌ মহাক্কী
মুংশিবি' হিদাক গুপ্পনি। য়াইফরিকো তম্মনে,
ইতারোইদো ঐহাক্কী বারীন্দ্রাণী কৌজবী।
খুমজরকই মুরলা থোইনা নিংথিজরবী ;—
"য়েখাইদনা ঈন্নুং-বুং লৈজরিনে বারুণী !
বৈদেহীগী মগুংলাং রাম রাবণ খৎনরে ;
তাজনিংবা ঈখৌনি লামফমত্তগী পাওত্থবু
লৈরাং থম্বাল অসিবু, শাৎপনিংন লৈকা-ফন
ঙাঙ্ক্রান' চরণ অনিনা খুদারমবা মফমদা,
'হুবু তম্না হেক্তুনা নতারোইনা কৎলকলি।"
অন্না' নিংশা ফুইন-হোন মেল্লকইদো কমলা,
বৈকুণ্ঠবু ঙাঞ্জবী ;- "ওস্তোকপনি ইতারোই,
নোংম-নোংমৈ ময়েং তাই রাবণ কৌবা ফত্তবা,
শাফু কনবা ঈপোম্না ঈপাক চাংজৌ ঙাবগুম !
তাবা ঙক্কি ইতাস্থ। কুমভকর্ণ অকনবা
অকী শকপাম্নরবা লান্দা তপ্পা, নিক্তবা,
লোইবী চীংজাওগুম্নবা অতিকায়গা তুখরে।

অতৈ রক্ষঃ কাংবুশিং ঐনা মশিং থাঙম্মোই !
বীরবাহু তুখরে অকনশিংগী লুহেল্লে।
অসে অদো মীকপথোন তান্নিনিনা মূরলে।
চিত্রাঙ্গদানা লৈমকোল, কপলি পান্নী মৈনা-চু,
খাংঙমদবা মৈবা-হৌ। থাদোক্লিংবনা কোন্নুংসে
লাংতক্করে ঐহাক্তি। থম্মোই ঐগী পু-ঙমত্রে
তাবা অহিং নুংথিন্দা নিংথিবীশিংনা কপচবা।
য়ুমথোং য়ুমথোং কপ্লিনে, পান্নী শেংন পলেম্না,
সতীশিংদো মপুরোই কাইনবীশিং ফজবী।"
নোঙ্গরকই মুরলা—মহাদেবি তাকপিসি,
অকন কনা ঙসি'মুক সাজন তৌবা লানগীদি-
অথোয়-নাপন কাহ্নুনা ? খুম্মী মাধব চান্নরোই
"থিন্ন চৎসি মুরলে মপান থোকসি য়েংঙসি
হন্দক লানবুং কাদোবা কনানোদি হায়বদো।"
অসিন্নাদি হায়হ্নুনা রমা-নদি মুরলা-পু,
রক্ষঃ চন্নুই শক্তম লৌ, থোরকলেনে অনিদো
মুগা ফীরেল থোন্দুনা, রুন্নু ঝুন্নু নুংশিথে
কিঙ্কিনীগী মথোনদো পাম্বোমদনা খুজিনি,
মিৎপু ইংবী মেখলা চেংতক ভৌবী খ্বাংদ-হেন,
মন্দির থোংজিন ঙান্দুনা অনি মিংয়েং তারকই,
পরেং পরেং চৎলিনে সনালমজাও সেনানা,-
সাগরগীদি ঈথকুম মাজং চৈথেং চাবদা—

খোংহাইবুদি থুজনা ; থৌরি দোলাই, লৈ-রিনে
কাঞ্জোংশিংনা গ্রংচেল্লি, শগোলশিং নোংলৈগুম
সনা লঙ্কা নিকলেদো ঙ্কোইগী খোংফম অরুম্বা,
চৎলি য়াঙ্গোই য়াপনবা ময়া থম্বৌ হাই হাইনা,—
দণ্ডগুবা মহাক্কী কাল-দণ্ড নাওংগুম।
যন্দ্রাশংনা য়ৈরিনে খোঞ্জেলবুদি লূম্ন-লূম।
মণি হৎপা ফীরালদি চাম চাম ফ্র ফ্র পাই
মতিক মওাল চাওরবা ! নাকন'নিদা লৈরিবা—
সনা সঙ্গাই মিহুৎতা তাইবং শুন্ধৎঙমজবী
লঙ্কাই-মৌদি কাংবুনা লৈরাং নোংবু চুহন্না
মঙ্গল ধ্বনি তৌরিদো। হায়জরকই মুরলা
চিংন য়েংন' ইন্দিরাই মাইথোং থাজ অহুবু ;—
"স্বর্গ মাগী ঐশ্বর্য্য, উরে দেবী মালেমদা
ঙসি কৌবা নোংসিদা ! খঞ্জে ইপুক্লিংদবু,
ইন্দ্র কৌবা মামকনা লাইগী তেঙ্গোল পুতুনা
সনা লঙ্কাদা লাক্লব্রা ? থৌজালহৈবী হায়বিয়ু !
তম্বীয়ুনে তানিংঙে, কনা কনা রথীনা
লানগী থৌরাং তৌরিবা মতিক ময়াই কানদি ?
মেল্লি সতী কমলা থম্বাল মিক্রা-নবীদো ;—
"মাংলে ইতা, অকনবা সনা লঙ্কাদা লৈত্রেনে !
মহারথী মরুপকী অথোবশিং লৈরমবা

মহারথী— লান্দা থোইনা হৈ-শিংবনি। লাগু-তেনগুম্ হৈবনি, মতুদি যোদ্ধা মতোমদনা লৌরুংগুবা লিশিং তরাগা লাধা ঙবনি।

দেব-দৈত্যনা কীনবা, তুমখে ঙন্না মখোয়দো
ইন্দক কল্ল' লানফমদা। রঘুমনি শুখিবোই
লীরুং মাগী নিংশিবা অচংবদি ক্ষনফমদা!
উরিনিনে রথীসে সনা কুপ্পা দোলাইদা,
অকী শক-পাননরবা, বিরূপাক্ষ কৌবনি
রক্ষঃ লান্মীগী লুচিংবা, য়োংকীলীরুংশুবা বীর,
লান্দা লাকঙমদরবা! শামু শয়াং উবরা
কালনেমী কৌরবা, য়েক্ল'শিংগী কাল ওইবা,
ভিন্দিপালবু পাইরিবা! য়েংঙু শগোলশয়াংথক
* তালবৃক্ষ শকুম্বা তালজঙ্ঘ মিঙ্গৌবা,
খুত্তা গদা পাইরিবা, মুরারিগুম্না গদা-শু!
লানফমদবু ময়াই-কা, য়েংঙু অসে প্রমত্ত,
কীরবদি হিংচাবা, থবাক লূরেন মহাক্কী
মুংজাও পান্দম্লাক্লবা! অতৈ অতৈ অকনবা
লৈরি' করম শীংথানি? চাম চাম যোদ্ধাশিং
কয়া শিখে লানসিদা; শুক্ল'বনগী মমুংদা
থাম্বীমানা মৈহৌবা পামেলউজাও পুমতুম-তুম
উৎপু তাবা পান্দম্লাক ঙম্না তুম্নখ্রবনি।"
হায়জে ছৃতি মুরলা;– দেবীশ্বরি তাকপিসি!
করিগীবু য়েংবিদে মেঘনাদপু মিঙ্গৌবা
ইন্দ্রজিৎ--রক্ষঃ শাগৈ নোংশাদো লানফমদা?

---

* তালবৃক্ষ—কোনা পাম্বী।

শিখ্‌ত্ৰনে অকনবা হন্দক কল্ল'লানসিদা ?"
খুন্মী রমা মোমোল্লা চিন্বান খেলৈনোংথাং-শাঃ
"লৈমকোন-লৈকোন্দা কোইরমগত্রা নিংঙিদো,
যুত্রাজদি থংত্রিদো, ঙসি তুবা লানফমদা
বীরবাহু অকনবা, বারুণী নাক তল্লো নং,
চংলো য়োরো মুরলা ! হায়রু সনা লঙ্কা-থা
বৈকুণ্ঠদি মপু্ংয়াই য়োরগনি ঐহাকনা।
মরালনব্‌ মাংলনি লঙ্কাই নিংথৌ অসিবু।
ঙম্মোকইনে, নোংজু-থা লুর'লাইজ নিক্লিকপা
পুত্রী মাদি জাগোরা, লৈখোম তানা নৈবগুম,
পাপ্পা থল্লে লঙ্কাসে ! কল্লা মফম অসিদা
ঐনা লৈরুসিবনো ? চংলো ইতা য়োরোনে।
শুংঙৌ আসন খুদাবী বারুণীগী মশাইগোন
লংল' মুক্তা থাম্লবা ! চংলো ঐস্থ পল্লরোই
ইন্দ্রজিংকী নাক-তম্মা, লৌরুনবা লঙ্কা-পুঙ্‌।
লাইবক নোংদম মহৈবু চাম্নু লঙ্কা পুঙ্‌ ময়োল।"
দেবীগী চরণ নোঞ্জর' বিদায় তল্লা লৌথুনা,
মালং নোংদোন ইপোম-থাই নিংখিজবী মুরলা,
নোংদোন চুমথাং খানবগী রত্ন কয়াই মঙাল্লা
মিংলম ইলং লংহনগুম, থাহোং অমোম ফজবী
কুঞ্জবনদি হেঙ্গঃ-না পাইবগুম্মা লাকলেনে।
ঈপাক চাংজোদা থুংতুনা চংশিনখরে ফজবী

শংবান্নবা ঈগুং-খুং। সোমদা কেশব থাগোনবী
থল্বাল মিত্তানরবী; রক্ষঃ শাগে লৈয়েমা,
লাক্লে লাপ্না লৈরিবা ইন্দ্রন কীবা ইন্দ্রজিৎ
মেঘনাদকী নাক-তম্না! নোংদোল্লানথি ইন্দিরা!
মিৎন-কুপ্তা থুংখিনে হৃষীকেশকী চান্নরোই
শন্নাং চুমজুন্নজবী, * মুংশাং লানঙম পজেংবা
ইন্দ্রজিৎকী নাক্কুদা! অম্রাবতীগুম-কোম্মুংনি,—
সঙ্গাই মাঙ্গোল ফজবা সনা পুমদাঃ য়ুম্বীশিং
হীরা থাম্বা মতোন্নি; মাইকৈ মরি রমাবন,—
নন্দন কানন মণ্ডইরে। কোকিলশিংনা উশাদা
কুহু কুহু খোংলিনে; খোইমুশিংসু গুংজরি;
লৈরাংশিংসু ফুগাইরি; উনাশিংসু নারেংলি,
মালংমাসু নামিরি; ফ্রি ফ্রি কান্নি ঈফুৎশিং।
লেংশিল্লকলে দেবীনা সনা সঙ্গাইপুংহুদা,
উরে সনাই স্নথোং, অকী' লৈত্ন কোইরিবী
লিরুং শুবী মুপীশিং শকথোং ঙম্না নিংথিজে!
হাইরি তেন্দোং' লোইননা শন্নাংবেণী নঙ্গন্দা।
বেণীগী মণি নোংথাংনি, তেন্দোংমুঙ্গী তেল্লাংশিং
মণি পুমহে তাংজনি! ঙাক্ষম তোংলোই অনিদি
ঙম্নঃ পুম্বুম্নবা থক; সনাই ব্রামকক ফুরিৎ-লিৎ,

* মুংশাং লানঙম পজেংবা—মতম কুইনা লান্দা মমাই পাক্কুনদা লাক্লবা।

কোরৌ মঙাম্ন-ফু-গুম্মী ফুগাইনবা থম্বালদা।
তেন্দোংন্নুংগী থোর’তেন থৌই লাইমা তেল্লাংদো
ওইহুনম্নু থোখ্রেনে হুজাই মিংচি-তেম্নদি।
নৌনা ইনখংলকপগী ময়াইহুদা ময়াই-কা
কোইরি অসে ঙম্নবু, বসন্তগী চৈকোক্তা
শামু অমোমগুম্নদি। খ্যাঙ্গোই শরিক খিংলিনে,
লাইমা ন্নুংশি মথোন্দো, নিংহু তাম্থানহুনা,
হুপুরনা থোংহুদা। বীণা খোংলে ন্নুংশিনা,
সপ্তস্বর. মুরজ, মুরলীনা মুলহললে;
ঈশৈ ঈপোম ঈহৌরে, খোম্থাংশিংগা ঈরোইনা,
মাইকৈ মরি মক্তগী পুক্লিং ঙম্না ন্নুংনৌ-হন।
শাম্নরিনে অথৌবা, খোইনৌ হুজা মরুপকা
ইন্নুংগী থাজ অঙানবা দক্ষ চন্নুশিংগদি
শাম্নবগী পান্দমগুম, নম্রগনে যমুনা,—
কোরৌ হন্বৈ মমোয়োই, মাগী খোংবান অহুদা
তলা কদম মথোংদা চিনবান খৈলৈ ঙাংঙ্রাবা
মুরলীবু খোংহুনা জগোই খুথেক্লরগা
গোপীশিংগী লক্ত্রদা শাম্নববু মাল্লিয়ে।
হংজৈ, পাম্বোম পাঙ্গনবা ইঙক ঙকপা মতৌদা
করি হায়বা পলেম ও! য়াইবী লৌবা কনানা,
কদৌঙৈদা ইনাওবো? অহিংলোইরাম্রাক্ষমদা
হাংলম্বনি রঘুবর; মতুপ মতুপ করুমলে,

থোর' ঐগী তেন্নদি য়েক্লবগী মপৈবু
অতুগবু 'হুম্বা পাও,—ইমা ওক্ল' নপাওনি
কদাইদগী ফংলকপা, হায়ব্যু থুনা নচাদা।"
রক্ষ-খোংগী রক্ষ-রেন ইন্দিরাদি লূজবী
খুম্নক্লেনে ;—"মাংলেদো। পারী নংবু, মায়াবী
সীতা পতি মী ওইবা, নংগী তেন্দা মহাক্কী
য়াইবীবুদি মাংলুবা, হিঙ্গৎলকলে পন্দনা
চৎলো পারী থিল্লন্নু ; ঙাক্লু রক্ষ শাগৈ-মান,
কালবু ওইবা লানফমদা রক্ষ শাগৈ মণি-ও!"
লৈরাং পরেং থদৎলে শাওনা মেঘনাদদো
শাম-পাঙ্গল লমথোইবা ; সনা খুজি লংথোক্লে
ফনা লাপ্পা অথোবা, নাইন্নদি লংলিনে
অশোক কৌবী লৈরাংনা লৈখোকপুদি লোয়না
অশোক পাম্বী মখোংদা মঙাম্নাইনা কেনবগুম।
নাম্বুরিদো খোংগী-নাক খূনবিববু লৈতনা।
"তোল্লি ঐসে" হায়রক্লি চিং-লেম্বদি মপাওদা
কুমারদি মেঘনাদ, "আহাঃ তোল্লি ঐসিদি!
য়েক্ল' লাঙ্গোই চনখরে সনা লঙ্কা লৈময়োন,
'সিদা ঐনা মুজালক? সিনা ঐগী ফজত্রা?
দশাননগী মপারী ঐহাক্লিনে ইন্দ্রজিৎ ;
থিল্লে দোলাই থিল্লেনে অন্না পোৎলুম্ন থাগেদো,
লৈরি' য়েক্লশিংসিবু ঙসি ঐনা তুম্না-হাৎ।"

রথী লক্তে অথোইবা বীরবেশ লৈতেংলে,
হৈমবতী মপারী তারক হাৎকে মতৌগুম,
নক্ষত্রগনা মতৌনি বৃহন্নলা শারিবা
কিরীটিনা থৌরাংবা বিরাট পারী লোইননা
শম্বী শন্নাও মুন্নবা ; তলা ক্যামলৈ মখোংদা।
দোলাই অমং নোং-কুচু চাকা নোংথাং ওইবনি,
ঙ্গীরাল চুমথাংনরবা, শগোল খোংজেল 'য়াংবা
মালং খঙ্গোনবমকনি ; ফজজবী প্রমীলা
মতমসিদা মবুংঙোই মখোং অনি চেৎনা-কোন,
(ওস্থোকপগী, মতৌনি তলা পামেল অত্তুদা
সনাই উরিনা য়েৎচগুম) কপ্পা মেঞ্জে ফজবী ;—
"কৈদা থব্রাইগী মবুংঙো হুন্দোক্লম্ম' ননাইবু
খোংহাইদোবা হায়বিয়ু ? কন্না য়াইবী পুঙমনি
নংবু কাইন'-মৈনা-কা লাইবক থীবী ঐহাক্না ?
ওস্থোকই, শুক্র'বন্নুং, উরি মচানা পুঞ্জনিং'
শামু লমশাই মখোংবু, মাগী অপাম' ঈরাংবু
পামুত্রবা শামুনা হেন্দোক্তুনা চৎপথ্রুম্বু,
মখোং খাদা চানবিনা চংফম পীনৈ মহাকপু
শরূপ পুবা অত্তুনা ! অত্তুগবু ইবুংঙো
নত্তিক লৈবা নহাক্না ননাইবু কন্না হুন্দোকনি
ঙসি কৌ' নোংসিদা ?" নোক্ল পাওথুম্মকইদো
মেঘনাদ কৌবনা ;— "ইন্দ্রজিৎপু ঙমত্তুনা

সতী ওইবী নহাক্না চেৎল' লীপুন পুনখিবা
কনানবু থোকডমনি ? থিল্লোই তন্না লাক্কেকো।
য়াইফবী ও! লানক্নমদা য়াইফনবা নংগীদি
রাঘববু হাংতুনা। হৌজিক্তি বিদায় পীনৌ-ও"
মালং নোংলম ডান্দুনা, ঙংনা-হৌ' পোঙ্গেনগা
দোলাই পাইরক্লে, সনাই শাদোন পাংদিংনা
* মৈনাকনা পাইগুম্না, নোংদোন পুঙান ডান্নদি।
লীরিবুদি লাম্ন-চিং শাওনা লীরুং থিংথিনে
পাঙ্গনবদো, মতৌগুম গরুড়না লৈচিন-থক
ঙংলকপগুম কীহন্না। সনা লঙ্কা নিকখরে,
পাক্লবদি সমুদ্রে লাইজ ঈথক হৌখরে।
সাজন তৌরি রাবণস্থ, নাপন মাগী কাহুনা—
লানগী পুংজাও থিল্লিনে, শামুশিংস্থ ঙংলিনে;
শগোল্লদি পিং-হে-হে, রথী খোংমী ঙংলিনে,
রেশম ফীরান্না ফর-র, নোংদোম্নোংথক ইরং-লং
ইঙানবুদি ডাল্লিনে, মতম অসিমক্তদা—
মহারথী মেঘনাদ থুংলরেদো থিন্দনা।
অকন' মাবু হেক্ত-উ হিংচাবদি কাংবুনা
নাপনগবু লাওখিদো। মপাবুংদা নোল্লরে,
মথুৎলোম্না হায়জেদো; রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো।
তাজরকলে, শিরমক হিংলে হায়বা রাঘব

* মৈনাক—মৈনাক পর্ব্বত

মায়া অসে হে পিতঃ খংজবদি ঙমদ্রেদো।
ওইসন্থ পীনৌ নয়াথং; মরু ফুক্রা মুৎথংকে
কত্রবদো ঙসিসে। কীর ঐগী তেনজিনদা
তাহনগেনে তাঙ্গোই; নুংশিৎ তেন্না হুমদোকে,
নত্রগনা পুল্লগা সনা খুয়া' কৎচগে।"
মপারীবু চেৎন কোন, লাইবক খেলৈ চুপ্তুনা
তমেংলবা মপাওনা মেল্লকইনে লঙ্কেশ্বর,
"ইপাগীদি ইবুংঙো রক্ষঃ পুক্লিং লুমজক্ম;
নংনি ঙ্গোইগী লূ-হেল্লে। মাংন-লাক্ষমসিদা-নং
হন্না হন্না থাবদি পাম্লক্লেকো ইপানা!
ওস্থোকপনি হে বিধি তাইয়োনবিরে ইপাদা
তাখ্রনে ইবুংঙো কদোইঁদা লাইজ' থক
থোঙ্হু মুংনা তাওবসি, কদোইঁদা তাখরে,
শিরবদি মীনবু অমুক তম্ম মহিংবা।"
খুম্মকইদো নাপনগা * হিংচাই য়েক্লে-য়েক্লবা;
"করি মতিক মী মচা, মাবু করি' কীবিরি,
নিংথৌ লক্লে অথোইবা? নচা মনাই লৈন-লৈ
কম্না লাক্ষম লেংবিনি, কলঙ্কসে হে পিতঃ
তাইবংদগী তাস্থোককে। নোকনগনি ইন্দ্রনা
শাওগনিদো মৈ কৌবা! অনিরকপু নচানা

---

* হিংচাবগী য়েক্লবদি ইন্দ্রনি, ইন্দ্রগী য়েক্লবদি ইন্দ্রজিৎনি।

পীরে মাইথি' রাঘব ; অমুক্তগা ইপাইবুংঙো,
পীনৌ য়াথং নচাদা য়েংশি হন্না মতিক্তি
করি হিদাক লাংথক্না হিংগদৌবা হন্দকপু !"
হায়রকইনে দশানন,—"কুম্ভকর্ণ অকনবা
ঐহাক্কীদি ইশানৌ, য়াকাইরুইদো মাবুনে
মতম চাদ' কৌবনা, ওম্থোকইনে মহকচাং
য়েংঙু সিন্ধু-খোংবান্দা লৈরিবসে তাহুনা
চৌংদোন নভ্র উজাওদি য়াম্থবগুম বজ্রনা !
পারী নংখু তাবরা নপুক্লিংদা য়ুংলবা
হন্দক অমুক লাম্বাগে, অতু ওইর' হান্নদি
তৌখো পূজা ইষ্টদেব,—নিকুম্ভিলা মহাযজ্ঞ
মতোল্লোমখো অকন্না ! লাঞ্জিল পুরেল ফম্বান্দি
থিল্লে নংবু ইপানা। য়েংঙু অসে অঙানবা
নোংচুপ চীংয়া তমথরে, খোংহাই মতম চাদরে ;
হয়েং ইন্নুং তৈব-কাল, পাওনে লানবু রাঘবকা।"
অস্তুম্নবু মেল্লগা, হোৌনবীবু কাইদনা
গঙ্গাই লাইজ' হৈহুনা অভিষেকপু তৌরেনে !
খুদক্কুদা বন্দীশিং বীণাধ্বনি তৌহুনা
মাগী মতিক শৈহেক্লে হরাও মথোই কাহুনা,

---

গঙ্গাজল—লঙ্কাদদি গঙ্গা চেন্দে, মাইকেলগী কবিত্ব পেঙ্গবনি।
বন্দীশিং—স্তুতি তৌজবশিং,।

"হে রক্ষঃ পুংময়োল মিংলু ইরা চেল্লবী,
শম্লাং পুমচাই চাইহুনা অব্রা' ফীজোল হোংলবী !
রত্ন মুকুট লৈদবু হিকথরেনে ওম্বোকই,
নিংথৌ ফীরেল তাখরে হে রাজ সুন্দরী,
সতি নংবু লেংখৎলো, অব্রা' পুম্বা থাহুনা।
হিংচা' শাগৈ' কোরৌহন অহু অসে থোরক্লে
উদয়াগী চীংদোন হেন্ ! ইম্মুংবা মাব ঙাল্লক্লে
অব্রা' তাংলৌ লোইখে । হৌরো রাণী য়েংঙ্নে
কীর ওইগী মথুত্তা লীরুং চেৎনা শুহুনা
মানা লীরি খিংবদা ইন্দ্র-লোক্তা ইন্দ্রনা
কুচু মাগী তাইরবা ! য়েংঙু তেন্দোং মহাক্কী
পশুপতি' মীপাইবা পাশুপতকা মান্নবা
থুৎলাইদনা থল্লিবা ! গুণলৈ' লক্কে' গুণলৈবা
অকল্লক্কে মী-নোংশা, মুজাই পুক্নিং হুনঙাই
শকফম পুবা মেঘনাদ য়েংঙু অসে থোরক্লে।
মন্দোদরী য়াইফেদো ! রক্ষঃ পতি য়াইফেনে
নিকষাগী মপারী ! য়াইফে সনা লঙ্কা-ও
অকম্বৰু নাওকম্বী ! নোংদোম্লোংথক মমোম্লোই
প্রতিধ্বনি কৌবী ও, হায়যু নখোন খোংম্বাং-তেং
য়েক্ল' ঙম্বা মেঘনাদ লানগী সাজন তৌরক্লে।

---

হেরাজ সুন্দরী—রাজ লক্ষ্মীবুনি।

রঘুপতি, বিভীষণ রক্ষ শাগৈ কালিগো,
দণ্ডক বনগী পিক্লবা থরাই মচা খিবিকশিং,
কীখিবনা নিকসনু লানশঙ্দবু লোইনবা।"
রক্ষঃ লাম্বুং থিল্লক্রে, লাওরক্লেনে লাল্লাওখোন,
সনা লঙ্কা পুংময়োল জয় জয় সুম্না নিনখরে।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা অভিষেক কৌবা
অহানবা সর্গ লোইরে। )

---

মেঘনাদপু সেনাপতি কম থিন্দোকই হায়রবগীদমক সর্গ অসিগী মমিং 'অভিষেক' হায়না থোনবনি।

# অনিশুবা সৰ্গ

কোরৌ য়ুমজংখরেনে ; লাক্লে তন্না শঙ্গাকাল,
লাইবক্তনা তক্ষা থাম ! লৈরাং থরো ফুপ্পাইরে ;
উমশিনখরে থম্বালদি, মাইথোং মাগী মকচনা ,
লাঙ্‌জরম্বী চেক্লাশিং মহুম ভম্না পাংনরে ;
শঙ্গোন তম্না শম্বীশিং হুম্বা খোংনা চেল্লকলে ।
থৱাগ্মীচাক নিংথি'শিং কোইনা নোকমিন্নরবা
থাজ মাগা লোইননা লাক্লে অহিং লাইরেম্বী ;
নুংশি' মনম পুন-য়েন, মাইকৈ মরি' মালংবা,
খ্বাইগী কাদা ঈংজনা, নুংশি নুংওন ৱাফম কাং,
লৈরাং কনা কনাদা হরাও মোমোন চুপ-ওল্লে
কৌজি লন্দি ফংজগুম । নিদ্রা দেবী লাকপসে,
ৱার নাউৱাশিংগুনা পলেম তম্পাক য়াতাগুম
ঈশিং কংকাল জীবনা দেবী খুয়াদা পোথারে ।

ইন্দ্র কোন্নুং মপুংয়াই হরি প্রিয়া থুংলরে
দেবপতি ভাম্থোইরি দেবসভা ময়াইদা,
সনা তাংবন থক্তুদা, পুলোমাগী মমোম্লোই
ওইবু থং'দা ভাল্লিদো মিংতা-নাতা চংখোনবী !
রাজ ছত্র, মণিনা পুমহৈ গুইবা মঙান্নাই
দেবেন্দ্রগী কোকথক্তা লাইমবুদি লিংথিরি ।
রত্নবু য়েক-খোংপা চামরদি চেংনা-পাই

হুমলি তপ্পক তপ্পক্কা চামর হুম্বী মুজাশিং।
তপ্পা হুম্বা মালংবা লাক্লে নন্দন কাননদৈ
মনম খোহি ঈপোম-পু। মাইকৈ মরি নিনখরে
স্বর্গে-পুংশেল য়ৈবশিং ! রাগ তরুক মূর্ত্তিপান
কুম্থ্রু। তরুক রাগিণী লোইনচুনা হৌখরে
পুক্লিংহুবা মহাগীত। উর্ব্বশী, রম্ভা মোমোনবী,
চিত্রলেখা, শক্ষবী মিস্রকেশী কৌবীদো
লাকচহুনা সভায়াই জগোই খুথেক নিংথিরে,
খোংজি তাম্থা পুকহুরে, লৈরিবদি দেবতা !
সনাই পাত্রদা সুধারস গন্ধর্ব্বনা লানশিল্লি।
কনানবু তরা চাক, কুঙ্কুম, কস্তুরীগদি
শম্নাংদধু তৈররি, কনানবু চন্দননি ;
মন্দার পরেং লেংহুনা কনানদি হুক্লরি।
বৈজয়ন্তধামসিদা নুংঙাইবদো ইন্দ্রনা
তত্তনবু তাওরিনে স্বর্গবাসী লোইননা;
মতমসিদা মফমদু, শকথোং মাগী মঙাম্না
সুর-পুরী পুমঙান-ঙান রক্ষ শাগৈ রাজলক্ষ্মী
করিবুদি থিন্দনা তন্না হেক্তা থংলরে।
কীন-খংন খুরুমজে রমাগীদি খুয়া-খা
শচীগীদি মবুংঙো। আশীষ তৌনা স্না তাংবন

তরা চাক= চাক কচ্চে হায়বনি, মন্দার=স্বর্গগী লৈনি
কনানবু চন্দন্নি— কনানা চন্দন থিল্লি।

লেংশিল্লেনে পদ্মাক্ষী বিষ্ণুগীদি চান্নবী
মেল্লকইনে মপাওখোন, "সুরপতি, করিগী
ওসি নকা লাক্লিবা, তাওনে খোইজংনবুদি।"
হায়জৈ ইন্দ্র নোঙ্গনা,—"বারীন্দ্রে মমোয়্লোই,
তাইবং অন্না' কোকহন্বী ; চরণতুবু তাইবংনা,
নিংজবনি পলেম-ও। মাগী মফম নহাকনা
থোজান্বিনা য়েংবিবা, থোজান মিংয়েং চাহ্লেবী
মাগী পোকচ' মহৈদি পলেম য়াল্লবনিনে।
করি পূন্যে মহৈনা পীনৈ ননাই ইফমদা
অস্নুক য়াইফবসিধু হায়বিয়ু ইমা ইকাদা?"
হন্না হায়খি রমানা,-"মতম কুইনা ঐহাক্সে
স্বরনিধি লৈরকলে, সনা লঙ্কা লৈকোইদা।
রত্ন কয়া দানবু-কৎ, কয়াই মতিক লুনা-তৌ,
ইফমদা পূজা রক্ষোরাজ। ওন্থোকইনে ওসিদি
তায়োন্নরে নোংদম্বা মফমদবু মহাক্কী।
মানা তৌজ থোরাংনা-তুম্লে শাগৈ পাপীদো ;
অতুম ওইনা মাবুদি ঐনা থাবা ওমদ্রি, দেব।
বন্দীতুনা দেবেন্দ্র, কৈশুম থোংজাও হাংদ্রি'খৈ
কদৌওৈদা থোকওমত্রা? হিংলিবমখৈ রাবণনা,
লৈদোরি ঐসে পুন্দুনা মহাক্কীদি মরানয়াই।
মেঘনাদ-কৌ মপারী তাত্রা বৃত্র ওমজবাও,
রাবণ মাই, নিংথিনা থংলি নংনা মহাকপু,

মথন ওাইরে অকনবা লঙ্কা-পুংদা হৌজিকসে,
অতৈ অকন' অথৌশিং, তুমখে লানফম অসিদা।
লাকওমগ্রব। মীনোংশা, লাঞ্জংলনি হয়েংসে
রামচন্দ্রদা ; হন্নদি, সেনাপতি খুভমবু
থিন্দোকখরে দশানন। লাইগী চান্ন' রাঘব ;
কম্না মাবু থিংদোবা অমুক্তস্থ ময়েংঙু।
হুয়েন লানথারক্লবা ময়াই কানা মেঘনাদ ;
খুদোং থির' অন্নাবা ভানি রঘু শোয়দনা,
হায়রি'সিনি নকাদা। ওমফদ্রবা জগৎনা
মন্দোন্দরীগী মপারী। উচেকশিংগী মনুংদা
বিনতাগী মচানা মতিক পাঞ্জন হেনবগুম
হিংচা শাগৈ-নুংদগী শূরমণি, কল্লি-মা।"
অসি হায়র' রমাদো কেশববু নিংজবী
রাগী মমৈ লোমখরে ; নিংথিখরে লাইমবু,
বীণানদি লেপখিবগুম, খোন্থাং পুক্লিং হুরবা।
রাগ তরুক রাগিণী কুস্থাতরুক লৈরিবা!
কমলাগী মপাও-তা ওম্নবুদি ওাওনখে
মথৌশিংদো মখোয়গী, বসন্তগী মতমদা
য়েন্নিং অনৌ কুঞ্জদা চেক্লাই নৌর খোন্থাংগুম।
হায়জরকই ইন্দ্রদেব—"খুদোং থির' মতাংদা
বিশ্বনাথ নত্তনা, ইমা কনা' কনওমনি
রাঘববু ? কল্লবা লানফম, রাবণ মপারী।

গরুড়বু লীনশিংনা থক থক নিকনা কীজবা
অচুদগী হেন্নবু ঐনা মাবু কীজৈদো।
বজ্র অসে বৃত্রাসুর কোকলেন মাগী তোইখিবা,
মহাক্নবু থুংলাইসে লাইনা মাইথি' মপীবা
অচুম্বংগী তাইবংনা ইন্দ্রজিৎপু থোনখি-মা।
অগ্নিদেবগী বরনা থ্বাইবু শুম্বা মহাবীর।
পীনৌ য়াথং ননাইদা, ম্মোগে কৈলাশ থিন্দনা।
উপেন্দ্রগী চান্নবী বারীন্দ্রগী মমোমলোই
হায়রকইনে হন্নবু,—"চংলো 'তুদি সুরনাথ,
চংলো পনবা তৌরনু। চন্দ্রশেখর মখোং-থা,
কৈলাসগী চীংথক্তা হঙ্গংলুরো হে দেব
অসিগুম্বা পাওসিবু। হায়য়ু মতম পুম্বদা
বসুন্ধরা কপচরি, পুঙমদনা অরুমবা;
হায়য়ু য়ারে অনন্ত! রক্ষঃপতি পাপীসি
মরু ফুক মাংহন্নু' শোয়দে ভক্ত চালহৈ-মিং
রসাতলদা লুপথ্রনি। তম্মুরোনে থিন্দনা।
থোইনা কলবা বিরূপাক্ষ লক্ষ্মী ঐবু নিংজবা
হায়য়ু বৈকুণ্ঠবু-থা কুইরে নৈবা লঙ্কা-ঐ!
অচিকপদা কয়ারক 'সিঙ্গী খঙ্গে তত্তনা
করি ঐগী দোয়-উ অমুক্তবু মহাকনা
খনবিবদি কৌতবা সুংওন্নদি মপুক্তা?
করম' মপা ওইবনা মুংশিজবী মমোমবু

মপুরোইবা কাদগী লাপ্পা শেৎন-হুনবগে
ৱাসি হংঙু লৌশিংবা জটাধরগী মকাদা ?
মিৎলম অহুম শুববু ফংত্ৰব্ৰনে নহাকনা
অম্বিকাগী মখোং-থা তম্মু ৱাফম অপুন্ব'।"
অসি হায়র' বিদায়-লৌ লেংখ্রে থাজ মাল্লবী
হরি প্রিয়া ! নোংদোল্লম লমথাই-নবু, শস্কবী
লেংখ্রে হরি নিংজবী তাংজ মাইথোং লুকচনা।
সনা মানবী মশকফম লুর' লাইজদা মমি-তা,
লাইজ ঈরু-নিংথিবী মঙান মাগী হেনগৎলি।
দোলাই পুক্লিং হুরবা মাতঙ্গিনা পুরকলে
শচী য়েংনা শচীকান্ত হায়খি মপাও খোইথম্বা
পুক্লিং মাগী খোইদানা;—"চৎসি দেবি ঐগদি ;
মনম ন্নুংশি' নৈনমদি খঙ্গোল মানা হুম্মকপা
থোইনা হেন্না ন্নুংশিদো। থম্বো মাগী মহাওদি
শিঙেঙল থম্বাল গুণননি, তারিব্রনে নিংথিবী !"
চান্নজবৈ মপাও-তা নোক্লা তুংয়ান ফজবী;
মবুংঙোগী খুজেং-য়ান তম্না কারে দোলাইদা।
স্বর্গগীদি স্নথোং থংলৈ থিন্দে দোলাইদো
মরম্নাইবু মহাং-জৈ ন্নুংশিরবা খোঞ্জেন্দা।
থিন্দনবু থৌদোকই ; নোংদোম্বক্লা পাইরক্লে
লংনা দোলাই অথোইবা, মিকপ থোক্লে জগৎসে,
কোরৌহনবা খিঙ্গারেনা উদয়াচলদা খনছুনা।

চরোই মাম্থ তেতু-খোং, অতৈ চেক্লা পুন্নাং-লাং,
নিকুঞ্জপুম্ব মনিন্নাই ; নোংঙান ঈশৈ শৈরাংবা !
শাগৈ মৌদি নৌরিবী লৈনম হাবা-পাবন-থা
ইকাই চরৈ নোংখুম্না, য়ুম্‌গী মশিন পাইনরে।
মানসগী মনাক্তা কৈলাস চীংদোন নিংথিরি
পুমঙানবুদি ঙানহুনা, মতোন্দুদা শিবগী
সনাই শঙ্গাই লৈরিনে, ৱাহোং চুড়া নিংথিবা
মাধবগী কোক্তোম্থক থোইনা হেন্না ফজগুম !
শংবান্নবা চীংদোন্নি, সনাই লৈরাং পরেংনা
নিংথারিনে মতুদা, ফজৈ, ফাগে শেৎপগুম !
ঈফুৎশিংনা ঈফুরি মফম মফম খুদিংদা
অঙৌবদি চন্দন্না মশাপুম্বা তৈতেগুমলি।
দোলাই থারে, মখোংনা, শচীগদি লোইননা
চংশিল্লক্লে ইন্দ্ররাজ য়াইফকোন্দু তমহুনা
লৈমরেম্বী-শকফম-শক ঙাম্থোইরম্মী ইবেম্মা
সনাই তাংবন মথক্তা, বিজয়ানা চামর হুম ;
থাল্লি ছত্র কয়ানা। নিংথিজখে, করমনা
ভব-ভবন-মতিকপু কবি কনানা শীংথানি।
য়েংবিয়ুনে ভাবুকশিং, থনবিয়ুনে মুন্নদি।
পূজা তৌজৈ শক্তিদা অথোই' ভক্তি চৈরোইনা
ইন্দ্রাণীগা মহেন্দ্র। আশীষ তৌনা অম্বিকা
হংবিরকই নুংশিনা ;— "হায়য়ু দেব মঙ্গলপাও,

ফরি থৌগী ওসিসে অসি উবা খত্রাংনা ?"
বজ্র-শূবা বজ্র-খা মখুৎ অমি লোয়্নজ'
হায়ৗজরকই— "হে ইমা। খংবিদবা লৈবরা
জগৎসিগী করিবু ? লাইশিংগীদি য়েক্লবা
লঙ্কাগীদি মবুংঙো, অকনবদি লানফমদা
হন্না মাগী মপারী মেঘনাদতা ওসিসে
লানজিং পুরেন হাপখরে। হয়েং ইপুং ওানবদা
পারী য়েক্ল' লোইওম্বা হুইয়েন লানফম চংলনি
ইষ্টদেবদৈ অপাম-বর তম্নবুদি ফংহনা।
খংওম্ববু নত্তেদে৷ মাগী মতিক হে মাতঃ।
রক্ষঃ শাগৈ লাইরেম্মা বৈজয়ন্ত-ধামদা-লাক,
অসি পাওবু পিরৈদো, ভগবতি হে ইমা!
হরি প্রিয়া তাকপীনে, লৈপাক্লেমা তেংথারে,
পুঙমত্রবা অরুম্বা পুজববু ওমদনা;
বিশ্বপুবা শেষস্থ পাঙ্গল মাগী হিকথরে;
মশামকস্থ ইবেম্মা মতম পুম্বদা তপথগ্রে
থারগনি লক্ষাবু! চরণ থাদা পাওসিবু
হঙ্গচ্চরু য়াথংদা, সতি নংগী চরণ-খা
তমজরকলি ননাইনা। দেবতাগী মরূপনা
থোইনা হুংশিজরবা বীর-রঘুমণিনি!
অদুম ওইনা লাই-শাগৈ কনা লৈরি রথীবু
রাবণিগা লানফমদা লাম্বাধুদি পাদোবা?

তাইবং মাংহন ওন্নবা যজ্ঞবুনে হে ইন্দ্রা
ময়াই চমহন' হিংচাবা, জগৎতবু ফাওখিনে
ইন্দ্র শুম্মী ইন্দ্রজিৎ। করি কয়ম' উপায়দা
কনওমদৌবা রাঘব—থনবিয়ুনে কাত্যায়নি।
নংদা থৌজানবিয়রবা হয়েং ইন্দুং ওানবদা
শ্রীরাম লৈত' তাইবংবু ওইহল্লনি ফজরবা।"
খুমখি কাত্যায়নিনা;--শৈব শাগে অথোইবা
নিকষাগী মপারী, থোইনা সুংশিজরিনে
ত্রিশূলীনা মহাকপু; হৌজিক তোগু লুপথে
তাপসগী মবুংঙো, মহাক্না লঙ্কাই পাজনি।"
মখুৎ অনি লোন্নজ' হন্না হায়জে বাসবঃ
"থোইনা ধর্ম্ম লৈত্রবা হিংচাবগী মবুংঙো—
দেবতাশিংগী য়েক্লবা! চীংনিংথৌগী মমোয়্রোই
তিল্লাং য়োংনা থনবিয়ু! লাইরবগী লন-হুবা
অহুগুম্বা ফজরবা, মফমতুদা হে-পর্লেম
থৌজান মতিক চাবরা? লমচৎ চুম্বা রাঘব,
মপাবুং রাশক ওাক্লবে সুংওাই য়াইফ পুম্ব থা
চাকনিবগী কীজেৎ-শেৎ শুক্র' বন্দা চংজবা!
তমফা-মাগী তরকপা মমল লেপওমদরবা
লৈজবনি অহুমতাঃ—কয়া সুমা তৌজবা
নমাইনা করম হায়জনি! অহুগুম্বা তমফারেল
মায়াই লাংবু লাংথাকনা হুবিবনি ফঙবা।

ওস্থোকপনি পলেম-ও খল্লুবদা রাফমচু
অশাও মৈদি মৈহোই, ননাই থম্মোই লকাদা!
ত্রিশূলীগী বরদৈ কনখ্রে পাপী হিংচাবা
অয়াম্বদি দেবতা নাপী ওইনা খনখরে।
মীগী তালোই মিতাবা পাপী লৌনিং-চানিংবা।
অতুগবু করিগী ( খংজবদি ঙমদরে )
ইমা চানবি পাপীদা থৌজাল পীনহৈবী-ও!"
লেপখ্রে মপাও ইন্দ্রদেব; হায়জবদি হোরকই
বীণা খোল্লোই খোন্থাংদা স্বর্গে মবেম্মা নৌজনা;
বৈদেহীগী অরাব্দা, "দেবি, কনাই মথম্মোই
পুজবদি ঙমদৌবা? অশোক বনদা ফমচুনা
অহিং মুংথিল (কুঞ্জবন চেক্লা পিখক মতারোই
পোন্দবুদি খাংগুমনা) কপলি রানা ফজবী!
কয়াই মতিক থম্মোই-কাই থাজ মাম্বী-খাংলিনি
মপুরোইবা শেংনবা, ভাঙ্রান-নংগী খুয়া-খা
পলেম ওইবী নচানা হায়ঙম্বস্থ নত্তেদো!
নংনা চৈরাক পীদ্রবা কনানদি পীবিনি,
ফজ্র' পাপী হিংচাবা? মেঘনাদপু মাংহল্ল'
হন্না পীনৌ বৈদেহী বৈদেহীনা পেঞ্জব্দা;
মিংচৎথিবা ননাইগী কোকপিয়ু শশাঙ্কধারিণি!
ওস্থোকই ইমা সরমে এনা তাজে মীচিন্দে
লাইশিংগীদি মবুঙো' মাইথিপিথি হিংচাবনা!"

নোক্না হায়খি উমানা,—"রাবণ মাগী মফমদা
শাওরে নংবু * জিষ্ণু। নংস্থু, হে মঞ্জু-নাশিনি
শচি, লাংতক্লরে ইন্দ্রজিৎ শিননবা নথম্মোই।
নখোয় অনি চংতুনা হায়রবকো ইফমদা
সনা লঙ্কা তুম্নবা। ঐগী ইতিক নত্তেকো
থবক অসি পাংবগী। শিব-মানা শংলিবা
রক্ষঃ শাগৈ অচৌবা; মহাক নত্ত' নং-নিংবা,
বাসব; হায়্যু কনা, থুংহননি জগৎতা?
যোগতা লুপখ্রে দেবরাজ, ঙসি সদাশিবদি।
যোগাসনবু মিঙ্গৌবী লোইবী চিংদোন অকীবা,
থোইনা শুক্ল' মফমদা, মতুদবু যোগিন্দ্র—
চিক্লবূদি ফমথরে, কম্না চৎনি মকাদা?
উচেক নিংথৌ গরুড় মামক পাইজ' ঙম্ফরোই।"
হায়জৈ নোঙ্গ' মতৌদা অদিতিগী মপারী;—
নংবু নত্ত কনাই'তিক, হে মুক্তি পীহৈবী
জগদম্বে; চৎলুবা ত্রিপুরগী য়েক্লবা
ভৈরবগী মফমদা? রক্ষঃ শাগৈ তুম্ন-হাৎ
মরোল অহুম কনবিয়ু; ধর্ম্মে মতিক অংচৌবা
থৌগৎপিয়ু ইমানা! বসুন্ধরাই অরাবা
মাংহনবিয়ু; থাবিয়ু বাসুকিগী অরুমবা;

* জিষ্ণু=জয় ওইবা। মঞ্জু-নাশিনি=ফজবিশিঙ্গী নাপন মাঙহনবি।

কনবিয়ুনে রাঘব ।" মত্তৌম্মুয়া সতীদা
স্তুতিবুদি তৌজরে দৈত্যারীদি য়েকুবা ।
মতমসিদা খংহৌদে খোইনা মনম চুংশিবা
কোম্মংছেবু শিল্লকলে ; মোইবুং শরিক খোঞ্জেল্লা
মাইকৈ মরি পুমনিন-নিন মঙ্গলবুদি তৌরক্লে,
লাপ্তরুদি কুঞ্জবন চেক্লা পিখক খোম্বাংশিং
নৌজনদি খোংগুম্মা । সনাই আসন হাইরক্লে ।
বিজয়াদি মখোইরোই কৌবিরকই মেংজনা,
ভরদবু থাগোনবী মেনবিরকই মপাওখোল,
"হায়য়ু থাজ মানবীও পম্মু কনা ঐগী-কা
মতম ইচা-চাদনা পূজাবুদি তৌজবা ?"
মন্ত্র শোম্না, খোর্জেশ্মু থিন্দে তনখোং মখোংচৈ,
মতুং তাবা য়োমোন-লোক হক্কচেনে মখোয়নৌ ;—
হে চীংনিংথৌ ময়োম্লোই, দাসরথি রথীনা
নংবু পূজা তৌজরি, সনা লঙ্কা পুংময়োল ।
লাইজ থনবা ঘটতদি, সিন্দূরনা তঙাং-য়েক
নথুয়া-খা অনিদা পূজা তোরি রাঘব
অশং থম্বাল কচনা, উরিগনি নোংদোম্বক ।
থৌজানবিসি মক্কমদা, থৌজালবুদি পীহৈবী ।
অথোইবদি ভক্তনি কৌশল্যাগী মপাকী
রঘু শাগৈ অথোইবা, মাবু অরা কোকপিয়ু ।"
সনা তাংবন তম্বা-খা, রাজ রাজেশ্বরীনা

লেংখৎলগা হায়খি হন্না মতারোইদি বিজয়াদা ;—
* দেব-দম্পতীবু সেবা তৌদো নংনদি
মতিক থোকপা বিজয়ে ! চৎলে ঐদি মফমদো
যোগাসন্দা ( অকী' শকপান্নবা চীং )
হৌজিক্তবু লেংশিল্লিবা ধূর্জ্জটিবু কৌব'দি
অসি হায়র' শ্রীদুর্গা শামু খোংথাং ঙমজনা
সনা সঙ্গাই লেংশিনখি। দেবেন্দ্রদি বাসব
ত্রিদিবগী মতাল্লোই ; লুনা চান্না তৌজরে,
সনা-তাংবন-থাজনা বিজয়াধু নিংথিবী।
লুনা তৌবা মতৌদা পেঞ্জে অনি কয়াবু।
শচী মাগী মঙকশম জয়ানা মোমোন নোকচনা
লৈরাং পরেং হুকপদা থল্লান্নিচাক পান্দমনি ;
শমলাং শম্বুন পুনখিনে শমচেৎ তোইথা-থাহুনা
লৈরাংনবু লৈথেৎ-চা-রত্ন পান্দমলাকপনি,
মাইকৈ মরি য়ৈখিনে যন্ত্রশিংনা সুংশিনা,
সুজাশিংনা জগোই-শা সুংশি খোঙ্গাং-শৈরাওনা।
কৈলাস পুরী শুন্দাংলে, মরোল অহুম ঙমথরে।
মংলানচাদা নাউরানা থুমু' খোঞ্জেন 'সিভাবা
পলেম তম্পাক য়াভানা, নোকচৈ মমিৎ পাংজদে।
কাইন-মৈশা লাংজবী মোল্লাং তাইখাংনর'সু
সুজা তুমথুন হুনদ্রিবী ; মথংলেনগী খোংথাংনি,
মাপাইনবু ইবেম্মা থোংজি নাতৈ কাংজরুই !

* দেব-দম্পতীবুনে—লাই মতৈ মনাও অনিবুনে।

কোকিল নৌর' খোম্থাংশিং তামখ্রে নিকুঞ্জবদি !
যোগিশিংনা হোগংলে ইষ্টদেব শোন্দুনা
বর নিরো তাকপিনা উংপিরব্রা মবুংঙোনা !
সনা সঙ্গাই লেংশিল্ল' শিবনবু গুন্মাংপী,
খঞ্জখিনে কমদৌনা গুসি ভবেশ উননি ?
সতী গুহাক খল্লুর, নিংশিংলকলে রতিবু ।
কামদেব লোইননা ; কামদেব গুন্মাংপী
থাজ মানবী ; কুঞ্জবন শান্নরিবৈ মফমদা,
উমাই অনিংবদগী মনম মুংশি' লৈনম-পু
মালং ইপোম পান্দম-ওই শিংলুরেনে তুম্পাক্লা ।
রতি থম্মোই জগোই-শাই বীণা তার-দা থুদোম্বী
খংপু-খংলু নাওংগুম ! য়োখ্রে, কামগী মতাম্লোই ;
থুনা য়াংনা নোংলক-থাই কৈলাসকী চীংদোন্দা ।
লাইজ' চোনবা পুখ্রিদা চিংথৈ ফীতুপ হুল্লকপা,
ফুগাইরকপা থম্বালনা কোরৌহনবৈ মতাম্লোই
ঊষারাণী মখোং-খা থুরুমজবা পান্দম্নাক,
চান্নজবী মদনগী থুরুমজরে পন্দনা
হর-প্রিয়া থুয়া-খা মরু মাগী লুকচনা ।
* আশীষ তৌনা মোমোন্নোক মেম্বিরকই অম্বিকা ;
"যোগাসন্দা তোপ্তা মুন যোগীন্দ্রনা লৈখরে,
মতৌ করম থুগাইনি সমাধিবু মহাক্কী ;

* আশীষ তৌনা=মঙ্গল তৌনা ।

হায়য়্‌ থাজ হেঞ্জবী !" পাওথুমইজদো নোঞ্জনা
শল্লাং চুমজম্নবীনা, মোহিণীগী শকক্ষমদি
লৌবিরোনে হে দেবী নয়াথংবু পীনৌনে
ননাই ফীজেং লৈতেংগে, লৈতেং কয়া পুরকনা ;
পিণাকীনা উবদা চেংলৌ ইবেম্মগীদি
শোয়দে শুক্ষাংলগনি, শুক্ষাংপগুম শুক্ষাংনি
বসন্তগী চৈকোক্তা নিকুঞ্জগী মন্নুংদা
লৈরাং শয়োম শাংপদা ঋতুপতি কৌবনা।"
রতিনা স্নম্না মপাও-মেন, মনম নুংশি থাওনদি
শল্লাং থোংনা তৈশিল্লে, লোনথি বেণী পুক্লিং-হু।
মখল কয়াই লৈতেংবু পুথোরকলে মুজানা,
হীরা, তম্ফা মুকুতা মণি ইরং লংনা য়েপ ;
চন্দন মখল কয়ানি কুঙ্কুমদি আগরু
কস্তুরীনচিংলবা, রৈত্নে মঙাল লোইনবা
চরৈ ফীগে থোনখরে। চরণ অনিদা আলতা
পীশুম পাগোই য়েক মিংকী কাজ্জল নিংথিরে !
তাইবং শুক্ষাং মশকফম তম্না লোথে ইবেম্মা
চিংনিংখোগী মতাল্লোই ; দ্রাক্ষাদবু লা-ক্লবা
সনাই কুচু পান্দম্লাক মঙাল শরুক অনিনি।
শকয়েং মিংশেল শা-জনবা য়েংঙি দেবী মচেংলৌ
থাজ হেম্না হেন্‌বীদো ; শাংকাইরবী থম্বালগুম
মক্ক লাইজ' ঈপান্দা শাংচনিংঙাই মকা ফন।

খোইরুম্লনা হায়খি'ন ; হরপ্রিয়া, রতি-স্নেং ;
"কৌরো নংগী নবুংঙো।" খুদক্কুব্ব মকৌথি।
( কোকিলনদি কৌজগুম ঋতুরাজ মবুংঙো )
মদন্না, অপাম ঈখৌ-লাং, চেল্লকলেদো পন্দনা
লৈগি লীরুং খুংশুনা, মীরৈপাক্কা লৈজবা
লৈজবীশিং অতুনা স্বদেশ সঙ্গীত তাবদা
চেনশিল্লকপা পান্দমনি হরাও ঈরোইনতুনা !
মেন্নি মমোম্না চীংনিংধৌ ; চৎলো চৎসি ঐগবু,
কামদেব-ও চৎকনি, ঐনা যোগপতিই নাক
যোগতা লুপলি ইবুংঙো ; চৎসি পন্থরন্নুসি।"
অভয়াগী খুয়া-খা মায়াগীদি মপারী,
মদন হরাও শক্লাইবা, পাওখুমজৈনৈ কৌজনা ;
"অতুগুম্বা নয়াথং ননাইদব্র করমনা ?
মমাং ব্রাফম নিংশিংজ' কীখে ইমা মীপাইখে !
পংল দক্ষে-দোষনা সতী' থব্রাই থারবদা !
হিমাদ্রিগী মরালয়াই পোকপনিদো মশানা
নংবু কাইন' মৈনা-কা বিশ্বে ভার-পুমথা-থা
বিশ্বনাথ, হৌখি ধ্যান, দেবপতি ইন্দ্রনা
য়াথং পীনৈ ননাইদা, থগাইরুদৈ মাগী যোগ !
ফত্র' পুংদা খোংদারুই ! হরৈ তোপকী মফমদা
লৈগী লীরুং লীরি-চন, থারুই ফত্র পুংফমদা
লৈগী তেনদো ! পাঙ্গল খোকপা নোংশানা

শামু থক্তা চোংশিনগুম, নিনখ্রে বনদো ঙংবদা,
ননাইবু য়োংকে চোংশিল্লে মৈরিহ্নুনা শাগুনবু,
ভবেশ্বরি, লৈরিবা, ভবেশ্বরগী লাইবক্তা।
গুম্বোকপনি পলেম-ও করম মৈচাক খাংগনি,
কম্না হঙ্গংলসিগে ঙাঙ্গান নংগী থূ্য়া-খা?
মাংলে হায়না লাগুহ্নুনা কৌজে ইন্দ্র,চন্দ্রদি
মুংশিং-মুমিং মুম্নবু; কনামত্তা লাকপিদে
উংপূ ওইরে থিন্দনা! ননাই কীবনা নিকচরে,
ভবৈ মতিক খল্লুবা, ঙাকপিয়ুদো ননাইবু
ঙাকপীহৈবী নহাক্না! নোঙ্গরিনে থুয়া-খা।"
মুংশিনবু মদন-কা নোক্ল' হায়খি শঙ্করী;—
"ঐগা লোইন' চংপধু নপুক্লিংদা কীহৌ'ব্রা?
ঐগী বরদৈ নহাক্তি মতমপুমদা মাইপাকচৌ!
পুংফম খেন্দোং ফত্ত-কাল মৈরিহ্নুনা ফংবদা
নংবু চাকথেকপহ্নুনা; নফমদবু ঙসিদি
তৌজরনি পুজাবু; হিদাক্কীদি মগুণনা
থব্রাই মাংন' শকওইবা হু-মক্লবু হিংহনগুম
মাংলগদ' থব্রাইদি, পাংখকতুবু ওইসনু।"
খুরুমহ্নুনা কামদেব ইমাই খুম্না-খাদদি
হায়জ্জরকই তপতকনা, থোজান পীনবিরবা
মহাক্নুনা অভয়ে, করি কীফম লৈরিবা
মরোল অহুম্মক অসিদা? অহুম্ম ওইনা হঙ্গচৈ,

ননাইনবু খুয়া-খা,— করম্নবু মন্দিরদৈ
নগেন্দ্রগী মমোয়োই, মপান্' খোংহাইবিদোবা
হায়বিয়ুনে ননাইদা মোহিনীগী ফীজোলদা?
মিংকুপ 'মদা ঙমনি ইমা, জগৎসিনা উজবা
নিংথিজর' নশকফম; হায়জরিবা তশেং'নি।
ফারুগত্রা হায়ববু শোইরোই ওন্ন-তৈননি।
লাইবু হিংচা' পুন্ন-হৌ সমদ্রবু নৈঙৈদা,
অমৃতদি ফংখিনে, দিতি 'চাশিং ফত্রবা
থংনৈ দেবতাশিংগা সুধা মধু হাকনঙৈ।
মোহিনীগী শকফম-লৌ লেংলক্লেদো শ্রীপতি।
অরোন' ফীজোল থোল্লিবা হৃষিকেশপু উজবা
ঙম্ন জ্ঞানদি মাংনৈনে ননাইগীদি তেনজিন্দা!
মাইথোং নৈহি ঈখৌ-লাং অমৃতবু কাওনৈনে
দেব দৈত্য অপুম্বা; তাংজলীনশিং লুকচনৈ
তাংজ মাইথোং মখোয়গী, লুতুং বেণী উরুবা;
মন্দর-কৌ লোইবী-চীং চপ্প লেপ্পা য়েংজখি—
উরুবদা মহাক্কী ঙানফম থিক্লেন অনিবু।
নিংশিংলুবা রাফমদো সতি নোকপু নোক্লিংঙি।
সনা মানবা চরৈনা য়োম্বা কোরি মাধুনে
নত্রগনা পিথ্রাইদা, অম্নুক নিংথিজরবা,
দেবী মখনবিয়ুদো, তশেং সনাই মঙানদি
কয়া পুক্লিং হুদোবা।" খুদক্তবু অম্বিকা,

সনা মানবী মকুচু মায়াই লাংলম শেমহুনা
মায়াময়ী খুমথংবে নিংথিজবী মণকফম ।
ওংঙাকপনি লৈ-থম্বাল কোংবী য়ুমজংখুবদা
মাইথোং থাজ-উমশিনগুম । নত্রগনা মৈরিনা,
উংকী মপৈ মন্নুং-চং নোকচবনে মোমোন্না !
নত্র' থাজৈ মকোইদা অমৃত মাং তম-থম্
লাইশিং য়েক্ল' ঙাক্না চক্রনা লৈ-হনবগুম্বী ।
শামু ময়ানা শাখুবা থোংজাও তুংওইনবন্না
মোমোন্নবী থোবকলে, লৈচিন্নবু খুমজবী
উষারাণী পান্দমল্লাক ! লোইনবকই মন্মথ,
খুত্তা লৈগি লীরুং-শু, তেন্দোং তুংদা তুংয়ান্না,
লৈরাং তেন্দি অথোবা থক্লোক্লবু হাপ্তুনা—
তিংখং থম্বালথোক্তবু, শাংলে থম্বাল ফুগাইনা ।
কৈলাস চীংদোন মতোন্দৈ অকীবদি চাংদোন্নি
হেন্না ব্রাংবা, * যোগাসন সুন্না মিংকম নাইরবা

তিংখং থম্বালথোক্তবু……মাং থারিবী দুর্গানা থম্বালগী মতৌনি, তুংগী মদন্না থম্বাল লৈথোকনি। তেন্দোংদা হাপ্লিবা তেনশিংনা তিংখংগী মশকনি ।

* যোগাসন—হায়রিবা চীং অসিগী কন্নবাদা, মধুসূদনন্না নোংচুপলোমগী কাব্যনা মরম ওইদুনা' পুশিল্লকই। গ্রীক সাহিত্যদা য়াওরি—সাইগী লৈপাক 'অলিম্পিয়াগী' মথংদা 'অ ইডা' চীংগী চাংদোন্নি। জুপিটর্ পামহনবগীদমক মহাক্তী মুখী জুংনা' বা নিদ্রাদেব সম্নাসকী মতেংনা মকম অহুদা' থুংখি।

মালেম্নুংদা ; মফমদো, দেবী তাইবং শুন্দাংপী
থুংলৈ শামু খোংথাংদা। থুদক্তবু চিকখরে
লোক্তাইমাইকৈ মরিবু, অকীফংবা ঈরাওখোল
লেপখরেদো তুমিন্না, লাইজ ঈপাক সমুদ্র
ঈখোন তাল্লম-নেম্বগুম শান্তি দেবী লাকপদা ;
লৈচিনপুন্বা তাকখিগুম উষারাণীনা নোক্লকপা !
উরে দেবী মাংদনে তোপতা লুপ্পা মহাদেব,
বিভূতনবু পুমতৈ-তৈ, মিংসন্না অনি পাংদবা,
তোপকী ঈপাক্তা উথিবা পানগী জ্ঞানবু লৈখিদে।
মদন তন্না মোমোম নোক মেঞ্জখিনে নিংথিবী ;
"করি তোংলোই থিন্থবা, শম্বরগী য়েক্লবা।
কাপ্লো নংগী লৈগী তেন।" দেবী য়াথং ফংবদা,
লীরুং পাইখে, মীনধ্বজ, লীরি তন্না তনখিং-খিং;
সম্মোহন কোবা তেন মহেশতা তন্না-থাই !
শূলপাণি পাথংখি ; জটা থক-থক নিকখিদ্না,
লোইবী-চীংদোন্থক্তদি তলা উজাও-অচৌ'শিং
অকন' য়ুহারাবদা প্রোক প্রোক কল্ল, খোঙ্গেনগা
হাইখি' পান্দম 'হুমক্রি ! তপথদ্রেনে হে প্রভু।
চিত্রভানু ফোংফোং-ঙান ঙংখি লাইবক ময়াইদা,
মঙাল মৈরি ফাওরকলে ! কীখিবনা থুদক্তা
লৈগী লীরুং থুংশুবা থম্মোই লকা ভবাণী
লৈশিন্দুনা থাংজরে, অহৌবদি নোংখোংদা

নোংশামচা কীজনা নোংশা অমোম পলেম-থা
লৈশিঙ্গবা পাংখক্লম, কীব নোংখোং তম্বদা
থাক্ল' নোংখাক্লকপদা, নোংথাং মানা থকপগুম
পাংথোবক্লে মিৎস্নাদো কালগী মৈবি মঙানগা !
গিরিজাসু তম্বাং-থাই মায়াগীবু মফীভোল !
শুম্নাংব ইদা শুম্নাংলে, হায়খি হরাংজনা
পশুপতি ;—"কবিগো সিদা নথন' তবক উই,
চিক্ল' মফম নংবনে, গণেন্দ্রগী পলেম-ও !
কৈদা নগী মহেন্দ্র, নচা ননাই, শঙ্করী ?
কৈদা জয়া বিজয়া ?" খোইকয়্নোক্লা পাওখুমজে ;
খোইকম্নবী উমানা,- ননাই তম্না মকাও-থোক,
যোগীন্দ্র-ও নুংশানা লৈবি অচিকপসিদা,
অতুইদমক লাবচবা, দর্শন ইথৌ লাংবনা
থুয়া থম্বাল ভাঙ্গবা ! মপুরোইবৈ চাকহেনবী
মনুংভোগী কাদা তম, মচা মনাই লোইনব্রা !
ইনু' মঙান তম্বদ, চৎচৈ প্রভু থাঙ্গা, 'মোম

নোংশা মা। কীবনা নোংনা খেংবা অমসুং নোংনাং বুঙ্গ কনা নোংশা মচানা নোংশাঅমোম মখ কুংদা চংশিল্ল, অতুংমতুনা শিংগী মনাইবত্তুগী মৈনা চংবপা তমদি মঙান অতুদা নীতুনা, মদগ্না তাংবগী মথাদা চংজে। কবিনা মফম অসিদা মদনগী কৌবিবসগী মং অমা নোং-চুপলোমগী প্রভাবতা হবি। নত্রবদি কামদেবনা অস্থঃ। তোঃবান, নাইত তাদবা অমসুং নোকনিবা থংবনি।

মথম্মোইগী মপু-কা তোখে্ লুনা ঈশান্না,
মোমোন নোক্না মহাদেব, শক্তি মউন আসনদা
ফমহল্লেদো ঈশানী। থিন্দে মাইকৈ মরিদা
লৈরাং চংল ফুগাইরে, লৈরাং লৈহি থকচনিং,
খোইমু শঙ্গু পাইরক্লে ; শিংলে মালং' মলয়া,
কোকিল মাম্নু শৈহেক্লে; তাংলৌ লিক্লা লোক্লবা
শিঙেল্লৈরাং কেল্লকপা লোইবী চাংদোন কুপখে্।
ভাম্ফম থিক্লেন অনিদা লোৎচরিবা কামদেব
হরাও মথোই কাজনা, থাখি লৈরাং-লীরুং-খিং
থোর'তেন্দো পেঞ্জনা;— লুপখে্ প্রেমদা ত্রিশূলী !
ইকাই কৌবা রাল্হ লাক' *থাজ মাবু য়োংখরে
মোমোন্নোক্না মৈ-কৌবা লোৎচখরে উৎকী-সুং।

শুন্দ্ৎ-শকথোং শকউরু, শুন্দ্ৎলিবা হরনা
য়েংনা নোক্না হায়খি দেব; "খংঙি ঐনা হে দেবি,
নপুক্লিংগী রাফমবু, — বাসবনা করি-সুং
শচীগবু লাকলিবা কৈলাসদি নগাইতম,
মতম চাদনা নফমদা করিগী পূজা, রঘুনা ?
অথোই' ভক্ত ঐহাক্কী নিকষাগী মপারী ;
অতুম ওইনা তৌজবা কর্ম্মে মহৈ ফংলে-মা।
ঐগী থম্মোই কাইখরে খল্লুবদা রাফমসে,

* চন্দ্রচূড়না কান্নাময়াই কাবদু উবদা, মহাদেবগী লাইবক্তা লৈরিবা কৌবনা ইকাইহ্‌না মাইথোং মকখে্। মৈস্নু উৎ মম্নুংদা লোংখে।

মহেশ্বরী ! মাংলেদো ; মী লাইদি কনানা
থিংলু' মতিক ওইবরা চংনরকপা মহৌশা ?
থাখে্া মাবু, হে উমা, দেবেন্দ্রগী মকাদা।
খোংফম মাগী থিন্দনা, য়োখে্া-পীখে্া নয়াথং !
মায়াদেবী মফম্লাং ! ইমা মাগী থৌজান্না
হাৎকনিদো লক্ষ্মণনা, মেঘনাদ অকনবা !"
পাইখে্ কামদেবদো, মন্থম থানা পাইখি'গুম
উচেক নিংথৌ গরুড়, তোইনা তোইনা য়েংথুনা
সুস্বা সুংঙাই-পুংগীলম ! সনা মচু মাল্লবা
নোংগী মপৈ অথুনা মনমগী নুংশিৎ মালংবা
কাইদ' নিংশা হোন্দুনা লৈরাং খিক্লেন চাইরক্লে
থম্বাল থরো মালতী, পারিজাততি মাধবী.
জাতি, সেঁউতি-চিংবা কাইদ'মালং চান্নবী,
মাইকৈ মরি কোইররে দেব-দেব মহাদেব
মহাদেবী অনিগী থৌগনবুদি মতৌদা।

লাঙ্গাই শামু ময়ানা শাবা সনা পুমদাঃথোং
থোংজি নাতৈ কাঙ্গাং-য়া লেপচথুনা তরক্না,
মিৎলু পিরাং ঈহৌরে, অহাঃ ওন্থোকপনিনে
মপুরোইবা কাইনব্দা ! বসন্তগী চান্নবী,

সনা মচু মাল্লবা নোংগী মপৈ—সনা মচু মাল্লবা নোংমপৈ অথুনা মনম সুংশিরবা নুংশিৎকী মতৌগুম্বা মনুংশা হোন্দুনা লৈ কয়া চাইথরক্না দেব-দম্পতা অনিবু কোহশিনখে্।

তাঙ্গাসিদা থুংলরে। পাম্বোম অনি তিংথোকলে,
হুরাও মোমোন কামদেব, কোনবিরগা মুজাবু
রারী শুজৈ মুংশিনা! পিগী চত্নম কংথরে,
ইমুংলিক্লা মতুমদো থম্বাল লৈনা-ঈ-তুংবা
কোরৌ মঙাল উরকপা উদয়াগী চীংদোন্দা
মাংখিবগুম তন্নদি। থরাই লনবু ফংজবা
মাইথোংদদি মাইথোংথম (বসন্তদা পেন্নজ'
চোংঙা তেনবা পান্দমগুম্) মেঙ্গরকই মুংশিনা,
"ননাইবুদি কনবীরে ইনাক্পা খোংলৈ থুনা লাক,
রতি ঐগী পেঙ্গবা! কয়া খঙ্গরুরবা
কনাদবু তম্লুনি। বামদেবৈ কোলোইসে
তাবা ইবুংঙো ননাইদি মতম পুম্বদা নিকচৈদো,
মমাং' রাফম নিংশিংলু। থোইনা তমথিখরবা
শূলপাণি মহাকনি। হুম্না লেংবিরগনু
মকাদবু মহাকী, থরাই ঐগী মবুংঙো।"
মুংশি মিনোক নোক্লুনা পাওখুম্মীদো পঞ্চশর;
পিরিঙৈ উরুম্না চংজফম কোরৌ মঙান কদৌঙৈ
কীনৈ কনা কজবী। চৎলো চৎসি ইন্দ্রে নাক।

সনা তাংবন বাসব কম্না ঙাম্মোইরিবা-নাক,
থুংলরেনে কামদেব, নোম্না পাওখুম তমলরে।
দোলাইদবু তনকা-কাই দেবরাজ কৌবদো,

বামদেব—মহাদেব

খোংলৈ থূনা খোখরে মায়া মাগী মগাইফম।
মৈঙানগুম্বা শগোলনা নোংদোম্বক্তা থুরুপ-থাই,
মশোং ফেংপু হায়দনা; কীরবদি খোঞ্জেন্দা
হৌরি দোলাই চাকাদা, নোংদোম্নোংতুম তরুদি।
মমিং লিশিং শুবদো থিন্দে হেক্তা থুংলনে
মায়া মানা ঙাল্লি' নাক। দোলাইদগী কুমথরে;
সূর কুলৈ পাথৌদা, চংশিল্লকলে সঙ্গাই-স্থং।
মতুদবু উখিবা, দেব, কনা' শীংথানি!
কোরৌ মঙান অরংবা মঙাল মাবু হেল্লবা
সনা তাংবন্দা ঙাল্লম্মী, মায়াহৈবী ইবেম্মা।
মথুং অনি লোন্নন ইন্দ্ররাজ থুরুমজ'
চিঙ্গোই মপাও মেল্লকই, "চাহৈলেবী ননাইবু,
থৌজানবিয়ু ইবেম্মা, বিশ্ব-পুম্বা শুন্ধাৎপী!"
আশীৰ তৌনা দেবীনা খোইথুম্ননা মেনবিরে;
"হায়য়ু করি মরমগী খোংহাইরকপা ঙসিসে
অদিতিগী মপারী চিংনমুনে করিবু"
দেবপতি পাওথুম্মী;—"সদা শিবৈ ময়াথং,
মহামায়া লাকচরি নংগী নফম অসিদা।
তাকপিয়ুনে ননাইদা করি লৌশিং লংজিন-শম,
সৌমিত্রিনা ঙমদৌবা দশাননগী মপারী,
হয়েং-নোংজা পলেম ও? নহাকীবু কুপানা
(হায়বি বিল্লপাক্কনা) অকনবদি লানফমদা

মাংহনগনি লক্ষণনা, মেঘনাদ অকনবা।"
"ওহাক থল্ল' দেবীনা হায়রকইদা ইন্দ্রদা;
ক্ষত্রবদি তারকাসুর, সুর-কুলপতি-দৈ,
মুনঙৈদবু স্বর্গপুর নংবু মাইথি' পীহুনা,
কার্ত্তিক কৌবু পার্ব্বতী শিওমদবু পোক্লেদো।
দানবকীদি মবুংঙো হাংন' থৌরাং লাংলকলে,
মশামক্তা মহাদেব, রুদ্রতেজনা শেমখ্রেদো
খুৎলাইশিং। য়েংঙু, দেব, তাবাক, তাশোক্তা
সনা য়োম্লবা; য়েংঙু অসে থাংশাংসে, তুংনফম
মসিদবু যনমকনা; য়েংঙু অসে হে ইন্দ্র!
অকীফংল' তেন্দোংসে; ককওমদ্রবা তেন্ন-থন,
হুপু তোক্লেন থল্লবা নাগ লোকী পান্দমগুম।
য়েংঙু লীরুং, দেব!" হায়জখিনে মোমোন্নোক,
মঙান্নাইবা লীরুং-য়েং, শচীকান্ত অথৌবা;
"করি তৌনরুদোবা লীরুংসিনা ননাইগী
রত্ন মতৌগুম্লবা। নুমিৎ মকোইদোগুম
পুম্নং-লংবা তাবাকসে—মিৎপু পুমথক থক্লবা!
মৈরিগীবু পান্দম্লাক থাংশাংবুদি লংলবা
'তুগুম তেন্দোং হে ইমা! তাইবংদবু লৈরিব্রা?
"তাওনে দেব" (মহামায়া দেবীনা হন্না হায়খি)
অসিগুম্বা খুৎলাইনা মাংহনখিদো তারকা
ষড়ানননা হায়রিবা খুৎলাইসিনা, শোয়দেদো

মেঘনাদ শিগনি, শেংলবনি হায়রিংসে।
অহুম ওইনা মরোল 'হুম লৈতে অকন অপুম্বা,
মী লাইগীদি মথংদা, অচুম লাম্ফম' হাৎনুবা
রাবণ পারী। থাখরো নংনা খুৎলাই লম্ফমদা,
হয়েং ইনুং ভানবদা চৎনি ঐস্মু লঙ্কাপুর ;
চৎলো নংগী লাইরৈপাক লাইশিংগী লল ওইবা।
লৈরাংশিঙ্গী মরুপ্লোই উষারাণীনা হাংব-কাল,
সনাই নোংপোক থোংবুদি, থম্বাল মাম্বী মখুৎনা
হয়েং কৌবা নোংসিদা, মতম কুইনৈ মীপাই-নং,
অকনবগী নোংশাদো, ইন্দ্রজিততি মিঙ্গৌবা
মীপাইজবা কোক্লনি নহাক্লব রাবনু ;
লঙ্কা থম্বালগী কোরৌহন চৎখ্রনি অস্তাচলদবু।"

হরাওনবু ইন্দ্রদেব' দেবী খুয়া খুরুমলে,
খুৎলাইশিংহু পুহনা অমরাপুর য়োংখ্রেদো।

ফমলে দেব সভায়াই, সনাই তাংবন বাসব,
হায়রকইদো অথৌবা চিত্ররথ চিংন-য়েং—
চ্যোকশিন্নবু খুৎলাইশিং পুর' চৎলো অকনবা!
সনা লঙ্কা লৈকোইধুং। সৌমিত্রি-মীনোংশা
মায়াগীবু থৌজান্না, হয়েং হাৎনি লানফমদা
মেঘনাদ! করম্না পিরকপনো তম্মুকো —
মহাময়ানা মকাদা। তম্মু রাঘব অহুদা,
হে গন্ধর্ববগী মবুংঙো, স্বর্গদবু লৈজ'শিং

মঙ্গল ঈখৌ লাংঙি-মাই ; পার্ব্বতী মশামক
হবগীবু চান্নবী, চান্নি ঙসি মাগী-কা।
কীদনবা ব্রাফমবু হায়বম্মুদো পুকফবা!
রাবণিনা লান্দা-তু, শোযদে রাবণ তুগনি,
ফংনি সতী বৈদেহী রঘুকুলমণিনা
ঐগী দোলাই, রথিবর, কাবো যাবা চংলোনে,
মতু' নবু উহৌ-থোক সনা লঙ্কা খাংদাবা
ব্রাথোক্কনি হিংচাবগা ; নোংশিংদবু ঐহাক্না
য়াথং পিগে কুপ্পবা নোংদোন শরা শন্নদি ;
মালং মাবু কৌহুনা য়াথং পিগে থিন্দনা
ঙহাক পুঙ্গাই শঙ্গোনশিং থাদোকউনে নংনদি,
নোংথাংলৈমা চেঙ্গোক্লা জগোই খুংথেবহনগনি,
বজ্রগীদি অয়াক-খোল জগৎ পুমনিন নিনহনগে।"
দেবেন্দ্রগী খুযা-খা নোঙ্জনবু খুকমলে,
চোবশিন্নদি খুৎলাই-পু, বুমখে মালেম চিংখৎ।
মতুং দেব কুলনাথ, কোবে মালং থঙ্গোনবা
য়াথং পিবে :-“প্রলয়গী শিংলে। মুংশিং থিন্দনা
বাযুপতি লঙ্কাদা। থঙ্গোনবশিং থাদোকলো
বৈশুম শংলেন্নুংদগী; লৌখো নো গা মপৈসে;
ঙহাক পুঙ্গোই খংনৌনে, য়েক্ক' ওই' নোংখোঙ্গা
খাক-লাও কয়াগা।" চৎখে হবাওলুতোন-কা
মুংশিৎনিংথৌ খুদক্কা, য়োৎহিলং মাবু তৎপদা

নোংশা মানা চোংথোক্লুম, শুক্র'কৈশুমশং থম্বা
থঙ্গোনবশিং লৈরিবা ; চীংগী লোকচপন্নুংদগী।
তারক্লেদো লাপ্তনা মালংমাগী অঙকপা
ঙং-লাওবা মখোঞ্জেল, চীংশিং হাইখ্রে ফেংফেত্তি,
নোং লৈ নুংশিং অকনবা ফাওমদনা ফারিবা।
নুংগী থোংজাও হাংবদা লৈরি, নুংশিং অপুমবা
ঙংনা পাইথোরক্কনি মন্নুংদগী পন্দনা,
ঈশিং ঈচেন পান্দমগুম, থিংলম পন্না কাইবদা
মালেম পুম্বা নিকথরে, সমুদ্রস্থু ঙংলকলে!
চাওরবদি চীংদোনগুম ঈথক ঈপোম কাহ্নুনা
ঈরাওথোলবু হৌরক্লে, নুংশিংকবু লোইননা
কল্ল' লাম্বা হৌরক্লে! নোংগী নোং-খোং হেরক্লে,
নোংথাংনবু নোক্লকলে, বক্লে খোঞ্জেল থাক্লক্লে।
চেল্লে থাজ মহাকস্থু থব্রানমিচাক কাংবু-পু!
কুপখ্রে লঙ্কা নোংনবু নোংথাংলৈমা মৈরিনা
মপৈ মপৈ ঙানখরে ; বনগী উপাল তেকখিবা
প্রোক প্রোক প্রোক্লি ; নোং নুংশিং নোংদোন্দা ;
চুখ্রে অঙক নোংজুবু খুংশেম লুপফনখ্রগেনে
প্রলয় নুংশিং কুম্লদি। লেম্না প্রোপ্রোপ তাবনি।
চংশিনখরে কীবনা ময়ুম ময়ুম হিংচা'শিং।
লানশংদবু ঙাম্থোইননাক রাঘবেন্দ্র অকনবা
থংহৌদনা থুংখরে অথোইরথী চিত্ররথ,

কোরৌহনবা মহাকপু মঙান্নদি য়ৌমগুমনা
মশা রাজ আভরণ ! নিংথিজরি মখ্বাংদা
খ্বাংলাকনদি, ঙাল্লিনে রাশী চক্র পান্দমগুম,
'ত্থুদা থাংশাং য়াল্লিদো—ইলং ইলং ইথক-থক।
কবি কনা' শীংথানি,লাইগী তেন্দোং লীরুংতেন,
চুঙ্গোই থাংদি মহাশূল, মু'মিং মঙালগুম্নবা
সনাগীদি কিরীট ! লাইগী মঙান মিংথকলে;
স্বর্গগীবু মনমনা হাখরেনে দেশ-পুম !
তগুপ তরাং নোঞ্জনা দেবদূতকী খুয়া-খা
রঘুবর পাওহংজে ; "হে লাইরৈবাকী অথোইবা
লাইরৈবাকপু নত্তনা আহাঃ করম লৈপাকতা
পক্লি সিগুম শকসিবু ? করি থোগী ঙসিসে
নন্দন কানন থাত্থনা, হায়বিয়ুনে ননাই-কা ?
সনাই তাংবন লৈজদে, করি খুদা কংনি দেব ?
থোজানবিরে, হে প্রভূ ননাই ঐগী ইকাদা
পাত্ত অর্ঘ্য লৌবিনা লেংশিনবিয়ু কুশাসন !
ভিক্ষারী রাঘব অহাঃ লাইমা মতোল্লি !"
আশীষ তৌনা রথীদো কুশাসন্দা লেংশিল্লে,
মতুং তাবা মুংশিনা চিঙ্গোই মপাও মেল্লকলে ;
চিত্ররথ মিঙ্গোই, দশরথি তাবিয়ু।
পুল্লীসিগী মনাইনি, ইন্দ্রদেব রাজগী
সেবা তৌবা তত্তনা ; গন্ধর্ব্ব শাগৈ অপুম্বা

ঐগী ইথা পোল্লিনে। লঙ্কাপুর তম্মকপা
ইন্দ্র মাগী য়াথংনি! নংগী মঙ্গল পামজবা
লাইগী মরুপ লোইননা দেবরাজ মহাকনি।
খুৎলাইশিংসে উবিরি, হে রঘুমণি-ও
থারকপনি নহাক্কী ননাও ইবুংঙোই মকাদা
দেবরাজনা। ফোংলনি মায়া মহাদেবীনা
হয়েং অসি শোয়দনা তাকপিরনি নকাদা
করম লৌশিংনা হয়েংসি লক্ষ্মণনবু হাৎঙল্লি
মেঘনাদ অথৌবা। লাইগী মরুপনা নুংশিবা
রঘু শাগৈগী মণিও অভয়াবু কৌরবী
মশামকনা নফমদা থোইনা হেন্না চানবীরি।
হায়ৈজে রঘুনন্দন্না ;—"নুংঙাই ঈপাক তাওজরে,
গন্ধর্ব্বগী লুচিংবাও! য়াইফ' পাওবু ফংজবা।
পংল' মীওইবনি ঐ, ওন্থোকইনে করমনা
উচ্চগনি তৌবিমল? ব্রাফম অসি নোঙ্গরি।"
মোমোন্নবু মেল্লকই ইন্দ্ররাজগী দূতনা
"তৌবিমনবু উৎপদি দেবতাগী মফমদা,
লাইরববু য়োকপিবা, ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবা,
ধর্ম্মে লশ্বী মতম-পুম কাইদনবু চচ্চবা,
নিত্য-সত্য ঙাকচবা দেবী সেবাদা চংখোনবা,
চন্দন, লৈদি, নৈবেদ্য ফীগে ফীরোল হায়রিবা
থোইনা পেনদে দেবতা কচ্চরিবা মহাকনা

মপুক মাগী শেংত্রবা! মরু ওইবা রাক্ষসবু
রঘুবর নকাদা হায়রবনি তশেংনা।”
খুরুমজরে শ্রীরাম, আশীষ তৌনা চিত্ররথ,
দেবরথতা কাহনা স্বর্গপুর তমখরে।
নেমখ্রে নোংলৈ মুংশিংপুম, মপুক তপ্লে সমুদ্র,
থরাম্নিচাক ইকোই-কোই থাজ মাধু হন্না-উ
সনা লঙ্কা নোকচরে। ঈথক নুংদা চংজনা
শাৎ-কাইরবী থারিকথা হন্না ঈরু মাইথজ'
লুপা কুচুনজরে, থরো নোকলে হরাওনা।
চেনশিল্লকলে হন্নবু, লানফমদদি লমহুই 'মোম
তোংশা চাবা পামজবী; শঙ্খু শঙ্খু উমাইবী
পিশাচনা কয়ানি! রক্ষ তেঙ্গোল থোরক্লে
হন্না অকী' খুৎলাইশিং খুৎশুননা ম'থাই-কা।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা * অস্ত্রলাভো কৌবা অনিশুবা সর্গ লোইরে )।

* মায়াদেবীগী বরদগী ইন্দ্রজিৎ হাৎনবা খুৎলাই লক্ষ্মণনা দেব অস্ত্র কংই হাম্নবগী সর্গ অসিগী মমিং “অস্ত্র লাভো” কৌবনি।

# অহুমশুবা সর্গ

লৈমকোনগী লৈকোনদা দানব চন্নু প্রমীলা
কপ্পি থংলেন কাইন-কাঃ রাজবীও নোঙবী।
থাজ মানবী পীরাংহৌ কোইজৈ হন্না লৈকোন্দা,
ব্রজৈ কুঞ্জ বন্দনে, ওন্থোকপনি মানখ্রে
ব্রজ-বালাই মতৌদো উজদবা পীতাম্বর
কদমগীদি মখোংদা মুরলীবু খোংজবা!
অমুক্তা সনা শঙ্গাই-নুং মপান্দদি অমুকসু
কাইন-মৈশা লাংলবী, অহাং' মকোন্নুংহুদা
থুনু অমোন্না রাজগুম! কারে 'মুকসু দলান্থক,
মিংয়েং হোংদ' লাপ্পদি নুজা য়েংজৈ লঙ্কারোম
লেপ্পু মিংলু ঈরাবু তৈথোক্লগা ফীজিনা!
লেপখ্রে বীণা, বাঁশরী, মুরজদি মন্দিরা,
ঈশৈ খোন্থাং নুংশিবা! কোইজরিবী মতারোই;
ওন্না মাইথোং মকথরে, রাখ্রে, নিংথিজবী মাই!
থংনদবা কনা লৈ বনগী লৈরাং মকশিনবা,
বসন্তনা হৌখ্রগা মৈশা লাং'দা বনপুন্না?

সর্গ অসিমক মধুসূদননা মরন্নাই শেম্মনি। ট্যাসোগী 'জেরুজেলাম উদ্ধার' কাব্যগী প্রভাব চংই। প্রমীলাগী চরিত্রনা কাশীরামদাসকী অশ্বমেধ পর্ব্বগী প্রমীলামকনি। নোংচুপলোমগী সাহিত্য' আর্মডাগী, ক্লোরিণ্ডাগী অমদি এনড্রোমেক্কী মতৌ থর চংলবসু মসি মাইকেলগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা থুংশেমনি।

থুংলৈ অহিং লাইরেম্বী লৈমকোলগী লৈকোন্দা।
পাখংখরে প্রমীলা, মেংন মুংশি' খোন্থাংদা,
বাসন্তী কৌবী মতারোই বসন্ত লৈনম হাজবী,
মাগী ঙকশম কোন্ন-কপ হায়জববু হৌরকই ;
"য়েংঙু অসে লাক্লেনে শুক্র-মম্বা অহিংসে,
অমু' লীনগী পান্দম্লাক চিকপীগেইনা ঐঙাকপু,
বাসন্তি ঙঃ! কৈদনো, ইতা রক্ষে মবুংঙো
ইন্দ্রজিৎপু মিঙ্গৌবা, খুদোংথির' মতৌদা ?
হৌজিকমকপু 'লেংঙক্লি' খোংহাইখিবা অকম্বা
করিগীনো থিল্লকপা খংদ্রে ঐদি করিবু,
খংব্রা ইতা নহাকপু তম্বীয়ুবা নতাদা।"
হায়জরকই বাসন্তী মুজামাগী মতারোই
বসন্তদা খোংজবী বসন্তগী মরুপলোই ;—
"কম্না তমনি নবুংঙো করিগীবু থিল্লকপা,
ঙসি কৌবা নোংসিদা ? অত্থুম ওইনা অব্রাবা
থাদোকউদো ইবেম্মা। লাক্লগনি থিন্দনা
অথৌবদো মাংহল্ল' রাঘববু লানফমদা।
করিগীবু হে ইতা মুংশা থিবীবনোনে ?
শুরাসুরৈ থৌর' তেন্ন ককঙমদবা মহাকনি,
কনানদি মহাক্কা লাম্বাববু ঙমদোবা
লেংবিরকলো লেংসিদো কুঞ্জবনবু য়ৌরসি।
মনম মুংশি' লৈরাং হেক লৈখন চানা লৈরেংসি।

মোমোম্মোক্লা নবুংঙোই হুকচৌ লৈরাং মঙক্তা,
লানঙম্মকপা দোলাইদা লানঙফীরাল পাইগুম্মা।'
অসি হায়না অনিদো লৈকোম্নুংদা চংখরে,
লৈরি' পুখ্রি ঈয়াইদা শাৎপী লৈরাং থরোবু
ইংল' থাবন মঙাম্ম। নোকহম্মা শাম্মরম্মীনে;
খোইমু 'মোম ঙংলম্মী, খোংলি কোকিম্নুংশিনা,
মুংঙাই শকপাম্মরবী বনশিং' পামেল লাইবক্তা
তন্দনগী মঙান্না ঙাল্লম্মী, (মণিনা শাবা শিঙ্গ্রুং
লৈতেং পান্দম ওই) শিৎলম্মীনে মালংবা
উনাশিংনা নারেংবা লাওরম্মীনে শ্বাই শ্বাইনা
ফিগাওবুদি থক্কোক্লা অনি শিঙেঙল লৈহেক্লে
পিরাং মুক্তা প্রমীলাই ইনুং লীক্লা পান্দমগুম
নিংথিখিবা কনানা হায়জবদি ঙমদোবা?
উরে মুজা লাপ্তকনা শিঙেঙল মাদি মুমিৎলৈ,
মাইথোং মক্লি লৈরাংদু কোরৌহনবা শেংনবৈ,
লৈরাং মতৌ উরুবা মুজা থোইনা ব্রাখরে;
লৈখোং খাদা লেপ্তুনা মুংশি মপাও মেঞ্জেদো
"নংনা ফংবা দশাসে অহিং ঈতুপ তাম্লে-মুং
কোরৌ হনবৈ চান্নবা। ঐস্মু ফংলে ইতারোই!
মমথ্রে তাইবং অসিদি মিৎয়েং মৈশা লাংলেদো
কারে থম্মোই মুজাগী কাইনা মৈশা ফংবদা
কোরৌহনবা মাদ-য়েং হিংজবীনি তক্তনা

অস্তাচলদা মহাক্তি পাংখরেনে হৌজিক্তি
ঐগী থরাই' মবুংঙো ফংখিদ্রনে হন্নবু ?
( উষারাণী থৌজান্দে ফংবগুম সতি ননুংঙো )
লৈরাং হেকপা তোকথোক্লে নিকুঞ্জবন অসিগী,
অরা নিংশা শাংনা-হোন, মতারোইবু কৌহুনা
হায়জরকই প্রমীলা, "হেক্ল' শিঙেঙল কয়াবু
লেংল' লৈরাং পরেংবু হায়য়ু কৈদা ফংগনি
মাগী খুয়া-খাত্নবু লৈরাং খুজোক কৎতুনা
পূজা তৌজনিংবদো ? ফাবিখ্রবা কনানা
অকনবদি নোংশাদো খংঙমদ্রেনে ইতারোই।
চৎলো খোইনৌ লঙ্কা-দুং চৎসি ঐথোয় ্যৌরসি।"
হায়জে বাসন্তীনবু,—"করম্নবু চংঙমনি
লঙ্কা কোন্নুং ইবেম্মা ? লানঙমদ্রবা ঈপাক্লুম
রাঘবগী তেঙ্গোন্না কোইরিবনি মহাকপু।
রক্কেং য়েক্লা লঙ্কাদা চৎলি মাইকৈ মরিদা
খুৎলাই পাইনা, দণ্ড শুবা যম্নগুম্না।"
শাওখ্রে দানব চন্নুদো, প্রমীলা-ও ফজবী।
"করি হায়বা বাসন্তি। লোইবী লোকচিন থাহুনা

ঐগী থরাই' মবুংঙো......হন্নবু=হুম্নিৎলৈ নংদি, অহিং অসি হৌখিদ্রনা নোংঙাল্লবদি, নবুংঙোবু অমুক উজবা ফংগনি, ঐস্নু ঐগী থরাইগী মবুংঙোবু অমুক উজবা ফংখিগদ্রা ?

চেন্থোরকপা তুরেন্না সমুদ্রবু তম্মকপা
কনাই মতিক লৈবনো থিংলুদোবা মাই-ঈচেল ?
দানব মমোম ঐহাকনি, রক্ষঃ শাগৈ শাগৈ-মৌ,
রাবণ নিংথৌ ঃকুনি ইপুরোইবনা মেঘনাদ—,
ঐনা কীবা, ইভারোই চাক্নি ফীনি' রামত্বু
চংনি ঙসি লঙ্কান্নুং ইপাম্বোমগী পাঙ্গন্না ;
চংসি অথৌ কনানা ঐবু থিংদৌ' হায়য়ুদো ?"
অসি হায়না সতীদো শামু খোংথাং খোংচংতা
সনা সঙ্গাই তমশিনখি অশাও মাংওইনত্নুনা ।

য়েক্ল' নৈহংঙমজবা, পার্থ মহারথীনা
যজ্ঞে শগোল ঙাকভৈদো, *নারী দেশতা থুংলবা,
দেবদত্ত শঙ্খবু ফুইনা খোংবা শাওনদি,
ম্নুপীশিংনা লাম্বাগে থৌরাং তৌবা মতৌনি ;
মাইকৈ মরি নিনখিবা তুন্দূভিগী খোঞ্জেন্না ;
ফুদোরকপা ন্নুজাশিং ময়াইবুদি মকা-জ্জা ;—
নাক্তে থাংশাং চিংথোক্লা, লীরুং লীরি গিংত্নুনা
তাদোন ফৈনা হাইরকপা ইরুং লংনা ইথক থক
সনা হৎপা চুংশিংনা, কোন্নুং পুমঙান ঙান্দুনা ।
শগোল শংদা শগোল-খেক ; মনা চপ্পু থাঙ্গৎনা

* নারী দেশতা—প্রমীলাগী লৈপাকনি । হায়রিবা প্রমীলা লৈপাক্তগীমক মধুসূদন্না প্রমীলাগী মমিং, অত্নুগা প্রমীলাগী চরিত্রবু য়াম্না হৈশিংনা খর খরদং লৌরম্মী ।

তাবদা নুপুর খোঞ্জেন্দি, কিঙ্কিণীগী তমেং-খোল,
ডমরুগী খোঞ্জেন্দা তাংজ জগোই শাগুমনা।
য়োঙ্লিং চন্বা শামু খোং তাবা থম্মোই তথ কপা,
খোঞ্জেল মাগী অরুম্বা, লাপ্না খোং নো খোংগুম !
চীংজাও, লমজাও, নারক্তি কাইরে তুম্বা ম্মোয়গী
প্রতিধ্বনি ভৌরকলে ইথং-থংহৌদনবু ;—
নিনখোংলক' অসিদা মশা পানথে নৈপাক্তো।
নূঃ মুণ্ডমালিনী কৌ, ভূজা শাওগল্লবীদো,
শগোল চাম শাপোং হাপ; শগোঞ্জংলেন্নু দগী
চিংথোরক্লে ম্নবোং হরাও মথোই কাজনা।
চেড়ী চাম শয়াং-থক হেক্তা ফনফন হুনগংলি,
শগোল নাকথং অতুদা থাংখুমদবু থাংশাংনা
কে-কাক গে-গে ! জগোই শারি কোক্তোন্দা
কোক্লেতেংনা হাইরি। লেং-লেংনদি নিংথিনা
তুংগী বেণী মণি-হৎ-তেন্দোংগদি ঈরোইনা।
খুৎতা টানি, থম্বালগী তিংখং য়োম্বা মথোক্কুম।
শগোলশিংনা থেকথরে হরাও মথোই কাতুনা,
দানব-শাগে নোইহৎপি' খোং অনি থাগোন্না
সদাশিবনা হরাওনা ঙংথোরকপা পান্দমনি।

---

সদাশিবনা······পান্দমনি=মকম অসিদা শগোলগা মহাদেবগা, কবিনা পান্দয়রি। অতুবু অশিবগা মান্নবা মহাদেবনা ঙংথোরকপা হায়না পনবদা পান্দম চাদবগী দোষতি লৈবনি।

লানগী লাম্বুং থিল্লক্লে, ঙকখ্রে স্বর্গে লাইশিংনা
পাতালদবু নাগশিং মালেমদনা মীওইবা !
শাওনা ঈকাই ঈকি-থা তোরে থোরাং অস্নুম্না
মতিক নৈবী প্রমীলা। কিরীটিগী মঙাল্লা
শল্লাং থকতা, ওন্থোকই, নিংথিজবা মতৌনি
'মং নোংলক অত্নুদা নোংদোন চুমথাং পাংথক্লি !
লাইবক অঞ্জন রেখানা ভৈরবাগী লাইবক্তা
থাগী মকোই তথকপা পান্দম অতু লাকপনি।
চাংদোন্থোম্বক কুপ্পিবা ব্লাম্ফক ফুরিৎ মিথকই,
চেংতক খ্বাংদা চেকশিন্না খ্বাংলাক্লদি লাক্লিদো
মণি রত্ন কয়ানা মহৎ মহৎ হৎলিবা ।
তেনজিন্নদি পুম্নং-লং তেন্দোং তুংদা য়াল্লিনে,
কোরৌ মঙাল্মতৌগুম মিৎপু লাইমা থক্লিদো !
ফৈবোম তমথরকপদা ( ফজখরে. তনোইবা )
সনাই থাংথুম মনুংদা থোর' থাংশাং নিংথিরি,
তাবাক্লিনে খুত্তুদা ; ইরং লংলি নৈতেংনা !
দানব চন্দ্র থোরাংলে, হেমবতী পান্দমনি
মহিষাস্থর হাৎকেইনা লাম্ফমদবু চোংথোকপি,
নত্র' শুম্ভ-নিশুম্ভে, মতিকতবু ভাওরেদো ।
ডাকিনীদি যোগিনি মতৌগুম্বী ওইতুনা
সতী মাবু পুমকোই-কোই শগোল্গুয়াং কাখরে
তোংখৎখরে নিংথিবী বড়বা কৌবী শগোলথক

* বড়বাগ্নিনদৌনা মৈনা ফবী প্রমীলা !
শুক্র নোংদোন তালৈদা নোংখোং মতৌগুম্নদি,
হৌনা মপাওখোনবুদি লাওখি তুংয়ান ফজবী
মতারোইশিং য়েংতুনা, “লঙ্কাপুরদা-তাবরা !
য়েক্ক' ঙম্বা ইন্দ্রজিৎ বন্দীগুমনা লৈখে্রে !
মনাই ওইবী কাওবীর' করিগীনো থিনবিবা
থরাইগীদি মবুংঙো, খংজবর্ ঙমদ্রেদো !
চৎনি মাগী মনাক্তা চংনি নগর মন্নুংদা
চাওর' তেঙ্গোল শোইগনি, ঙম্নি পাম্নোম্পাঙ্গন্না
অথোইরঘু,—রাশক্রে, ইতিক লৈবী ঐনিদো ;
নত্র' শিনি লানফমদা—নোংদম ঐগী লৈরম্নি !
দানব শাগৈ' পোকপীনি, ঐখোয় পুম্বা দানবি !
দানব শাগৈ মথৌদাং, হাৎপা য়েক্ক-লাম্ফমদা
য়েক্কৈ ঈনা-তুরেল-শেম নত্র' ঈন্নুং লুপখিবা।
চিনবান্দনা খোইহী-নি মিৎয়েং হুবু ফুম্বীনি,
হেরা থম্বৌ পাম্বোমশিং করি মতিক লৈতনি !
চৎসি থ্বাইপুম রাঘবকী য়েংসি মতিক মথৌনা।
য়েংসি পঞ্চবটিবন' সূর্পণখা ইন্দোননা
অপাম মৈনা কাখিবা মাগী মশক উবদা,
লক্ষণ মাগী মথৌনা ; নাগপাশনা ক্রকপু-পুন
পুরকসিনে বিভীষণ—শাগৈ মৈতাল অশিবা !

* বড়বাগ্নিনদৌনা—সমুদ্র মন্নুংদা লৈবা মৈ মখল অমনি।

নৈশি য়েক্ল তেঙ্গোলবু শামু লমশা মহাকনা
মৌবী বনবু নৈগুম্না ! নোংথাংগুম্বী নখোয়নি
নোংথাংগুম্না পাইশিনসি, তান্সি য়েক্ল পন্নুংদা।'
দানব চম্পুরাশিংনা লাওখি লাল্লাওখোনবুদি
শামু অমোম শল্লুপকুম — বসন্তদা ময়াই-কা !
লম্মৈ মাদি অচাকপা মন্নপ্লোংলৈ লোইননা
ঙংনা পাইশিল্লকপগুম, লাক্লে সতী মবুংঙোই !
সনা লঙ্কা নিকখরে, ঙংখ্রে ঈপাক অচৌবা ;
অমংনোংগী পান্দম্নি নোংলৈ উফুল পুম্মম-মম
মাইকৈ মরিমক্তদি 'তুবু তাংলৌ মতমদা
কদৌঙৈদা মৈখুনা চাক্ল' মৈরি কুপঙমত্রা !
থিন্দে থুংলৈ মনিংথোং, থাজ মাইথোং মাল্লবী !
অমুক্তদা মোইবুং চাম্ লৌর' থিঙ্গাম কামখরে,
খিংখি শাওনা লীরিদি কীর' লীরুং চাম পাই,
নুপী কাংলুপ অতুনা। নিকখি লঙ্কা কীবনা,
নিকখি মাহুত শামূ থক দোলাইদনা রথীশিং,
শগোঞ্জুয়াং শগোল-তোং সিংহাসন্দা নিংথৌনা ;
সঙ্গাই নুংদা শাগৈ' মৌ, নিকখ্রে মহুম' চেক্লাশিং
চীংগী লোক্তা নোংশাশিং, বন্দা শামু লমশাশিং
ঈরোম্নুংদা তমখরে ঈশিংগীদি জীবনা।
নুংশিং পারী হনুমান মশক উবদা কীহৌবা,
শাওনা মাংওইননা থোক ঙংনা হায়খি অকনবা ;

"অহিংসিদা কনানোহৈ, শিগে খন্না লাকপরা ?
* তুমদ্রি থোংসে হনুমন্ত, মমিং মাগী তাবদা
রক্ষঃ নিংথৌ কীবনা সিংহাসন্দা নিকচবা !
তুমদ্রি রঘু শাগৈগী মণি ওইবা প্রভু রাম,
চান্নজবা মরূপলোই বিভীষণগা লোইননা,
নোংশাগুম্বা সৌমিত্রি, চাম চাম অকনবা
লানফমদবু য়েক্লবা তরাই মাংহন ঙম্নবা !
করি থোকএই ফত্রবা নুপী ফীজেৎ শেংলিবা ?
খংঙি ঐনা নিশাচর মায়া হৈবা মায়াবী !
মায়াই নতিক থ্ দেকনি ঐগী পাম্বোম পাঙ্গন্না
ফংদা য়েক্ল' হাৎপনি চৈথা ঐগী অহকপা।"
নৃমুণ্ডমালিনী মতা, শাওগল্লবী মুজানা !
লীরুং তনখিং খিংতুনা শাওনা হায়খি ঙংনদি ;
থিল্লে কৌরু অসিদা নংগী সীতাই মবুংঙো,
অপং নংবু কনানা মাইয়োক্লনিংগদগেনে,
করি লৈত্র' জীবনি ! নংগুম তোল্লে মফমদা
খুংলাই থানিংদে খংঙু । নোংশাগবু লমহুইগা ?
থারবনি, নথ্বাই-পু' চেনখ্রো বনগী পিক্ল'-শা ?
করি ফংনি মহৈদি অপং নংবু হাৎলগা !
চৎখ্রো চৎলো কৌরুনে, সীতাই 'বুংঙো অসিদা,
লক্ষ্মণ কৌবা নবুংঙো, রক্ষ শাগৈদা হামুক য়েক

* মফম অসিদা তুমদ্রি হায়বা ৱাফমসি, মিশেল থাংলি হায়বা থংহল্লি

কৌরু বিভীষণচুম্মু, য়েরু' মাংহন ইন্দ্রজিৎ—
মাগী তাল্লোই প্রমীলা, মপাঙ্গন্না চংগনি
ঙসি লঙ্কা কোন্নুংদা, মপুরোইবৈ খুয়াদা
পূজা কচ্চনবগী নুজা ওইবী ইবেন্মা !
যোদ্ধা কনাই মতিক্লো অপংবও থিংদৌ'-মা ?
অকন্নুংঙ্গিং পান্দমগুম কল্ল' নুংশিং মপারী
হনু, মাংজিন লেপলিবা, উরে অকী' লৈতনা
নুজারক্তা প্রমীলা, দানব চন্নু নিংথিবী !
নোংথাং মঙাল ঙমজবী কোক্কী লুহুপ মঙানগা
রামকৃষ্ণ ফুরিৎ মঙানগা নিংথিজখে লাইমবু
কোরৌ হনবৈ মঙানগা, মণি মঙান পুনবদা
নিংথিজবগা পাংখকনি ! পুমঙক ঙক্লা হনুনা
মঙন মঙন খনখিনে ; লানঙমদ্রবা সাগর-লান
থুংকান সনা লঙ্কাদা কীনা উখি ভীমাবু ;
মতিক চাওবী ; মুণ্ডমালী থোর' খাণ্ডা শুনবু !
দানব চণ্ডু অয়াম্বী মন্দোদরী রাণীনচিং
রাবণ মাগী চান্নবী উজরক্লে মখোয়পুম ।
রক্ষঃ শাগৈ চন্নুরা রক্ষঃ শাগৈ, শাগৈ-মৌ,
(থাজ মঙাল ঙমজবী) শুক্ল' অহিং তাংলৌদা,
উজবনি 'ঙ্কোইপুম ইথন' য়ুম্বুম কোইজঙৈ'
অশোক বন্দা উখিনে ( ওন্থোকইনে রাজনা )
রঘু শাগৈ থম্বালবু ;—'হুবু উদ্রি অসুম্বা

নিংথিজবী শকফমদি কদৌঙৈদা তাইবংদা !
থাগৎলিদো মেঘনাদ, নোংখোং-হেন্বা মাগী নাক,
প্রেমগী লীপুন্না ফাহনা লৈরি' নোংথাংসিগুম্বী।"
অসি ৱাখল তৌর-মুং অঞ্জনাগী মপারী
(নোংলৈ মুংশিং পান্দম্লাক) হায়রকইনে শুক্লদি,
বন্দীগুম্না মুংগী পন থিংনা সিন্ধু ঈপাকপু
নিংথিজবী ! ইবুংঙো ; অঙান শাগৈ' অঙানবা,
লথা লথা অকন'গা লাক্লবনি লঙ্কা-মুং।
রক্ষরাজনি য়েক্ল' মাই. নখোইদি মুজা ঙাক্তনি,
হায়য়ু করি অসিদা মতম চাদন লাকলিবা ?
তম্মু চিংনগম্মুদো, হনুমন্ত কৌ ঐনি
রামগী মনাই ; থৌজানগী ঈপাক রঘুমণিনি !
নংগা থৎন-ৱাফমবু লৈব্রা মিত্তা ফজবী ?
করি থৌজাল পাম্বনো, হায়য়ু থিল্লগন্নদো,
হায়য়ু মরম লাকপগী ? হায়য়ু হঙ্গৎলুগেনে
নংগী হায়জ' ৱাফমদো, দেবি, রঘু খুয়া-খা।"
খুম্মী পাওখুম সতীদো, ওন্থোকইনে মপাওখোন
খোন্থাং হন্নুই নাপদা বীণাই খোন্থোক কুম্নদি
থুমখ্রে লাইমা ! "রঘুবর ইপুরোইবৈ য়েক্লবা ;
ঐসু হায়রি' কদৌঙৈ থৎন' লৈত্রি মাগ-বু।
ইপুরোইবা ঐহাক্কী অকনবদি মীনোংশা,
মপাম্বোম্না মরোল'ছম তরাইনবু ঙমজবা ;

মাগী য়েক্ল’ অতুগা ঐনা করি’ লাম্বানি ?
পাঙ্গল শোনবী শাগৈ মৌ ’খোয় পুম্বা অসিদি
অতুম ওইনা মখল্লু, নোংথাং মঙাল অতুবু
য়েংবা মিংপু মথকপা, শিনে মাবু শোক্লবা !
পুখ্রা অকন নহাক্না তুতী ওইবী ঐহাক্কী।
করি নিজপদৌবা ঐনা শ্রীরাম মকাদা
ৱারম অদো শুগাইনা হঙ্গৎকনি মহাকনা
অথৌবও নহাকনা পুরো মাবু থিল্লম্মু।”

নূ-মুণ্ডমালিনী তুতী, মীকোক শিবী কালিগী
শক্তমমকনি তশেংবী ; চংশিনখরে নুজাদো
য়েক্ল’ পন্নুং অতুদা নিংঙাইবদি লৈতনা,
পালনা পাংদিংনরবা হীনা নোম্লোম চংখিবগুম
ঈথক মপৈ থাইতুনা তরাই তরাইনবুনে,
চাংজৌ নাইদ্র ঈপাক্তা-তাওনা মথন তরক্লা।
চংলি হনু মাংওইনা লম্বীবুদি লমজিংনা।
ঙকনৈ অকন মরূপনা উবা নুজা মহাকপু,
য়ুম্বানপশিং অতুনা অহিং ইতুপ অথেং’দা
ময়ুন মৈৱাইরকপদা ঙকপা পান্দম গুম্নদি !
নোক্লি নুজা ওইবীদা মওল মওল খল্লর’।
মিংকম হোংদনা য়েংলিনে অকন্বদি অপুম্বা
তথক তথক মখোয়না মফম মফম খুদিংদা।
খোংদা নুপুর হুংশিরি খ্বাঙ্গোই শরিক খ্বাংদনি

কীর' তাবাক মথুন্তা লাকপা তুংয়ান ফজবী
খাংঙমদরে অপুম্বা পুজা মাগী মিংচিগী
থৌরবদি তেন্না পান! কোক্কী চূড়া নিংথিবা
থাজ মঙাল মকোইগুম, জগোই শারি হরাওনা,
রত্ন পরেং তনিক্লি ঙাম্ফম তোংলোই অনি-থক
ফজরিনে লাইমবু। তুংদা হাইরি মণি-থাম
নিংথিজবা বেণীনা, বসন্তগী চৈকোক্তা
কামগী ফীরান পাইবগুম। শামু অমোম হাত্তবী
খোংথাং মাগী ঙমজনা, লাকলি নিংথিজবীদো,
মঙান শল্লি মাইকৈ-ত্রা, মঙাল ফবা থাবলদা,
থরো কৌবী মতারোই নোমগুম নুরলাইজ থক
নত্রা উধা কোবীনা চৌংদোন হেন্নঃ ঙাল্লকুম!
লানশংদবু ঙাম্বিরি রঘুশাগে কোক লৈতেং;
অথৌ' নোংশা লক্ষ্মণনা মাংদা মথুং লোঙ্গরি,
নাক্তা মরূপ বিভীষণ অতৈ অতৈ অথৌবা,
রুদ্র শকফম ঙইবশিং অকী' শকপান্নরবা।
লাইনা পীবা খুৎলাইশিং পিঠথক্তা নিংথিরি;
রক্ত-চন্দন-ঙাংন-তৈ, লৈগী খুজোক্লা পুম্ন-কুপ
মৈথু খুবা ধুপ-কম্বী ধুপ্পু থারি ব্লা-ব্লা-ব্লা।
মৈরা পরেং পরেংনা মাইকৈ মরি ঙাল্লিদো—
পুমঙক ওক্লা ময়াম্না য়েংলি লাইগী খুৎলাইশিং।
কনানা থাংশাং থাগৎলি, কনানবু চুংদনি,

সনানবু হৎলিবা কোরৌ ময়ুম চংলমদাই
কোরৌ মচান নোংলক্তা ভাম্থোরকপা মতৌনি,
কনানবু তেন্দোংদা, কনানদি চুঙ্গাইদা,
মচাননবু লংলবা। মশামকনা রাঘব
চাওর লীরুং চেংনা পাই হায়বিরকই রাক্ষসি
"বৈদেহীগী স্বয়ম্বর পিনাকবু থেকখিনে
পাম্খোমগীদি পাঙ্গম্না, লীরুংসিদি লীরিবু
হাপঙমদেনে ঐহাকনা, নৌর লক্ষণ ইশানৌ;
লীরিচননা মতিকনা লীশুগবা করমনা"
খংহোদনা রামগী জয় তেঙ্গোনশিং লাওরক্লে
নোংদোন্দবু হাইগংখ্রে থোইনা নিন্ন-খোংনবু;
সমুদ্রনা ঈহৌগুম, রক্ষঃ রথী মীপাইখ্রে,
দাশরথি রামবুয়েং হায়জরকই কেশরী;—
"রাঘবেন্দ্র য়েংবিসি মপান্দবু লানশংগী।
নোংয়াই ঈতুপ উষানা'সিদা করি খোংদাবা!"
ঙকা য়েংখি থাইপুম্বা মপান্দবু লানশংগী!
"ভৈরবীগুম্বী মুজা" হায়খি নিংথৌ অথোইবা;
"দেবী নত্র' দানবী, ইতাও য়েংঙু অমুক্তা।
মায়া হৈবা লঙ্কাধাম; ইন্দ্রজালনা থল্লবা;
কামরূপী নয়ামবুং! য়েঙু মুন্না অমুক্তা,
মায়া অসে নহাক্তা খংডোইদবা নত্তেদো

পিনাক—শিবগী লীরুংগী মমিং

অক্ষ' ক্ষণদা রক্ষোবর, ফংজৈ নংবু ঐহাকনা।
নংবু নত্ত' হে মরুপ, ঙকপীগনি কনানা
শোল্লবগী পাঙ্গন্নি, হায়য়ু খুদোংথিবা কাল ?
রামবু ঙাকপীরকপনি নংনা রক্ষঃ কোনসিদা !"
মতমসিদা হনুগা থুংলরেদো হুতীনা
লানশংদবু ! খুরুম্মী নুজা মখুৎ লোম্লনা,
( কুম্ব্রতরুক রাগিনী পুম্না খোন্থোক 'মক্তদা )
হায়জৈ ;— "নোঙ্গৈ ননাই রাঘব ও নখুয়া,
অতৈ নৈরি' গুরুজন ;— নৃ-মুণ্ডমালিনী-সুম
কৌজৈ মিংক্ষম ঐহাকী, দৈত্য চনু প্রমীলা
অখৌ নোংশা ইন্দ্রজিত মতাঙ্গোই ও ফজবী
মাগী মনাই নুপীনি।" আশীবনু তৌবিরে,
হায়বি দশরথি রাম ;— "করিগীবু হে দূতি !
খোংদারবা অসিদা ? হায়য়ু ময়েক শাৎনদি
করিনবু পেনগনি নবেন্ম-ও য়াইফবী !
হায়য়ু তম্মু ইকাদা করি পনবা তৌদনা।"
খুমজৈ অকী' শকপানবী, "অকনবনি নহাক্তি,
রঘু শাগৈগী মবুংঙো ! লাক্লো লাম্বাবিরো-মা,
নত্র' লমথাবিয়ুদো, চংনি নিংথিজবীনা
সনা লঙ্কা ঙসিসে, পূজা তৌবা মবুংঙো।
হাৎলে কয়া হিংচাবা ইবুংঙোগী পাঙ্গন্না ;
রক্ষোবধু নিরি-লান, পীনৌ লানবু নকাদা,

হে বীরেন্দ্র। সুজাশিং, চামনিদো, য়েংবিয়ু,
লাম্বাবিদৌ খনবিয়ু, অপাম্বদা পাবিয়ু
তোমখিল্লাম্বা ভৌগনি পাইবিরোনে লীরুংতেন,
অপাম্বমা থোনবিয়ু, নত্র’ খুৎশু চুঙ্গোই-থাং
নত্রগনা গদারা, মল্লযুদ্ধসু নোপ্তে ’খোয়।
অপাম্ব’মা খন’বিয়ু দেব ; থিনবিরসু খাংঙমত্রে।
নপাঙদগী সতীনা থিংলি মতারোইশিংবু,
শাদানবীনা খিংবগুম পাম্ব মমোম, পাঙ্গনবী ;
ঙাওরকপদা কিনবী শক্তি শঙ্গু উনঙাই।”
অসি হায়না পাঙ্গনবী ঙকশম লুরেন লুকচরে,
শাৎকাইরবী নৈরাংনা ( লিক্লানবু চোৎলবী )
থুরুমজগুম মঙকনোন তপ্তক মালং ঈপোমদা।
রঘুপতি পাওখুম্মী ; “তাওনে শন্নাং চুমজুম্বী !
খৎনরক্তি কদৌডৈ রামনা মরম চাদনা !
ঐহাক্কীদি য়েক্লবা রক্ষঃ পতি নহাকনি ;
শাগৈ চনু শাগৈ-মৌ, করি লংজরবনা
য়েক্লবগুম নখোয়দা ঐনা করি চত্তোবা ?
হরাও মথোই কানদি চংঙু লঙ্কা চিংনদা।
পোকএ রামসে সুজা-ও, রঘুরাজ শাগৈদা
অকনশিংগী মবুংঙো ; বীর পত্নী নবেম্মা,
বীরঙ্গনা নতারোই ক্ষোইগী মকম লাংহুদা
তম্মু মিত্তা ফজবী রাম ঐগী ইপাওখোল।

চামরকপু থাগৎচৈ মাগী পতি ভক্তি-ঐ ;
শক্তি, মতিক থৌনাদা—লান তৌদনা ঐহাক্না
মাইথিরেবু য়াজরে ! ধন্যনিনে ইন্দ্রজিৎ !
ধন্যনিনে প্রমীলা, নিংথিজবী ইবেম্মা ।
চাকনিবনি রাঘব, দূতীও, খংঙি তাইবংনা,
বন্দা লৈবা, লাইরবা, নোংদম্বনা তাইওনবা,
করি পেন্ন' নিংথিবী, ( পেন্নবা নখোয়গী )
তৌনি ঙসি ? মুংঙাইরো অশীর্ব্বাদপু তৌজরি ।"
অসি হায়র প্রভুনা মেনখি হনু য়েংদুনা
"লম্বী থারো লাউখ্রোনে । য়াম্না চনিং লৈতানা
নিংথিজবা লমচৎনা পেলহনখোনে মুজাশিং ।"
শ্রীরামদা খুরুমজরম্ল' থোকখরেনে দূতীদো ।
নোক্না হায়জৈ মরুপ্লোই বিভীষণদি-কৌজবা,
"প্রমীলাগী মথৌনা লেংথোকপির' মপান্দা
রঘুপতি য়েংবিয় ! য়েংব্য কুম্মৈ ওন্থোকপা
মুজাশিংসে কনানা লাম্বাছুনা থিংগবা
অকী শকপান্নরবী চামুণ্ডাগুম পাঙ্গনবী—
রক্তবীজৈ য়েক্লবী ? "মেনখি তপ্না রাঘব ,—
"দূতী মাগী শকফম উ কীরুই ঐনা থম্মে ইদা,
রক্ষোবর ! 'লাম্বাগে' রাখল থাখি ইপুক্তা !
চৎলো মরূপ য়েংলুসি নংগী নমৌ ইবেম্মা ।"
অরাপ্পদা লম্মৈনা চাকশিল্লকপা বনদদি,

মৈবু ঙাক্তা ঙাইবগুম ; উখে্র মাংদা রাঘব
মঙাল মপৈ নোংদোন্দা মৈখু করি থাংদনা,
মৈচিন মপৈ অহুবু সনা মচু শংহুনা,
তাবদবু ঙকইনে লীরুং লীখিং খোঞ্জেনদো.
শগোন্নবু গদক-চৎ, থাংখুম' থাংশাং কেক্কেক্না
খোঞ্জেলসিগা ঈরোইনা থিল্লি যন্ত্রশিংনবু,
নোংলৈ ন্নুংশিৎ শিৎপদা চেক্লাশিংনা লাংঙক্কুম !
পাইরি ফীরালশিংহুবু রত্ন থামবা মঙালগা ;
শগোল খুর্জি য়ৈখৎপা জগোই শারি শগোঞ্জিং ;
খ্বাঙ্গোই খোন্থাং থোক্লক্লে ঝুন্নু ঝুন্নু অস্থমনা ।
চীংদোনগুম্বা তেঙ্গোন্না লেপ্লি নাকয়েং অনিদা
চপ চপ লেপ্না লেংদনা, চৎলি য়াইদা ন্নুজাশিং ।
লোইবী চীংগী চীংলক্তা চৎকুম শামু অমোমশিং,
ঙংথোরকপা থনখে্রদেশ, নিকখে্র লৈদো থ্রক থ্রক্তি।
শাওগনবীদো মাংজিন থাই, নুজা নৃমুণ্ড মালিনী,
শগোল কারু থক্তুতোং, ফীরাল খোক্তি খুত্তপাই,
সনা পুমদানরবা ; মথং চৎলি পুং-শেল য়ৈ.,
জগোই শাবী মপৈগুম, ওন্থোকপনি মালেমদা
চাংদমনিংঙাই লৈতেদো । বীণা, বাঁশী, মৃদঙ্গ,
মন্দিরা'চিং' যন্ত্রশিং খোন্থাং তিল্লি নুংশিখোন ।
মথং তাবাক ঙন্ন-শু থৌনাফবীশিং মরক্তা
থরাম্মিচাক্লক্কী-থা 'হুগুম চৎলি প্রমীলা !

মতিক্লা দুর্গা, সুজাদো। মাইকৈ মরি ঙাল্লিনে
রত্নদগী থোকলকপা মঙান্দুদি নোংথাংগুম!
নোংদোন্দবু হরাওনা চৎলি রতিই মবুংঙো
লৈরাং লীরুং চেজেং পাই, তত্তনবু তেন্দাল্লি
মাংভত্রবা লৈগী তেন! নোংশা থক্কী দূর্গাগুম,
মহিষাসুর হাৎঙম্বী, ঐরাবত থক্কী শচীগুম,
খগেন্দ্রদা রমাগুম উপেন্দ্রগী মতাল্লোই,
নিংথি' মতিক লৈবিদো * বড়বা থক্কা সতী—
বড়বা, লাঙ্গোই অথোইবী রত্নদনা লৈতেংবী।
সুজাশিংদো চৎখিনে তপ্পা তপ্পা য়েক্লশিং
নাচুংদবা মতৌদা। কনা খিংঙি লীরিদি;
ঙংলি কনা থাংবু-শৎ, হাইরি তাদোন কনানা
কনানা খৌশারকই, কনানা নোকই খেকখেক
ফাগী লোংখ্রৌনহুনা, কনামনা লাওরকই
গুল্ল' বনগী মনুংদা নোংশা অমোম ঙংগুম্না,
মতিক্ল ময়াই কাহুনা, অপাম নিংশা মৈওমনা
ঙাওখ্রবীদো কীনবী ভৈরবীনা লাওগুমনা।
বিভীষণদা অতম্না হায়বিশিনে রাঘব;
"ঙকখ্রে লাইমা † নৈকষেয়। কদৌঙৈদা উত্রিদো
তাদ্রি কদৌঙৈদবু সুম্বা মরোল অহুমদা।
মংগুম উরে ঙসিসে ঐবু মীকপ থোক্লিত্রা?

* বড়বা—শগোল অমোম। † নৈকষেয়—নিকষাগী পারী।

অশেং' হায়য়ু ইকমদা, চান্নথোইবা নংবুনে।
করি খংবা ঙমজ্রৈদো লাংতক্নরে ঐহাক্তি
থৌওংসিদা ইতাও-ও ! থুল্লম্নুকো ইকাদা।
চিত্ররথ-রথীদৈ তাখি পাওদি অপুমবা
মায়াদেবী লাক্কনি মনাই মতেং পাংনবৈ ;
লৌনম লাংথাক সতীনা চংথ্রনে লঙ্কাদা
হায়য়ু লৌশিং চাওরবা সিবু কনাই লৌনম্মো ?"
খুমজৈ বিভীষণনদি অহিং মংলান নত্তেদো,
বৈদেহীগী মবুংঙো, হঙ্গচ্চগে নকাদা।
কালনেমী কৌরবা দৈত্য তাইবং ফাওরবা
য়েক্নবনে দেবতাই, নিংথিজবী প্রমীলা
মমোমনিদো মহাক্কী। মহাশক্তিই অংশনা
শুজা মাবু পোকপনি দেব, মহাশক্তিই মতিক্লি !
কনানবু খিংঙমগনি মতিক দানবীসিগী ;
বজ্রলংবা ইন্দ্রবু মাইথি' পীবা লানফমদা
সুম্বা রক্ষঃ অথোইবা, রাঘবেন্দ্র, মখোং-খা
থম্মী শুম্ভাংপীসিনা, দিগম্বরীনা থম্বগুম
দিগম্বর। মরমগী তাইবং ঙাক্ত' বিধাতা,
শেমথবনি য়োহ্নিলসে, 'তুনা পুল্লি মেঘনাদ
মতিক ময়াই কারবা কালবু ঙইবা শামুবু।
লাইজ' ঈরি তারগা নেমগুম বনগী য়েক্নবা
লমজাওখোনবা লম্মৈনা, তত্তনা সতী নেমহল্লি

প্রেমগী রারী রাখোং-শু অসিগুম্বা কাল ওই-মৈ !
যমুনাগী ইরোম্নুং লাইজ' মনম্নুংশি-ন্নুং
অমু' তাংজ' হু-পুবা লুপ্তুনবু লৈরিদো
বিশ্ববাসী ন্নুংঙাইরি, স্বর্গদনা দেবতা,
পাতালদনা নাগশিং, মীওইবশিং' তাইবংদা !”
রঘুপতি হায়রকই,—“চুমলে নপাও অপুন্বা,
চান্নথোইবা, রথীনি মেঘনাদ রথী-ন্নুং ।
মাগুম লীশুহৈবদি উদ্রি মরোল অহূমদা !
উখি ভৃগুরামদদি লেংদ্র' লোইবী চীংগুমনা
লেংদনবু লানফমদা । অতুম ওইনা পুংফম-ফ'
নয়ামবুগী মপারী, মরূপ লীরুং শুখরে ;
হৌজিক করি তৌগনি, হায়য়ু রক্ষঃ অথোইবা ।
নোংশাগবু নোংশা 'মোম লারু' পুন্নে বনসিদা,
শজি মপৈ অসিবু ঙাকপীগনি কনানা ?
য়েংঙু মাইথোং কাংশিনা, মাইকৈ মরি নিল্লক্লে
অকীবদি খোঞ্জেন্না ঈথক্কদি সমুদ্র ।
নীলকণ্ঠনা ঙাকপীগুম লৈরিবদি মালংপান
(দূর্গানা মপুক ফাহুনা) নতিক্কদি হে মরুপ ;

---

যমুনাগী ঈরোম্নুং.......... যমুনাগী লুরবা ঈশিংগী মশক ওইবা প্রমীলাগী প্রেম ঈপাক্তা অমুবা লীনগী মশক ওইবা ইন্দ্রজিৎনা লুপ্তুনা লৈরি। মহ অসিদগী তাইবংদা লৈবা, স্বর্গদা লৈবা, পাতালগী নাগ, মীওইবশিংপু ইংনা পানবা ঙমলিবনি ।

ঐগী তেঙ্গোন অসিবু ঙাকপীরিনে তরাইনা।
খল্ল' য়েংঙু অমুক্তা, অথৌব'ও, তাংজ লীন
অমুবনা নয়াম্বু হুয়া মাদি হুপুবা
পারী মাগী ইন্দ্রজিৎ। ঙম্লবনে থুদেকপা
ময় অসে করিগুম, মহৈ য়ান্নি নিংলিবা।
নত্রবদি অরেমনি পনথিং' লাকপা ঈপাক্তি;
সন লঙ্কা লৈকোইদা, হায়রি 'সিনি নকাদা।"
হায়রকইদো সৌমিত্রি মরু লৈদা লুকচনা
খুয়াথাদা ময়াম্বুং;— "করি কীরি তিংচাবা
রঘুপতি! ইন্দ্রদেব মতেং মাগী পীবিরি
অত্তুগবু ঐখোয়না তাইবংদা কনা কীদৌবা?
শোয়রোই শিনি চয়েংসে ইখুত্তবু রাবণি!
ধর্ম্ম লৈত' মহাক্লা কম্না মমাই পাক্তৌবা?
নত্ত' লমচৎ চৎলবা হিংচাশাগৈ মপুনি;
মপাপুনা মপাঙ্গন হন্নি লানথুং মেঘনাদ;
অপোকপগী মপাপা মপারীশিং শিনৈদো।
লঙ্কাই থম্বাল' হুমিৎসে নোংচুপ চীংদোন য়ৌনি
হয়ে সিদি, নোল্লম্মা চিত্ররথ অকনবা।
তুগা অত্তুম থনবিবা, করি কান্নে-হে দেব?"
খুমজরকই বিভীষণ,— "অশেংবনি ভাকপীবা,
শামু-তোমচৎ পাঙ্গনবা! অচুম্বনা মাইপাক্লি!
মপাপবু মাংগনি, শোইরোই হিংচাই মবুংঙো!

শিনি নংগী তেনজিন্দা লাইগী য়েরু' মেঘনাদ,
অতুম ওইনা চ্যেকশিন্না লৈবিগনি ইবুংঙো।
থোইনা মতিক লৈজবী দানব চন্দ প্রমীলা,
মীকোক পরেং শিরিবী নৃ-মুণ্ডমালিণীমকনি
হুয়েল্লানবা পামজবী। তমশিনখিগুম নোংশামোম
শুক্লনারক মন্নুংদা, মাগীনাক্তু লৈবশিং
চ্যেকশিনবদি রাঘব' থোইনা মতিক চাবনি।
কমদোরবা, কনানা করি খংবা ঙমদেদো,
লান্দারনি কীরবী, কদাইদবু কনাদা,
অহিংসিদং হিংলবা, ইন্নুংঙান্দা হঙ্গংকনি।"
রঘুমণিনা মেল্লকই মরুপ্তবু বিভীষণ;—
"রক্ষোবর চানবিয়ু, লক্ষ্মণ ইনাও পুতুনা,
থোং থোং খুদিং মরুপ্লোই য়েংবিয়ুনে সেনাশিং;
কদাইদবু কনানা মিংশেল খাংলি ঙসিসে?
চোকথরবা ঙাক্তুনি বীরবাহুই লাম্ফমদা!
থোংবু মরি য়েংবিয়ু—কমদোরিবা অঙ্গদ,
কৈদা নীল অকনবা; কৈদা সুগ্রীব মরূপ্না?
মনিং থোংজাও ঐ তুম্লোই ঐগী লীরুং শুজনা!"
"নয়াথংনি" অস্তুম্না অথৌবদো থোরকলে
উর্ম্মিলাগী খোইদাফম অথৌববু পুতুনা,
*লাইগী নিংথৌ মহাক্কা তারক ঙম্বা লোইনগুম

* লাইগী নিংথৌ মহাক্কা.......শোরারেনগা তারক ঙম্বা হায়বদি কার্ত্তিকেয়াগা লোইনবা মতৌগুম।

ফজখ্রেনে অনিদো, পান্দম অমা পল্লগা
ঋুমিৎ থাগী মতোগুম নিংথিজখ্রে লাইমবু।
সনা লঙ্কাই স্ব-ধোঃ থুংখ্রে সতী প্রমীলা!
শিঙ্গা তনখোং খোংহুনা খিনখ্রে দ্রং দ্রং হুন্দুভী
হৌনা অকী' ফংনদি! ঙংলকইনে হিংচাবশিং।
প্রলয় নোংখোং নক্রগা শামু শল্লুপ খোংগুম্না।
শাওনা বিরূপাক্ষনা য়োংকী লীরুং তাপ্তি-লৌ;
কাল জঙ্ঘনা কোন গুম চাওর' গদা লামখরে,
অকী' শকপান্নরবা। শগোলশিংস্থ খেকখরে।
খোংলে শামু, ঙকলকলে দোলাই চাকা তক্লবা,
তাবাক পাইবা থৌরশিং তাবাক শুনা খৌশারে;
কাপথোরকপা নারাচ, থাজ মাবু কুপখরে।
নোংদোল্মৈরি মশক ওই, ঙ্রং ঙ্রং ঙংনা নিনখরে;
অকন য়ুহারাবদা, নোংমৈ শীংজং মখোন্দা,
মৈগী চীংহুমদগীদি মৈরি কামথোরকপগুম,
অহিং লোইরান অসিদা লঙ্কা নীকখ্রে কাজনা।
লাওনা হায়খি চামুণ্ডা নৃ-মুণ্ডমালিনী,
"কনাদা থারি পাংদবা! অমমসিদা খুৎলাইশিং?
নত্তে হিংচাই য়েক্লবা, রক্ষঃ শাগৈগী মৌশিংনি,
য়েংঙু নমিৎ অহুনা।" খুদক্তবু থোংশংবা
পৌরোল তাপ্পাইনহুনা চিংথোরক্লে গ্রং গ্রং গ্রং।
বজ্র খোন্থাংদা হাংলে-থোং। চংশিল্লক্লে *নিংথিবী,

* নিংথিবী—প্রমীলানি

সনা লঙ্কা নুংঙাইরে, লাওরে খোন্থাং জয় জয় !
মৈগী মৈরি উবদা মৈরাম্বীগী মপৈনা
হরাও চেনশিল্লকপগুম, চেনশিল্লক্লে মাইকৈ-থ্রি
কোন্নুং ওংবী নুজাশিং, চোং-ফম্না হরাওনা
লৈগী নোংবু চুথরে ; যন্ত্র ধ্বনি তৌত্থনা
বন্দীশিংনা শৈশক্লে ! চংশিনখরে নুজাশিং
উকোন্নংদা চংখিগুম মৈজাও ঈথক ঈপোন্না ।
খোংলে বীণা বাঁশরী, মুরজদি মন্দিরা
বিদ্যাধরী মরূপ্না, খোংথিন্ননা খেকখরে
লাঙ্গোই শগোল শরুপ্না ; কেক্লাক্লখি থাংখুম'থাং ।
পলেম তম্পাক নাউন্নাদো থোক্লে মীকপ তথক্লা !
মিহুৎ কয়া হাংদোক্লে, ইংখৎচবী রাক্ষসী,
উরগদি মখোয়না হরাওনবু থাগৎচৈ
মথৌনাদা প্রমীলাই । নুজা ঙহাক পুঙ্গোইন্নুং,
হরাজনা থংলরে, মপুরোইবৈ মশঙ্গাই—
* মণি মাংখ্র' তাংজনা ফংজবগুম মরলদো ।
য়েক্ল ঙম্বা ইন্দ্রজিৎ মেঞ্জে করেম' মপাওনা—
"রক্তবীজ হাৎলম্ল' থাজ মানবী লাক্লব্রা
কৈলাস ধাম নগাইদা ? য়াথং পীনবিরবা
নখোং খাদা নোঙ্গর' ননাই ওইগে পুন্সীগী

* মণি মাংখ্র' তাংজনা......অসিনচিংবা—মণি মাংখ্রবা লীন্না ম
ফংজবদা হরাওজৈ, অদুগুম্না প্রমীলাসু লপুরোইবা ফংজবদা থোইনা পেঞ্জবি

ঐহাক অসে চামুণ্ডে।" নোঙ্‌' হায়রৈজে নুজানা ;
"ইবুঙোই ৎরণ কৃপাদৈ তাইবং ভস্মী ননাইনি,
অত্থুম ওইনা কামবুদি ঙমজ' কৌবা মরৈত্রে।
তেল্লাংমৈদি তরাইনে, খাইনমৈচাক কৌজেনে।
মরমসিগী লাকচরি, নোংগাংদবা পুক্লিংনা
পামজ' মাগী মকাদা। চংজরকলে সাগরদা
হন্নাও মথোই কাজন' ঈথকপুবী ঐহাকনা।"
অসি হায়না সতীনা সঙ্গাইন্নুংদা চংশিল্লে,
বীর-ভূষণ হোংদোকলে, মুগা ফীরেল শেৎচিল্লে
রত্ননা ফীচিল চল্লবা, খ্বাংদা ক্রক ফাত্থুনা
থবাক ফাবা ফাখরে, নিংত্থুরোমদা মেখলা।
হীরাই লীক্লাং হাইরেনে মুক্তা পবেং ঙাক্ষমদা
থবাক লুরেন পুম্লং-লং। লংলি লাইবক অলকা
থরাম্মিচাক পরেংগুম ; কোক্কী লৈতেং অত্থুনা,
শম্লাং ঈথক হোরিনে মণি মুক্তা মঙা,
নাদা য়ানবা কুণ্ডলগী ! লৈতেং মখন' লৈতেংনাঃ
কয়াই মতিক নিংথিনা মশক শেমখ্রে ফজবী।
নুংঙাই ঈপাক তাওখরে রক্ষঃ কোক্কী লু-হেল্লৈ
মেঘনাদ ; স্নাই তাংবন ঙান্থোইরে অনিনা।
শৈরাংজ'শিং শৈরাংলে, জগোই শাখ্রে নর্ত্তকী।
জগোই শাবা শাবীশিং স্বর্গদবু শাগুমনা

পামজ' মাগী মকমদা...... ইন্দ্রজিৎপুনি, মচেক্লা মৈনা হায়বসি।

চেক্লা মাস্থ অৱা কাও' পোন্দা খোংলে চেক্লংশি ;
ৱাৱা লাওবা খোঞ্জেলগা ঈফুৎ মাস্থ থনগংলি
তরং ঈপাক পান্দগুম থাজ মঙাল ফংবদা।
মালংবও বসন্তে খোনফম মেংনা শিংলকলে,
পান্দমগুন্না ঋতুরাজ বসন্তনা বনগদি
নাপচিক্ল চিল্লোক্ল ৱারী শুডে বসন্তদা।
শোমদা বিভীষণগবু নোংশা ওইবা সৌমিত্রি
অৱাং থোঙবু য়োখরে ; সুগ্রীববু লৌশিংবা
মিশেল খাংলি মশামক অকনশিং লোইননা,
বিন্ধ্যচীংদোন মপেগুম—হুয়েল্লানফম' লেংদনা!
নোংপোক থোংদা নীলবীর অকী' শকপান্নরবা ;
নিদ্রাদেবীনা হোৎনমল মফমদি তোংজদে!
মখাথোঙদা কোইরিদো কুমারদি অঙ্গদ
চরান্নরবা নোংশানা মচিঞ্জাক খিবা পান্দম্নি,
নত্র' নন্দী শূলবু-শু কৈলাস চীংদোন শংগুম্মী।
মৈরি চাম চামনা চাকলি মাইকৈ মরিদা
মৈথু করি থাংদনা, য়াইদা লঙ্কা থাজগুম
থৱানমিচাক মরক্তা শেংল' নোংদোন মপুংদা।
থোংজাও মরি মিশেল থাং অকন্নশিং ঙাক্লিদো

চেক্লা মাস্থ অৱা' কাও'......ঈশৈ শকপীশিংনা মতৌ অস্থম হুংশিবা স্থরদা ঈশৈ শকপা হোগংলকপদা, পোন মঙুংদা ফাত্নুনা থমলিবা উচেক্কী মরূপ পুম্নমক অহুস্থ মশা মশাগী অৱাবা, হায়বদি পোনগী মশক ওইরবা কৈগুমশংদা ফাত্নুনা থমলিবা অৱাবত্থ কাওখিত্নুনা ঈশৈগী ঈচেন্দা তাওহনা হুংঙাইখে।

নোংদোন খিক্লেন্থোজান্না মহৈ মরোং ফরকপা
নোংমা নোংমৈ তত্তনা, অল্লাং' সগাই, লংক্লাক
নিংথিনবু শারগা 'তুগী মথক লোমোনা
মিশেল থাংবা নাচংনা অতুগবু পান্দমনি,
শজি শঙ্গু তান্থোকনা, কীরবদি ঈরোইশিং
অতৈ হাজং চাবশিং। মিশেল থাংলি অথৌশিং
রাক্ষস শাগৈ কৗহনবা, লঙ্কাই মাইকৈ মরিদা।

হরাওজনা অনিদো হন্না খোংহাইরকলেদো
দাশরথি শ্রীরাম্না ঙাল্লিবদি লানশংদা।
খোইরুম নোক্না উমানা হায়খি য়েংনা বিজয়া ;
“লঙ্কা পাংনা য়েংঙুনে থাজ মানবী নহাকপো!
বীরবেশ শেংতুনা চংশিল্লক্লেনে নগরদা
প্রমীলাগা লোইননা মতা অথৌবীশিংগা
সনাই রাক্ষক ফুরিৎকী মঙাল্লোংদোন ঙানখরে!
ঙক্না য়েংলি অসে-তুঃ নিংথৌ 'থোইবা রাঘব,
চান্ন মরূপ বিভীষণ, সৌমিত্রি নচিং অথৌশিং!
সুম্বা শকপু কনানো তাইবং মালং অসিদা?
শেংখি ঐনা ফীজেংসে দানবশিংবু হাৎপদা
সত্য যুগ কৌবদা। তাওদো অসে কীর 'খোন!
লীরি খিংলি মুজাসে অশাও' শকক্ষম্না ঙংতুনা!
অচৌ' কীর তেঙ্গালসে নোম্লি মাইকৈ মরিদা!
য়েংঙু হাইরি কোক চূড়া শম্লাং শম্বুল্লকসিদা!

শগোল খোংচং তাবথক চোংখংনবু, তোংলিসে
কুচুঙৌবী, ওন্থোকই ফজখরে লাইমবু,
লাইজ ঈথক ঈপোম্নক সনাই থম্বাল নিংথিবা
মানস-কৌবা পুখ্রিমুং শাংচ' পান্দম ওইবনি !"
খুমজরকই বিজয়া সখী; "অচুম্বনি তাকপিবা,
হৈমবতী স্নম্বা শক মালংপান্দা কনানো ?
খংজৈ ননাই ওইবীনা দানব মমোম
প্রমীলা কৌ ননাইবু ; 'তুবু খনবিয় অমুক্তা
মতৌ করম নয়াথং ঙাকপিদৌবা ভবানি ?
মথন্দগী মতিকনা তাইবং ঙম্বা ইন্দ্রজিৎ
মহাক্কবু প্রমীলা তিন্নখরে খোংহাইরক ;
মালং খঙ্গোন মক্কাপ্লোই চাক্ক মৈরি অতুনা
খঙ্গোল মাগা ঙসিদি তিন্নখরে পুল্লপনা !
কম্না ঙাকনি শ্রীরাম হায়বিয়ুনে কাত্যায়নি ?
কম্না লক্ষ্মণ অথৌ'না হিংচাববু হাংঙমনি ?"
ঙহাক থাখল চনিং-তা মেনবিরকই শঙ্করী ;
"ঐগী অংশৈ চুপথানি প্রমীলাকৌ নিংথিবী,
বিজয়াও-তশেংবা ; হুগে মতিক হয়েং মাই ।
কোরৌ মঙাল ফংলগা মঙাল নাইবা মণিদো
কোরৌ মানা তাথ্রগা মঙাল মাগী মমাংঙি ;
অতুগুমনা মুজাসিই হয়েং মতিক চমহনগে ।
শোইদনা লক্ষণ অকম্বা হাংনি মেঘ' লাম্ফমুং !

মপুরোইপা লাক্কনি পুরসিদা প্রমীলা ;
শিব সেবা রাবণি তৌজরনি নোঞ্জনা,
মরূপ শানা প্রমীলা পেলহনগনি ঐখোয়না।"
অসি হায়ব' সতীনা লেংশিনখরে মন্দিরদা।
খোংথাং তপ্না নিদ্রানা লেংশিল্লক্লে কৈলাসতা ;
কৈলাস বাসী পোত্থারে মোল্লাং পাবস্তাইখাংনা
সদা শিবৈ লাইবক্তা থাজ মঙাল শন্দোকলে,
মুংঙাই পুংদো ঙাল্লেনে লুপা ঈরু মঙান্না।

( মতাং অসিদা মেঘনাদবধ-কাব্যদা * সমাগমো কৌবা
অহুমশুবা সর্গ লোইরে )।

* লঙ্কাপুরীদা প্রমীলানা থুংলবগী মারীনা সর্গ অসিদা মরু ওইনা নীবনা সর্গ অসিগী মমিং "সমাগমো" হায়না কৌবনি।

# মরিশুবা সর্গ

কবি গুরু ননাইনা নোঞ্জে নখোং থম্বালদা,
বাল্মীক! হে ভারতকী কোক্কোম্বকী লৈতেংও,
খোঙ্গুল নংগী লীজরি ননাই ওইবা ঐহাকনা
নিংথৌরেলদা চংজবা তোল্লবদি মহাক্না
লাপ্না চৎনা তীর্থদি ফংজবগুম দর্শন!
নংগী খোঙ্গুল ধ্যান তৌজ' অহিং মুংথিল অনিদা,
যাত্রী কয়া চংনখ্রে মিংচৎ মন্দির মুংদবু,
নমহংতুনা ফম্রবা তাইবং ওম্বা যম কৌবু—
অমর খুভম ফংনখ্রে! ভর্তৃহরি শ্রীকণ্ঠ
ভবভূতি অথোইবা, ভারতভুমিদা ফাওখরে
কালিদাস মিংনাইবা ব্রাহৈ খোহী পান্দমবা;
'সরস্বতী কৌবীগী মপারীনি' শুম্নবু।

---

খোঙ্গুল নংগী লীজরি ননাই.....কনাগুম্বা লাইরবা নীপা অমনা কনাগুম্বা মতিক লৈবা নিংথৌ অমগী থৌগন তৌজহুনা লাপ্প-লাপ্লবা ( মথন্দনদি চৎপা ওম্ররোইদবা ) তীর্থ দর্শন তৌবা নংতে; অদুগুমহুনা ঐগু মিংচৎ মন্দিরগী মশক ওইরবা তীর্থবু চৎচবদা নংগী নতুং ইঞ্জরি।

নংগী খোঙ্গুল ধ্যান তৌজ'......হে কবি গুরু, নংগী খোঙ্গুলবু ধ্যান তৌজ হায়বদি, য়েংজহুনা যাত্রী কয়া, তাইবং অসিবু লাকশিনবা ওম্নখ্রে। মহুমক্তি যমরাজ মহাকপু ওম্নমা অমর ওইহুনা, মিংচৎকী মন্দির মনুংদা চংনখ্রে। হায়বদি, কবি কয়ানা নংনা ইবা রামায়ণগী মমিং তাংহুনা মথল মখা অয়াম্বা কাব্য ইহুনা মিংচৎ ফংনখ্রে। ভর্তৃহরি—ভট্টি কাব্য লেংবনি। কালিদাস—রঘুবংশ লেংহুনা ভারত্তা মহাকপু 'সরস্বতীগী মপারীনি' হায়না ফাওখি।

মুরারিগী মূরলী খোন্থাং মানবা মুরারি
পুক্লিং হুবা ; কীর্ত্তিবাস, মিংফম লৈবা কবিনি,
বঙ্গ লৈতেং ওইরবা !—হেঃ পিতঃ, কমদৌনা,
কবিতা রস ঈরোন্নুং চেক্লা কাওৈ মরক্তা
তিন্ননা শান্নজনি—ঐ, নংনা তমবীদ্রবদা ?
অনৌ লৈরাং পরেংদি লেংজগেনে ননাইনা
নংগী লৈকোল লৈরাংলেন চ্যেকশিন্নবু লৈহেকচ'
শেমজনিংঙি ইরোলসে লৈতেং মখল কয়ানা।
'হুবু কৈদৈ ফংগনি (তোল্ল' ননাই) রত্নশিং,
তম্ফাখোংবু নহাক্লা পিনবিদ্র' ইফমদা ?
লাইরবনি ননাইদি থৌজানবিয়ু হে প্রভূ।—
তাওখে সনা লঙ্কাদো হুংঙাইবগী ঈপাক্তা,
সনাই থাংমৈ পরেংনা ইঙান ঙান্না লৈতেংলি
মণি লিক্লাং থোল্লিবী মহারাণীগী পান্দমনি !
য়ুমথোং য়ুমথোং থুদিংদা যন্ত্র কয়া থিনখরে ;
জগোই শাবী কাংলুপ্পা থেক্লা জগোই শাখিনে,
ঈশৈ শকপীশিংহুনা তানবু চানা শৈশকলি ;
হুজাশিংনা শান্নরি থংলেন নাপ্প চেকয়ানা,
চিন্বান খেলৈ কাংজনা খেক-খেক্লনা নোকচরি
কনানদি তাওরিনে অপাম ঈপাক ময়াইদা
য়ুপাল্লাং'দা কনানা মথাই মাগী য়াওজরি।

মুরারি=অনর্ঘরাঘব কাব্য ইবনি। কীর্ত্তিবাস=রামায়ণ পয়ারদা ই

থোং থোং খুদিং লৈপরেং, য়াম্লি হৈরাং লৈরাং ;
শংলেন মাংদা ফীরাম্নি মিহুৎথোংদা থাংমৈনি ;
নিংথৌ সোড়ক্ত' চেল্লিদো মীগী ঈচেল অকনবা
অচৌ কুম্মৈ ফিয়োংদা কোন্নুং পুম্নাং লাংগুম্না
লৈরাং চবুল চবুলদি নোংজুই মাইকৈ মরিদা—
মনমহুনা লৈময়োল হা-হা লাওহল্লহুনা।
ঙসি লঙ্কা য়াতাদ্রে, তাংলৌসিদা নিদ্রানা
য়ুমথোং য়ুমথোং কোইরকই কনানা চংহন্নিংদরে
ইবেম্মবু মরানয়াই, 'অন্না পোথোক' বর নিগে !
"মতিক লৈবা ইন্দ্রজিৎ হয়েং রামবু হাৎলনি ,
লক্ষণ মাস্থু শোয়ররোই; নোংশাই লাল্লাওদবুনে
লমহুইগুম্বা য়েক্লবা সমূদ্রগী ঈরাঙম
পুল্লপ্পবু তানগনি ; পুল্ল' ক্ষার' পুরকনি
বিভীষণবু কৌরবা, থাজ থাদোক্লমহুনা
রাহু চেনখরনিদো ; তাইবংজীবনা পেল্লনি
উজবদা মমিৎশিং হন্না থাজ উজবা ।"
আশ। হায়বী মায়াবী ; লম্বী লমদাং য়ুমথোংশিং
থোঙ্গাল উমং ৱামংসিং শক্তি ঈশৈ অসিদা
ঙসি রক্ষঃ কোন্নুংদা—করিগীস্থু ওইদনি
হিংচাবশিং অম্থুম্বা হরাও ঈপোম তাওজবা ?
মথন্নতা ৱাজনা অশোক-কানন মন্নুংদা
কপচৈ রাঘব থাগোম্ন' মন্ন' খাংপোক্লুং তুমিন্না !

চেড়ীশিংদো ফত্রবী, সতীমাবু থাদোকলম
লাপ্না কোইচৎ চৎখরে নুংঙাই-কুম্মেদা ময়াইকা—
থঙাই চুপ্লগদৌবা শক্তি মাবু হুন্দোকলম
পাম্বা কৈনা নিংঙাইদা লাপ্না বন্দা কোইখিগুম !
মাইথোং অতু মকখরে ওস্থোকইনে পান্দম্লি
কোরৌ মঙাল ফংদবা ভস্ফা খোংগী মণিদো,
নক্ষত্রগনা মতৌনি চিনবান তয়ান ওমজবী
রমা মানা লৈখিবা লাইজ ঈনুংধুংদদি ।
মালং মাস্থু হুম্মকই পোখা পোখা লাপনবু
কপচেংশিনা হীক-হীক্লা শুংশা ফুইনা হোনগুম্মা !
তলা পামেল উশাশিং ৱানা ফ্র-ফ্র হাইজরি
চেক্লাশিংনা নিন-খোংদা ; উশাশিংদা তোংজরি !
মপৈ মপৈ লৈরাংনা উখোংদবু কেনজরি,
তলা পামেন্না থম্মোই-কা লৈতেং হুন্দোকপগুম্না ।
অথাপ্পদা চেঞ্জরি, ঈপোম হৌবা খোস্থাংদা
কপ্লা কপ্লা সাগর তম অৱা ৱারী অসিবু
লীজনিংবা মতৌগুম, লাইজ তুরেল ওস্থোকই !
থাজ মঙাল চংঙমদে শুক্ল' অশোক বন্নুংসে
শাৎপ্রা লাইজ' অনৈবদা লৈরাং থম্বাল কদৌঙে
অতুম ওইনমকস্থনে ওইথোক্ত্রবা শকফমনা

শাৎপ্রা লাইজ অনৈবদা= উপমা অসিগী মধুসুদন্না ৱাহৈ অসি হায়রম্মী ; অতুবু অশেংবদি "অনৈবা ঈশিংদা" থম্বাল শাৎপদা করি অকাইবদি নত্তে।

অশোক বনসে নিংথিনা ইঙানবুদি মঙাল্লি।
দেবী মদোম ফমজরি, মঙান্নাইবী পান্দম্লাক,
শুক্ল মম্বা মফমদা ! মতমসিদা, অত্নদা,
নিংথিজবী সরমা কপ্লা কপ্লা ফমলরে
সতী মাগী চরণ খা, সরমাসে ফজবী—
রক্ষঃ শাগৈ রাজলক্ষী রক্ষোবধু ফীজোলদা !
মিৎকুপ খরৈ তুংদবু মিৎলূ লাইজ তৈথোক্ল'
মিম্না নিংথিজবীদো মেঞ্জরকই মুংশিনা ;—
"ফত্তরবী চেড়ীশিং দেবি নংবু থাদোক্লম
সহরমুংদা কোইখরে হরাও কুম্মৈ' খোইদাখ্রে
ঙসি ইমুং শোইবসে ; অসি রাদি তাজনা
ননাই ওইবী লাকচরি পূজা কৎকে নফমদা।
সিন্দুর মপুক থন্নদি পুজরকই কেপ অসে
য়াথং পীনবিরবা নিংথি' লাইবক খেলৈদা
ননাই সিন্দুর থোগনগে। লুখ্রাশিংবু চন্দ্রিবী
নংগী করি পকচবা সিগুম ফীজেৎ অসিনা ?
মুংশি হৈতে লাইমবু লঙ্কাপতি ফত্তেনে।
থম্বাল লৈকা শেগাইবা কনানবু পামহৌবা ?
কম্না হুখিবনোনে নৌজবীগী লৈতেংশিং ?
মতৌ অসে ননাইদি করি থংজ' ঙমদ্রেদো ?"
সনাই কেপ্ল হাংদোক্লে রক্ষোবধু ইবেম্মা
নিংথিজনা লাইবকতা সিন্দুর থোগন তৌজরে ;

সিন্দুরগী মরিকশিং লাইম ফ্রজৈ লাইবক্তা,
নুমিদাংব্রাইগী খেলৈথক থব্রানমিচাক পান্দম্নি।
স্থম্না সিন্দুর থোগনবু তৌজরগা নিংথিনা
খুয়া থম্বাল ইকুলবু লৌজরেদো সরমা!
"ঙাকপীয়ুকো হে লক্ষ্মী! দেবতানা খৌরাংবা
নশাসিদা শোক-চরে 'ত্তুবু ননাই ওইবী ঐ
কুইজরবী ননাইনি ঙাঙ্রান খুয়া থম্বালগী!"
অসি হায়র' নুজাদো ফমজৈ হন্না খুয়া-খা
আহা লাইমা নিংথিজৈ ঙাল্লবদি থাংমৈনা
বৃন্দারাণী তূলশীনাক ঙাম্বৈ পান্দম ওইবনি
ঙাল্লি মাইকৈ তরাদি। মেংনা হায়খি মৈথিলী,
"অরেম্বদা দশানন, চৈরে থাজ মানবী-ও!
ইশামকনা হুক্তোকল' ঐনা হুনদোকলম্বনি
লৈতেংশিংদো লাপ্পদি, পাপীহুনা ঐহাকপু
বনদা ফাবা মতাংদা। লম্মখাংদা পুন্নমক
ঐনা চাইখাইরম্বনি খুদমগীবু তংশংনা
থোংলান অসিমক্তদা পুজরকপনি অসিদা—
সনা লঙ্কা লৈকোইন্নুং— বীর রঘু নাথবু!
মণি, মুক্তা, রত্নবু করি তোংজৈ তাইবংদা,
থওইজদবনিদো ঐহাক্না লনসি ফংনবৈ?"
হায়জরকই সরমা "দেবি! তাখ্রে ননাইনা

খেলৈথক = লাইবকতা।

নংগী স্বয়ম্বরৈ ৱা চিনবান তোরৈ থুম্ল'দৈ ;
করিগীবু রঘুবর বন্দা লেংবিরকপনো ?
হায়বিয়ু হৌজিক চানবিনা, করম্নবু হুরিবা
সতি নংবু রক্ষেন্দ্র ? ভিক্ষা অসি নিঙ্গরি
ননাই ওইবাগী খোরাংবা কোকহন্বিয়ু ইবেম্মা
অমৃতগী ঈরিনা। লাপথো ফম্ভ্র' চেড়াশিং,
অহাং' তাঞ্জা অসিদা লীবিরো ৱারী ননাইদা
তাজরগে ৱাফমশিং। করি লৌনম তৌহ্নবা
লৌনমখিবা শ্রীরাম, লক্ষ্মণবুসু মীনমখি
ফম্ভ্র' হুরানবমিনা ! করি মায়াই পাঙ্গন্না
রাঘবগী খাংপোক-চং হুবা তাংল রত্নসি ?"
গোমুখী' নাপোমদৈ খোম্থাং তান্নাই ৱান্না
চেন্থ' লাইজ' ঈরিগুম, মেঞ্জরকই জানকী,
মপাও থুম্বী সতীনা, লুনা চান্না সরমা ;—
"ফন' তৌবী সীতাগী অথোই' ইতা নহাক্নি,
মমাংঙৈগী ৱাফমবু খোইনৌ তাবিনিংলবা
লীগে ৱারী ঐহাক্না পুক্নিং চংবিগনিদো ;—
"নৈরম্মীদো ঐখোয়না মিম্নালকা নিংথিবী ;
গোদাবরী খোংবান্দা, খুমু অমোম লাবনা
তলা পামেল অচৌবা পামেন মাগী মথক্তা
উতোল লোম্না মহুম-শা নৈজবগুম মুংঙাইনা ;
থোইনা শুকপা বননিদো পঞ্চবতী মিঙ্গৌবী ;

মালেমদা লাই' বনগুম্বী, লক্ষ্মণ কৌ' পুকফবা
তক্তনা তৌজৈ সেবাবু। দণ্ডক বনগী পুকৈসে
ইতা খন্না ময়েংঙ, করি অরাৎপা লৈগনি ?
কোরৌ খুদিং কাংদনা মহৈ মরোং পুরকই
সৌমিত্রিদি অকনবা ; করিগুমদা শাদানবা
লেংবনিদো ঐ 'বুংঙো ; 'তুবু জীব মাংহনবা,
ইতা মতৌবিখিদে রাঘবেন্দ্র পাঙ্গনবা,—
থৌজানগীবু ঈপাক্লি তাইবংনা থংলি 'বুংঙোদি।
মনাং' নুংঙাই' কাওজখে ! নিংথৌ মচানুপীনি,
রঘু শাগৈগী মৌনি ঐ, অতুম ওইনা বনসিবু
ফংবা সরমা ইতাও, থোইনা হেন্না নুংঙাই কই !
খাংপোকী মাইকৈ মরিদা লৈরাং কয়া শাংলিদো
কোরৌ শিংবুম কাংদনা, করম্নবু তমসিগে !
পঞ্চবতী বনসিদা লৈরে বসন্ত তত্তনা !
য়াকাইবীরে ঐবুদি মেংল' থোঞ্জেন্দা অয়ুক্তা
কোকিল নহাই থোন্থাংনা ! মহারাণী করম্বী
হায়য়ু থাজ মাল্লবী ! 'সূম্বা থম্মোই নুংনৌবা
য়াকাইরোলগী শৈরোন্না ক্লোয়' মমিৎ পাংজবা ?
রাহোংলাবা, অমোমগা কয়াই মতিক হবাওনা
শারৈ জগোই কেজনা 'খোয় খাংপোক থোংদা।
জগোই শাবা শাবীদি অনিসিগা মান্নবা
হায়য়ু নিংথিজবীও মালেমসিদা কনানো ?

নিতি লাকই অতিথি শামু মচা মচাশিং
শজি মচা, চেক্লাশিং সনা মানবা কনানা।
ঙৌই কনা, মুবনি, কনামনা অরাংবা,
অনৌ' নোংগী মরক্তা নোংদোন চুমথাং মাল্লবা ;
জীব-হিংসা তৌরুদে সেবা তৌই মখোয়গী
লুনা চান্না য়োকচৈনে চেকশিন-খোইজিঞ্জনবু,
মরুভূমিদবুদি লাইজ তুরেল মহাকনা
খৌরাং'শিংদা তৌগুম্না মশাই লাইজ চোন্নদি
নোংখোং ফুইবৈ মপান্না, লাইজ চোন্বা পুখ্রিনা
ঐগী শকয়েং মিংশেন্নি। অনং' থম্বাল হেক্লগা
(মপা লৈত্র' রত্নগুম) ওইনৈ শম্লাং লৈতেংদি ;
লৈরাং লৈতেং শাজৈদো ; মোমোন্নোক্না ইবুংঙো
'বনদেবী' অস্নুমনা ঐঙোন্দবু লক্লবী।
ওন্থোকপনি ইতারোই থব্রাইগীদি মবুংঙো
অমুক হন্না ফংখিদ্রা ? মরাইবক থীর' মিৎসিনা
কান্নদ্র' মপোক অসিদা চরণ অনি অদুবু
অমুক উজ' ফংখিদ্রা ? আশাই পুখ্রি ঈয়াইগী
শিঙেল থম্বাল ওইবিবা তোল্লবীগী মিৎ মণি ?
কুংশি হৈতবা বিধাতা, করি পাপ্না ননাইনা
নহাক্কীবু নকাদা লংজরুরে থংজদ্রে ?"
অসি ফাওদং লীরগা কপখ্রে দেবী মরন্নাই ?
কপচৈ সরমা সতীস্থু পীরাংনবু চোৎচনা !

মিংলু পীরাং ঙহাক্তুং তৈথোকচরে সরমা
রক্ষঃ শাগৈ মৌঙইবী ; মেঞ্জে সীতাই চরণ-খা ;
"মমাংগী ৱাবু নিংশিংল' থম্মোই থকপান্নরবা
দেবি তোকথোকপিরোনে ; নিংশিংলুবৈ কান্নব্রা ?
নংগী মিংলু পীরাং-উ ননাই থম্মোই পুঙমদ্রে।"
খুমজৈ মপাও থুমজবী (ঙান্নু 'মোম পান্দম্নাক
খোন্থাং মাগী নুংশিনা) "লাইবক থীবী ঐহাক্সে
ওন্থোক্রম্মু ৱাজখে ! মানা কপচদনদি—
কনানা অমুক কপ্নীনি মালেম লৈকোই অসিদা ?
লীগে তাওদা ইতারোই মমাংঙৈগী ৱারিসে !
নোংজু থাগী মতমদা লাইজ ঈহৌরকপকাল,
ঈচেন মাদি ৱাজবী লৌনম্বানবু ইপা-পা,
লাইজ' চোন্না চেনবগুম, পুক্রিং ৱাজবশিংনা
অৱা ৱারী পোথোকনা শাজনিংবা মনাংনি।
'ছুনা ঐনা লীবনি তাওনে নংবু সরমা!
কনা লৈবা সীতাগী হিংচা' পুংদা নং-নত্রা ?
পঞ্চবটী বন্নুদা গোদাবরী খোংবান্দা
লৈরম্মীনে নুংঙাইনা, ইতা ওন্থোকপনিদো,
করম তৌনা লীগনি বন্দুই নিংথি' ঐহাকনা ?
তত্তনা ঐগী মংলানচা বনগী বীণা তাজেনে
বন-দেবীগী মখুত্তা ; কোরৌ মঙান ফীজেংন'
লাইগী চন্নুরাশিংনা শান্নরৈ থম্বাল বন্নুংদা ,—

করিগুমদা তিংজবী-ঋষি শাগৈ মৌ ওইবী
খোইরুম্নবী লাক্লম্মী, খাংপোক্তবু ঐহাক্কী,
থাবল গঙাল তাবগুম শুক্না মম্বা মফমদা।
শজি মউন ফীদাবু ( মচু কয়ানা লৈতেংবা )
করিগুম্বদা তিংথোক্ল' তলা পামেন তনৌবৈ
উখোং খাদা ফম্লম্মী; উরুম মরূপ শান্নবা
ঐনা কয়া ন্নুংঙাইনা; শজি অমোম ওইবীগা
করিগুমদা ন্নুংঙাইনা ঐগা জগোই শামিন্নে,
কোকিল খোন্থাং তাবদা ঈশৈ ঙ'লুই ঐহাক্না।
উরি মাদি নৌজবী সতী ঐনা লুহোংবী
নৌজ' পামেন নাপুং'গা; মখোয়নিবু চুপ্পীদো
য়েন্নৌ হুনবা মতাংদা, য়েন্নৌশিংদো ন্নুংঙাইনা
ইশু 'সুম্না মিঙ্গৌনা। খংলবা খোইমু লাবদা
ইশু নিংঙোলগী বরনি সুম্না মঙোন' পীথোকই।
করিগুমদা ঐ-'বুংঙো লোইনজনা ন্নুংঙাইনা
কোইজৈ তুরেল তোর্ব্বান; উবা লাইজন্নুংদদি
নৌজ' নোংদোল অতিয়া, থবান্মীচাক নৌজবা,
থাজ মঙাল তনৌবা উবগুম্না খল্লম্মী।
করিগুমদা ইতারোই লোইবী চীংগী চীংথক্তা
কাজরগা ঐহাক্না থবাই মপুই চরণ-খা
ফমজরুইদো পেঞ্জনা, মপান মপুং ফারবা
তলা হৈনৌ পান্থীগী মখোংখাদা হৌরবা

নৌজ উরি পান্দম-শক, কয়া লুনা তৌবিবা
ইবুংঙোনা ঐহাকপু অমৃত চেন মপাওনা,
ওন্থোকপনি ইতারোই কনাদা লীরুরসিগে ?
করম্নু তমসিবা ? তাজৈ কৈলাস মপুংয়াই,
কৈলাস মপু ব্যোম কেশ, সনা তাংবন থক্তদি
গৌরীগবু লেংশিন্না, আগম, পুরাণ, বেদদি
পঞ্চ তন্ত্রে ৱারীবু মচিন চিম্ফম মঙানা
পঞ্চমুখনা লীবিনা উমাদবু তাহল্লি,
তাজৈ মতৌ অম্মুন্না নিংথিজবী ঐহাকস্থু
মখল কয়াই ৱারীবু। মীচিক মীখোল তাত্রবা
ইচিক চিকপা বন্নুগী মুংশিরবা ৱারীশিং
হৌজিকমকস্থু তাবগুম ইপুকসিদা খঞ্জরি।
থমথু বোইদো নোংদম্বা ! থোইনা মুংশি হৈত্রবা
ননাই ওইবীগী মুংশিবা, মুংশি শৈরাং অত্তুবু ?"
ৱাজবনা লেপখরে, মিত্তা থোইনা ফজবী।
মেঞ্জরক্লে মতুংদা নিংথিজবী সরমা ;—
"তাজবদা নপাওবু, রাঘবগী মতারোই,
রাজভোগপু চাবনে হঙ্গোইবমা পোকচরে !
পামজরকলে ইপুক্তা নিংথোকোনগী মুংঙাই'থা,
বনদা ইংনা লৈজবা ! অত্তুম ওইনা ইবেম্মা
খঞ্জরুবা কীরকই। মঙান মপৈ পুবনা,

ব্যোম কেশ—মহাদেব। পঞ্চমুখ—মহাদেব।

চংবা দেবী মন্ন' বন, মগুণথুনা ঙাল্লিনে
মন্ন' বনদো মাই মঙাল ; অমম্বনা চংলুবা
ঙম্না মমাই মকশিল্লি মহাক্লা-হেক থু বদা।
পুকচেল ফবী নহাক্না খোংদাক্লবা মফমদা
করি' ওইরোইদবনো পুন্নমকনা মুংঙাইবা।
জগৎ মুংঙাইহনবীনি, তাইবং শুদ্ধংলিবীনি।
তস্মু দেবী করম্বা নমথাক লাংলম থাকতুনা
নহাকসিবু ভুবনো হিংচাবগী মপুনা ?
বীণা ধ্বনি তাজখ্রে, ননাই ওইবী ঐহাকনা
তাজখরে কোকিন্না য়েন্নৌলক্না খোংজবা
নিংথিরবা লমদাগী থাজ থাবুক অত্তুদা
অত্তুম ওইনা তাজদ্রি অস্মুক মুংশি খোইহি-চেন
নপাও অসে তাইবংদা ! য়েংবিসিনে শংবানবা
কোরৌ নোংদোন থাজনা, মঙান মাগী মকচখ্রে
ইবেম্মগী চেংলৌদা, থকচরিনে হে-দেবি
নংগী নপাও অমৃত, অমৃতগী তুংনফম !
কোকিল খোম্থাং লেপখ্রে অতৈ চেক্লা পুম্বগা,
তাজনিং'না নপাওদো, হঙ্গচ্চরি নখোং-খা।
পুন্নমক্কী নিংজবা থুংহনবিরো নিংথিবী
মুংশিরবা নপাওগী রারী অত্তু লীবিনা !"
হায়খি রাঘব চাঞ্জবী— "মতৌ অস্মুম ইতারোই,
মতম কয়া হৌখরে পঞ্চবটী বন্দনে

কয়াই মতিক মুংঙাইনা। নচম্নুপী নহাক্কী
শূর্পণখা ফজ্রবী, থোকহল্লরে লাকপিনা,
বেরা থোক্লে মমৈদা, ইকাই ! লাইমা সরমা,
নিংশিংলুবা শিনিংঙি, মাগী মপাও অত্তুবু !
তোনখরেদা মহাক্তো। নুপী জাৎকী কালিনি !
ঐবু হাত্তোক্লগনে কৈ অমোম অত্তুনা
রাঘবদা বর মাল্যবু হুকপা পামজবনিদো।
নোংশা ওইবা সৌমিত্রি ঙক্লা অশাও পোক্নুনা
মাবু লাপ্পা তান্থোকখি, হিংচা কাংলুপ হৌরক্ল'
অকন' লান্থা তৌখিদো বনগী মমুং অত্তুদা।
কৌজবনা ঐহাকতি খাংপোক্লুংদা খাংজেনে।
লীরি খিংবা কোদণ্ড, ইতা কপচৈ লাইমদি,
কনাদবু লীগনি ? ইমিৎ চেজেৎ উইশিঞ্জ,
খুৎপু অনি লোন্নজ' দেবতাশিং কৌজেদো
কনবীনবা রাঘব ! অব্রা-খোন্দি সিংহনাদ
নোংদোন অসি থনখিবা ব্রান্থহুনা তুবনি।
কয়া কুইনা ব্রান্থরুই ইতা মহু খংদরে,
অথোইবদি রঘুনা মনাই শোক্না হৌদোকপী !
তপ্তুকপদি মপাওদা (ওন্থোকপনি, বসন্তগী মতমদা
শিঙেঙল লৈরাং লৈকোম্নুং কাইদ হুন্থা মালং'নি)
হায়বি থব্রাই মবুংঙো,— "প্রানেশ্বরি হৌগৎলো,
রঘু শাগৈ লল ওইবী ! রঘুরাজ কোম্নুংগী

ঙুংঙাই মশক ওইরিবী ! সনা মানবী নহকচাং
য়াত্তাফমদো নিংথিব্র', সরমা ! ইতা নংবুনে
অমুক হন্না তাজবা ঙংজখিদ্রা ঐনদি
অশুক থুন্ন' মপাওবু ?" অসি ব্রাদি হায়রগা
ব্রাম্ভথরে সতীনা ; সরমা-নবু কোনখংচৈ ।
শুক্ল' বনদা শাদাম্বনা, চেক্লাই ঙুংশিশৈশক-তা
তলা উশা তম্নদি তেন্দম্মকপা তেন্দুনা,
তেনবাল্লবা চেক্লা-চা মালেমদা ঙন্না খাংগুম্না
তুখে সতী সরমাই তম্পাকথক্তা হাইহংনা ।
ঙহাক লৈর' জ্ঞান লাক্লে মিস্না হেন্নঃ ফজবী ।
কপ্না নোঙ্গে সরমা ; "ননাই ইরাল ঙাকপিনি,
জনক নিংথৌ মমোম্লোই ! অব্রাবসে কচ্চরে
ঙসি মরম চাদনা, ওঃ ব্রাখল থেনবী ননাইনি ।"
মেংনা পাওখুম পীরকই শম্লাং চুম্না ফজবী
প্রভূ রাম চন্দ্রবু চেৎনা থাগোনজবীনা ;—
"করি নরাল ইতারোই ! পুক্লিং চংনা তারোদো,
লীগে হন্না অমুকস্থ মমাংঙৈগী ব্রারীসে ।
করি লৌনম্না মারীচ (মরুভূমিদা মরীচিকাগী
লৌনমগুম) লৌনস্বা তারৈনি শূর্পণখাই চিন্দগী !
ওস্তোকপনি ইতারোই ফত্রবদি খেন্দোংদা
অপাম ময়াই কাহুনা, ঐনা নীরুই শজ্জিদো ।
লীরুং থুমহুম চেৎনা পাই রঘুপতি খোংশানখে ;

দেবর লক্ষ্মণ থনম্মী ঐবু ঙাক্লনবগী।
নোংথাংগুম্না চেনখরে মায়াই শক্তি অঠুনা
বনদো পুমঙান ঙালহন্না, নোংশাগুম্না য়াংলবা
ঐগী 'বুংঙো তান্নখ্রে—শক্তিঠুগী মতুংদা—
মাংখ্রে মিংকী মণিদো ঐদি লাইবক থিহৌরে।
থিন্দে তারে ইতারোই অৱা খোল্লাও লাপ্পদি
"কৈদনো য়াম্বে লক্ষ্মণ-ও খুদোং থির' মতাংদা?
ইয়াম্বদি শিরেদো!" ঙকখ্রে লক্ষ্মণ মী-নোংশা!
ঙক্লা মখুৎ পাইঠুনা, নোঞ্জনবু হায়খিদা;—
চেল্লো থিল্লে অকনবা; সুংশিৎনগুম বন্নুংদা;
তাওনে নংবু কৌরিনে? খোনফম অসি তাবদা
কপচনিংলে থৱাইসে! চৎলো থিল্লগন্নুদো—
খঞ্জে রঘুনাথনা নংবু কৌব্রা, হে রথি!
খুমজরকই সৌমিত্রি;—দেবি! কম্না ঙাকচনি
নংগী য়াথং ননাওনা? কম্না নদোম নৈহৌনি
মীখোন তাদ্রে' বনসিদা? কয়ানিদো মায়াবী
হি চাবশিং চৎলিনে, কনানবু হায়ঙমনি?
কনাবু ইমা কীহৌবা? কনানা হিংসা তৌঙম্নি
রঘু শাগে নৈতেংবু মরোল অহুম অসিদা?
ভৃগুরামনি মতিক্লা? তারে হন্না অমুকন্থ
অৱাবগী খোল্লাওদো,—'শিরে ঐদি! মতমসে

দেবর=ইনাওনিপা।

অন্নাবনা লাঙ্গোইচন—য়াম্বে লক্ষ্মণ কদাইদা ?
কদাইদনো জানকি ?' অমুক হন্না তপথবা
ওন্নক্তে দো চান্নবী, মুজা ওইবী নতারোই।
লক্ষ্মণ থুজেং থাদোক্লে অয়াক খোনক্নম থাখরে
ক্ষেণফম ফত্ত' তাংফমদা, স্বমিত্রা কৌ' ইনেমদি
ইফমদা থৌজাল হৈবীনি। কনানা হায় মহাক্কী
শিওমনুংদা ফজ্রবা নংবু নাওপনখি হায়বা ?
নংগী নথম্মোইহুদি নুংনা উফম চন্দুনা
বিধাতানা শেম্বনি। শুক্ল বনন্নং অসিগী
কৈ অমোমদি ফত্তবী মাগী শিওমনুংহুদা
নংবু পোক্ল' য়োক-থাক্ল' চাওখি থংলে ফত্তবা !
পাংদবা ! শাগৈ চেম্বৰা, ঐমক চৎলে, য়েংঙুগে,
রানা অরাপ্পদবু কনানা ঐবু নিংশিংবা ?"
অশাও মৈহৌনিক্কুনা মিত্তা ঈখেং কাহুনা
থৌনা ফনা লীরুং পাই, নঙ্গন্দবু মিকুপ্তা
তেন্দোং ক্রক লাকশিল্লে, ঐবু য়েংনা মেল্লকই ;
"পলেম শক্লা ননাওনা নংবু ঈকাই থুম্নজে
জনক নিংথৌ মমোম্লোই ! ইমাগুম্না থঞ্জবা !
অহুমকনা খাংজরি অরেম্বদা চৈবিবা !
চংলে ননাও চৎচরে, লৈবিরম্মু চ্যেকশিন্না
খাংপোকস্থুংদা ইমা-ও ! থংদ্রে করি থোক্লনি !
ঐগী দোষ নত্তেকো, নয়াথংনা পলেমও

নংবু ছন্দোকলধ্বনি ওসি নোংদা ননাওনা।”
অসি হায়র’ অথৌবা খোংহাইখরে বন্নুংদা।
অচিকপদা ক্রমন্থনা ঐনা কয়া কপচখি,
চান্নবী-ও অত্থব. কম্না তন্নি নকাদা ?
মতম খোংহাই থেংলকপা অস্থম অস্থুম হেল্লকই,
খোংনা লাউনা হরাওনা, শজি, শজি মচাশিং
শামু মচা চেক্লাশিং, পুন্সি ব্রত কচ্চনা
উহৈ ম্লাহৈ চাবশিং তিল্লরেনে কাংবুদো।
মথোয় ময়াম মরক্তা উরে ওক্ল যোগী ’মা,
মৈগুম মণ্ডান্নাইরবা, বিভূতনবু মশাদা,
কমণ্ডলুনা মখুত্তা কোক্তা জটা চাওখরে।
ওন্থোকপনি ইতারোই খংজরম্বা থোকলবা
লৈরাং শয়োম মরক্তা ফত্তবনা য়াওবসে
অমুবা তাংজৈ ফীজেৎতা, হূনা লূর লাইজন্নুং,
অত্থ ওইর’ কদৌঙৈ ইকোক অসি নোন্দুনা
খুরুমলুনি মাঙোন্দা! হায়রকইদো মায়াবী :—
“ভিক্ষা হাপলো নিংথিবী, রঘু শাগৈ’ হে বধু!
(নংনি বনসিই অয়োকপী) অতিথিদা লাম্লবা।”
মাইখুম্ফিনা মাইথোং-খুম. ইতা হায়জৈ ঐহাক্লা
ইখুৎ অনি লোন্নরা ;—“শজি মউল ফীদাদা
লেংশিনবিসি হে প্রভূ পোথাবিস উখোংদা

বধু=মমৌ।

থুনা য়াংনা লাক্লনি রাঘবেন্দ্র মহাকস্থু
মনাও লক্ষ্মণ লোইননা। হায়রকইনে ফত্রবা ;
( শাওশিন্নবা মতোদো ঐনা খংজরুদেনে )
'লাম্ন' অতিথি ঐহাকনি, হায়রি নংগী নকাদা।
ভিক্ষা হাপলো ; নত্রগা চৎচখ্রগে অতৈদা।
অতিথিগী সেবাদা থৌওইত্রবকো জানকি!
রঘুশাগৈদা করিগী মিংচৎথিবা কালিসে
তৈশিনববু পাম্লিবা, নংদি রঘুই মৌমকনি!
হায়য়ু করি মিংচৎকী ব্রহ্ম শাপ্ন থৌওইদ্রি ?
ভিক্ষা হাপ্ন নত্রগা শাপ চৈরম্ন' চৎখ্রগে
ফত্রবদি হিংচাবা হৌজিক রামগী য়েক্লবা—
ঐগী শাপ্তে, জানকি।' ইকাই ইকি হুন্দোক্লে
চান্নজবী ঐহাকনা, ভিক্ষাই পোৎলম পুত্নুনা
মপান থোক্লুই কীজনা খংদনা লাংদা খোংথারে
খুদক্তবু তাপ্ন ফাই ; ঐবু নতৈনা ফত্রবা।
কোরৌ নোংজা অমদি থাজ মানবী নংবুনে
রাঘবগা লোইননা বন্দা কোইথোকচরুইনে ;
থাপ্তক নৌজ উরী-নাক শজি 'মা শজিক লাম্লি
খংহৌদনা কীন-ঙং খোঞ্জেল অমা তারেনে ;
কীনা য়েংথোকখিবদা বজ্র শকপাম্নরবা
পাম্ব কৈদি অমনা শজিত্থ ফা' উক্লরে!
'কনবিয়ুদো ইবুংঙো', সুম্না তুজৈ চরণ-খা।

মৈগী তেন্না উৎ তারে মিংকুপ্তদি পাম্বদো
অথোই রঘু মহাক্কী। চেৎনা কোনখৎপীছনা
বনবু নিংথিজহনবী শক্তি কল্লে ইতারোই ঐ!
হিংচাবগী নিংথৌনা কৈসিগী মশক ওইরেদো,
ঐবু শারাক তম্বীরে, অছুবুনে কনা লাক'
কনবিরদ্রে ইখোইরোই! লাইবক থিবী শক্তিগী
ব্রার' মতম অসিদা। ঐগী অরা' খোঞ্জেন্না
চাওর' বনসি থনখরে। কপচ খোঞ্জেন তাবদা
বনদেবী ইমানা মনাই অরা' উবদা
কপ্পীবগুম নিংখরে। কান্নদ্রে 'ছবু কপচবা!
থাম্বী মৈশা 'কনবদা য়োৎনা মহি চেনবনি
'ছদা লাইজ ঈশিংনা লাকশিন করি ভমফবা?
পিরাং লাইজ' ঈরিনা কনখ্রু' থম্মোই পেৎভম্ব্রা?
উখিদরে জটা কোক্কী পাইদ্রে খুত্তা কমণ্ডলু!
রাজরথি-ফিজেৎতা থাঙ্গৎলে ঐবু অপংবা
সনা পূমদা দোলাইথক। কয়া হায়খি ফত্তবা,
অমুক শাওনা ভংনদি অমুকম্থ মুংশি' খোম্থাংদা,
নিংশিংলুবা শিনিংঙি ঈকাইবনা সরমা!
দোলাইন থৌখ্রে রথীনা অমু' লীনগী মথয়াৎ
হভোই মচাগুন্না কপ, লাইবক ফবী! কপচরুই,
ঐনা মালং ফুরাদা। সনাই দোলাই চাকাদো,

---

সনা পূমদা দোলাইথক—সনানা পুমহৈ ওইনা শাবা দোলাই।

গরং গরং লাওবনা, বন পুষ্প নিনখরে ;
ওম্থোকপনি মতুদা মুজাই খোঞ্জেল লুপশিনখ্রে !
খঙ্গোন মাদি অঙাওবা মতিক উপাল হাইহনবা
রাব্রা রাব্রা রারানা, থুনুই খোম্থাং, কনানা,
মতাংতুদা তাওম্বা ? ইতা ফ্রং ফ্রং চোংজরে,
থিন্দে খুজি হুক্তোক্লে, লীক্লাং লীফাং থদংলে
কোক্কী লৈতেং লোথোক্লে, নাইন্নপুর খাংঙ্গোই
চাইথোকলম্মী লমখাংদা ; অতুনদি ইহকচাং
লৈতেং করি পকত্রিবা রক্ষঃ শাগৈ মৌ ওইবী
অরেপ্পদা নহাকনা দশাননবু চৈরেনে।"
থাজ মানবী লেপখরে। হায়রকইনে সরমা ;
"হৌজিকস্সু খৌরাংজরিদো ননাইনবু মৈথিলি ;
পীনৌ মাবু অমৃত দান ! মহৈ য়াল্লে পাঞ্জমল
ইনাকোংসে ওসিনোং।" মুংশিরবা খোম্থাংদা
অমুক লীবা হৌরকলে মাইথোং থাজ হেঞ্জবি
"তানিংলবা শকহেনবী ; অমুক তারো লীরগে
বৈদেহীগী অরা'-পাও তাবিনিংবা কনা লৈ ?
চেক্লা ফার' শাদানবা মরাল তমগুম মুংঙাইনা,
থোরে দোলাই রাবণনা অরাবনি, ওম্থোকনা
চেক্লাতুনা কপচগুম ফ্রং ফ্রং চোংনা লাং-থংকে,
কপচরেদো ফজবী ! হে নোংদোন অতিয়া
ঐনা তাজে নহাক্কি খোঞ্জেলশিংগী মপুনি।

( তুম্মিন তুমিন ইপুক্তা নিংজবনি ঐহাকনা )
তোল্লবীগী দশাসে খোঞ্জেল হৌনা তম্বীরু
রঘুনাথকী মকাদা, দেবর লক্ষ্মণ ঐহাকী
তাইবং জয়বু ঙমজবে। হে মালং তপতকপা
লৈনমশিংবু য়েল্লিবা; দূত ওইনা নহাকপু,
ঐনা বরিজরেদো, চৎলো থিনব্বিরক্লুনে
প্রভু রামনা কোইরিবা মফমত্তুদা নহাকনা।
হে নোংও নহাক্তি! খোঞ্জেল অকী' ওইবনি
ইবুংঙোবু কৌবীরো নংগী অহৌ' খোঞ্জেল্লা।
লৈহী পাম্বা হে খোইমু! লৈরাংশিংবু থাদোক্লো;
লৈকোন্দুদা ঙংলুরো শ্রীরামনা লৈরিবা,
সীতাই মপাও নংনা-পু; শকউ খোম্বাং মঙাদা
সীতাই অরা' শৈশকপু, নংবু মরুপ বসন্তে
কোকিল নহা খোন্নৌবা! তানি প্রভু রামচন্দ্র
নহাক্তনা শকলগা! অসুম্নবু কপচবা
কনাগুম্বা অমতনা তাবিথিবা লৈত্রেনে।
সনাই দোলাই থৌরক্লে; লাল্লকলেনে থিন্দনা
নোংদোন খেৎপা চীংদোম্সিং, তুরেল মচা-চৌবা,
দেশ দেশ কয়াদি। উরবা নত্ত্রা সরমা
পুষ্পকরথকী অয়াং' নং; হায়রুত্নুনা কান্নব্রা?
ঙহাক লৈর' সিংহনাদ তারক্লেদো কীরবা।
থক থক নিক্লে কৌবনা শগোন্দোলাই চিংলিবা,

সনাই দোলাই অহুসু চৎলকলেনে তথকনা।
উরে, মিৎ পাংঙুবা কীখ্রবদি মশকফম
লোইবা চীংহুম ময়াদা প্রলয়গী মুর লৈচিনগুম।
'নংবু খংঙি' হায়রকই শুরু' মপাও বীরবর,—
'হুরানবা লঙ্কাই রাবণনি। শাগৈ মৌদি কনাবু
ঙসি হুরি ফত্রবা? মমহল্লক্ষী কনাই য়ুম
প্রেমগী থাংমৈ হুরকনা? মসে খংঙি নহাক্কী
শাজেন্নবা শাজৎনি। খুৎলাই শূৰা কাংবুগী
মুপীশিং থি'-ভাংনবা মুথৎলগে ঙসিদি
হাৎতোক্লগা নহাকপু থৌরবদি তেল্লাংনা!
চংশিল্লকউ অপংবা! তোল্লি নংসে রক্ষোরাজ!
ঈকাই খংদ্র' তোল্লবা নংগুম কনা' তাইবংদা?"
অসি হায়না ইতারোই অথোইবহুনা ঙংলক্লে।
ব্রাম্হহুনা ঐহাক্তি দোলাই থক্ত তারেদো।
জ্ঞান লাক্ল' উবদি ঐসে লয়্দ' লৈরমলে।
নোংদোম্বক্তা দোলাই থক রক্ষোরথী অহুনা
লাম্বারম্মী কন্নদি ঙংনা অকনবহুগা।
পাঙ্গন শোনবীগী লৈয়েংনা ইতা করম লীঙম্লি
লাম্ফমহুগী ব্রারীবু? কীজবনা নতাদি
ইমিৎ চেজেৎ উইশিল্লে। চংজৈ দেবতাশিংদবু
কপ্পা কপ্পা নতানা অকনবসিগী মীচং-চং
মাংহন্নবা হিংচাবা ঐগী য়েক্ল' ওইরিবা;

থোইনা খুদোং থিরৰ'দৈ লানবিনবা মনাইবু।
হৌগৎচগে লাক্লজৈ চংন' শোংল' উম্নুংদা
লাপ্লা চেনগে ৱাখন্দা। ওম্বোকপনি তুরেদো
ৱাম্থতুনা; মতৌগুম কন্না য়ুহারাবদা!
মালেম ইমা থাগোল্লে—মীখোন তাদ্র' অসিদা
পলেম ঐ' অপোকপী অনি থোক্লা চিংখাইরো,
নংগী নথান্নুংত্থুদা লাইবক থিবীবু লৌশিল্লো,
সাধ্বি! করম খাংলি ৱাজবী নচাই মৈনা-কা?
লেংঙকলো পম্থবিরগু। হন্না লাক্লনি ফত্রবা!
ওম্বোকপনি পলেমও হন্না লাক্লুম হুরানবা
থেংল' অহিং লোইরান্দা মীগী মীরল হুরগা
ফুল্ল' থনম্বা লোগেইনা! লাক্লো পলেম কম্বিরো!
অকল' লাম্বা হৌখরে, নোংদোম্থক্লা ফজবী!
মালেম লেপ্প্রে হাইখরে; মক্ষম অদো নিনখ্রে।
অমুক হন্না ৱাম্থরে। তাওনে হুজা য়াইফবী।
পুক্লিং চংঙু ইখোইরোই, ৱারী অসে ঙক্লবা।
মংঙই হাওই ঐনা উই বসুন্ধরা সতীদো
পলেম ওইবী ঐহাক্কী। থৌজান হৈবী লাক্কুনা
মমোমনাক্লা হায়বীরৈ মথান্নুংদা কোনবির'
থুম্লবদি মপাওনা;— 'নোংদম্বগী নোংদল্লা
ইমোম ওইবী নহাকপু রক্ষ: নিংথোনা হুবনি।

---

সাধ্বি—মপুরোইবগী চাক হেঞ্জবী।

নরমগীব্র মশাইগোন মুৎলরনি তোল্লবা !
অরুম্বসে নমাগী পুজঙমদ্রে ইমোমও,
'ফুনা লঙ্কা তুমনবা নংবু নাওবুজবনি !
ক্তত্র' খেন্দোংদা ফত্রবা নংবু নশা শোকসিদা
নমা ঐনা থংলেনে, অস্থকুইর তুংসিদা
নোংদম্বনা চানবিরে ! আশীষ তৌরি নফমদা
নমা ঐগী অন্নাবা কোকহল্লোদো মৈথিলি !
তুংগী থোংবু থোংহাংলে ঐহাক্কনে ; য়েংজরো !'
মাংদা উরে ইতা, নোংদোন খেৎপা চৌংজাওদি;
অকনবা মঙা থকপুদি অৱা' ঈপাক লুপ্পগুম
মফমত্তুদা লৈরম্মী ! মতমসিদা লেংলক্লা
রঘুপতি থুংলরে লক্ষ্মণগবু লোইননা !
চেংলৌ শকফম মক্লবা ইবুংঙোবু উজবা
ইতারোইও কয়ামুক ঐহাক্কবু রাজকুই,
কয়া অমা কপচরুই করি অমুক হায়সিগে ?
অকন মঙা অহুনা পূজা কৎচৈ রঘুরাজদা,
মনাও লক্ষ্মণ কৌদম্নু কচ্চথিনে পূজাদি ।
নিংথি' কোন্নুং অমদা পুল্লপবু চংশিনখে ।
"লৈপাক্কুগী নিংথৌবু অকন' লান্দা হাৎখরে
রঘুবীরনা, ফমহল্লে, রাজ সিংহাসনদা
অথোইবদো অকনবা মঙামক্কী মরক্তে ।
মাইকৈ মরি থারে দুত ; চেন্নরক্লে অকনশিং

লখা লখা পন্দনা কীনা নিন খোংনদি !
নিক্লে মালেম, ইতারোই ; অকম্বশিং খোংফমদা।
কীবনা ইমিৎ উইশিল্লে। নোক্ল' মেনবী ইমানা;—
'কনাবু কীরি জানকি ? থৌরাং তৌরি কন্নবা
নংবু সুগ্রীব নিংথৌনা, রামগী মরুপ অথোইবা।
হাৎখরেদো অকনবা নবুংঙোনা নহাক্কী
বালী নিংথৌ মিংনাইবা মালেম শাৎনা ফাগুরবা
কিষ্কিন্ধ্যানা মরৈবাক। ইন্দ্রগুম্বা অকনশিং
থৌরাং তৌরি য়েংঙ্সে !' নৈনা য়েংলে ইতা-ও
অকনশিংদো, চৎলিনে ঈশিং ঈচেন্না চেনবগুম
নোংজুথাদা ঙংলাগুনা। শুক্র বনশিং নৈহৎলে,
তুম্লে নৈত্রে অপুম্বা কংখরেনে তুরেনম্ভ।
বনগী জীবশিং কীবনা লাপ্না ঙম্না চেনখরে ;
ইতা মালেম থনখরে লুম্ল' খোঞ্জেন অসিনা।
থুংলরেদো তেঙ্গোলসে সমুদ্রগী খোংবান্দা।
উরে সরমা ইতারোই মুংনা তাওবা লাইজ-থক !
লোইবী চৌংদোন পাইহুনা, কীনা কনবা পাঙ্গন্না
ফুল্ল' লংথৈ ঈরোম্নুং অকন' চাম-চামনা।
খুৎহৈবশিং চংহুনা নিংথি' পন থিংখরে।
ঈশিংগী মপু পাশ-শূ, প্রভূ রামগী য়াথংদৈ
মখোং য়োহ্লিং চঞ্জরে। লানঙমদ্রবা সাগর লান
অকনবশিং ময়াই কা লাল্লক্লেদো তেঙ্গোনসে।

নিকলে সনা লঙ্কাসে য়েক্লবগী থোংফমনা—
'জয় রঘুপতিগী জয়।' লাওখে পুন্নমক্তুনা।
হল্লাওবনা কপ্লুরে ইতা ঐদি ওস্থোকই!
সনাই দলান মন্নুংদা উইনে সনা তাংবল্লাং
রক্ষঃ নিংথৌ ঙাননবু। লৈরম্মী সভা অসিদা
তপচবা ধর্ম্মে-শকপানবা অকন্বন্না হায়রকই
'রঘুবরবু পূজা তৌ বৈদেহীবু হনখিখো;
নত্রবদি শিরনি শাগৈসিগা লোইননা!'
সংসারগী ময়াইদা ময়াইকাবা য়েক্ল-রাম,
মথোংনা শাওনা মফমদা অথি' রানা চৈখিদো।
অশাও' থোইজি ক্ষাঙমদা চংখে অথৌ'শামুদো
ঐগী ইবুংঙোনা লৈবা নাক।" সরমানা মেল্লকই
"দেবী নংগী অরাবদা কয়াই মতিক রাখিবা
নিংথৌগী মনাও অম্ববা, অমুক করি হায়সিবা ?
ঐখোয় অনি হে সতি কয়া কপচবনিদো
নংগী অরা' থল্লুদো কনানবু হায়ঙমনি ?"
"ঐস্থু খংঙি" খুমজেদো মৈথিলিবু নিংথিবী;
"ঐ খংঙি বিভীষণ তেংবাংবিনে অথোইবা!
ইতা সরমা নহাকস্থু অত্থমকনি তশেংবী!
হিংজরিনে অসিদা লাইবক থিবী সীতানা,
থৌজালহৈবী নহাক্কী স্থক্রৈ নগুণ হূতনা।
'হূবু লীগে ইতা তাও ঙক্ল' ঐগী মংলানচানা।

হিংচা'শিং সাজন তৌখ্রে, লাম্বানৈ আশাদা ;
থিল্লে হিংচাই যন্ত্রশিং, নোংদোন্দবু নিনখরে।
নিকই সখি উরুবা অকনবশিং মৈগুমবা,
মপাঙ্গন্দা নোংশানি। লান কয়া শোক্লবা
লীরসিগে করমনা ? ঈগী তুরেল চেনখরে!
চীংগুম্নবু পৈবনি অশিশিংগী মশানা ;
থোইনা অকী মশকনি। লাকলেনে কবন্ধ,
ভূত, পিশাচ, দানব, লাংজা লমহুই কয়ানি
তোংশা চাবা চেক্লাশিং ; শঙ্গু শঙ্গু লমহুইনা,
লাক্লে থিঙমন্ত্র' হুইশিং ; লঙ্কা থল্লে অকীবনা!
উরে হিংচাই মবুংঙো হন্না অমুক সভাদা
মাইথোং মকলে হন্দক্তি মিংলু পিরাং থুম্লেদো
অন্না' মৈশা লাংবনা ; অকন লাম্বা পাবদা
রাঘবগী মতিক্তা নাপন তেকলে ইতারোই ;
হায়খি রানা রক্ষোরাজ ; 'হায়! বিধি ওন্থোকই
নংনা স্নুম্না থল্লমবোই ? চৎলু খ্বাই থিল্লেনে
চ্যোকশিন্নবু হৌদোকউ শূলী শুবা শম্ভুগুম'
কুম্ভকর্ণ ইনাওদো। কনানবু ঙাকপিনি
রক্ষঃ শাগৈ অসিদি মানা ঙাকপা ঙমদ্রবা ?'
হিংচাবশিং চেন্নখ্রে ; কয়া থিন-য়ৈহুনা
কয়া হৌনা নিল্লুরে ; মুজাশিংনা কয়া মা।
অকী' শকফম পুহুনা লানফমদবু চংলেদো

রক্ষো রথী অতুবু। ঐগী 'বুংঙোনা থোর তেন্না
(অস্নুম্না মহৈ চংখোনবা তাইবংদা কনা লৈবা) ?
লুরেন মাগী লোৈরেদো ; শিরে মতম চাদনা
হৌদোকচরুবৈ ফত্রবা। জয় রাম ধ্বনি-তা
হরাওজৈদো ইতারোই ! রাবণ নিংথৌ কপখরে।
সনা লঙ্কা কপ্পখে মাংলে মাংলে খোন্থাংদা।
তথকলেনে ইতারোই মাইকৈ মরিমক্তগী
মীকপ মীরাও তাজবা। হায়জে পলেম ইমাদা
মখোং অনি কোন্দুনা,—রক্ষঃ শাগৈ অরাবা
কাইরে থম্মোই অসিবু পলেম নংবু নচাগী !
মীগী অরা' উরগা তত্তনা রাবী ননাইনি ;
ঙাকপিয়ূনে নচাবু। নোক্লা হায়বী বসুধা,—
'রঘুবধু নহাক্লা উরিবদো তশেংবনি
লঙ্কা কাং-খোং চাইনা-নৈ দণ্ড পিনি রাবণবু
নংগী নপুরোইবনা। য়েংঙু নমিৎ পাংনদি,
উরে সরমা ইতারোই লাইগী চম্নুরাশিংনা
লৈতেং কয়া থুত্তা-পু, মন্দার পরেং ফীগে-ফী।
নোক্লা ঐবু কোইররে ! কনানা হায় হৌগৎলো
সতি, রাবণ ফত্তবা লানফমদবু তুরেনে।
কনানা হায় হৌগৎলো, রঘুনন্দনগী লন ওইবী,
হৌগৎলোনে পল্লম্, থিল্লে ইরু শান্দেংলো
দেবি ! লাইজ নুংশিবনা, শেৎলো লৈতেং কয়াবু

দেবেন্দ্রাণী শচীনা তৌরনিদো সীত্তা দান,
ঙসি কৌবা নোংশিদা মবুংঙোদা সীতাগী।'
মেঙ্গে, সরমা ইতারোই ঐনা ইখুৎ লোম্নমা ;
করি কান্নরুগবা লাইগী চন্নুরাশিং-ও,
ননাইনা লৈতেংলুবা ? চৎকে 'বুংঙো মাগী-নাক
ইতোসিদা, পীনৌ য়াথং ; লাইরবীনি সীতাদি
লাইরবীগী ফীজেৎতা উবিসন্নু মাবু রাম।'
খুম্লক্লে লাইগী চন্নুশিং ; তাবরনে মৈথিলি !
মোংল' তম্ফাখোংদগী তম্ফা মাবু ফংবনি ;
অত্নুম ওইনা শেংদোক্লা, নিংথৌ খুত্তা কৎনৈনে।
নোক্লা, কপ্লা, ইতানে থৌরাং তৌরে পন্দনা।
উরে লাপ্তুনা ইবুংঙো, ওন্থোকপনি খোইনৌ-ও
সনাই উদয়াচলদগী কোরৌহনবা পান্দমগুন্নি !
অঙাওবীগুম চেনশিঙ্গে, চরণ অনি শোকচগে
ঐনা নিংথিজবী-ও !—মংফাওনরে খুদক্তা।
ঙাল্লম' থাংমৈ খংহৌদা' মুৎথোকখিবা চান্নবী
ইমুংনা ইমম মমখিবা ; দশাত্নুমক নতাইনি,—
তাইনং মালং মমথরে মাইকৈ মরি য়েংলুবা।
হে বিধি, করিগী শিজহৌদে মতাংদো ?
করি পামহৌরুবনো চাক্ল' ঐগী থরাইসে
হকচাংসিদা থাংহ্নুনা করি হুংগী লৈহৌবা !
থানিন মানবী ঙাংখিদ্রে, লেপখিবগুম বীণানা

মাগী তার তৎখ্রগা ! কপ্পা হায়জৈ সরমা ;
(রক্ষঃ শাগৈ রাজ-লক্ষ্মী রক্ষঃ মৌগী শক্তমদা)
"নবুংঙোবু ফংগনি, জনক নিংথৌ মমোম্লোই !
চুমখেৃ নংগী মংলান-চা তম্বীবিবা ননাইদা।
ভাওরে নূংনা লাইজ থক ; লানফমদবু তুরেনে
কীনবা মীলাই দৈত্যনা কুম্ভকর্ণ অকনবা,
থৌগঞ্জরি বিভীষণ মাইপাক্কনবা রঘুনাক
লথা লথা অকনবা। শিরগনি পৌলস্ত্য
মতিক চাবা চৈরাক-ফং ; তুম্লগনি ফজ্রবা
শাগৈ মাগী লোইননা। লীবিরো মতুং কমদৌখেৃ
রারী অদো ননাইদি লাইমা তাজনিংখরে।
লীবা হোরে 'মুক সতী ম্লুংশিরবা খোম্থাংদা ;
"থাজ মানবী, মিৎ-পাং'দা উরে রাবণ ইমাংদা,
লৈমাইদনা মাংলেদো অথৌ' নোংশা অত্তবু,
অরাং চীংদোন তৌইবগুম বজ্রগীদি চৈথাদা।
হায়রকই রাঘবৈ য়েক্রবা; মিস্না থম্বাল পাংলগা
য়েংলকউনে অমুক্তা মাইথোং থাজ মাল্লবী !
রাবণ ঐগী ইতিকসে। তাইবং ফাওবা জটায়ু
পুন্সি লোমহল্লবনি ; ঙসি পাম্বোম পাঙ্গল্লা।
মরালনবু পংলবা গরুড়গী মপারী।
ঐগা পারু লাম্বদি ইনশিনবিরকপা কনানা

পৌলস্ত্য=পৌলস্ত্যগী মচা রাবণ।

শিজনবা মরম্নাই হৌন-খংত্র’ অসিদা ?”
“ধর্ম্ম কর্ম্ম তান্নিংঙাই থারে থব্রাই লাম্ফমদা
রাবণ-ও।” হায়রক্লি, থোইনা তপ্না অথৌবা,
মাইয়োক্’ লান্দা তুর’-ঐ চৎলে লাইরৈবাক্তবু !
করি দশা ফংদৌবা নং, খঞ্জরগা য়েংজৌদো !
লমহুই ওইবা নহাক্না নোংশা অমোম পামহৌরি।
কনানা নংবু কন্বিনি, হিংচাবা ! অৱাবদা তারনি,
লঙ্কা নিংথৌ নহাক্না হুরে শুপী রভ্রসে।”
“অসি হায়র’ অকনবা তুমিন্নবু লৈখরে ;
ঐবু হাপলে দোলাইদা হন্না লঙ্কা নিংথৌনা।
ইখুৎ অনি লোম্ননা কপ্না হায়জৈ, নিংথিবী,
অকনবত্নদা ,—“সীতা স্নম্না কৌই ইমিংনা
জনক নিংথৌ মমোম্নি, রঘু শাগৈ মৌওইবী
অহাং য়ুমদৈ ঐহাকপু হুরিনে পাপী অসিনা ;
তন্বীয়ুকো ৱারমসে উনরবা ঐ রঘু।
দোলাই ’তিয়া পাইরক্লে, লূম্না ঙংবা খোঞ্জেন্দা
তারক্লে কীর’ খোঞ্জেনবু, উরে মাংদা সাগর
শংবান্ন’ ঈপোম্নরবা। ঈন্নুং ঈরেপ তানঙমদা
ৱা ৱা চেল্লি ঈপাকতো, অতৎ অথম লৈতনা ;
চোংথত্নুনা লাইজ-মুং ইতা শিগে হোৎনরুই
ফাবী পাপী ঐহাকপু ! কৌজৈ ঈশিং নিংথৌবু
ঈশিং জীব কয়াবু মণ্ডল মণ্ডল থন্দুনা

কনানা তাবি' লৈত্রেদো লাইবক থীবিবু থওইদ' ।
নোংদোম্নোংলম থাইতুনা পাইরক্লেনে লেপ্তনা
সনাই দোলাই পাইরক্লে পুক্লিংনা নিং' খোংচত্তা ।
খিন্দেনে লঙ্কাপুরী নিংথিরমলে ইমাংদা
সমুদ্রগী লাইবক্তা ইতা সনা লঙ্কানা
রক্ত চন্দন রেখানি। অতুম ওইনা কৈশুমশং
সনানবু শারবা, 'হুবু বন্দীই মমিত্তা
পুক্লিং হুনা মমিৎনা উজবা ঙম্বা কদৌঙৈ ?
সনাগী পোম্নি হায়তুনা করি শুংঙাইবগেনে
পোন্দা ফারি' চেক্লা-চা ? রাজগনি তত্তনা,
থম্নুরবা পোম্নুংদা নংনা, কুঞ্জ' শান্নবী !
ফত্রপুংদা পোকখ্রবোই, নিংথিজবী সরমা !
কনা কদৌঙৈ তাখরে, ইতা 'সিগুম রাসিবো
নিংথৌ মমোম ঐহাক্কি, নিংথৌ শাগৈ মৌওইবী
অহুবু ফাবা কৈশুমশং ।" কপচরে নিংথিজবীদো
সরমাই ঙকশম নোল্লগা ; কপচরেদো সরমাসু !
মিৎলু লাইজ' তৈথোক্লে ঙহাক লৈর' ফজবী
মেঞ্জরকই সরমা ;— "দেবি, কনা ককঙমনি'
বিধি মানা তমখ্রবা ? অহুবু অচুম্বনিনে
তাকপিরম্বা বসুধা ! নোংদম্বগী অনিংবা,
অহুনা লঙ্কা নিংথৌনা নংবু হুর' পুরকপা ।

কুঞ্জ' শান্নবী = উচেকপুনি । বসুধা = মালেম্নৈমা ।

মশাগৈগা তুম্ননি ক্ষত্রবদো শোয়দনা
অকন' কনা লৈরি'গে অকন' পোকপী লঙ্কাদা ?
কৈদা, সতী, যোদ্ধাশিং মরোল অহুম ভমজবা ?
য়েংভু সাগর খোংবান্দা মীশা চাবা জীবশিং
চারি কয়া হরাওনা অশি' মশা মপৈসে ।
মুন্না 'মুক্তা তাবিসি, য়ুমথোং খুদিং কপ্লিসে
লুখ্রা ওইবী মৌশিংনা। অরা' অহিং অসিদি
সতী ওট হৌখ্রনি। মংলান মহৈ য়াল্লনি!
বিদ্যাধরী কাংবুনা মন্দারগী পরেংনা
লৈতেংলনি নহকচাং, কুম্মৈ শক্তম লাক্লবু ।
উনখিনি রাঘবকা লৈপাকলৈমৈ লৈরাংলেন,
বসন্তগী মতমদা মাইয়োক্লগুম খোইমুগা।
কাওবিন্নুকো ননাইবু। সাধ্বি! ননাই ওইবীনা
হিংজরিবা কোরৌন্নুং, থম্মোই মন্দির' লাংচর;
হরাওনা পূজা তৌজগে প্রতিমাসে নিতিগী,
অহিং মাবু লাক্লগা, পুথি জাগোরনা হরাওজ'
থাবাল্লনবু পেঞ্জনা পূজা তৌজ' পান্দমগুম।
কয়া অরা' ফংলে সিদা শম্লাং শন্ফবী ।
'তুবু নত্তে ননাই দোষ।" হায়রকইনে মুংশিনা
মৈথিলী ;— "সরমা ইতা, নংগা মান্ন' ঐহাক্কী
কাননবা তৌবিবা কনা লৈবা জগৎতা ?
লৈকংলাগী ঈচেম্নি ঐঙোন্দদি নহাকসে,

রক্ষশাগৈ মৌ ওইবী। ঈংল' উরুম শকফম-পু.
ফুংশামৈশা লাংলবী ঐ, নংনা পেনহলবিরেদো।
থৌজান্সকফম পুবিনি, থৌজাল খংত্র লৈপাক্সি।
নৈর' লাইজই থম্বান্নি। তাংজ অমোম পান্দম্বী
কালগী মশক ওইরিবী সনা লঙ্কা অসিগী।
লোক্কী মণি শকপীনি। করি হায়নি, হে ইতা!
লাইররবী সীতানি, নংদি তাংল' মণিনি।
লাইরবনা ফংলগা কদৌঙৈদা মহাকপু
তরাই তগোক তৌবগে, য়াইফবী-ও নংবুনে।"
নোঞ্জনা সতী খুয়া-খা হায়জরকই সরমা;
"বিদায় পীরো ননাইধু হৌজিক থৌজানহৈবী!
থব্রাইসিনা নহাকপু থাদোকচনিংদবনি,
রঘুশাগৈ হে থম্বাল! অহুম ওইর রাঘবকী
মনাইশিংদা চনখরে ঐগী থব্রাই মপুদি;
নংগী চরণ লাক্কুনা ননাইনা ব্রারী শুজবা,
ব্রাসি তাবা শাওগনি, লঙ্কাগীদি মপুনা।"
মতুদগী অব্রাবা শোয়দনবু তাগনি।"
মেঞ্জরকই মৈথিলী; "ইতা। য়োরো পল্লবু,
নরানয়াইদা তমলোনে; তারে ঐনা লাপ্তুক্লা;
চেড়ী কাংবু বনসিদা ঙম্না হঞ্জিন্নরকপা।"
অকীবদা শজি-চা খোংথাং থুনা থাংখিগুম
সরমাদো চৎখরে; মীখোল তাত্র' বনসিদা

দেবী মদোম লৈহৌই, তোমথিন শাংচবী
শিঙেঙল্লৈরাং পান্দগুম চাওর' বনগী মনুংদা।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা "অশোক বন";
কৌবা মরিশুবা সর্গ লোইরে )।

অশোক বন্দা সীতা, সরমা অনিনা বারী শান্নবগী বারীবু লীরী হায়বগী দমক সর্গ অসিগী মমিং "অশোক বন" থোল্লে।

## মঙাশুবা সর্গ

থল্লাম্মিচাক লৈতেংবী অহিংনা নোক্লে লাইরৈপাক
অত্তুম ওইনা ষ্বাজরি, হৌজিক বৈজয়ন্ত ধাম
ইন্দ্ররাজ, থাদোকলে লৈরাং পাবন নিংথিবা,
তুমিন ফমলি রত্নাসন লাইরৈবাক্কী মবুংঙো—
সনা সঙ্গাইদা য়াতারি অতৈ দেব সভানা।
শ্বরীশ্বরী ষ্বারৌনা হঙ্গংলকই মেংজনা ;—
করি দোষনা ইন্দ্ররাজ ননাইনা লংজৈ নখোং-খা ?
চেমফম শঙ্গাই ননাইগী করি খোংদাবিদবা ?
য়েংবিয়ুদো অমুক্কা ঙহাক মমিং উইশিল্লে,
অমুক হন্না পাংথোকলে, ঙক্কা কীনা মেনকা,
উর্ব্বশীদি য়েংবিয়ু খজিক ফাওবা লেংখিদ্রে।
অয়েকপগুম লৈথরে চিত্রলেখা ফজবী!
নংবু কীজ' মরমদৈ পোত্থা পিনহৈরবী
নিদ্রা লাকত্রে ইবুংঙো নকা নংগী তমত্তুনা,
ইন্দ্রা দেব! কনাবু কীবা মহাক্কা? থেংল' অহিং অসিদা,
কদাইদা তুমদ্রি তাকপিয়ু? দৈত্য কাংবু লাক্কুনা
* স্বর্গে থোংদা থানাবু ঙসি ফম্লরত্রনে ?"

---

লৈরাং পাবন—লৈগী ফমুং। * শচী দেবীনা দেবরাজগী চপ য়ুংনা অৱাবা মত্তৌ অসিবু উবদা নোক্নশিন্নবা ষা অসি হায়রম্মী।

খুম্ভক্রে অসুরৈ য়েক্লবা, "খল্লি দেবি, কম্নবু
অথৌবদি লক্ষ্মণনা হিংচাববু হাৎকনি ?
ঙমফদবা তাইবংনা ? অকনবদি ইন্দ্রজিৎ !"
"খুৎলাই ফংল' নত্রনে !" হায়জরকই পৌলমী
মতম পুম্বদা নৌজবী,—"খুৎলাইত্থুনা হাৎখিবা
তারকবু, অকনবা কার্ত্তিকবু কৌবনা ;
ইবুংঙোই লাইবক ফবনা মীচং ওইরি বিরুপাক্ষ ;
মশামক্না পার্ব্বতী হায়জমননা ননাইগী
হায়বি হয়েং কোরৌদা নিংজববু থুংলনি ;
মায়া দেবেশ্বরীনা হাৎননবা মরম্থু
হায়বি হয়েং তাকপিনি ; অত্থুগা অত্থুম খনবিবা
করিগীনো হে নাথ, তাকপিয়ুনে ননাইদা ?
খুম্মী দৈত্যে য়েক্লবা,—"হায়রিত্থুদি চুম্মীদো
দেবেন্দ্রাণী। থাথরে, খুৎলাইশিংদো লঙ্কাদা ;
অত্থুবু করি লৌনম্না ভাগবতি মায়ানা,
ঙাকপীদোবা লক্ষ্মণবু হিংচাবগী লাম্ফমদা
মিৎতা লাওরপ নিংখিবী ! ঐনা খংঙমদরেনে !
ঐনা খংঙি পাঙ্গল্লি সুমিত্রাগী মপারী ;
অত্থুবু শামু' কদোঙৈ নোংশা মাবু ঙমজবা
ব্রজ খোঞ্জেল, নোং-থাকপা ঐস্থু তারে নিংখিবী !
নোংনা ঙুং ঙুং মখোংবা নোংথাংনা ঙান ঐ-উরে ,
ঐগী দোলাই চাকাদা নোংথাংলৈমৈ লৈফমনি ;

অহুবু থক থক নিকইনে থবাইসিবু ঙসিদি
মেঘনাদ মহাক্কী নোংশা লাল্লাও অকনবা
শুকনা হেক্তা ঙংলকপা, লৌনম তেনবু উবদা ;
ঐরাবত ফাও তপথদে মাগী তেনগী চৈথেংদা !”
ৱানা নুংশা ফুইনা-হোন সুর নাথ ঙাংখিদ্রে ;
অৱা’ নুংশা-শোর চাও, (মপুরোইবৈ অৱা-উ
কপচৈ সতি মথম্মোই মতম লৈবাখিবিক্তা)
লাইরৈবাক্কী মবেম্মা ফমখে ইন্দ্রে নাক্তবু !
উর্ব্বশীদি, মেনকা, রম্ভা, চারু চিত্রলেখা,
মাইকৈ মরি লেপচরি, তাংলৌ অহিং মমৈৱাই,
মেংল থাবন মঙান্না কোইশিনবগুম হাংদনা
লাইজ পুখি ইরোননুং উমশিল্লবা থম্বালবু।
নত্র’ অম্বিকাগী পীঠ, থাংমৈ পরেং থানগুম্মী
শারদ-দেবী পূজাদা, মতমহুদা হৱাওজৈ
বঙ্গ বাসী অপুম্বা মতম কুইনা খৌরাংবা।
সুম্না তুমিন ফমহুনা অনিনা লৈরিঙৈ মতাংদা
মায়া দেবী থুংলরে মফম অহুমক্তদা।
রতনদগী পোকলকপা নিংথি’ মঙাল অহুনা
শরুক অনি হেনখরে লাইরৈবাক্তা নিংথিবা,
কোরৌ মঙাম্ন থৌগৎকুম মন্দার কো’ লৈরাংগী
সনা মচু অহুবু নন্দন কানন মপুংয়াই।
নোঞ্জনদি নোঞ্জরে ইন্দ্র শচী অনিমক

খুয়া থম্বাল ঙাঙাদা ! সনা তাংবল লেংশিল্লি'
মঙ্গল পীরে মায়ানা। মখুৎ অনি লোম্লনা
লাইগী শাগৈ লন ওইবা মপাও মেঞ্জরকইনে ;
"পলেম করি খনবিরি, তাকপিগনি নচাদা ?
খুম্বী মায়াদেবীনা,—"চৎলে ঐদি আদিতেয়,
সনা লঙ্কা মপুংয়াই ; নংগী নিংবা' থুংনবা ;
রক্ষ শাগৈ কোক্কী য়াই, নৈহৎলুগে লৌশিংনা
য়েংঙু ইমুং ঙাল্লক্লে মঙাল ঈপোম ঈহৌরে
থিম্লগমু পুরন্দর, তাইবং মুংঙাই পীহৈবী
ঊষারাণী উরনি থোরক্লনি নোংদোনদা
লঙ্কাই থম্বাল কোরৌহন, ঙসি তাহনখিদৌনি।
নিকুম্ভিলা যজ্ঞ শং শোয়দনা পুগে লক্ষ্মণবু
হিংচাবগী য়েক্লবা। উপকে মায়া হিংচাবা।
চংজফমবু লৈতনা (লাংনা কোয়বা নোংশাগুম)
অকনবদো শিজনি—নোংদম খুজিল' শোয়দবা
হেনঙমদৌবা কনা-লৈ, লান্দা শিনি রাবণি,
'হুমু হিংচাই মপু রাবণ্না ব্রাফম অসি তার-কাল,
কম্না ঙাক্কি নহাক্না রামগী মনাও, শ্রীরাম,
বিভীষণ-ও তপচবা রাঘবগী মরুপ্লোই ?
মচাই অরা' চৈহকনা দেবেন্দ্র-ও চংগনি
লান্দা থোবা অত্থবু যমগী পান্দম্লাক্লদি,

আদিতেয়=ইন্দ্র ; ঊষারাণী=অংকী লাইরেম্বী।

পাম্বোম অকী' শক্লাইবা ! কনা' মাইথি' পীগনি ?
খল্লা' য়েংঙু স্থুরনাথ, হায়রি' ঐগী ইপাওসে",
খুমজৈ শচীই মবুংঙো নমুচিবু মাংহনবা,—
"তুরবনে মেঘনাদ সৌমিত্রিগী তেঞ্জিন্দা,
মাহামায়া, হয়েংসে, লাইগী তেঙ্গোল পুনা-ঐ
ঙাকচরুগে লক্ষ্মণবু, রক্ষঃলানফম্মন্নুংদা।
কীজররোই রাবণদো, দেবি, নংগী থোজান্না !
হাৎপিয়ুনে হান্নবা পলেম মায়া লাংথাক্লা,
নাপনবা হিংচা' শাগৈনা, লাকঙমদবা রাবণনি !
রাঘববু মুংশিজৈ লাইগী শাগৈ পুম্বনা ;
লাইশিং ঙম্না লাম্বাংনি মাগীদমক পলেমও।
হয়েং কৌব নোং, চৎকে, মালেম তম্না খোঙ্গুমগে,
হিংচাবশিং, চাকথেককে ব্রজনা ঐগী ইথুৎশূ।
"মতিক চাইদো নথৌদাং অদিতিগী মপারী
বজ্রশূবা !" মায়ানা মেল্লকইনে, "পেল্লেদো
লাইগী নিংথৌ নপাওদা ! হৌজিক পীরো নয়াথং
পাংগে ঐবু লঙ্কাদা !" অস্তম্বু মেল্লগা
শক্তিগী মবেম্মা লেংখ্রেদো, কুবিরম্মী অনিবু।—
দেবেন্দ্রগী খুয়া-খা নিদ্রানা থৌগঞ্জররে।
ইন্দ্রাণীগী মথুজেং পালোয় লাকলে হরাওনা
লেংশিনখরে ইন্দ্রনা তুমখুন শংলেন শংন্নুংদা

---

দেবেন্দ্রগী............থৌগঞ্জররে —ইন্দ্ররাজবু তুমহনখরে হায়বনি

চিত্রলেখা, উর্ব্বশী, মেনকা, রম্ভা নিংথিবী,
মাগী মাগী মরানতম, চংনখরে পন্দনা।
লৌথোক্লেদো নুপুর, খুজি-নাচি খোংতোপশিং,
অতৈ অতৈ লৈতেংশিং ; থাখুম চরৈ লৌথোক্লে ;
লৈরাং পাবন য়াতারে কোরৌ মশেক পান্দম্লাক ;
লাইরৈপুংগী মুজাশিং। মালং ইচিক থেম্মকই
খঙ্গোন মাদি হাদবা, শম্লাং শমজোই শম্বান্থক
'মুকস্থু ঙানফম থিক্লেন্থক, 'মুক্লা মাইথোং থাজদা,
শান্নরৈনে পান্দমগুম লৈহিপাম্বা খোইমুনা
শাৎকাই' লৈরাং উবদা ঙাওজবগুম লৈকোন্দা।
স্বর্গে সনা মুথোঙ্ মাহামায়া থুংলরে,
মনিন্নাইনা মথন্দা সনাথোঙজাও হাংদোকচৈ,
পন্বান লাল্লে থোঙজাওগী ভাইবং শুক্ষৎলিবীদো
মঙ-লাইরেম্বী নিংশিংলে, মেনবিরকই থোৎচনা
"চৎলো নংবু লঙ্কাতম সৌমিত্রিনা লৈরিবা
লানশং য়োনা পন্দনা! সুমিত্রাগী শক্তম-লৌ
ফম্ন লুখুম নাক-য়ানা, মেল্লু সুম্না রঙ্গিণি,
'পারী নংবু য়াকাইরো ইন্নুং মথোঙ তৈরকলে।'
লঙ্কাই অরাং থোঙলোমগী বন্নুংদবু লৈরিবা
পুখি লাইজ নিক-নিকপা, মপান্দুদা চণ্ডীগী
সনাই মন্দির লৈবনি, ঈরুথোক্লো লাইজন্নুং
লৈরাং মখল লৈ-হেক্লো, কচ্চৌ পূজা ভক্তিগা

মহামায়া ইমাদা ! ইমাই থৌজাল ফংলবা
হাৎঙমগনি তরাইনা লাকঙমদ্রবা হিংচাবা,
নদোম চৎলু ইবুংঙো বনগী লৈখৈ অসিদা।'
থিন্নু-মঙ-লাইরেম্বীও, চৎলো লঙ্কা পাংদুনা,
য়েংঙু নোংদোন ঙাল্লক্লে, থিন্থববু চুমদ্রেদো।"
মঙ-লাইরেম্বীদো চৎখরে, শংবান 'তিয়া মথান্নুং
ইঙান ঙান্না হিকথগুম, মালেমদা থরাম্মিচাক্লা।
পন্দে হাঈথরকপনি লানশং শংজিনমনাকতা,
য়াতারিবা রামান্নুজ, সুমিত্রাগী শক্তম-লো।
ফম্লৈ লুখুম নাকয়ানা, মেল্লৈ নুংশি ব্রাহৈনা
খোন্থাং কোকিল অমোম্নি! "পারি নংবু য়াহৌরো
ইন্নুং মথোঙ্ তৈদুনা অঙানবনা য়াথোকলো,
লঙ্কাই অৱাং থোংলোমদা লৈবা বনগী মন্নুংদা
লৈরি পুশি নিংথিবা, দেবী মন্দিরনা খোংবান্দা
সনাতনা পুমহৈবা, লাইজ 'নুংদা ঈরুরো,
লৈরাং মখল লৈহেক্লো, কচ্চৌ পূজা ভক্তিগা
পলেম, দানব মাংহনবী। মাগী থৌজান ফংলবা
হাৎঙমগনি তরাইনা লাকঙমদ্র হিংচা' মিংলৈবা !
পারি নংবু নথন্দা, চৎলু বনন্নুং অত্তুদা।"
চঙক্লনা মংফাওনৈ য়েংঙি লৈনা অথৌবা !
ওস্থোকপনি চোৎচরে থবাক লুরেল পিরাংনা।

রামনুজ — রামগী মনাও, লক্ষ্মণনি।

"হাদ-পলেমও" খোম্থাংনৈ নুংনৌজনা রথীদো !
নচাই কাদা অত্থুক্তি করি নুংশি হৈবিদে ?
উৎপিখো 'মুক্ত নচেংলৌ কৎকে পূজা নখুয়া,
নিংজরিবা থুংজগে খুয়াখাগী উফুল-লৌ,
পলেম ওইবী ! নচাগী বিদায় পুংফম অত্থুদা
কয়া কপখি নহাক্না, নিংশিংলুবা থম্মোই-কাই !
ফংজখিদ্রা উজবা পলেম চরণ অনিবু
অমুকপুদি হন্ননে অরেম 'মপোক নচাগী ?"
তৈথোক্লগা পিরাংদো, নাব্বাই খোংকাপ পন্দনা
শামু লমশা পাঙ্গনবা, শামু শাজৎ খোংথাংদা
রঘু শাগৈ মবুংঙো মাগী মনাক তমত্থনা।
হঙ্গচচৈ মশানৌ নোন্না খুয়া ময়াম্বুং ;—
"ঙসি মংলান ওন্থোকই, রঘুকুলৈ মবুংঙো।
লুখুম কাইদা ফমবীরৈ, পলেম ঐগী সুমিত্রা ;
হায়বিরম্মী, 'য়াকাইরো পারি ইন্নুংঙান্দৌরে।
লঙ্কাই অরাং থোঙলমদম শুরু' বনগী মনুংদা
নিংথিজবা পুখ্রি লৈ, নাক্তা চণ্ডী মন্দির ;
ইরু মাইথজরোদো লাইজ' পুখ্রি ঈরোন্নুং,
লৈরাং মখল হেকচম্মু, পূজা কচ্চৌ ভক্তিগা
দানব ওম্বী মায়াদা। মাগী থৌজাল ফংবদা,
মাংহন' ঙম্নি তরাইনা লাকঙমদ্রবা হিংচাবা,
মিংনাইবও ! নথন্দা চৎলু বন্দুই মনুংদা।'

পলেম অসি হায়বির' খ্বাই হেক্তা মমাংখি।
কপ্লা কৌজৈ ননাইনা 'তুবু খুম্বীরক্তুরে।
ননাওদা করি নয়াথং রঘুমণি তাকপিসি ?"
মেঞ্জে য়েংনা বিভীষণ বৈদেহীগী চান্নবা,—
"করি হায়বা হে মরুপ নপাও নংগী তাজগে ?
রক্ষঃ পুরদা রামবু নংনা ঙাক্লি অস্থুম্না
তাইবং মালং শেৎকাইনা খংনরিদো তশেংবা।"
খুমজৈ রক্ষঃ অথোইবা ; লৈদো বন্দুই মন্থুংদা
চণ্ডী মন্দির হে দেব, পুখি অমগী মপানদা
মশামকনা রক্ষঃনাথ, পূজা কচ্চৈ সতীবু
বনগী মন্থুং অসিদা ; অতৈ কনা চংঙমদে
কীবনা কীর' মফমন্থুং ! তাজৈ থোঙজিন অতুদা
শম্ভু মানা শংবিরি টিমেন তারোং খুৎশুনা !
পূজা কচ্চ' মীশক্তো মাদনা ঙমনি তাইবংসি !
ননাই করি হঙ্গৎনি ? থোনাফনা করিগুম'
সৌমিত্রিনা বনন্থুংদা চংঙম্ববু থোক্লবা
নিংজ' পুম্বা থুংনিদো মহাবথি শোয়দনা !"
'রাঘবৈ য়াথং ইঙ্গবা, রক্ষঃ শাগৈ অথোইবা
ননাই ওইবা মহাক্লি," হায়জৈ অকল' লক্ষ্মণনা,
'নয়াথংবু ফংলবা' চংগে বনন্থুং তরাইনা"
ননাই খোংফম থিঙঙম্বা কনাই মতিক মঙল্লো ?

রক্ষঃ নাথ=রাবণ শম্ভু=মহাদেব।

মেনবি থ্ মল' মপাওনা রাঘবেশ্বর হুংনৌনা—
"অরা' কয়া খাংলকলে ঐগীদমক ইশানৌ,
নিংশিংলুবা য়াম্বদি পাম্মক্তেকো থরাইনা
নংবু হন্না রাহনবা। 'তুবু ক্রমদি তৌগনি ?
কন্না ইনাও লান্থোকনি নোংদম্বগী নোংদমখোন ?
চৎলো খোংক্ষম চেকশিন্না,ধর্ম্মনা পাঙ্গন ওইবনি।
তেৎনৌ রাক্ষক ক্রুরিংশক দেবতাশিং থৌজান্না
শানৌ নশা য়োমসন্নু রার 'থোগাই অসিদা
নোল্লে খুয়াময়াম্বে, বিভীষণদা পুকমেললে,
থাংলেন খুংশুনতুনা, খোংশাল্লকলে অকনবা
থ্রাইদনা অরাং থোং খোংছাই করি পন্দনা
সুগ্রীবদি মরূপলোই মৈরা পান্দম লাক্লবা
অখৌ'কাল্লুপ পুতুনা মিংশেন থাংনা লৈরম্মী।
খোংথাং শউম তাবদা শুক্র' খোম্ফম, নোংথাক্লা
পাওহংলকই অকনবা ; "কনানো হাই তম্ব-নং ?
করি থৌগী শুক-শুবা অহিং লোইরান অসিদা ?
থিন্নু পাওখুম পীয়ুনে নথ্বাই পোস্থানিংত্রবা।
য়াইবী মাংনি নক্র'দি, থৌদ্দু নুঙ্গাই নুংজাওনা
লুরেন্নকোক তোইহন্না !" নোক্লা পাওহল্লকইদো
রামানুজ লক্ষ্মণনা, "রক্ষ শাগৈ তুমহল্লু,
অকনশিংগী লুহেল্লে ! ঐদি শ্রীরাম মনাইনি।

তেৎনৌ—য়োৎ।

পন্দে ফন্দ হুন্দোকই, মাংওইননা সুগ্রীব,
নোঙ্গে সখা, খুয়াদা লক্ষ্মণ কৌবা মহাক্কী।
থৌজাল খিকলেন খিকপিরম' কিষ্কিন্ধাই মপুদা,
অরাং অদুম পাংঙকই, উর্ম্মিলাগী চান্নবা।
পন্দে থুংলৈ ঙহাক্কুং-উমংথোংদা পাঙ্গম্বা,
লাপ্না উবা ঙকখ্রেদো, য়েং'দা কীবা শকফম 'মা
লাইবক খেলৈ অদুদা থাজ মকোই লংলিনে,
তাংজ লিনগী মতোক্তা মণি মঙান্ নাইগুন্না।
জটা চাওনাপুরিদো য়াইদা, কোঙ্গোল গঙ্গাগী
শরৎ তাংলৌ মপুঙয়াই থাজ মঙাল নিংথিগুম,
লৈচিন পোমাই হেন্নদি লুপা মহী ঈরীবা,
বিভূতিনা লৈতেংলি নিংথিজবা মহকচাং।
শাল পাম্বী পান্দম্বা ত্রিশূল শূরি থুক্তি-য়েং!
শকখঙজেদো সৌমিত্রি ভূতনাথ কৌবধু।
থাঙখুম নুংদৈ থাংশংলে মঙাল মপৈ পুরবা,
লাউথোরকই মীনোংশা, "দশরথ লীশূবা!
রঘুই-চা অজনা পোক' মালেম শাংনা মি লৈবা,
মাগী পারীগী মনাই'নি নোঙ্গরিদো নখুয়া,

সখা—মরূপ। রঘুই-চা অজনা পোক'=রঘুনা অজ পোকই; অজনা দশরথ পোকপনি, দশরথগী মচানি, রাম, লক্ষ্মণ, ভরত, শত্রুঘ্ন। লক্ষ্মণনা হায়রিবনা রামগী মনাইনি।

চন্দ্রচূড় ! লমথাওদো ! চণ্ডি পুজা কৎলুগে,
চংশিঞ্জগে বনগীনুং নত্র' লাম্বা পিনরো !
নত্ত' ধর্ম্ম কর্ম্মদা লঙ্কা নিংথৌ খোইদাবা,
'থুবু লাম্বাবনিংবা মাগী হাকন্ চংথুনা,
বিরূপাক্ষ পিনৌ-লাল পন্থবদি ঙাইঙমদ্রে।
ধর্ম্ম সাক্ষিতৈজনা লাম্বা নিরি নকাদা ;—
ধর্ম্ম লিক্রম কায়দ্রবা লাঙম পজেং ফংগনি !"
থক্কী তেল্লাং খোঞ্জেন-তা, পাঙহনবগুম ঙংদি
চীংনিংথোও হিমালয়, শুক্লা খুম্মী মহাদেব !
থোনা নংগী থাগৎলি, অকন'শিংগী কোক মণি
লক্ষ্মণ কৌবা ! করম্না নংগা লাম্বা পাদোবা,
পেনবিথরে, পেহৈলবী, ঙসি নংগী নকাদা,
লাইবকফবা ! থারেথোং থোংদা থোংশংবিরম্বা
ভূতনাথ, বনমুংদা চংশিল্লকক্লে সৌমিত্রি।
নোংশাই খোঞ্জেল অশুকপা তাবা ঙকখ্রে অকন্বা
নিকখ্রে বনগী মনুংদো মাইকৈ মরি লপ্প্রে হাই !
মমিৎ অনি ঈথেং-তা শারেন্নোংশা চোংথোক্লে
পন্দনবু মমৈ হাই, ময়া ক্রক ক্রক চিরুবু।
রথী লাওর' 'জৈশ্রীরাম' থাংলেন্নোংথাং শাথুনা।
শারেন্নোংশা চেন্থোকখ্রে, থাম্বী মৈরি মৈঙান্দা
অমম্বনা মাংখিবগুম ! থুক্তনা কাইদ চংঙকই

চন্দ্রচূড়=থানা কোক্কী লৈতেং ওহবা মহাদেববুন।

লৌশিংবদো ! লৈচিন্না কুপখে, থাজ খংহৌদে
ঙং খোম্থোক্লছনা ! মালং শাউম চাওরকলে।
নোংথাং ঙাম্ফুং কারন্ন,' নোংদোন লাইমা ফজরে,
কুঙ্কেৎ কাফেৎনবদা হংমম খংমম হেক মন্মী।
থক্কী তেল্লাং খাক খাক্তাই মালেম্লেংস্তানা-চাই
খেন্দোংবুদি তোইরপ্না ! মতিক্ক-ফুক্কে পামেন্দি
খঙ্গোন নহা তম্ফবা। লম্মে হৌখে বনন্নুংদো !
সনা লঙ্কা নিকখরে, ঈন্নুংবুংস্নু ঙংলকলে,
মোইবুং লখা থিঙ্গাম্বা, লাপুক্লাম্ফম ময়াইদা
লীরুং লীরি খোঞ্জেনগা, পাদম অতুম চংবনি।
লেংদ্রে' লোইবী চীংগুন্না খোংফম লেংদে অকম্বা
থাম্বী মৈরক অসিদা ! মুৎখে লম্মে খংহৌদে !
লৈত্রে নোংলৈ নোংখাকপা ; হন্না উরে মচেংলৌ,
থব্রাম্মিচাক্কী চান্নরোই ; থব্রাম্মিচাক্না নিংথিরে
নোংদোল ফীজং মপুংদা ! শিঙেঙল্লেরাং শম্লাংবী
মালেম্লেমা নোকচরে, খোইরুম্মোন্নজনা।
খঙ্গোন ঈচিক থেম্মক্লে, লৈরাং লৈনম য়েন্দুনা।
ঙকচাননা হাদনা চংশিল্লকই লৌশিংবা।
খোংলকলেনে বাঁশরী, বীণা, মন্দিরা, মৃদঙ্গ;
সপ্তস্বরা ; নিল্লকলে খোম্থাংশিংসি ঈরোইনা
মুজাই খনাও খোল্লৈগা থম্মোই পুমগুম শুঙ্কংনা।

---

থব্রাম্মিচাক্কী চান্নরোই = থাবু হায়বনি।

উরে মাংদা পাঙ্গনবা নৈরাংগী বন মন্নুংদা,
হুজাময়াম ; মালেমথক থৱাম্মিচাক হিকথগুম।
কনানা ঈরু মাইথৱি' লাইজ লিক্লাই ঈরুদা,
থাবল্লা ভানগুম অহিংদা। থাখুম চরৈ নৈতেংনা
নিংথিরি চান্দোন পুখ্রিগী, শাওং লাইজ ঈরুনুং,
মানস কৌবা পুখ্রিদা সনাই থম্বাল শাংকুম্মী !
কনানা শিংেঙৈল্ল হেক্লি, কনানা কুঙ্কুম তৈরিনে
কামগী য়োঙ্গিং পান্দম্বা ! কনা পাইরি মথুত্তা
শামু ময়ানা শাখুবা মুকুতাদি হৎলবা
বীণা যন্ত্রে কোলম্বক ; লংলি ইলং সনাই তার,
সঙ্গীত ঈপোম ঈহৌক্নম। কনানা শারি জগোইধু
হরাও ইপাল্লাংজবী ; ভানফম থিক্লেন লক্কবু
হাইরি রত্নে পরেংনা, খোংদনা নিল্লি নুপুর,
নিংতুদা খাঙ্গাই শরিক্লা. খোম্থাং নাইনা শৈঙংলি !
অমু'তাংজ লীন্না চিক, তাইবং থৱাই মথানৈ ;—

থাগুম চরৈ······সনা থম্বাল শাংকুম্মী—হুভাগীশিংনা ঈরুজবদা, মথোয়গী মশাগী মমিতুনা পুখ্রি মন্নুংদা ভাবা, অতুনা মথোয়গী থব ক্লা থাখুম ফী নিংথিবশিং অতুনা নৈরাইদা মভান তাবা অতুবু, মাইকেলনা শিংথ'বনি। অতুগা অ৮কস্থ কবি অসিনা মসিগা ফজব অসিবু মানস কৌবা পুখ্রি সনাগী থম্বান্না শাংদদা ফজবা অতুগুম্মী হায়না প্রমাণ তৌরি। কোলম্বক=ইঙ্গাগী শরুক অমনি।

অমু'তাংজ' লীন্না-চিক·········অসিনচিংবা—কালগী মশক ওইবা অমুবা লীন্না চিক্রবা নত্তনদি মীনা থক শিদে। অতুগুমতুনা অসিগুম্বী লাইগী চন্নুরাশিং অসিগী নম্লোন্দা হাক্তরিবা মণি থাম্বা বেংগী মশক ওইরবা লীনশিং অসিদি হেক উরুবদদা 'অপাম হুবু' ফাতুনা মীওইবগী থবাই থানৈ, হায়বদি মথোয়গী

'তুগা মোইগী নম্লোন্দা লেং-লেংলিবা তাংজশিং
মণিনা সয়োম শারিবা, উর' অপাম মৈশ-লাং
থৱাই প্রোক প্রোক মচাক্লে। তাংজসিবু উরুবা
মীপাইনবু চেন্নৈদো যমগী ভুতফাও ঙম্মদি,
অহা: ওন্থোকপনিনে, তাংজসিবু উরুবা
কনা পামদনিংঙাই নৈ। ঙকশম হেন্না য়েংচবা,
সিদাশিবৈ পান্দমগুম, জটা ফাবুল মথক্তা
তাংজ মাবু য়েংলিবা খুৎত টিমেন তারোং-শু?
তুমবা কাইনা শৈশকলে তলা পামেন উফৈদা
বসন্তগী মরূপ্লোই কোকিল নহা খোন্নৈবা;
লাপ্তনা খেলা মপুংহৌ-শান্নরি ইফুং যন্ত্রনা;
খঙ্গোন মাস্থ হুম্মকই হরাও মথোই কা-নবু—
লৈরাং লঙ্গৈরক্তগী লনয়াম লুটপু তৌরগা!
থিন্দনা নুজাশিংত্না কোইররে য়েক্ল' ঙম'তুবু,
শৈরাংলক্লে' "লাকপিসি রঘুশাগে কোক্টৌয়াই।
রক্ষঃ চন্নু নত্তে 'খোয়, লাইরৈপুংদা লৈবৌনি!

শন্নাংদো অস্নকী মতিক নিংথিজে; মখোয়্নু হেক উরুবদা শুঙ্কৎতুনা রাস্তনৈ। অতুগা কনাগুম্বা যমগী তুজনা অগিগুম্বা যমগী ভুতকী মশক ওইরবা লীনসিবু হেক উবদা মথৱাই মাংনি কীবনা চেন্নবনি; অতুগা হায়রিবা নুজাশিং অসিগী তুংদা হাইরিবা বেণীগী মশক ওইরবা লানশিং অসিবু তাংজ লীনবু লৈতেংবা তারোং শূবা উমাগী মবুংঙোগুম্না কনানা মঙকশমদা য়েংপা পামদনিংঙাই ওইবগে! হায়বদি মপোয়গী নিংথিজবগী গুণনা শুঘৎথিত্না পুম্নমক্ক মখোয়গা লোইনত্না লৈজনিংগনি, অসিনি।

নন্দন কানন মপুংয়াই পাথৌ, সনাই সঙ্গাইনুং
লৈজবনি; হরাওনা, অমৃত ঈপান লাংজনা;
লোইনাইদ্রবা বসন্ত য়াকারি যৌবন-লৈকোন্দা
ঙানফম-থম্বাল অনিদি শাৎকাইরিনে তম্ভনা;
অমৃত লাইজ' ঈকংদে চিনবান খেলৈ পুখ্রিনুং;
লাই-চন্নুরা ঐখোয়নি, দেব! নকা বরিরে
লৈজরিবা অপুম্বা; লেংশি মপু, ঐখোয়গা।
কল্ল' তপস্যা তৌজমন মীওইবনা যুগ যুগতা
ফংবা নুংঙাই'খুভমদো, কচ্চগেনে নকাদা,
গুণগী মণি পূমদবা! অনা-অয়েক হায়রিবা
তীনশিং চংদে ভাইবংগী পুন্সি লৈরাং চিক্লিংঙাই,
লাইরৈবাক্তা ঐখোয়না লৈজবা হরাও তয়াম্বা!"
মখুৎ অনি লোন্নজ' হায়জরকই সৌমিত্রি'
"ফজবীশা স্বর্গগী! ঙাকপিনিদো ননাইবু!
মশানৌনি ঐহাক্তি, রথী, ভাইবং শাৎলবা
রামচন্দ্র মিঙ্গৌবা, ভালোই মাগী মৈথিলী;
তরক মদোম বনগী-ন্দুং পুরকলেদো ফংবদৈ,
রক্ষঃ নিংথৌনা হুরগা! হুয়েল্লানবা তৌরগা
সতীবু উদ্ধার তৌগেনে হিংচা মাবু হাৎলগা;
ঐগী শরি পন্দোমজ' মহৈ য়ান্ন'বরবু—
পীবিয়ুনে হরাওনা লাইগী চন্নু নখোয়না!

---

তপস্যা=তপ তৌবা। মৈথিলী — সীতা।

মীওই' মপোক পোকচ-ঐ, ইমানিদো খঙারি।''
ইকনবনা অসি হায়' অমুক লৈনা য়েংজরু'
অচিকপুদি চিকলমলে উমংমনুং অসিদি
মাংখ্রে মুজা কাংলুপ্তো মণ্ডলানচানগী পান্দম্মি,
নত্র লাইজ' কোঙ্গোম্না মিংকুপ 'মদা তাকখিগুম!
কনানদি খংঙম্মি মায়াই লাংলম মায়াগী
মায়াই তাইবং অসিদা? তপ্পা তপ্পা অমুকহন,
চৎলকলেনে অকনবা চঙক্লবা মতৌদা।
ওহাক পুঙ্গোই লৈরগা উরে থোইনা লাপ্তনা
লাইজ পুখ্রি অত্নবু, চণ্ডী মন্দিরনা মপান্দা,
সনাই থাকলোন চামনি রত্ন লংনা থাম্লবা।
উরি মন্দির অত্নদা থাংমৈ ঙাম্না থাম্লিবা,
পীঠদনা লৈ ময়াম, মোইবুং, শরিক, ঝঝরী,
ঘটতা লাইজ' থম্না-চোন, ধুপ্পা ধুপ কম্বীদা,
লৈরাংগী মনম মুংশি'গা হিদাম্মনা মুংশিরি
মফমত্নদা হা-হা-হা। লাইজ' ঈপুং কুমলেদো
অথৌবদো ঈরুরে, হেক্লে থম্বাল অশংবা
কয়া লুনা তৌজনা, মনম্মা মাইকৈ তরা শিন।

পীঠদনা — পূজা কচ্চরিবা দেবতা অত্ননা লেংশিনফমনি। "পীঠস্থান" হায়রগনা দক্ষ খজ্ঞগী মতমদা সতীনা থবাই থারবদা মহাদেবনা কোইপু পুরবা সতীগী মশাবু বিষ্ণুনা চক্রনা কক কণ্ডুনা থাদখিবা মফম অত্নবু খংনৈ। ভারততা সতীগী পীঠস্থান ৫১ থক লৈরি।

চংলি মতুং মন্দির-মুং মীনোংশাদি সৌমিত্রি
পূজা কৎলে পাঙ্গম্বা শারেন নোংশা খোংনেৎপী
পূজাই বিধি কাইদনা। "বর পীনহৈবী-ও!"
হায়জে চৈগুপান্দম-তা শ্রীরামচন্দ্রে মশানৌ।
"পীনৌ বর ননাইদো! য়াইবী লৌগে হিংচাবৈ,
পলেম বর অসিবু নিজরিদো নকাদৈ।
মীওইবনা নিঙ্গ'পুম' খংবিবা অন্তর্যামিনি
ইমানা খংবি'পুম্ববু মীওইবগী লৈয়েংনা
লৈখৎচবা মতিক্লা? ননাইনা নিংজরি'সিখে
থুংহন্বিয়ুকো হে সাধ্বি! "থাপ্পা নোংখোংতম্লক্লে,
থক্কী তেল্লাং মখোন্না সনালঙ্কা লৈপ্পু, হাই,
ইখংমকপু খংহৌদা! য়ুহারাবা মতাংদা
উমং মন্দির, পুখ্রিশিং থ্রক থ্রক্লদি নিক্লমনা
মাংদা লক্ষ্মণ অকনবা মহামায়াবু উজরে
সনাগী তাংবন মথক্তা। মঙাল মপৈ মপৈনা
কুক্কেৎ নোংথাং কারল-হাই, মিৎপু তথক্লহল্লি।
মম্ন' মন্দির মমুং-তম য়েংজৈ কীনা অকনবা
মাইকৈ মরি মূনদি! মোমোন নোকপী সতীনা
ঙাল্লে পুমঙান; ফংজরে দিব্যচক্ষু, পুকফবা!
মুংশিখ্রবা স্নুরদা ঈহৌরক্লে অতিয়া।
মেনবি মহামায়ানা, "চানবিরেনে ঙসিসে

সাধ্বি—মপুরোইবগী চাকহেনবা। থক্কী তেল্লাং—বজ্র।

সুমিত্রা! পারী, নহাকপু, দেব-দেবী পুম্বনা!
লাইগী খুৎলাই অপুম্বা থাখ্রবদাই নকাদা;
ইন্দ্ররাজ কৌরবা মশামকস্থু লাকলিদো
'সিদা নথৌ পাংনঙাই; শিবৈ য়াথং লূদ-থোং।
লাইগী খুৎলাই খুৎ-শুনা, বিভীষণম্ভু পুজম্মু;
চৎলো নগর পাংনদি নিকুম্ভিলা যজ্ঞ-শঙ্;
রাবণিনা লৈরিবা মৈবু পূজা কচ্চনা।
পন্নু পাম্ব-শারাক্তম হিংচাইথক্তা লান্দানা
মাগী য়াইবী লোরুরো। ঐগী বরনা অনিবু
উদসম্ভু চংশিনবা, থাংখুম্নুংগী থাংশাংগুম
থুমজিনগেকো অনিবু মায়াই'লাংনা ঐনদি!
থুক্লাইদনা নথম্মোই, চৎলুরো মিংচৎ লৈব-ও!"
শূরমণি খুরুমলে মাহামায়াই চরণ-খা'
লাকলে করি পন্দনা শ্রীরামচন্দ্রে মকাদা।
চেক্লা শঙ্খ নিল্লকলে লৈগী বন মণ্ডংদা
মঙ্গল শৈশক-শৈহেক্কুম। লৈরাং নোংবু চুরক্লে,
অথৌবহুই কোক্লেন্থক, শিঙেঙল্লৈরাং লৈপান্সিং;
মালং খঙ্গোন হাদবা কাইদ লিরি শিংলক্লে।
"অফ'ক্ষণদা নাওতমবোই নংবু লক্ষ্মণ কৌবও
পলেম নংগী সুমিত্রা!" লাওরক্লেদো নোংদোন্দৈ
নোদোম্ন পোকপী বাণীনা, "নংগী মিংচৎ শৈশক্লা

---

শূরমণি—অকনবগী মণি, লক্ষ্মণবুনি। রাবণি=রাবনগী মচা ইন্দ্রজিৎ।

মরোল অহুম শিল্লনি, হায়রবনি নফম্লাং।
লাইমক্ল' ঙমদ্র'থোরাংবু পাংলে লক্ষ্মণ নহাক্না
লাইগী মরুপ মান্ননা অমর খুভম ফংলনি।"
চিকখ্রে খোম্থাং বাণীগী, চেক্লাশিংনা খোংলক্লে
হন্না নুংশি'খোম্থাংদা নিকুঞ্জবনসি'মনুংদা।
য়াতারিবা নুংঙাইনা সনা সঙ্গাই মনুংদা
অকনশিংগী লমথোইবা, ইন্দ্রজিৎ-কৌ' ঙাল্লিবা
চেক্লাই খোঞ্জেল অদুদি হায়জিনখরে নুংঙাই-কা।
বীরকুঞ্জর য়াকাইরে, কুঞ্জবনগী সঙ্গীততা।
প্রমীলাগী থুজেংপাই শমুখুৎনা অকনবা;
নুংশিখরে খোম্থাংদো অহাঃ ওন্থোকপনিদা,
শিংঙেল থম্বাল লৈকাদা খোইমুমানা ঙংজনা
নুংশি য়াবা অথুপ্পা মেঞ্জরকপা পাংখক্লি;
মেল্লকই (নুংশিনা চুপ্পা, মিম্না উইশিল্লিবধু)
"কোরি খোম্থাং নুংশিনা, সনাই অয়ুক্লাইরেম্বি
নিংথিজবী নংবুনে, পোম্বী চেক্লাই মরুপ্পা!
পাংলো মিৎস্না, চান্নবি, থম্বাল মিৎতানবিও!
হৌগৎলোনে ঐহাক্কী নুংঙাই মপুং ফাহনবি!
সূর্য্য কান্ত মণিগা মান্নৈ ইথল্লাই, চান্নবি!

---

লাইগী মরুপ মান্ননা=লাইশিংগা চপ মান্ননা, নিকুঞ্জবন=উরি-বারিগী বন। বীরকুঞ্জর=শামুঙুম্বা অকনবা। কুঞ্জবনগী সঙ্গীততা— উরিগী বনমচাশিংদা শক্লকপা ইশৈ।

নংনা কোরৌ মঙাম্নি ;— মমি শামজৈ ঐদিনে
নংনা মমিং পাংদ্রগা। নোংদম্লাইবক পামেলগী
অথোই' উহৈ নহাক্নি জগৎসিদা ঐহাক্কী
মিৎলুনুংগী মিংনহা! রত্ন মমল নাইদ্রবি!
হৌগৎলোনে য়েংলুরো, মাইথোং থাজ ঙমজবী,
কমদৌনবু শাৎলিবা, হুর' নঙান শুক্লুৎয়াই
কুঞ্জনম্নুং শিঙেঙনশিং !" ঙক্না য়াকাই ফজবী,
গোপচম্নুই পান্দম্নি, বেণুই মুংশি'খোম্থাংদা!
শাওং তোম্থা খুমজিল্লে, মিনোক নিংথিজবীনা।
হন্না মেঙ্গৈ কুমার থোইনা লুনা-চান্না তৌ ;
"হৌজিক্কদা ঙাল্লেদো শুক্ল 'মম্বা তাংলৌসে ;
নত্র' কৈদৈ শাৎকাইনি, নংবু, থম্বাল ঙমজবী,
ঐগী ইমিং পেন্নবা ? চংলো চংসি চান্নবী ;
হৌজিক্তি বিদায় লৌরুসি পলেম থুয়া খুরুমজ'।
মতুং কাইদ হৌনবী মৈগী পূজা কচ্চসিগী,
কীর' থক্কী তেল্লাংগুম তেনগী নোংবু নোংজু-ন,
লাম্বামজবা রাম মাগী, লান্না মনিং থুংহনগে!
রাবণ-মমৌ লৈতেংলে, রাবণ পারী অতুম্ন,
তাইবংদা তাংল' অনিনি, মুজালক্তে লমথোইবী
প্রমীলাবু মিঙ্গৌবী; নীপালক্তে অথোই' মেঘ।
তুমথুল শংলেন মুংদগী থোরক্লেনে অনিনা—

থক্কী তেল্লাংগুম= ব্রজগুম।

নোঙাল্লমদাই শজিক্কা লোইনরক্কুম অরুণনা।
ইকাইবনা মাইথোং মক লাপ্পা পাইথোকখ্রেনে
( তাংলৌ চুপ্পা লৈহি চুপ্ থারহুনা ) তন্দল্লা;
খোইমুশিংনা পাইরেনে লৈরাং লৈহি' আশাদা;
খোংলে কোকিল উকৈদা, থুম্ন' খোম্থাং মঙাদা
থিল্লে পুং-শেল রক্ষশিং, নোঙ্গরক্লে খোঙ্শংবা;
'মাইপাক্লোনে মেঘনাদ' খোঞ্জেল্লোংদোন ফুগৎলে
সনাই দোলাই লেংজাওদা ফমথরেদো অনিনা
দোলাইরেংগী মরুপ্পা দোলাই শাজম পুরক্লে।
রাণী মন্দোদরীগী সনা সঙ্গাই তমনবু।
মঙানফবা শঙ্গাইনি; হীরা মণি মরকত
শামু ময়া থাম্নবা, মালেমদা চাংদম ব্রারবা।
তাইবং মিংপু পেন্নবে শেম্লি'শিং হেক বিধাতা
শঙ্লেনসিদা পুম্নমক থোমজিন্বনি লোইনবা।
থোঙ্শংবীশিং থোঙ্হুদা তুবৎ তুবৎ চংলিদো;
কালদণ্ডগী মতৌগুম পাংথকপা দণ্ড থুৎশুনহুনা,
শগোল তোংঙি কনানা, কনানদি মালেমদা।
থরাম্মিচাক পান্দম্বা থাংমৈ থাল্লি অকোইবা।
বসন্তগী মালংবা খঙ্গোন মাদি হাদবা
লৈরাং অযুত লৈনম-পু লৈকোন্নুংদৈ হুম্মক্লে।
হৌনা নিম্না মেংলবা বীণা খোঞ্জেল তারক্লে,

অরুণ= নোংঙাল্লকপগী ঙাঙ্রানবা মচু

পুক্লিং হুর' মংলানচা পান্দম অতুম ওইবনি।
য়েক্ক-ওমবা চংশিল্লে, থাজওম্বী ফজবী;
প্রমীলাগা লোইননা, সনা সঙ্গাই অসিদা।
ত্রিজটাকৌ' হিংচাবী চেনশিলক্লে নাক্তুদা।
মেল্লে প্যাথৌ নোংশানা, তাবরনে ত্রিজটে,
নিকুম্ভিলা-যজ্ঞবু মতোল লোম্ল' ওসি-ঐ
রামগবুদি লাম্বাগে, পাবুং য়াথং কোক্তা-থোং,
রক্কেঃ য়েক্ক তুম্মনগে, 'সিগী রাখন লমজিংদা
পলেম পূজা কচ্চগে। চৎলো থৌগন পাওসি-পু
হঙ্গচ্চরু মকাদা, নপ্যারীগা নমৌগা থোঙ্,
লঙ্কেশ্বরী লেপহৌরি।" নৈপক্লনা খুক্লমজ'
ত্রিজটাবু কৌবীনা মেঙ্গে পাথৌ মকাদা
(অকী' শককম হিংচাবী), "হৌজিক শিব মন্দিরদা
রাণী মন্দোদরীনা, যুবরাজ! নহাককী
য়াইফ মঙ্গল ওইনবা তুমদ' চাদ-থক্তনা
পূজা কৎলি উমেশ! নহাকুম্বা মপারী,
অথৌবও মালংদা কনা অমা নৈরিবা,
মাওম পলেম ওইবিসু কনা অতৈ নৈরমনি।"
অসি হায়র' নোংথাংওম দূতী চেনখে পন্দনা।
শৈরাংজবী কাংবুনা শৈরাংলে যন্দ্র ঈপোমগা;
'হে কৃত্তিকে হৈমাবতী, মতিক নৈবা নহাক্তী

উমেশ—উমাগী মবুংঙো, মহাদেব।

কার্ত্তিকেয় লাক্লেনে অহু পলেম নখোঙ্গাল,
তেঙ্গোনগা, মিস্না ফজবী ! য়েংবিরোনে পেন্নদি,
রোহিণীনা চৈরিবী নমৌ অহু, নপ্যরী,
তাইবংগম্ব। অখৌবা ইন্দ্রজিৎ কৌ পাঙ্গনবা—
তাইবং শুক্ষৎচরিবী, সতী প্রমীলা ফজবী।"
শিবমন্দিরদৈ খোরকলে সনালঙ্কাই মবেম্মা।
নোম্লে অনিনা মখুয়া ; মচা-মমৌবু কোন্বিরে
লেংগুন চুপ্পা লৈমরেল, মিৎস্না তরং ঈহৌই।
"ইমাই থব্লাই ওইরিবাও প্রেম পুকৈ নহাক্লি
নংনা ইমাই তাইবংগী ;" লৈরাংশিংনা ওইজগুম
মনম স্নুংশিনা মপুকৈ, ওইগুম কোঙ্গেং মহাক্লা
মুকুতাগী তুংজধুম, মণিনা খোংদা লৈজগুম
শরদ থাজনা মপারী, শরদ থাবননা মমৌনি,
থব্রান্মিচাক লুহুপ্পা কোকখোন হেনবী তাংলৌনা
রক্কে মবেম্মা মহাক্লি ! মিৎস্নাই পিরাং লিক্লানা,
খজাই তোংলোই লৈকা-চোৎ, ওস্তোক্লবু মনিংথি !
হায়জরকই অকনবা, "দেবি ! অশীষ, ননাইদা !
নিকুম্ভিলা যজ্ঞবু মতোললোমগে বিধিচুম,
চংগে'হুগা ওসিলান, মাংহল্লগে রাঘব !

রোহিণীনা চৈরিবী..........মাগী মশক্কী মঙান্দা রোহিণী কৌবী থব্রান-মিচাকনা চৈরিবী ; হায়রিবা অসিগী ভাবতি ; মানা ফজবা হেনবদুদা ইকাইবা হায়বনি।

বিরবাহু ইশানৌ নাওরা মদম ওইবনি
মাবু য়াইবী লৌবিশ্রে পুকচেন কক্রবহুনা !
ঐবু, য়েংগে ওসিদি থিওওম্বগে কনানা ?
চরণ ধুলি পীরো 'মা ! নথৌজান্বু ফংজনা
য়েরু' থম্মোই ওসিসে তেল্লাং চৈথেংনা লঙ্কাগী !
ইতোন মাদি বিভীষণ হাওনা চরৈ তুংবুম্না
কংকে নিংথৌ শেমওম্বা। তানগে সুগ্রীব, অঙ্গদ
ঈপাক, ঈথান্নুংদবু !" পাওখুম্মকই রাণীনা,
পিরাং পিমুৎননঙাই চরৈ ফীবুক চোৎচনা ;—
"করম্না বিদায় পীসিগে, পারি নংবু ইমানা।
থম্মোই তিয়্যা মমহন্না, নংদি থাজ থানিল্লি,
পলেম নমাই কাদদি। জানকীগী মবুংঙো,
লান্দা থোইনা পাঙ্গনবা ; লক্ষ্মণ মাস্থ অথৌবা ;
অমু' তাংজ পান্দম্লি থৌজাল হৈত' বিভীষণ।
অপাম মৈদ'-মৈঙাওনা, মরূপ-মপাং মজাত্তি,
অপং' মানা খন্দনা মাংহনবদা হালেংত্রি,
পাম্ব চকম য়াওদ্রবা চরি-মৈখুদা ঙাওহুনা
মচামকপু চাথোক্লুম ! করম ফজ্র' ক্ষেন্দোংদা
পারী' ইনেম নিকষা, নাওবুথ্রবা ফজ্র'সি
হায়রি'সিনি নফমদা, সনা লঙ্কা, ঐথোয়গী

ঈপাক ঈথান্নুংদবু—য়ায়্যালুবা সমক্র মন্নুংদা,
চরিমৈখুদা—অরাম-খৌরাংমনবদা।

পুকচেল কত্র' অসিনা মাংহন-তাকহল্লবনি।
নোঙ্ক' পলেম খুয়া-খা খুমজৈ লাল্লোই তানবনা ;
পলেম্না করি কীবিবা, রাম-লক্ষ্মণ মিঙ্গৌবা
হিংচাবশিং' য়েক্নবধু ? অনিরকনি নচানা
পম্থৌ য়াথং লূদ-থোং কল্ল' লানফম মঙুংদা
মাইথি' পীবা অনিবু মৈরিগুম্বা তেললাংনা !
চরণতগী থোজাননা মতমপুম্বা ঙমজৈনে
লাই, হিংচা-মীগী লান ননাই ঙম্বা ঐহাক্না !
খংবি ইতোন বিভীষণ, দেবি ! নচাই ইতিক্তি ;
থক্কী তেল্লাং থকহুনবা সোরারেনগা লোইনবা
লাইগী-শাগে লাল্লোইশিং ; পাতালদনা নাগেন্দ্র,
মালেমদনা নরেন্দ্র। করিগীবু পলেমনা
অমুক কীবি ঙসসে, তাকপিম্নু ইমা নচাদা !
করি মতিক রাম-মাই, ম্যাবু করি কীহোনি ?"
মচাই লাইবক খেলে চুপ মেপ্তরকই রাণীনা ;
"মায়া হৈবা মা-মক্সি, পারী, সীতাই মপুসে
নত্র' লাইগী মক্কপা মতেং পিব্রা মহাক্কী।
নাগপাশনা অনিবু পুললমবদো ইচানা
কনানা লীথোকখিবনো অত্থুগুম্বা লীপুনদো ?"
কনানবু মথ্বাই পি, হাংলম' রাম্বু তেঙ্গোনগা ;
পুন্নকসে ইবুংঙো ইমা ২ংঙমদরেকো।
তাইদো সীতাই মুবুংঙো, ময়াথংদা পীরবা,

লাইঙ্গ ঈম্নুং তাওই-ম্নুং খাম্বী মৈস্নু মৈমুংলি,
নোংদোন মম্না নোংবু চুই, মায়া হৈবা মীনি-রাম।
করম্নবু ইপারী ! নংবু বিদায় পীঙমনি
ঐনা হন্না লানকমদা মাগা লাম্বাক্লনবা ?
হায় বিধি নোংদমবা, করি মথ্বাই লৌবিদে
শূর্পণখা শকথিবী মমাই শিংঙম নাওতমঙৈ ?
লাঙ্গে ই শামু পাঙ্গনবা, মেঞ্জরকই নোম্নবু ;—
"হৌখি রাবু ঈথিনপোম, করি তেংবাই পলেম্না
কাম্নদবা ঈফুৎ-থোক। কোম্নুং পন্থোং' য়েক্লবা ;
করি হেন্না ম্নুংঙাইনি, য়েক্ল' হাংত্রিমখৈবু
হুইয়েল্লাম্ফম মন্নুংদা শঙ্লেন খাম্বী মৈরাইরক,
কনানো তুমখুন তানঙম্বা শঙ্লেন্নুংদা নিংঙাইদা।
মক্লু' রক্ষঃ শাগৈনি, মী, লাই, দৈত্য খিবিক্লা
মরোন'হুমদা নিকচরি, দেবি ! সিগুম শাগৈদা
রাম্না করিন্নুংগীবু কালি তৈশিনহনসিবা
ঐসে পলেম, ইন্দ্রজিৎ, রাবণ কৌগী মপারী !
করি হায়নি তারগা অসিগুম্বা রাফমসি
ইধৌ ময়দানবনা ? মাতুলগী লালোই তাম্বশিং
নোকননিনে তাইবংনা ! পীরো য়াথং নচাদা'
লানফম চংন' পন্দনা রাঘববু হাংলুগে !

---

শিঙম নাওতমঙৈ —মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈ।

তাবিয়ুসে চেক্লাশিং মনিন্নাইরে নারক্তা
ঈনুং মথোঙ্ তৈরক্লে। ইষ্টদেব পূজা-কং;
লাকঙমদ্রবা রক্ষঃগী তেঙ্গোলপুনা লাঞ্জংগে
পলেম হৌজিক. শঙ্গাইতম লেংশিন্বিরো য়োরেনে
পন্দনা নচা হঞ্জরক' পূজা কংনি লূনদি
খুয়া থম্বাল অনিদা, লানঙম পজেং ফংতুনা!
পন্থোগী য়াথং ফংলেদো, পীরো নংসু ইমাও
কনানা মাইয়োক য়'ঙম্নি, ননাই ঐগা হে দেবি,
নংনা আশীষ পীরবা নচাদবু চেনকশিন্না?"
তৈথোক্লগা মিংলুই-পি রত্নে চরৈ ফিজিনা,
লঙ্কেশ্বরা পাওথুম্মী, "চংপদা মতারবনে
রক্ষ: শাগে ঙাকপীবা বিরূপাক্ষনা ইচাবু
কন্সত্তুকালওই লাক্ফমদৈ। ভিক্ষাসিদং নিজরি
মথুয়া'নদ ঐহাক্না। করি অমুক হায়সিবা
ইমিৎ নহা মিন্নাগী মাংহনবিনা থম্মীরে
নংনা ঐবু শঙ্গাইনুং।" কপ্পা রাণী অমুকসু
মেল্লকইদো মতুং-তা, প্রমীলাবু চিংন-য়েং;
"লেহৌ ইমা নহাক্তি, ঐগী ইনাক লেংদনা
ইংগে মাইথোং থাজ য়েং, মৈগুম্নবা ইথরাই!

অশিষ—মঙ্গল তৌবা।

নিন্দুং থাশি ব্লাইরকপা থব্রাম্মিচাক মঙাল্লা
মালেম নৈমা মহাকপু মুৎশি' খজিক মঙাল্লি।"
পলেম খুয়া খুরুমজ' বিদায় লৌরে পাঙ্গনবা।
কপ্পা রাণী মমৌগা চংশিনখরে সঙ্গাইন্নুং!
দোলাই লেংজাও থনম্ন' খোংনা লাক্লে যুবরাজ
বনগী মাইকৈ তমত্নুনা কাইদ, কাইদ রথিবর,
লাকপনিদো মথন্ন' শিঙেঙল নৈরাং খিবিকনা
লমতাকলিবা লম্বী-পাং, যজ্ঞ শংলেন ভমত্নুনা
নুপুর খোঙ্গেন খংহৌদে তুংলোমদগী তারক্লে,
চুম্মী মহৌশাগীনি; নুংশিজবৈ নাপ্পদা
নুংশিবগী মখোং থাং, হেক্তা খংবা হায়বসে।
মোমোন্নোক্লা অকন্বা, পাম্বোম পুম্বা শুপকোন্নৈ,
থাজ মানবী প্রমীলা। "অব্রাবনি ইথংলেন,"
হায়জরকই ফজবী; "খঙ্গরুইনে যজ্ঞ-শং
লোইয়িন্থৌগন তৌজগে, লাল্লোই শাফি লাম্ফীদি
নৈতেংজগে নংবুনে। করিতৌনি করমনো!
নৈঙমদ্রেদো অমুকশু হন্না তামজনংবুনে

নিন্দুং থাশি ব্লাইরকপা থব্রাম্মিচাক মঙাল্লা, অসিনচিংবা......পূর্ণীমা মতুংদগী থাশি তাল্লকপগী অহিংদা, থানা থোক্ত্রবম্ থব্রাম্মিচাক ময়াম অত্নুনা পৃথিবী অসি খজিক খজিক্কি অত্নম মঙাল্লি। ঐগী থম্মোই অচ্ছিন্নাগী পূর্ণিমা থাজগী মশক ওইরবা ইন্দ্রজিৎনা নৈতবা মতম ফাওবা নংনা থব্রাম্মিচাক ওইত্নুনা ঐগী থম্মোইবু ঙালহল্লু।

নখোং থম্বাল অনিদো। থাজগী মকোই নক্রনে
কোরো মশেক য়ৈবদা ঙাঞ্জৈ শোল্লবতুরো ;
ননাই ওইবীসু অতুনি রক্ষঃ শাগৈ কোরোহন,
নংবু নতুনা মালংপান মমখৎরেদো ইবুংঙো,
হায়জরিদো নকাদা।" মুকুতানা থাল্লবা
ঙাক্ফম তোংলোই তোম্থক্তা পিরাং নোংজুনবদি
লংজ' হেনখি মুকুতা ! শিঙেঙন থম্বাল থম্নাথক
ইন্নুং লিক্লা লিকচাইবা পান্দম মতিক চাত্রনে !
পাওখুম্মকই অকন্বা ; "হৌজিক চিংঙৈ হল্লক্নি,
রামবু হাংনি লাক্ফমদৈ, সনা লঙ্কাই ঙান্নরৈ।
চৎলো য়োরো চান্নবী, লঙ্কেশ্বরী'মকাদা।
থাজ মাগী মাংবু-থা, ঙাল্লি, সতি, রোহিণী।
নোংদম্বনা শেমখ্রোই, মিস্না থম্বাল অনিদা
কপ্পঙাইগীদমক্তা ! মঙান শঙ্লেন মনুংদা
করি থোগীদমক্তা নোংলেন মঙহনবনোকো ?
পীরো য়াথং নিংথিবি—কাওজন্নবা তাংলৌ'হিং,

পিরাং নোংজুনবাদ লংজ' হেনখি মুকুতা·········মামংতগী মপি তাতুনা প্রমীলানা কপচবগী চেস্থরকপা পি অতুনা ঙক্তা শিরিবা মুকুতাদা তারে হায়বনি।

মঙান শঙলেন মনুংদা····নোংলেন মঙহনবনোকো—প্রমীলাগী মমিৎপু প্রমাণ তৌবনি। ঙাল্লা উননবা সতিসিগী মমিৎতা নোংগী মশক ওইবা পিবু করি তাহল্লি। কাওজন্নবা তাংলৌ'হিং— নোং ঙাল্লকপনা, থেংজিল্লক্তুনা

নংদা খল্লা অয়ুক্লা, চেনখে, য়েংঙু খোংহাই-কন,
পীরো য়াধং হে সতি, যজ্ঞ শঙলেন তম্মগে !
ইন্দ্রে য়াথং কোক্ত-থোং, কামদেব মহাকনা
রতি শেৎন'অথোবা চৎলুই খেন্দোং ফত্তবা,
হরে ধ্যানবু কাইহনগে, মাংলে ক্ষেনফম'তুমক্ত,
চৎখে কাম শকপুবা ইন্দ্রজিৎ-কৌ অথোবা,
থনম্লগা প্রমীলা রতি শকপী সতীবু !
ফত্র'তানদা খোংহাইখি, মদন কৌবা মহাক্লা
মেঘনাদ অকনবা চৎখি মাস্থ ফত্র'তান—
রক্ষঃ পুক্লিং-লুম্নঙাই তাইবং লাম্বা ঙমদবা।
রাংলেন ঙহাক্লেরগা মিস্নাই লাইজ' তৈথোক্লে
রাবণ নিংথৌ মমৌও, মথংলেনবু থাপ্তকয়েং
ম্নুংশিনা মপাও মেল্লকই ; "থংডি ঐনা করি-নং
শুক্র' বম্নুং কোইরিবা, শামু লমশা য়াপনবা।
উরগদি নশাজং, করি ঈকাইখাংনবু

---

অয়ুক্লী মতম অস্নম অস্নম হৌভিল্লকপা অসি, প্রমীলাগী রাথল থল্লা পল্লা অস্নম চেনখি, প্রমীলাগীদমক খনবসি ইন্দ্রজিৎ মহাক্তা নত্তে হায়বনি।

"থংডি ঐনা করি নং ·················· লাইশাগৈগী মংঙো।"—
প্রমীলানা মবুংঙো ইন্দ্রজিৎকী মতিক মথোনা উবদা, শামু লমশানা বন মম্নুং লৌন্না কোইরিবদো, নোংশাবু কীবননি. নোংশানা শাবু হাংলি অতগা নোংশা মাস্থ অহু মঙাই, মাগী চেংজন্নিবা মখৎং অহুবুদি ইন্দ্রজিৎকী খাংন হেল্লা চেংনা

নশকফংদো উংকনি, অথোয় নাপন কারিবা ?
নখ্ৱাং চেংঙি হায়রিবা, রক্ষ শাগৈ নোংশারেন
উরুরবা মমিৎতা তম্বা কনা হে নোংশা !
নংস্তু অতুমক্তুনা লৈদো নারক মতম-চুপ।
হাৎলি লাঙ্গোই শামুবু নং ; সুম্বা কল্ল' নোংশাবু,
মাগী কল্ল' চৈথেংদা ইন্দ্র চেল্লি লান্নিং-হন,
দৈত্য শাগৈগী য়েরুবা, লাইশাগৈগী মবুংঙো।"
অসি হায়র' সতীদো মখুং অনি লোন্নজ'
কোরৌ নোংদোন লৈন-য়েং, কপ্পা মেঞ্জরকইদো ;
"প্রমীলাদি ননাইনি, চীংনিংথৌগী মমোয়্লোই !
খুরুমজরি নফমদা, থোজান মিংয়েং য়েংবিয়ু
কুবিহৈবী লঙ্কা-তম ! ঙাকপীয়ুকো লান্সিদৈ
রক্ষ তোমথিন ঙাইববু ! রাম্ফক ফুরিৎ ককফদ
পান্দমশকনা অকনবু ঙাপীয়ুদো পলেমনা।
উরি ঐসে মতম-পুম, সতি, নকা চংজবী,
মপুন্সীবু মগাক্কা, ওইজে তলা পামেনসিনা
য়েংঙো, পলেম, মহাকপু শীংজং য়াখুন লৈহন্নু।
করি অমুক হায়খিনি ? অন্তর্য্যামি নহাকনি !

ফজবনি, অতুনা নোংশানা নারক্তা লোৎলিবনি। অতুগা কাবনা অমুকস্তু হায়রি—নোংশানা শামুবু হাৎঙম্বতুগুম্না, ইন্দ্ররাজ শোরারেন, দৈত্য শাগৈ ঙম্বা লাইগী শাগৈগীনা মবুংঙো ওইজরিবদো, মবুংঙো মেঘনাদনা ঙম্বনি, ইন্দ্রনা কীতুনা চেল্লিবনি।

জগদম্বে, নং নত্ত'কনা লৈরি ঙাকপীন'?"
মালং কাইদ হুম্বনা লৈরাং লৈরিক লৈনমদি
নিংথৌকোন্দা হুম্বগুম্না, খোম্থাংপুবা নোংদোম্না
হুমখরেনে প্রমীলাই নোঙ্গ পাওহ্ন কৈলাসতা।
নিকখি ইন্দ্র কীবনা। মহু উবা, তফিংনা
মুংশিং নিংথৌনা থাপ্লদি হুমদোকখরে মহুবু!
মিংকী পিরাং তৈথোকলে চংশিনখরে সতীদো,
যমুনাগী খোংবান্দা মাধব বিদায় তৌরগা,
খাইন মৈরাইনরবী গোপীশিংনা চংখিগুম
মপুক তয়াং তশোয়না হাংল'মরাল তমত্নুনা।
পান্দম অত্নম ওইনবু চংশিনখরে মশঙ্গাই।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা * উদ্যোগ কৌবা
মঙাশুবা সর্গ লোইরে। )

* মেঘনাদ হাৎননবগী খোরাং তৌবা পুম্নমক সর্গ অসিদা হাইরি হায়দুন সর্গ অসিগী মমিং, "উদ্যোগ" হায়না খোল্লি।

জগদম্বে—জগৎকী মনেম্মা। অন্তর্যামি—মীগী পুক্কিদ নিংঙ্গিবদু খংবা। চীংনিংথৌগী মমোম্লোই—দুর্গাবুনি।

# তরুকশুবা সর্গ

বনসি থার' অকন্বা, সৌমিত্রিও মীনোংশা,
লাক্লে, লানশঙ্ তম্নবু ঙাল্লি' মফম ইবুংঙো।
রঘুরাজ কৌবনা ; লৌশিংবদো খোংহাই-থুই,
নোংশা উবদা চেল্লকুম শাদাম্বনা পন্দনা
থুংলাই শঙ্বু তম্নদি—থুবাম থুবাম শংতুনা
থোর' থুংলাই কাপনঙাই মাংননবা লাফমদা।
ঙহাক লৈর' থুংলরে মিংচংলৈবা, মফমদো,
রঘু মহারথী' নাক। নোল্লে থুয়, অনিদো
থুরুম্ন' মরুপ বিভিষণ, হায়জরকই পুকক্ষবা ;—
"থবক পাংলে ঙসি দেব, আশীর্বাদনা নহাক্কী,
ননাইনবু! চংশিঞ্জে চরণ থাগোন্নজনা,
উমংন্নুংদা পন্দনা, পূজা কচ্চে চামুণ্ডে,
প্রভু সনাই মন্দিরন্নুং। লৌনম তৌনা মনাইবু
সতী মানা কয়ানি, মক্ষমতুদা কৌরবা
মায়া লাংলম লাংথাকপা করম্না মহ্ তমজনি
পংজরবা ননাওনা ? চন্দ্রচূড়বু উজৈ-খাঙ্
থোঙশং ওইনা, লম্বীথাই লাম্বা তৌবিদনবু
পূণ্যে মতিক্কা' নহাক্কী ; দেব, তাংজ লৌঙ্গাওনা
চেনখিগুম ময়াইচম হিদাক লাংথক' মতিক্কা,

---

চন্দ্রচূড়=মকোক্তা থাজনা চূড়া ওইনা ঙানবা, মহাদেব।

চংলে ননাই উমংমুং ; ফুদোরকলে ভংতুনা
শারেন নোংশা পাঙ্গনবা পীরে মাবু মাইথি'দি ;
অকী'শউম মরাংহৌ নোং মুংশিংনা শিংলকলে ;
প্রলয় মৈগী পান্দম্নি লাম্মৈ চাকখ্রে মকমদো ;
বনগী উপাল্ চাক্লক্লে মাইকৈ মরি শিন্থ্রংনা ;
ভহাক পুঙ্গোই খরৈ তুং মরম্নাইবু নেমজখ্রে
খাম্বী মৈদো মখোয়লোয়, খঙ্গোন্নিংথৌ লাপখ্রে।
লাইগী চন্দুরাশিংবু অমুক মাংদ। উজরে
বনদা শান্নরম্বীশিং ; খুবাং চাংজৌ চেপচনা
পূজা কৎন, বরনি, দেব, বিদায় তৌরে খ্বাই।
লাপ্তুরুবু বম্নুংদা মন্দির নিংথিবা, ইরংলং !
পুখ্রিমুংদা কুমথরে ঈরুশান্দেংজরেনে,
শিঙেঙল, থম্বাল অশং কৎ পূজা কৎচৈ ইমাবু
ভক্তি চৈরোইনজনা। চোংথোকপীর' বরদি
পীনবিরে মায়ানা। থৌজানহৈবী তাকপিদো,—
"পেল্লে ভসি নহাকপু, সুমিত্রাগী মচা-ও
দেব-দেবী পুম্বনা ! লাইগী খুৎলাই থাখরে
নকাদদি ইন্দ্ররাজ, ইশামকস্থু লাক্লিনে
নংগী নথৌ পাংনবা সদাশিবৈ য়াথং-পু।
দেবাস্ত্র-শূ, অথোবা ! বিভীষণগা লোইননা
পাংলো নগর তম্নবু, রাবণিনা লৈব-নাক ;
নিকুম্ভিলা শংলেম্নুং, মৈবু ইরাংলিবা য়ৌ।
থিম্নু, নোংশা শারাক্তম লাকশিন্দুনা হিংচা'দো

মাংহল্লুকো মহাকপু! ঐগী বরদৈ অনিনা
চংশিনবদা উহল্লোই, থাংশাং মাবু থাংখুমনা
খুমজিনবগী পান্দমগুম মায়ালাংনা কুপকে 'নি!
নিঙাইদনা চৎলুরো মিংচৎ পজেংনরিবা।"
করি চিংনবিবিরিবা তাকপিসিনে নৃমণি?
ইনুং মথোং তৈরক্লে; থিন্থবগী কান্নদরে।
রাবণিবু হাৎনবা য়াথং পীরো ননাইদা।"
পাওখুম্মকই রঘুনাথ, মাংলে করম হায়নবু—
যমগী দূতপু মাল্লবা, মাবু লাপতক উ'দদা
নুংশা মপী হোন্দুনা কীবনা থরাইনবশিং
চেন্নৈ মালং মাংজিন-থা, মথল্লাই ক্ষোইপী পুরগা;
মী, লাইদি অপুম্বা মাগীহুদা উৎপু তাই;—
করম হায়না থাসিগে তাংজলীন্সি' লৈখুন্দা
থরাইদগী হেনবা-নং? সীতা উদ্ধার পামদরে!
অরেম্বদা সমুদ্র! নংবু ঐনা পন্থিংঙুই,
মশীং থা-ঙমদরবা হিংচাবশিং হাৎলুইকো
কল্ল' হুয়েল্লাম্ফমদা, নিংথৌরেনশিং কয়াবু
সনা লঙ্কা লৈকোইনুং, পুরক্লুই লাল্লোই মরুপকা
ঈখেং, ঈরিচেহ্লল্লুই, মাংলে, অরেম্বদনে,
নোংজুথাগী—নোংলিনা মালেম লৈচোৎনগুম্না!
পলেম পন্থৌ রাজ্য-লন মরূপ মপাং ঐহাক্না—

তাংজ'লীন্সি লৈখুন্দদা—ইন্দ্রজিৎকী মনাক্তম্না

মাংলে নোংদম থিবনা ; শুক্রৈ মাদা ঙাল্লক্ষ্মী
শুরু মম্বা খাংপোক্পী—খাংমৈ ওইবী মৈথিলী ;
(মহাকপুস্থ হে-বিধি, করি ইরাল লংজমন
নখোংখাদা ননাইনা ) ? নোংদগথিবনা মুথৎপা !
অতৈ অমা কনা লৈ ঐগী পুন্সী খোংহাইদা।
অতৈ কনা লৈগেনে ঐগী সংসার অসিদা
ইনাও, মাগী মশকয়েং থব্রাই অসি হিংদোবা ?
লৈগদোবা মালংপান ! চৎলো হনসি অম্মুক্তি
নারক শিংলক লৈরুসি, লক্ষ্মণ ! ফত্র'ক্ষেদোংদা
অশাই লৌনম্লাংদা-থু কাওজিনখিন। হিংচাপুং
ইশানৌ-ও লাক্লুব্রা ইচিন ইনাও অনিনা।"
থুম্মা মঙন মতিক উৎ সৌমিত্রিও মী-নোংশা ;
"করিগীবু রঘুনাথ অত্থক কাবিরুবনো ?
নোংদম্বনা মতিক হাপ। অত্থগুম্বা নীপানা
কনা অমুক কীহৌনি মালেম লৈরোন অহুমদা ?
দেবতাশিং' মবুংঙো মমিৎ লিশিংশুবনা
নংগী হাকন চংলিদো ; কৈলাসনা মগাইফম ;
বিরূপাক্ষ, মহাদেব ; চীংনিংথৌগী মম্মোম্লোই
মানাধর্ম্মে নাকয়াবী ! য়েংবিসি লঙ্কা লৈখে-তম,
অমংনোংগী মতৌগুম লাইগী অশাওবতনা
কুপথি মাইকৈ মরিদা, সনা মঙান শকপবু।
দেবতাগী মীনোক্লা ঙাল্লিবসে, য়েংবিয়ু

নংগী—লান্সং, হে প্রভূ! য়াথং পীরো ননাইনা
দেব-অস্ত্র থুংশুনা, চংগে হিংচাই মগাইতম,
লেপ্পা হিংচা হাংণ্ডম্মি নংগী চরণ থোজান্দে।
লৌশিং চাওবা নহাক্লি, মপু! করি থেশাদে
দেবতাগী ময়া-থং? ধর্ম্মে লীক্তা মতমপুম
খোংদাবিরকপা নহাক্লি, ধর্ম্মে লীকক্ষম নত্তবা,
থৌবু,. আর্য্য করিগী থৌগাইবীনি ঙসিসে!
মঙ্গলঘটপু কনানা খোংনা শাওনা থুগাইনৈ?"
থুম্ন মপাওনা মেল্লকই অথৌ মরুপ বিভীষণ
"অরেপ্পনি হায়রি'সে, রাঘবেন্দ্র হে রথি।
লাকণ্ডমদ্রবা যমগী দূত পান্দম্মনা পাঙ্গনবা
ইন্দ্রনা নিকপা ইন্দ্রজিৎ, লাকণ্ডমদবা তাইবংনা।
'তুব্র অরেম কীহৌরে, 'খোয়না মাবু ঙসিসে।
খোয়েন মংলান' উরম্মী, ননাইনা রঘুমণি-ও.
রক্ষঃ রাজ লক্ষ্মীনা লুখুম ওইরপ লেংশিন্না
লান্সংলংনা, ইবুংভো, মক্তু'মঙান অতুনা;
মেন্থি সাধ্বী ননাইদা; মাংলে! নাপল্লুথোংভি
নয়াম্বুংদো, বিভীষণ! পাপকী-সংসার অসিদা
করি কান্ন'লৈরুনি, পাপ মাংহনবিনি-ঐ?
থাম্বান্দবু লৈনাংগী লৈরিক পকপা মতিক্লা?
নোংলুম শরং শিথ্রবা নোংদোক্কিয়া মথক্তা

নোংলুম শরং শিথ্রবা—কুংনা নোং মংথ্রবা।

কনানবু কদৌঙৈ থৱাম্মিচাক উঙম্বা ?
'তুবু নংগী তৌজমন নহানমপোক্লাংওনগী
পেনবিরেদো নকাদা দেবতাগী মক্লপনা ;
ফংলগনি হাংলবা ফম্বাল তাংবন নিংথৌগী
ছেকপিনগবু ৱায়েঞ্জে, নংবু ! নিংথৌফম্বাম্বক
ঙসিনোংদা ফমথিল্লে, হৌন কালম চোইদনা,
মঙানফবা ! হাংলনি, হয়েং মীনোংশালম্মন্না
নয়াম্বগী চুপথা-হৈ মেঘনাদ কৌববু ;
মতেং পাংলু নংনা মাই ! দেবতাগী ময়াথং
ঙাক্লু-চৎলু চ্যেকশিন্না' হে তুংগী রক্ষোরাজ !"
মীকপ থোক্ল' হৌগৎলে ;—লাইরৈবাকী মনম্মা
হা-হা-ননা নম্লম্মী লান্সং শংলেন শিন্নদি
স্বর্গৈ পুং-শেল লাপ্তক্লা তারে নোংদোন'নুংশিনা
লান্সং শংজিন শংয়াদা উরে লাইমা ঙক্লবা
মদনমক্লা শুম্মাংপা নিংথিজবী মশকফম !
লেংদোম্লেংপাকুপ্লিদো নোঙ্গী মপৈ পান্দম্বা
শম্লাং চোইজাইনবদো ; ঙাম্লি শম্লক রত্নশিং,
অহাঃ ! মতিক মপারা মকাদা নোংথাং মঙান্না
নোংলেন্নো লক মন্দুংগী ! খংহৌদনা শ্বাই মাংখে
জগদম্বা ইমাদো। ঙহাক পুঙ্গোই য়েংন-লৈ।
খৌরাং মিৎয়েং য়েংন-ঐ মত্নমহৈ য়াল্লেন্নে,
পাইমন্নুংদা নিংজবা, অমুক শকফম উৎপিদ্রে।

দাশরথি তাবিসি হঙ্গচ্চশিং লৈতানা!
পীনো য়াথং ননাই-ঐ থোগন তোবা চৎচগে,
মৈ কৌবু ইরাৎফম যজ্ঞশংদা রাবণি।
নিংথৌলক্তে অথোইবা ঙাকপিনিদো চেকশিন্না
দেবতাগী ময়াথং! নিংজ' থুংনি শোয়দনা,
রঘুশাগৈগী অথোইবা, হঙ্গচ্চেনে নকাদা!
পাওখুন্নকই সীতানাথ পীরাং পীরোইননবু;
"মাগী রারম নিংশিংবা, রক্ষঃ লক্তে লমথোইবা
থম্মোই নুংনৌ কপচৈদো! কন্না লংথখ্‌শিগে
ইনাও রত্ন ঐহাক্কী, অসিগুম্বা ইন্নুংবুং?
আহাঃ ইতাও ওন্থোকই; লম্মুক্রবা মন্থরাই;
লম্বী লমদাংখ্‌বদা কৈকেয়ীদি পলেমদো
মপুক লাইমা ফংখিদ্রে ঐগী নোংদমথিবনা
রাজ্যভোগপু তুংদা ৎম পন্থৌ রাশক ঙাক্রবে
ঐনা খোংহাইদৌবকাল, থারে মাস্থ মরন্নাই
রাজ্য ভোগপু ইশানৌ; ময়াম্বগী প্রেম্না-কাঃ!
কপ্লে পলেম সুমিত্রা! লৈমকোনবু খোন্থাং-য়ৈ
কপখ্রে বধু উর্ম্মিলা; কোন্নুং মন্নুং অহুপ্না--
থাম্নখিবা কয়ানি, করম্নবু তমসিগে?
থাম্বা পুম্বা রা-ওইদে, ঐগী তুংয়া-নহুনা

---

ইনাও রত্ন—রত্নগুম্না লুনা তোজবা ইনাও লক্ষ্মণ। অসিগুম্বা ঈন্নুংবুং—মেঘনাদকী অশাওবগী মশক ওইরবা ঈপাকন্নুংদা।

(হকচাং মিরোইনবগুম) বন্দা চংলে ইশানৌ
মপুক মাগী খোইদাজ, থাদোকচনা নুংঙাইবা
নহা ইনখংচরকপৈ ; মেনখি পলেম স্থমিত্রা ;
"মিংকী মণি ইমাগী, নংনা হুরে রাঘব !
কনানবু খগনি মায়া হৈবৈ মতিকনা
নংনা ইচাবু কাওবিদ্রা ? শিন্নরে লনসে নকাদা।
থম্বীযুকো চোকশিন্না, ঐগী রত্নসে নহাক্না
ভিক্ষাসিদং ইমানা নফমদৈবু নিজগে।'
কান্নদ্রেকো মরুপ্লোই সীতা উদ্ধার তৌররোই।
চংকে হন্না বন্দবু। খাংঙমদ্রবা লাম্ফমনুং,
দেব দৈত্য মী ওইবা থক থক নিক্না মীপাইবা
রথিরক্তে লমথোইবা রাবণ পারী মহাক্নি।
পান্থোম কনবা স্থগ্রীব, লান্থেংহৈবা অঙ্গদ
মথং খনবা পুকফবা, হনু নুংশিং মপারী
লাকঙমদবা অকনবা, মপা পুংশিং পান্দম্বা,
* ধূমরাক্ষ, লাম্ফমদা ধুমকেতু শকপানবা
খাম্বী মৈবুন পাংখকপা ; নল. নীলনি কেশরী
নোংশা পাংখক-য়েক্ল-লক ; অতৈ লৈরি 'যোদ্ধাশিং
লাইগী মতিক, লাইগুম্বা ; মহারথী নংগুম্বা—
নখোয় নতেং ফংনমক থিংঙমদেনে হিচাবা'

* ছন্দগী মাত্রা চানবা য়েংদুনা 'ধুমরাক্ষ' হায়না ইবনি—'ধুম্রাক্ষ' ইগদবদি।
ধুমকেতু শকপানবা—শঙাইশেনগী মতৌগুম্বা

করম তৌনা হায়য়ুদো ইনাও লক্ষ্মণ মথন্ন
লাম্বাদৌবা মহাক্না ? মাংলে মায়াই আশাদৈ,
হায়রিসিনি মরুপ্লোই, সিগুম হিংচাপু বু তম,
লাকঙমদ্রবা ঈপাক্লান, লাক্লু কনি ঐখোয়না।"
খংহৌদনা নোংদোম্বক নোংদোন্দগী পোকচবী
নোংথাংলৈমনা লাওরক্লে খোল্লে থুম্ন' মপাওদা
মতিক চাত্রা হায়য়ুদো, নংনা, হে রঘুবর!
লাইগী য়াথং চিংনবা, লাই শাগেনা পেল্ল'নং!
লাইগী য়াথং হায়য়ুনে, করি থওইরোইদৌবা!
য়েঙু অদো নোংদোম্বক।" উ'দা ঙকখ্রে রঘুরাজ;
তাংজ লীনগ লাম্বারি, নোংদোম্বক্তা ব্রাহোংগা।
কে-কা খোম্থাং ঈরোইনৈ লীন্না থু-খা কাম্বগা,
কীর'খোম্থাং অতুনা মাইকৈ মরি শিনখরে।
মশাশাদোন্না কুপখিবা, অমংনোংনি চান্নবা
নোংদোন শিন্না লংলিদো অতুগী মরক অতুদা
তুগী মঙান ইরং-লং! কন্না শোক্লে অনিনা।
মরক মরক মালেম্না কীবনা লপত্রে হাইরক্লে;
ঈপাক ঈপোম ঈহৌরে! পুঙ্গোই খরৈ তুংনিদো

ব্রাহোংগা লীনগা লাপ শোক্লবদা মমৈদদি ব্রাহোংনা মাইথিবা ফংজুনা লৈমাইথক্তা তারে। মাসগী মমুংগী ভাবতি; লক্ষ্মণগা, মেঘনাদগা অনিমক্তা অমনা অমত্তু' 'মাংহনগে' হায়বা ভাব লৈনরবস্তু লক্ষ্মণগা লাম্বাবদা মেঘনাদনা ব্রাহোংগী দশামক তাগনি; হায়বদি লক্ষ্মণনা ইন্দ্রজিৎপু ঙমগনি অসিনি।

ম্নাইবী মাংনা ব্নাংহোংদো মালেম লৈদা তারক্লে ;
তাংজ লীঞ্জাও খু-খু কাম হুইয়েল্লাম্ফম মাইপাক্লে !
হায়ক্লে রাবণ' মশানৌ, "ইমিৎমক্না উজরে,
ঙক্ল' থৌদোক ঙসিসে, হৈরিক চুমদ' ওইররোই,
বৈদেহীগী মবুংঙো, খম্থবিসি পাইমম্লুং !
নক্রে মসি মিত্রংদি ; থিন্দনা থোক্নি থৌরমশিং
মায়াই পান্দম্লাক্ল দেব ! উহল্লেদো নফম্লাং—
অকন'তাকহল্লনিদো লক্কাই ঙসি সৌমিত্রি ।"
লাম্নং শংনুং তমশিনখ্রে মতুংতুদা রঘুবর,
মুংশিজবা মনাওদা দেবাস্ত্রনা লৈতেংলে ।
আহাঃ ! নিংথি অকনবা, কার্ত্তিমক্না পান্দম্নি
তারকাইদি য়েক্লবা । ব্নাম্ফক ফুরিং নিংথিবঃ
থবাক্লুরেন হেল-লিবা থব্লাম্নিচাক পান্দমনি ;
খ্বাংলাক্লুনা থক-থক্লিক থাংথোক রত্ন থাম্লবা
থাংশাংতুনা পুম্লং-লং । কোরৌ হবৈ মকোই-মান,
নমদা চুঙ্গোই ঙাল্লিনে , শামু ময়ানা শারবা
সনা মকোই থাম্লবা ; 'তুগা লোইনৈ তেন্দোংস্থ
তেল্লাং, তেঞ্জিনথক-থক্লিক খুত্তম চেৎনা ওইগী খুৎ
লাইগী লীরুং লীগুরে, লীগুহৈবা অথোইবা ;
ঙাল্লি কোক্তা লুহুপ্না, (কোরৌহবৈ মঙানগুম)
মাইকৈ মরি মঙাস্তা ; লুহুপ মতোন, লুহুপথক,
তোইরপ্পনা হাইবনি ; শারেম্নোংশা মশোংনা

মাকোকথক্তা লেংগুম্নি। শ্রীরামচন্দ্রে মশানৌ
কোরৌ কোক্তোন হেন্বগী কোরৌহন্বৈ পান্দমনি।
লান্সংনু দৈ অকনবা থোরক্লেদো খোংহাই-থু—
লাঙ্গোই শগোল হোত্তোকুম লানগী শিঙ্গা থোংবদা
হুয়েল্লাম্ফম পুম্নোমনোম শারাওলানখেক্লকপদা।
চোংথোরকলে অকনবা, লোইনরকই তন্নবু
বীরবেশকা বিভীষণ, লানকমদবু কীনবা!
লাইশিংনা লৈ নোংজুরে, থিল্লে যন্ত্র নোংদোন্দা
য়াইফ' পুংথোন মনিন্নাই; অহাংবদা অপ্সরা
জগোই খুৎথেক্ তাল্লোইরে, নোংথক্লোংখা অনিদা
জয় খোম্থাং মনিন-হৌ পুম্লাংহেক্তা লাংখরে!
নোংদোক্তম্লে মাইথোংনা খুবাকচাংজৌ চেপ্পদি,
হায়জরলে রঘুবর;—'খুয়া থম্বাল নহাক্কী
চংজ পামজে ঙসিনোং, ভিখারীদি রাঘব,
পলেম নংবু অম্বিকে! কাওবিম্নুকো হে দেবি,
ননাই ওইবা ঐসিবু! ধর্ম্ম হাকন্নবগী—
পলেম ফংখে অন্না-ক্যা, চরণখাদা তমঙমদ্রে!

---

কোরৌ কোকতোন হেনবগী—মুমিৎনা কোকতোন মপাদা চপচানা নিংথিনা থোকপা মতম, হায়বদি মুমিৎ চপ য়ুংবা মতম।

জগোই খুৎথেক তাল্লোইরে—তাল চানা জগোই শারে মৃত্যুঞ্জয়গী চান্নরোই—শিবগী চান্নবী। শিবগী অতোপ্পা মিং অমনা মৃত্যুঞ্জয়ম্ম কৌই, মরমদি মহাক্না মৃত্যু (অশিববু) জয় তৌই, শিবা নাইদে হায়নবগীনি।

পীনৌ ধর্ম্মগী মহৈবু, মৃত্যুঞ্জয়গী চাননরোই,
লাইবক থি'বু ঙাকপীয়ু সতি রক্ষে লানসিদৈ।
থরাইদৈ হেল্ল'ইশানৌ ইনখৎচরক ঐ-লক্ষ্মণ!
তমথির দানব নোইহৎনা, কনখি দেবতাশিংবু
পলেম ওইবী নহাক্না, লানবীহৈবী ও! লানবিয়ু
ভোল্লববু নহাক্না, হে মহিষ লাকহৎপি;
নোইহৎপীয়ু পলেম্না নোইহৎঙমদ, হিংচাবা!"
স্নুম্না হিংচাই য়েক্লবা কৎলে স্তুতি সতীদা।
খঙোন মালং হাদবা কাইদ তপতক হুম্বনা
মনম নুংশি' লনশিংবু নিংথৌকোন্দা হুম্বগুম
খোন্থাং পুবা মহাক্না নোংদোন্থক্তা হুমখরে
রাঘবগী মপাওখোল চীংলেন কৈলাস মগাইতম
মোমোন নোকচৈ ইন্দ্ররাজ; মালংবনা খুদক্তা
খঙোন খোংহাই থুখিবা খোন্থাং অথু ভাখরে,
চীংনিংথৌগী মমোম্নোই, নুঙাই মরাং ঈহৌনা
'নিংজ-থুংলো' হায়নদি কুবিখরে পলেমনা।
উরে অয়ুক লাইরেম্বি নোংপোকচীংলেন উদয়া
খোইরুম চিন্বান খেলৈ কাং; আহাঃ লাইমা মমাল্লি,
মম্ল' থম্মোই নুংদদি আশাই মৈরি ঙানহম্না,
অরাই মৈথু মাংহনবি! চেক্লাশিংনা চাকখাইরে
লৈকোম্নুংদা ঙংলরে খোইমুনহা খ্বাংনৌশিং;

খোইরুম চিন্বান খেলৈ-কাং— মোমোম্নোকচনা

মাইকৈ মরি কোই' পাইরে লৈহিতনা হিংজবা ;
খোংথাং কাইদ থাংতুনা তাংলৌ অহিং খোংশাল্লে
থরান্মিচাক মপৈগা ; লাইবক্তা অযুক লাইরেম্বা,
থরান্মিচাক অমত্তু তোমথিন্ননা মঙাল্লি
থরান্মিচাক চাম-শক মঙান মশোং চাগুরবা !
ঙানগুম শম্লাং শমজিরৈ থরান'মঙান তনৌই !
অথোই' রক্ষঃ য়েংতুনা মেল্লকইনে রাঘব ;—
"চোকশিনবিনি, মরুপ্লোই ! তাংল'রত্নরাম ঐগী
ভিখারী রাম্না শিন্নজে নফম রথি লালহৈবা !
হেন্না হায়বৈ তোংদেদো— শিব-চংবা ঐহাক্কী
শিন্নজরে নখুত্তা ঙসি নোংদা ঐহাক্না !"
লীশুহৈবদা থেমজিঞ্জে বিভীষণদি অকনবা ;—
"দেবতাশিংনা চাল্লবা রঘুমণি নহাকনি !
কনা কীবিরিবনো, প্রভূ ! শোয়দনা হাৎকনি !
লানদা অকন লক্ষ্মণনা অথৌ মেঘনাদবু !"
খুরুম্ল' রঘুই খুয়াদা সৌমিত্রিদো খোংশাল্লে
মরুপ বিভীষণগবু। শুক্ল' নোংগী মপৈনা
কুপকুম লৈচিল্লা চিংদোন্দি ইনুং মথোং তৈবকাল।
উহন্দবা মতৌদা লঙ্কা পাংলে অনিদো।

---

লৈহিতনা হিংজবা—খোইমুনি, মখোয়দি লৈহি নত্তনা হিংজবা ঙমদে।

ঙানগুম শম্লাং শমজিরৈ— মুপীশিংগী শমজিদা থেৎলিবা লৈরাংগী মতৌবু থরান্মিচাক অতুনা ওইরি !

থম্বাল তাংবন ঙম্বাল্লাং লেংশিল্লিবা কমলাই-কা
রক্ষোরাজ লক্ষ্মীনা রক্ষোবধুই ফীজেৎতা,
মায়াদেবীদো চংলক্লে সনাই মন্দির শুংসিদা।
উবা নোক্লা মেল্লকই, রমা, কেশব থাগোনবি ;
"মহাদেবি করিগী খোংহাইরকপা হৌজিক্লে
ঐগী ইগাইতম্লবু ? হায়য়ু করি' রঙ্গিণি ?
খুমজে খোইরুম্লোক্লবু, মায়া, শক্তিগী মবেম্মা,
"লাইজ ঈপাক শংবানবৈ মমোম হঞ্জিন্বিরোনে
নঙান নংগী ঙসিদি, চংলক্লনি শোয়দনা
সনা লঙ্কা ষুংসিদা ; লাইগী শকপান সৌমিত্রি
রথীরক্তে লমথোইবা, মাংহল্লনি অকনবা,
সদাশিবৈ য়াথংনা, নিকুম্ভিলা যজ্ঞশংদা
নাপন কাবা মেঘনাদ—প্রলয়-মৈবী পান্দম্বা।
মঙান নংগী অরাব্দা, মঙানফবী ; মতিক্লা
কনানা য়েক্ল' ব্রাখস্তৌ, চংশিন্দোবা নগরন্নুং ?
থৌজান্বিরো, হে দেবি, রাঘববু নহাকনা
নোঙ্গরেদো নখুয়া ! কনবিয়ু, বর পীবিজুনা,
ধর্ম্ম লমদাংজবা রাম, মাধবগী চান্নরোই।"
অরা' নিংশা শাংন-হোন হায়বিরকই ইন্দিরা ;
"কনাই মতিক লৈবনো নয়াথংবু হিক্তোকপা
নিংজফমও তাইবংনা ! অহুবু নিংশিংলুবদা
রাকমশিংদো লোইনমক থক্লাই ঐগী ষুংহিকচৈ

মাংলে, কন্নাদনোকো লুনা পূজা কচ্চবা
রক্ষঃ শাগৈ লন ওইবা ! নেমগে দেবি ! ইঙান্সে ;
নোংদম খোংকম কনানা খংজববু ভমগবা ?
তস্মু সৌমিত্রিগী-কা চংজরোনে নগরন্নুং
থুকনাইদনা মথম্মোই। পেন্না পিরে ঐনা বর,
হাংননবা লানফম্নুং শুমিত্রাই পান্নী অকন'না
য়েক্ক-ভম্বা অথোবা মন্দোদরীই মচাবু।"
নোংচুপ খোংলেন্তম্মক্রে কেশব থাগোম্নজবী
নিংথিবীদো, পান্দম্নি, কোয়ৌ মশেক হেম্ব-কাল,
শিঙেঙল নৈকা ফজবী, ঈন্নুংলিক্লা চাজনা।
লেংলক্রেনে রঙ্গিনী, মাহামায়া লোইননা।
চংবি লক্ত কংখরে তোইখরেনে মঙ্গল ঘট,
মালেম লাইজ ঈ-তুংদ্রে। ভাঙ্রান থুয়াথাদ্রুদা
মঙাল মপৈ চুপশিনখ্রে, পন্দনবু মরম্নাই,
পান্দম্মকনি, অহিংনা মমৈ ব্রাইরক মতাংদা
থাজ মঙাল পুন্নমক কোয়ৌ মশেক্তা চুপখিবা!
মমি শামখ্রে লঙ্কাদি, মাংখ্রবদা, ওস্থোকই!
মতোক্তা মণি নৈতেংবা, তাংজলীনগী পাংখক্লি।
লুম্ন খোম্ফমদা লাপ্তক্লা ভংলক্রেদো থিন্দনা
নোংখোং ফবা নোংশিংনা, নোংলেন খিক্লিন্নহুনা
নোংদোম্মানা তেংথারে; সমুদ্রস্থ ঈহৌরে

কোয়ৌ মশেক হেনব-কাল — নোংঙাল্লকপা মতম। রঙ্গিণী—লক্ষ্মী।

সমুদ্রগী মবুংঙো ; নিকখে ; মালেম ৱাখে
হে রক্ষ মপুয়াই, নংবু অস্নুক ৱাবেকো,
নংদি তাইবং লৈতেংনি, সনানা লৈফম ওইজবী !
চেকপন্থক্কে অনিনা উরে ইলাপ লাপতনা
লাইগী শকথোং সৌমিত্রি, লৈচিন পাবা থাংলবা
কোরৌ হনবৈ পান্দমগুম, নত্রগনা খাম্বীনি
মৈখু মন্না থাংলবা। তুংইল্লকপা বিভীষণ
মৈরোইনবা মালংগুম—তমথিরবা লাম্ফমদা।
ঙসি কনানা ঙাকপিনি, মাংলে রক্ষে থাজফম
ৱাবণগীদি মপারী ! শুক্র বনগী মনুংদা
শজি মাবু উবদা পাম্বা শারাক তম্বনা
মোংশোংনুংদা লোৎপগুম, তাঞ্জা মাগী ফংনঙাই ;
নত্র' লাইজ ঈরোন্নুং ঈরু শান্দেংলিববু
লাপতরুবুদি উবদা কুম্ভিরনা চেনশিনগুম—
লোন্ন' করি উহন্দ যমগী চক্র পান্দম্না,
চেনশিল্লক্লে কুম্ভির ; উহন্দ লক্ষ্মণ অখোবা,
হাৎকে হিংচাবসিবু, বিভীষণ মরুপ লোইননা,
খোংহাই লাইমা থুরকই। ৱাখিবনা শদৌথোং,
বিদায় তৌরে মায়াবু, মাগী মন্দির তমখরে
নিংখিজবী ইন্দিরা। কপখি মাধব চান্নবী।
বসুন্ধরাদি হরাওনা মিংলুই লাইজ শিন্থরে—
কোঙ্গেংনুংদা চ্যেকশিন্না হে নোংথাংগুম্লিবী

নংগী মিশ্নাই পিরাং-তা, তাংলমুক্তা ওইবগুম
স্বাতী কৌবী মহাক্না নোংদোন হেন্না থোকপদা
কল্ল' মায়াই মতিক্কে কংশিল্লে নগর অকন-নি।
সৌমিত্রিনা শোক'তদা হাংদোকইনে থোংজাওদো
খোন্থোক্না বজ্র খোম্থাংদা, 'তুবু কনাই নাকোংদা
খোঞ্জেল অদো চংখিবা? মাংলে! রক্ষরথীশিং
মায়াগীদি লৌনম্না ঙম্না মমিৎ তাংখ্রবোই
কনা উঙমখিদরে। ফত্র'যমতুত পান্দম্বা
য়েক্ক-অনি, অত্তুবু শিঙেঙল লৈরাং মপৈলক
তাংজ মাদি তুপুবা চংশিনখরে হৈ-শিংনা।
ঙক্ক' রামগী মশানৌ য়েংখি মাইকৈ মরিদা
থোংদা চতুরঙ্গবল ;—শামুদা শামু শং তোংবনি,
শগোন্দা শগোল তোংবশিং দোলাইদনা রথীশিং
মালেমদা যমগী তুতকুম্বা থোংমীমরূপশিংতুনি—
মশক উব্দা কীখ্রব, মতিক থৌনা লমথোইবা,
ঙমফত্রবা লাম্ফমদা। প্রলয় মৈবী পান্দমগুম
মঙান লাইমা ঙান্নদি হাইগৎলিনে নোংদোম্বক।

---

কোঙ্গেংঙ্গুংদা……নোংদোন হেন্না থোকপদা—হায়নবা লৈ. স্বাতী কৌবী—থরাম্মিচাক্না থেকপা মতমদা সমুদ্রগী কোঙ্গেংদা নোংগী ঈশিংনা চংহল্লি, মত্নদগী মুক্তা পোকই।

চতুরঙ্গবল— শামু তোংবা, শগোল তোংবা, দোলাই তোংবা অমদি খোংমী, হায়রিবা মথলগী তেঙ্গোল মরিবু চতুরঙ্গবল, হায়না কৌই।

য়েংবদ্না কীবা অকন্বা খাম্বী মৈগা পাংখকপা
বিরূপাক্ষ অথোইবা প্রক্ষে্ব‌ড়নবু খুৎশুবা,
সনা পুমহৈ দোলাইতোং কোনাগুম্না ৱাংলবা
তালজঙ্ঘ অকনবা— গদাশুবা, মমাল্লি
মুর-অরি কৌবদা ; শামু শয়াং থকতনা
কালনেমি কৌবনি, মতিক মথৌনাদনা
য়েরুশিংগী যম অকনবা ; লাক্ষমদম্ব হৈ-শি·বা,
চিক্ষুর কৌবা হিংচাবা যক্ষপতি গুন্নবা ,—
অতৈ অতৈ অকনবা, দেব-দৈত্য মীওইবা
নিরুত্থনতা লাক্লবা ! তপ্না তপ্না অনিনা
চংলকপনি তুমিন্না নাক-য়েৎ য়েংঙি সৌমিত্রি
সনা শঙ্গাই চাম-চাম্মা মন্দির দোলান পরেংনি।
লৈকোল, পুখ্রি, ঈশিং পেরে, শগোল্সংদা শগোন্না,
শামুশংদা শামুশিং, দোলাইমশীং থীঙমদে
মৈরাশকপা মঙান্না ; জগোইশংলেন খুৎলাইশং,
রত্ন ঙাক্তা থান্নবা, আহা ! মাল্লি লাইরৈবাক !—
সনা লঙ্কাই বৈভবশিং শিংথাগনি কনানা
দৈত্য শাগৈ ঐশ্বর্য্য, কল্লক নত্রা দেবতা ?
কনানা মশীং থিঙল্লি সমুদ্রগী রত্নশিং
নোংদোন থৱান্মিচাকশিং, নোংদোম্থক্তা থোক্লিবা ?

---

প্রক্ষে্ব‌ড়ন—খুৎলাই মথল অমনি। মুর-অরি—মুরগী য়েরুবা, হায়বদি নারায়ণ। ঐশ্বর্য্য— মপুথোকপা, সম্পত্তি, লন, অণিমা, লঘিমা ;— ব্যাপ্তি, প্রাকাম্য, মহিমা, ঈশিত্ব, কামাবসায়িতা ;— শক্তি নিপাল অসিমক ঐশ্বর্য্যনি।

সহর ময়াইদা অখোঁবা য়েংশিনখিনে ঙুংঙাইনা
সনা কোন্থংদা রক্ষোরাজ। ঙাল্লি পরেং পরেংদি
হীরাই স্নাই যুম্বীশিং নোংদোন খেৎপা সঙ্গাইশিং
লোইবী মাদি স্নাগী চাংদোন্না নোংদোক্তেমশিংগুম
শামু ময়াই মঙাম্নে সনাই মঙানগা ঈরোইনা
লংলি থোংনাও, থোংজাওশিং মিৎপু ঈইং ঈংহন্না,
উল্লেন মপৈ মথক্তা অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্কুম।
ইঙক ঙক্না য়েংলিদো মতিক লৈবা সৌমিত্রি,
মরূপ বিভীষণবু-য়েং মেল্লকইদো অথোবা—
"নিংথৌরেনশিং মনুংদৈ লাইবক কৈনে নয়াম্বুং,
রক্ষ: লক্তে অথোইবা, মতিক তাংডি তাইবংদা
অসিগুম্বা বিভবপু আহা! কনাই লৈবা মালেম্নুং ?"
অরানিংশা ফুইনা হোন খুমজরকই অকনবা
বিভীষণবু কৌরবা ;— তাকপি' চুম্মী শূরমণি !
অসিগুম্বা বিভবপু, চুম্মী লৈতে তাইবংদা !
'হুবু কুইদৌ নত্রেদো' কনাই করি, সংসারন্থং !
অমা চৎখ্রে' অমা লাক, জগৎ মাগী মনাৎনি,
সমুদ্রগী ঈথক্কুম ! লেংলো পল্লগন্থসি
অথোই' রথী পাংবিসি নথৌ, মেঘ হাত্তুনা,
উখি লক্ষ্মণ অকনবা পুখি্র চাংদোন মথক্তা
সনাই পুল্লাং থ্বাংদা-য়েপ চিন্বান কাঙ্গাং নোক্রিব।

---

বিভব— সম্পত্তি, ( মাগীনি হায়না হেক লৈরিবশিং )

ঈনুং মথোং তৈবনা লাইজ পুথি, ঈপাক য়াই,
শিঙেঙস্থম্বাল শাংকাইরি ! অমরোমদা রথীশিং
চেম্বোরকপা কীথরে ; খোংমী' শাফী লাম্ফী-শেৎ
মোল্লাং তাইখাং থাদোক্লি, কনানা শৃঙ্গ থিঙ্গাম্না
নিদ্রা মাবু খামজরি ; শগোল্সাপোং হাপকৎলি
শগোল্সেনবা কাংবুনা ; ঙংলি শামু অঙাওবা
মুদগর চৈজা নম্বোন্বা ; ফীগে ফীনা পুম্নকুপ
য়াল্লি পরেং মুকুতা ; শাথোবনা থাঙ্গৎলি
খুৎলাই মখল মখন্দি, দোলাইদা স্নাই ফীরান্থেৎ।
সঙ্গাই খুদিং নিল্লিদো য়াকাইরোনগী যন্ত্রশিং ;
আহাঃ পুক্লিং শুন্মংখে ; বঙ্গ য়ুমথোং খুদিংদা
লাইগী উৎসব হুমিন্তা থিনবা যন্ত্রে খোম্থাংগুম ;
দেবতাশিংনা মালেমদা খোংদাবিরক মতাংদা
পূজা কৎকৃম রমেশকী ! লৈরাং কয়া হেক্লগা,
লৈরাংজবী মালিনী চৎলি মফম অমদনা ;
সুংশিহল্লি লম্বীদো মক্ত লৈরাং মনম্না
ঙাল্লিদো মতুনা মাইকৈ মরি ইঙান-ঙান,
শিঙেঙল্লৈরাং মতারোই উষারাণী মতোগুম।
কদাইদনা পুরিদো শঙ্গোম অফম অনৌবা,
নোমজেল চেল্লি লুম্ন-পু ; নিম্বা অশুম হেল্লক্লে,
য়াকাইরক্লে কোন্নুংদা পুরবাসী মরাং-হৌ।
হায়রি কনা', "চথোকউ, কাখৎহৌগে চেকপন্দা।

ফম্ফম য়েংফম লৈহৌরোই মতাং তাঞ্জা চাদ্রগা,
ভক্ল' লাম্ফম য়েংনবা। ইমিৎ অসে ইংজনি
উজরগা ভসিসে মপান্নী মথং খনবনা
হুয়েল্লানগী শেমশাবা, অতৈ লাল্লোইতাম্বশিং।
খুম্মী কনানা নাপন-কা,—করিগীনো, হায়য়ুনে
চেকপন্থক্তা কাদৌবু? মিৎকুপ ফারোই রাম্মাবু
লক্ষ্মণ মনাও লোইননা হাৎপা মথং খনবনা,
মাগী তেনজিন কনানো খাংভম্বসে মালেম্লুং?
চাকথেকথনি য়েক্লশিং, মকংফবা চরোৎকুম
চাক্লুম থাম্বী লম্মৈনা, য়েক্ল ভম্বা মহাক্কী
চৈহক্লবা চৈফুনা দণ্ডি পীনি বিভীষণ,
মতোল মাগী তোল্লবা হাওনা পরৈ তুংবুন্না।
নিংথৌ মনা ফংনবৈ শোয়দে লাক্লগনিদো
লানভম্বদো সভাতম; চৎলো সভা তমসিনে।"
তাখিবা কয়া অকনবা, উখিবশিং অপুম্বা,
কবিনা ক্রম শিংথানি? থম্মোইম্নুংদা-নোক্লদি;
লাইশক মানবা, লাইগুম্বা দেবাস্ত্র খুৎশুনা
চৎলকইনে মিংনাইবা, লাল্লোই বিভীষণবু-পু;
নিকুম্ভিলা যজ্ঞশং নিংথিজরি, লাপতরে।

মপান্নী মথংখনবনা—মচাইবুংঙো যুবরাজনা, উষারাণী—অম্লুক লাইরেম্বী।
নিকুম্ভিলা—লঙ্কাগী মন্নুংদা লৈবা গুহা অমনি, মফম অসিদা মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎনা যজ্ঞ তৌরগা বর ফংদুনা লানগী যাত্রা তৌই। দেবী অমগী মিংম্নু নিকুম্ভিলা কৌই। "দেবী নিকুম্ভিলা-পাশে করিব নর্ত্তণ" (রামায়ণ)

কুশাসন্দা ফম মেঘ, পূজা কংলি ইষ্টদেব
চিক্রা ; মুগা ফৈজোম শেৎ, নমথোং চরৈ মুগানি
চন্দন ফোটা লাইবক্তা, লৈরাং পরেংনা ওক্সমদা।
ধূপ কম্বীদা ধূপ থারি, চাক্লি মাইকৈ মরিদা,
মন্ত্রনা শেংল' ঘী থাংমৈ ; লৈরাং মপৈ মপৈনি,
গণ্ডাই মচিনা শাখুবা কুশি তামি থক্কোক্লি
জাহ্নবীগী লাইজনা ; পাম্লুম মাংহনবিরিবা
নংগী লাইজ জাহ্নবি। নাক্তা সনাই শরিক লৈ,
পূজাই পোৎলম কয়া লৈ, সনাই পাত্রদা থেন্দুনা ;
থোং পৌরোন চেংনা থাই, মদোম কম্লি লাইহ্লেবা ;
তোপতা লুপ্পা চন্দ্রচূড় পান্দমগুম্না—যোগীন্দ্র
হে কৈলাস কৌবচীং নংগী অথাং' চীংদোন্দা !
চরাম্নবা পাম্ব কৈ, শঙ্গোন শংয়া তমাশনগুম,
যম তুৎকুম পাঙ্গনবা লক্ষ্মণ কোবা চংশিল্লে
মায়াই পাঙ্গন্না মন্দির। থাংনা ক্রেক্কাক থা থুম্লুং,
তেন্দোং চুঙ্গোই তরুবা খোঙ্হোক মনিম্নচাওই ;
তোইনা নিকখে মন্দির অকম্বগী খোংফমদা।
তওক, উইশিল্লিবমিং পাংলক্লেদো রাবণি।
মাংদা উরে অকনবা, লাইগী শকপান' রথীদো—
মঙাম্না সুমিৎ চপ য়ুংগী মঙানঙাম্বা কোরৌগুম !
মফম নিপান লৈদ-পক অকনবদো মথুৎলোন
হায়জৈ "হে কোরৌহন, ওসি পুংফম ফবদা

ননাইনা পূজা কৎলুবোই, মরমঙ্গুনা হে প্রভু,
নংনা খোংদাবিন্থুনা লঙ্কা শেংহনবিররে।
'হুবু করি মরমগী মঙানফবা, তাকপিসি,
লেংবিরকপ্রা শকপাল্লৌ রক্ষঃ শাগৈ য়েক্লবা
লক্ষ্মণ কৌবা মী ওইবৈ, তোল্লবধু চানবিগে ?
মসিবু করি লীলানো নংগী, মঙানপুবও ?'
অমুক হন্না অকনবা মালেম পক্লা থুরুমলে।
থুশ্মী অথৌ' নাপন-কা, দাশরথি শাওনবু;—
"নত্তে, কোরৌহনবা-ঐ য়েংঙু মুন্না রাবণি ;
লক্ষ্মণ ঐগী ইমিংলেন, রঘু শাগৈদা ফুইজবা !
হাৎননবা, 'কন নোংশা, নংগা লাম্বা য়াহুনা
লাক্লিবনি ঐসিদা, লাম্বা পীরো পল্লম্ !"
খংহৌদনা লম্বীদা উরবদা মতোক ফন
তাংজ লীন্দি হু পুবা, মীপাইবনা নাওশোনগুম
লমদাংবনা, য়েংঙকই অকম্বদো লক্ষ্মণ-তম।
থুকচখিদো ঙসিদি থুকল্লবা মথমমোই !
খাংঙমদবা মৈশা-ফুং য়োৎতুম মহি চেনগুম্না,
রাহুনা উম'দা কোরৌহন খংহৌদনা মমথিগুম !
সমুদ্রগী নিংথৌনা কালেন কুমগাংহনবগুম।

---

রাবণি= রাবণনা পোকপা (ইন্দ্রজিৎ)

লমদাংবনা=লম্বী চৎপনা।

সমুদ্রগী নিংথৌনা— বরুণ দেবনা।

লৌনম তৌনা কলিনা চংগুম নলগী মহকচাং !
ঙক্লা হায়ৃগি অথৌবা, "তশেংলবা নহাক্নে,
রামগী মনাও, হায়য়ুনে, রথী করি লৌনম্না
চংবা ঙসি রক্ষঃপুর ! চামা চামা হিংচাবা
যক্ষপতিনা নিকচবা, কীর' খুংলাই খুংগুবা,
নগর থোং ঙাক্লিনে ; লোইবী চীং পান্দম্বা
রাংল' কোম্মুং চেকপন্সিং, চেকপন পন্থক অত্তুদা
কোইরি হঙ্গংহন্দাদি অযুত যোদ্ধা পাঙ্গনবা ;
করি মায়ানা হায়য়ুনে মখোয় পুম্বা শুন্দ্রংপা ?
মীওইস্নুংদা নাওপম্বা, লাই শাগৈদা নাওতম্বা,
কনা লৈরি রথীবু ঙসি মালংপানসিদা
মদোম মাইথিই পীঙম্বা রক্ষঃ কাংলুপ অসিবু ?
অসিগুম্বা লৌনম্বু ননাইদা করি তৌবিরি,
হায়বিয়ু মহু ননাইদা. চাবা মাথোক্তবও ?
নংগী করি কুম্মেনো কয়ামুক্তি মুংঙাইবা ?
হুকচাং পোলাং য়াওদবা নত্তনবু হে দেব !
সৌমিত্রিনা করম্না মন্দিরস্নুংদা চংঙম্নি ?
য়েংবিয়ুদো হৌজিকস্থু থোংগী পৌরোন মথারি ।
বর, প্রভূ পীনরো ননাই ওইবৈ ইকাদা,
লঙ্কাই চিংন' কোকহনগে রাঘববু হাংলগ ।

---

চাবা মাথোক্তবও—চাবা মাথোক্তবা, হায়বদি মৈকৌবা লাইবুনি, মোদ পুন্নমক চাকই ।

ওসি তানগে লাপ্নদি কিষ্কিন্ধ্যাই মপুদো,
হাওনা চরৈ তুংবুল্লাক পুরক্লগা বিভীষণ
নিংথৌ সনা খুয়া-খা কৎকে রাজদ্রোহীদো।
তো, অসে তাবিসি খোংলি মাইকৈ মরিদা
শৃঙ্গ, মখোল হৌনদি শৃঙ্গ খোংবা মরুপনা!
ননাই খোংহাই থিল্লবা রক্ষঃসেনা কাইখ্ৰনি,
বিদায় পীরো নচাবু চৎচখ্ৰগে পন্দনা!"
খুম্মী লাইগী শকপাঙ্বা সৌমিত্রিও নোংশানা,
যমনি ঐহাক নহাক্কী; হাই ফত্র' রাবণ-চা!
মালেম থেমজা লৈতৌডৈ, তাংজনা চিক্ল মপুন্সি
তেন্নৈ মীওই' কয়ানা, মতম পুম'দা মথোই কা;
দেবতাগী মতিক্লা কঞ্জে নতিক নহাকনা,
অতুম ওইনা অপংবা, থওইদেনে তত্তনা,
লাইগী মরুপ পূম্ববু! ওসিদি নহাক মাংলনি!
দেবতাগী য়াথংদৈ লাম্বাগে লাক্লি ঐহাক্লা!"
অসি হায়না অকন্বা থাংশাং তাপ-তা মশংলি
থোইনা হেন্না কীরবা! মিৎপু ইথক থকহন্না
প্রলয় থাম্বী মডানগুম নিংথিজখ্ৰে থাংশাংদো
হায়রকইনে রাবণি,—"তশেংমক্ত ওইরবা
রামগী মনাও নহাক্লা, পাম্বোম কম্বা হে লক্ষ্মণ;
লাম্বাম্লবা নহাক্লা শোইদনা ননিং থুংগনি
অকন লাম্বাপানি-ঐ; কদৌডৈদা মাইওনখি

লান্দ-পাম্বা ইন্দ্রজিৎ? অতিথিগী সেবাসে
পেন্না, লৌখো, কপ্লোইবা, অহাম্বদা ইফমদৈ—
নংনি হিংচাই য়েক্লবা, 'তুবু হৌজিক্তি অতিথি।
অকন' শাজৎ চংলি-ঐ। খুৎলাই পাইদ' য়েক্লবা,
নত্তে রথীমরুপকী লমচৎ, খুৎলাই থাবদি।
চংনলোন্সে, অথৌবা, খংনদবা নত্তেনে,
ক্ষত্রিয় নংনি, নকাদা, করি হেন্না তাক্ল-ঙাই।
নোংলেন্নোংখোং তম্বগুম লাওরকইদো সৌমিত্রি,
কৈফকৈরাং লাংনুংদা থুরবা পাম্ব কৈদৌঙৈ—
শাদাম্বা কনা থাদোকখি? হাৎকনিদো হোজিমক,
'পংবা, নংদি 'তুমক্লি! হিংচাশাগৈ পোকপ-ও!
ক্ষত্রধর্ম্ম; নফমদা, পাপি করি ঙাক্কনি?
য়েক্ল'য়াইবী লৌবদি লৌ'ঙাই লৌশিং লোগনি।"
হায়খি ইন্দ্রঙম্বনা (অভিমন্যুপান্দমগুম উবা অথৌ
তরেৎতি, মৈঙাং ইকপা য়োংকুম-শাও)
ক্ষত্র শাগৈ চোপ্পঙাই, তোল্লি লাইমা তোল্লিদা
নংসে লক্ষ্মণ ইকাইদে। ক্ষত্রিয় সমাজমন্নুংগী
রথী মরুপশিংনদি মনাকোংশিং মেম্ননি,
নমিং তাবা তুকৃচনা। হুরানবগুম নহাকনা
চংশিল্লক্লে মন্দির-মুং। হুরানবগা পাংখকওই
শাস্তি পীনা মাংহনগে নংধু হৌজিক থিন্দনা!

লৌ'ঙাই লৌশিং লোগনি—হেক তোবা য়াবা লৌশিং তোগনি

গরুড়গী মহুমদা তাংজা মানা চংলুবা
হন্নব্রনে কদৌঙৈ মথুন্তম্না ফত্রবা ?
নংবু ফত্র'কনানা সিদা পুবিরক'নোকো ?"
মিংকুপ্পবু নংহৌদে খুতুম য়োঙুক্ররবা
হাইথরকই ঙং-লাওনা লক্ষ্মণ লব্রাই কোরেম্ব্ক !
সৈদ-তুবে অকনবা, অহক চৈথা অসিদা,
তু গুম-তলা পামেন-উ অঙাও'খঙ্গোন শউমদা
প্রেক প্রেক্রনা-শউমচাও। দেবাস্ত্র ঝন ঝনখিং
কন্ন' মালেম য়ুঙা-হা চেকপন মানা নিংখাইগুম।
ঈখেং হক্তে ঈরি তাই। থিন্দে তাপতা মপাইরৈ
লাইগী থাংশাং ইন্দ্রজিৎ ;—ঙমদে মতু থাঙ্গংপা।
লীরুং' লীতোন চিংঙুইনে, লক্ষ্মণ খুৎতা পাইরিবা
চুঙ্গাই চুংলেল্লৌথোক্রুই; মতিক্কা মহৈ য়ান্দরে,
থৌরাং অদো থৌবাংদ্রে। শমুই নাতান চিংলুগুম
চীংগী চীংদোল্লায়ুগুম, লেম্লে তেন্দোং লাম্লুমন
অকন্থৌ-ও ! মায়াগী মায়াবু কনা খংঙম্নি
তাইবং মালং পানসিদা ! থোংজিন্তম্না য়েংঙকই।
অশাও খোইদৌ থিৎচনা। ঙকচাননা অকন্বা
উখংদো মাংমক্তা বীর'তাবাক খুত্তা শু ;
ধূমকেতু শকপানবা মতোন'বুংঙো বিভীষণ—
হুয়েল্লানগী লানফমদা মতিক মাগী কীরবা !

ঈখেং ইরি হেক্ত তাই—হকচাংদগী ঈ তাই।

"হৌজিক্তদা" হায়দোকখি ব্রানা য়েরু-ঙম্বনা
"খংলে করম খোংহাইরক' চংশিল্লকপা লক্ষ্মণনা
রক্ষঃ কোম্নুং অসিদা। ওম্থোকই ইতোন ইবুংঙো
মতিকচাবা থৌরাংলা থৌরাং অসে নহাক্কী ?
সতী মাদি নিকষা নংবু পোকপী পলেমনি,
ঈতিম্নবা নয়াম্নুং রক্ষঃলক্তে লমথোইবা
শূলিশূবা মহাদেব পাংথক' কুম্ভকর্ণনি।
ময়াম্বগী মপারী মাস্থ ইন্দ্র ঙমজবা !
নয়ুম থোংজিল্ল'ধীবু ইতোন্না তাক্লে হুরান'দা ?
চণ্ডাল পুরক'ফক্কাল্লে নিংথৌ সঙ্গাই শংলেন্দা ?
অতুম ওইনা নফম্নাং, নচা মিচৈ থিজরোই,
গুরুজননি নহাক্তি পনথৌমকপা মাননবা।
নচাইলন্বী থাবিরো খুৎলাই শংজিন্তমজগে'
রামগী মনাও অসিবু অশি-থোংজিন থাহ্নবা
সনালাক্কাই মিংচৎ-থি' ঙসি মুৎকে নপারী।"

খুমদোরকই বিভীষণ ঃ—"অরেম্বদা খঞ্জবা
লৌশিং চাওবা ! ঐহাক্তি রামচন্দ্রে মনাইনি ;
কম্না মাগী মাইয়োক-থৌ 'পাংগবনো নব্রা-লৌ।"
হায়জৈ ব্রানা রাবণি ;—ইতোন নংবু মুংশিবা
নপাও তাবঃ শিনিংলে, রামগী মনাই নহাকপো ?
কম্না মাইথোং তোনগা-কাং ব্রাফমত্থু তাকপিবা
ইতোন ইবুংঙো তাকপিসি মরম অদো ননাইদা।

থেংগীরম্বা থাজবু নোংদম্বনা হরগী
লাইবক খৈলৈ মতা-ফ ; লৈদ-হিকথহুন্দুনা
থাজ মাবু ওম্থোইনা থাঙহল্লদ্রা উফুঙ্ক ?
হে লাল্লোই অথোইবাও করম্নবু কাওখিবা
নহাক অসে কনানো ? পোকপা করম্' শাগৈদা ?
তোল্ল' রামসে কনানো ? লুর' লাইজ্ঞ পুখি্দা
ঙাম্নু কাঙভা শান্নজৈ থম্বাল-বনগী মঙ্গুংদা ;
চৎলুব্রনে কদোঊভৈ, প্রভু লৈনাংতারবা,
লাইজ' কংগী তুংনফম ? নোংশা মাদি শানিংথৌ
কদোঊভৈদা, অকনবা, কৌনবগে লমহুইবু
মরুপ্পান্দম ওইনদি ? পংজ' নচা ঐহাক্লি ;
হেন্না শিংবা ইতোম্লি, ব্রাফমগী ব্রাম্নী কাংনঙাই
করি লৈবা নখোং-খা ? মীনি পুকচেল পিক্লবা,
অথোবা ও, লক্ষ্মণসে ; নত্র'দবু করিগী
খুংলাই য়াওদৈ মফমদা হুয়েল্লান্সিংনরনি ?
তাকপিসি মহারথি-ও, মতোরনে মসিবু
মহারথিগী হৌনশা ? লঙ্কানুংগী অঙাংফাও
নোক্লি ব্রাসি তাবদি ! নচাই লম্বী থাবীরো ;
তম্না লাক্লি হৌজিকমক য়েংসি ঙসি করম্বা
দেবতাগী মতিক্লা মাইথিহল্লি ঐহাকপু
পুকচেলফত্ত, লক্ষ্মণনা ? দেব দৈত্য মীওইবা

হরগী— মহাদেবগী

লাম্বা পাবা উবিখে, রক্ষ শাগে অথোইবা,
লাকওমদ্রবা নচাগা! করি য়েংনা কীগৌনি
ননাই ওইবা নপারী, শোল্ল' মীওইবসিবু?
নিকুম্ভিলা যজ্ঞশং ঈকাইদনা চংলকপা
নাপল্লা ময়াই কাহুনা; য়াথংপীনৌ নচাদা—
শাস্তি পীগে নরাধম। পোক্লফমও নহাক্কী
ইতোন 'বুংঙো, খোংদারে নারকশিংলক্লচানা!
ওন্থোকপনি বিধাতা, নন্দন কাননংদবু
লমচং নাইদ্র দৈত্তানা? শাংল' শিংঙেঙন্থমান্দা
তিল্লা মহুম শারবা? তাকপীয়ুনে ইতোন-ও
অস্থুক মাইথিবসিবু করম খাংনি নচানা,—
মপারীও নয়াম্বে? করম খাংনি ইতোনস্থ?"
মহাযন্ত্রে মতিক্লা মরাই লুক্ল' তাংজগুম,
মক্লা মাইথোং লুরুক্ল খুম্মকইদো রথীরেল
রাবণগীদি মশানৌ, রাবণ পারী চিংন-য়েং;—
"নত্তে ইরান ইপারী; চৈন্থু ইফম অবেম'নং!
নংনা তৌজ' মহৈনা, মাংলে, মাংলবনিনে
সনা লঙ্কা লৈময়োন, নিংথৌ মশামকশুনি।
ভুৎস্থু পাপ লংজমন মমাই লৈপ্লে লাইশিংনা;
হৌজিক পাম্লা পূমখরে সনা লঙ্কা লৈময়োন;
প্রলয়গী মালেম মতৌগুম লূপখ্‌গনি লঙ্কাসে

নরাধম— মী মরক্তগী তোল্লবা। প্রলয় মালেম মতৌগুম—প্রলয়গী মতমদা

মাংন' ঈপাক অসিদা ; রাঘবগী থুয়াখ্রা
কনবিনবৈ চংজবা মহাক্ত্মক ঐহাক্লি !
অতোপ্পগী মরান্দে মশা মাংনিং কনানো ?"
শাওখে ইন্দ্রনা নিকচনা ! শুকখি মপাও, পান্দম্লি
নোংয়াই চবুক রাইবদা নোংদোম্বক্তা নোঙ্খাকপা
নোংলেম্মাগুম শাওন-ঙং হায়রকইনে বীরেন্দ্র,
মতিক্লদি লমথোইবা ;— ধর্ম্মে লম্বী লমদাংঙি,
রক্ষোরাজগী মশানৌ ; নংদি তাইবং শাৎপনি ;
করম ধর্ম্মে লৌথুম্নো, তাকপিয়ু নচা তাজগে,
মচিন্মনাও, মশাগৈ, জাতি ঙম্না থাদোকপা !
হায়নে শাস্ত্রদা, 'গুণচেন্বা মীরাল মীতোপ অতুনা,
'তুগা ঐগী ওইবনা মগুণ করি লৈত্রবা,
অতুম ওইনা গুণ চেন্দ' ঐগী ওইবা অতুনা
অথোইবনি ঐগীদি মথং মথং লাওরক্লি।'
শিক্ষা অসে রক্ষোবর কদাইদগী তম্মীরুই ?
অতুবুনে অরেম'দা চৈজরেনে নফম্লাং !
অস্মম্না তিম্নবদগী, হে ইতোন ইবুংঙো,
অস্মক তোনবা মতৌথু করম্না তম্মীগদোবা ?
তোল্ল'দৈ মতেং ফংলিবা, তোল্লি হেম্না ফত্তবা।"
লাক্লে সোমদা জ্ঞানবৃদ্ধি মায়াদেবী' থোঙ্খাম্না,

থি, অসি ঈশিং ঈহুংবুংদা লুপখি, অতুগুমতুনা লঙ্কাগী প্রলয় লাকপসিদনা
ালগী মশক ওইৎরিবা ঈপাক অসিদা লুপ্লগনি অসিনি।

সৌমিত্রিনা ঙংনবু লীরুং লীরি থিংলকলে।
সন্ধান তৌনা কাপ্লকলে, অকনবদো থৌর-তেন
য়েক্ল-ঙম্বা মেঘ-তম, তারকাগী-য়েক্লবা
অথোই' লীরুং তেঙ্গা-থোং তারকাদা তেন্দমগুম।
মাংলেদনা ওস্থোকই ঈখেংঈরি ( লোইবী-চীং
চীংশাদগী নোংজুথা, লাইজ ঈহুন তমথ্রকুম )
শিস্থরকপা চোংখরে, চরৈ ফীদি ফীবুং-থুং,
মালেম মাস্থ ঙাংদৈরে। রথী লক্কে অথোবা
চৈথেংসিদা তনিকখ্রে, তাপ্তা পাইখি থিন্দনা
মোইবুং, শরিক, পূজাগী পাত্রনচিং' লৈরিবা
যজ্ঞ শংলুং অহুদা, লংলে শাওনা অমমম ;
অভিমন্যু রথীনা, ল্যান্দা খুংলাই লৈত্র-কাল,
রথী তরেং তেল্লাং-চা, লংগুম অমুক চাকাদি,
স্মুক্রা কাংফৈ দোলাইগী ; করিগুমদ' অতেক-থাং,
চুঙ্গোই ফুলদি ম্লাওদ্রবা, মরোংচুংফু অতেকপা,
অফংবদো মখুৎনা। মায়ামযীগী মায়ানা,
পাম্বোম ভিংথোকপিহনা, লংথোকপিখি লাপ্নদি,
পলেম মমা ওইবীনা তাম্থোকপীগুম হুয়িংশিং
নাওশুম্লিবা মচাগী, মখুৎ থম্বাম্না হুমহুনা।
অশাও' মৈবা চিংহুনা রাবণগীবু মপারী
লক্ষ্মণ তম্লা চোংশিল্লি, হকনা ঙং-লাওনবু,

চৈবিরকপা মীশক্তম হোৎচিন্বগুম নোংশানা !
মায়াগীদি মায়ানা অকন্বদো উথরে
মাইকৈ মরি শিন্থ্ংনা কীর’ শকক্ষম থোইনবু
ঈরোইথরো খোংনেৎপা চাওর’দগু খুৎশুবা ;
শূলপাণি, তারোং-শু ; শঙ্খ, চক্র, গদানচিং
মরিনি, পাম্বোম্মরিদা, য়েংনরিদো কীনদি
লাইগী শাগৈ রথীশিং মক্ত’বিমাম্বক্তোং ;
অরা’ নিংশা থিঙ্গাম্না লেপলি অকন্বতুনা
মমি-শাম্বা, ওম্বোকই, রাহুনা উম্বা থাজগুম ।
নত্র’ নোংশা শানিংথৌ লাংনুংদবু নৈরবা ।
লীরুং থারে, থাংশৎলে, ইরংলংনা রামানুজ ;
হাইথরকপা থাংয়াম্না মিৎপু ঈথক থকহনখি !
ওম্বোকপনি মমখেদো য়েক্লওম্বা অকনবা
ইন্দ্র জৎতো, থাংয়ান্দা তুখে মালেম লৈকন্থক
ঈনা ঙাংদৈহন্দুনা ! মালেম থক থক নিকখরে
ঙংনা লাওনা সমুদ্র ঈথক মাগী ফুগৎলে ।
অকীবদি খোম্ফম্না তাইবং পানবা থল্লক্লে ।
স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালগী মী-লাই, জীব অপুম্বা
‘মাংলে’ চপ্পু মাম্নখি । সনাতাংবন ফম্বাল্লাং
সভা য়াইদা ঙাল্লিবা রক্ষনিংথৌ খংহৌদে
কোক্কী সনাই লুহুপ্পু হিকথতুনা লৈদ-তাই ;
দোলাইথকী অম্বারি য়েক্লবনা ককথৎল’

মালেম হিকথবগুম্না। ঙক্না লঙ্কাইমবুংঙো
শঙ্কর মিংলেন ফাঙ্গেনা। ওইগী মিৎলু প্রমীলাই
খংহৌদনা চোংখিদো। মশামকপু মুঙ্গাঙনা
মাংলে সতী মথুৎনা মুথৎচখি শিন্দুরদো
লাইবক খেলৈ নিংথি'দৈ। রক্ষশাগে লৈমরেন
মন্দোদরী দেবীদো মালেম হাইহৎ রাস্থখি
ইখংমক্তি খংহৌদা। পলেম তম্পাক য়াতাবা
পিক্লিবদি নাউরাশিং কপখি অরা'চৈহক্লা,
ব্রজপুরগী অঙাংশিং কপচ পান্দমহুমক্লি
মমহলকম্না ব্রজপুর চৎখ্র' শ্যাম শকহেন্বা।
লৌনম্লান্দা তুরেদো লাইশিংগীদি য়েক্লবা,
রক্ষশাগেগী লুমজবা, নীপা থোকপা মপাঙনা
হায়খি লক্ষ্মণদা অথোবা,—"অকনশাগে চিংথরে,
সুমিত্রাই-চা, নহাক্লা! তোল্লি নংসে তোল্লিনে!
রাবণ পারী ঐহাক্লি, অশি'থোংজিন কীহৌদে।
'ছুবু নংগী থাংয়ানদা শিগদৌরি ঙসিসে,
তোল্লব-ও মসিদি কাওঙমখ্রোই পুক্লিংদা।
দৈত্যশাগে লানঙম্বা ইন্দ্রমকপু লাকঙম্বা
শি-তারবা নথুত্তা? করি পাপ্না নেংদম্বা

শি-তারবা নথুত্তা?—রাবণগী মচা ইন্দ্রজিৎতি দেব-দৈত্যবু ঙম্বনি ইন্দ্রমকসু ঙম্বনি, ইন্দ্রগী মথুত্তা শিরবসু মরেম্মী, করিসু লৈত্রবা মীমচা লক্ষ্মণ নংগী নথুত্তা শিবসিদি ঐনা লাইবক থিবনি থল্লি।

সিগুম মৈচাক ননাইদা করিগীবু পীনবা,
করম্না খাংঙমগদৌবা ? অমুক করি হায়সিবা,
নখমদবু ঐহাকনা। অসি পাওদি তাবদা,
রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো, নংবু কনানা কম্বিনি
মীরক্তগী তোল্লবাও ? ঈগুংবুংগী ঈনুং-খা
লুপচখ্রকাও নংনদি চংলক্কনি অতু-তম,
নিংথৌগী অশাওবতুনা—বাড়বাগ্নি মডান-পু
লমজাও লম্মৈ পান্দম্লাক শাওনা চংশিল্লক্কনি,
নংনা নারক লোংলফাও ; খংজৌ নংবু ফন্দ্রবা !
ঙন্নোই তাংলৌ আহংনা অপং-নংবু খুমজিনবা।
দেব, দানব, মীওইবা, কনাইমতিক লৈগনি
কনবা নংবু সৌমিত্রি, রাবণগী অশাওবদগী ?
কনানা নমিং অথিবা কোকহনবিরগদগে
ভাইবঃ মালং পান্সিদা ?" অস্তুম্নদি হায়রগা
রাজনদি পুকফবা পলেম পন্থৌ অনিগী
মখোং থম্বান্থাগোল্লে নোংমল্লমদাই মতাংদা।
থোইনা খাংঙমখিদরে মতিক লৈবা অকনবা
প্রমীলাবু খনজরু ! ঈগা ঈরোইনখরে
শিন্থরকপা পীরাংনা ; ঈরি ঈখেং লেপখিদ্রে,

রাজনদি পুকফবা......কাবিনা ইন্দ্রজিৎপু পুকফবা হায়রি মহুদি—'এতেক কহি, বিষাদে সুমতি মাতৃপিতৃ পাদপদ্ম স্মরিলা অন্তিমে' সুমতিগী অর্থাদ পুকফবা হায়বনি। নোংমল্লমদাই—শিরমদাই।

মাংলে, মালেম্লেচোংখে । লঙ্কাইথম্বাল কোরৌদো
নোংচুপ চীংয়া থাখরে। খাম্বীমৈনা মুংখিগুম,
নক্ষত্রগনা কোরৌহন মঙান নেমথখিগুম্বা
অকম্বদো মালেম থক উতুপ্তাগুম লৈখরে।
মেঞ্জে রাবণ মশানৌ মিংলু লাইজ ঈপোমহৌ ;
"কীগে ফীরাং তাইখাংনা, য়াতা তম্বা নহাক্কি ;
নতিক ফবা ! মতম-পুম, করি অল্লা-মুংবংনা
হৌজিক লৈদ-লৈপক্লি ? রক্ষোরাজনা উরগা
করি হায়গবনোনে য়াতাফমসে নহাক্কী ?
মন্দোদরী, লৈমরেন রক্ষঃ শাগৈ অসিগী ?
শরৎ থাজ হেঞ্জবী নিংথিজবী প্রমীলা ?
লাইগী চন্দ্ররাশিংনা ইকাইনিঙাই মশকফম,
দিতিগী মমোম মহাক্কী লৈরিবদি মনাইশি ?
সতী মাদি নিকষা নবেঙ্কৌ-ও য়াইফবী ?
করি হায়নি রক্ষঃশিং, কোক্কী লৈতেং নক্রনে
শাগৈসিগী নহাক্কা ? হৌগৎলোদো ইবুংঙো !
নতোন ওইবা ঐহাক্কা কৌরি নংবু—বিভীষণ ;
করিগীনো তাদবা ; থক্লাইদগী হেল্লবা ?
হৌগৎলোসে, ইবুংঙো, হৌজিকমকপু হাংগনি
নংনা হায়ব্দা শঙ্গী থোং। য়ৌ- খুৎলাইশংদা য়ৌ,
সনা লঙ্কাই কলঙ্ক ঙসি মুৎলো লাক্ষমদা।
হে রক্ষঃ শাগৈগী চাওথোকচকম নংবুনে

কোরৌ য়ুংবদা ঙাইরিঙৈ কদৌঙৈদা চৎনব্রা
অস্তাচলবু তমজুনা দেব অংশুমালীনা,
তাইবং মিৎপু পেন্নবা ? অচুগবো ঙসিনোং
মতৌসিদা করিগী মিংচৎ লৈবা ! লৈদ-তাই ?
তোঃ শৃঙ্গ থিঙ্গামনঃ তাওদো নংবু কৌরিনে
ঙংলি শামু য়াপনবা খেক্লি শগোন হৌনদি
রক্ষঃ তেঙ্গোল অপূম্বা পরেং শানা লেপখরে,
লাম্ফম অকন্বসিগী ! নগরগী থোংজিন্দা
য়েরুবনা থুংলরে, য়েরু'ঙম্বা য়াকাইরো
চাওর-শাগৈ সন্মানবু ঙাক্লো মতাং অসিদা ।"

মতৌ অসুম তেংথাখি বিভীষণদি অকনবা
থোইনবুদি রাজনা । মরুপ মাগী অৱা'-উ,
শারেন্নোংশা সৌমিত্রি মেল্লকইনে মপাওদি,—
"অৱা' মৈবু মৈমুংলু, রক্ষঃ শাগৈ কোক্তোল্লে !
অরেম' অৱা পিরোইবৈ করি নৌহৌ তোংজবা !
নোংদম খোনগী তুংইন্না, ঐনা য়াইবী লৌরেদো
হুয়েল্লাম্ফম অসিদা, নরান নক্তে নংগীদি ।
চৎলো, চৎসি, লান্সং-তম, রাবীহৈবা রারন্নি
মনাই চেংলৌ উদবা । তাও মঙ্গল পুংখোন্সে
নাকোং থাঙ্গৎপিরগা লাইরৈপাক্তা অথোবা !"
তাখে রথী অথোইবা, লাইরৈপাকী পুং-শেনবু

---

অংশুমালীনা—নুমিৎনা । পিরোইবৈ—কপ্পগী ।

মংলান পান্দম্লাক্লদি পুক্লিং লাইমা হুপরে।
খোংহাই য়াংনা থোরক্লে, অনি অদো পন্দনা.
পাম্বা অমোম লৈত্রেডৈ, কৈন্নাও হাত্তোক্লুরগা
শাদাম্বনা নারোন্দা ; মতুং ন্নুংশিংমাংবু-থা
শোর-চনিং তাঙমদা চেল্লকপগুম মথ্বাই-পু ;
কৈনিংচিৎতি চৈহকপা, মচা শিরম উবদা,
খংহোদনা ফংগদ্রা অসিদগী থুককৎনা।
নত্রগনা দ্রোণ-পারী অশ্বত্থামা রথীনা
তুমখুন স্নুস্নু-জরিবা অঙাংমচা লান্সন্নুং
হাত্তোক্লুর' অহিংদা চেম্বোরকুম য়াংনদি,
অব্রা-ন্নুংঙাই মৈওম্বা, দুর্য্যোধন্না লৈব-নাক
থু-উ কাঙ্গোই কেন্দুনা, কুরু নিংথৌ কুরুক্ষেত্র
মায়াই থৌজান ফংবনা অনি কনা উঙমদা
খোংহাইরক্লে লান্সংংতম, রাঘবনা লৈব-নাক।
খুরুমজরে খুয়া-খা সৌমিত্রি-ও মীনোংশা,
মথুৎ অনি লোন্নজ' হঙ্গচ্চখি মপাঙবু ;
"চরণ থৌজান ফংজনা রঘুবংশদা শাৎপিবা,
রক্ষঃ লাম্ফম চংজবা লানঙমজরে ননাইনা ;
ইন্দ্র ঙম্বা মেঘনাদ তাইবং মালং থাখরে।"
লাইবক খেলৈ চুপ্পীনা মনাও কোম্বি ন্নুংশিনা,
পাওমেল্লকই ইবুংঙো মিৎলু পীরাং ঈপোম হৌ,
"ফংঙে সীতা ঙসিনোং নপাঙ্গন্না ইবুংঙো,

হে পাম্বোম কনব-ও ! য়াইফৈ অকন শাগৈস্লুং ।
য়াইফৈ পলেম স্নুমিত্রা ! রঘু শাগৈ তম্ফা য়াই ;
য়াইফৈ পাবুং দশরথ ; নংবু হৈরু চুপথাবা
য়াইফৈ ঐসে নয়াম্বা ! য়াইফৈ নংগী পোকৃফম
মালেম শৈশকহৌরনি । পূজা কচ্চৌ নুংশিবা
পাঙ্গন পীহৈবী দেবতা, মশাগী মপাঙ্গনদগী
শোম্থে তত্তনা মীওইবা ; দেবতাগী থৌজান্না
মীওইত্নুনা ফংনৈদো অফ' থবক্কী মহৈবু !"
অথোই' মরুপ বিভীষণ চিংন য়েংল' মেল্লকই,
থোৎচরবা মপাওদা, "ফর' ক্ষেণদা মরুপ্লোই
ঐনা নংবু ফংজরুই রক্ষঃ লৈকোইপুংসিদা ।
রাঘব শাগৈ মঙ্গলনি, নংবু রক্ষঃ ফীজেৎপা !
লৈরে মমল পীত্নুনা ঙসি রঘু শাগৈসে
নগুল্লবু গুণলৈবা ! গ্রহ নিংথৌ নুমিৎকুম
শাগৈসি' নিংথৌ নংনিদো, নফমদবু হায়জরি !
চৎলো চৎসি পুন্নমক ; কৎসি পূজা মাগীদি
য়াইফ মঙ্গল পীহৈবী শঙ্করগীদি চরণ-খা !"
শিঙেওল্লৈরাং নোংদোন্দে চাইথরক্লে লাইশিংনা
নুংঙাই ঈপাল্লাংজনা ; হরাও পুংখোল থোরক্লে,
"জয় সীতাপতি জয়" মাইকৈ মরিদা সেনাশিং,
সনা লঙ্কা মীপাইনা থোম্থাংসিনা য়াকাইখ্রে ।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা বধো কৌবা
তরুকশুবা সর্গ লোইরে ) ।

---

সর্গ অসিদা মরুওইনা ইবা রারিদি মেঘনাদপু হাৎপনা মরুওইনা ইরি । মরম অসিনা সর্গ অসিগী মমিং 'বধো' হায়না থোনবনি ।

# তরেৎশুবা সর্গ

কোরৌহনবা য়াথোক্লে, হৌজিক চীংখাংউদয়া,
থম্বাল্লেকা য়াহিপ্পা শিভেঙল থম্বাল্লাওকুইগুম,
পাংলে মিস্না থম্বান্দি পুক্লিং হরাও মথোই-কা,
মালেম তম্না য়েংলক্লে। হরাও মোমোল্লোক্চরি
শিভেঙল লৈরাং শম্নাংবী মুক্তা থোন্বী মালেমস্তু,
মঙ্গল-পুংশেল ঈহৌগুম, উৎসব নুমিৎ দেবালয়,
নুংশি খোন্থাং, ঈহোরে, নিকুঞ্জগী মনুংদা।
লূর' লাইজ ঈপান্দা শিভেঙল থম্বাল নিংথিরি
কংফান্দনা নুমিৎলৈ, প্রেমগী ঈখো মান্নবী!
ঈমুং লিক্লা চারবী শিভেঙল্লৈরাং পান্দমগুম,
সতী ওইবী প্রমীলা, মনম নুংশি লাইজনা
ঈরু শান্দেংজরেনে, ভানফম থিক্লেন নিক্লিক্লা!
শম্লাং বেণী শমলোল্লে। নিংথিজরি মুক্তাশিং,
শম্লাং শমজি শম্লক্লা, থাজ মকোই পান্দমনি।
নোংদোন নোংলক শরদ-থা! রত্নথিম্না খুজি-শি

---

উৎসব—হরাও নুংঙাইবা, লাইগী পেন্নবা ঙমজবা কংচবা। নিকুঞ্জ—উরি-রাম্বিগী-বন।

কংফান্দনা নুমিৎলৈ······থম্বালসু নুমিৎনা খোরক্লগা হরাওনা ফুগাইনা শাংলি, নুমিৎলৈস্তু অত্নমঙাই, নুমিৎ নত্তনা, লৈরাং অনি অসি শাৎপা থক তৌদে, নুমিদাংদি উমশিল্লি।

থম্মোহেরা পান্দম্বা নিংথি- পাম্বোম মতা-ফ'
পুঙমজদে মপাম্বোম, আহা, ফজৈ কন্তকনা
লাকশিন্নগুম খুজিনা। ঙক্সম তোংদম তনৌদৈ
সনা লৌকফাং পরেংদো পুজ'ঙমদে মঙমশম
থোংচ-নৌজমক্কনা। ঙকচাননা কৌজরি
বসন্ত শকমান্নরবী মতারোইদো বাসন্তী,
সতী মপাও মেল্লকই,-"করিগীনো ইতারোই
থোংঙমদ্রেনে লৈতেংশিং ? সনা লঙ্কা লৈকোইনুং
করি'তাগুম তৌরিবা মীকপ মীরাও লাপ্পবু
'মাংলেদকো' থোম্থাংগা ? ওইথং মিংলু ঐগীদি
তত্তনা চোংলি করিনো, নুংহিক্ককলে থরাইসে !
খংদ্রেদকো চান্নবি ! ওম্মোকইনে হায়ঙমদ্রে
খুদোংথিবা ঙসিসে করি থোক্লগদৌবা ?
যজ্ঞ শঙলেন য়োকদো ইথংলেনগী মকাতম,
বাসন্তীও ! খান্নুনে, লাম্ফম খোংদোই পন্নবা,
ফত্র' ঙসি কোরেংনুং অকল্লকী অথোইবা,
তম্ন থরাইমপুদা খামজবা মনাই ,পীনা
মখোং থম্বাল অনিবু চেজেং থাগোন্নজনা !"
লেপখ্রে বীণা মখোনফম, খুমজরকই মতারোই
বাসন্তীবু মিঙ্খৈবী,—"হেনগংলক্কুম তারিনে

বসন্ত শকমান্নরবী— বসন্তগী হৈ-লৈ মনম্মা মশাদা চুরী। বীণা মখোনফম-বীণাগী খোম্থাংগুম, মখোন্নুংশিবী মফম অসিদনা, প্রমীলা !

তাবির্সি স্না নাকোংনা, মীকপ-মীরাও, নিংথিবী
করম হঙ্গৎলসিগে, করি'গী মীকপ-মীরাওবা
সনা-কোম্নুং'লৈবশিং ? লেংসি খোংহাই থুরসি
দেব মন্দির তমদুনা দেবী মন্দোদরীনা
পূজা কৎফম আশুতোষ ! শা-লানগী ময়াই-কা,
রথ, রথী, কয়ানি, শগোল, শামু চৎলিনে
নিংথৌ সড়ক ফুন্নদি, ইদোম করম চচ্চনি
যজ্ঞশংলেন তমদুনা, লালগী ফীরোই থোল্লিবা
মতমপুন্নদা লানগুম্বা নবুঙেঙাগী মকাতম,
নিংথিজবী ইবেম্মা ?" অনি খোংহাইরক্লেদো
চন্দ্রচূড় শংলেন-য়ৌ, রক্ষঃ লৈমরেম্বীনা
পূজা কৎফম সদাশিব, কনবিনবা মচাবু,—
অরেম্বনি ! খোংহাইখ্রে লাংতক্লনা অনিদো।
মাইথোং খেগুম্লাংশিনখ্রে মশাইকোন্দি কৈলাস
গঙ্গা পুবা গিরিশ। অরা-নিংশা থিঙ্গাম্না
ধুর্জ্জটিনা মেল্লকই, হৈমবতী চিংন-য়েং,
"হে দেবি, থুংলেদো নংনা নিংজ' অপুম'দি,
রথীরক্তে লুচিংবা য়াইবী মাংলে ইন্দ্রজিৎ
মাংন-তাক্ল লাম্ফমদা। যজ্ঞশংদা সৌমিত্রি
পাঙ্গনবনা হাৎপিরে; মাবু মায়াই লৌনম্না।
অথোই' ভক্ত মহাক্লি রক্ষঃশাগৈ লল ওইবা,

আশুতোষ— মহাদেব, চন্দ্রচূড়— মহাদেব, ধূর্জ্জটি— মহাদেব

থাজ মাইথোংমানবিও ! মানা রারে রাজবা
ঐহাক্নিদো নুংদামদা। টিমেন তাজিন অহুম-শূ’
সতি ! উরিবরনে, ইখুৎসিদা শূরিবা,
’সিগী তাজিন চৈনাদৈ হেন্না হকপা চৈনানি
মচা শেংন-মৈরাইবা। মুৎানইদনা লৈরনি,
ওন্থোকইনে চৈনাসে,—পুন্নমকপু মুৎ-ওম্বা
মতম কোৌবী লাইরেম্বী, মুৎওম্নরোই সিধুদি।
করম তৌবা রাবণনা মচা শিরে তাবদা
লাম্ফমদবু হে সতি ? তাজ’মক্ত হিংওম্মোই
কন্দ্রবনে রক্ষংব ঐনা রুদ্রে তেজ-হাপ।
ইন্দ্র মাবু পেহ্লল্লে, সাধ্বি, নংনা হায়বদৈ ;
পাঁরো হৌজিক নকোল্লোই দশাননবু পেহ্লনগে।”
কাত্যায়নী পাওখুমজে, “নিংবিবদা তৌবিসি,
ত্রিপুরগী য়েক্লবা। ইন্দ্রে নিংজ থুংনবা
ভিক্ষা নিখি চরণ-খা, হৌজিক মহে য়াঞ্জরে।
ননাই ঐগী ভক্তনি, প্রভূ, দশরথে মপারী
রথীরক্তে অথোইবা, রাফমসিদং বিশ্বনাথ,
থম্মোই কীশি কিবিয়ু। অতৈ করি থোইনবু
ননাই ওইবী হঙ্গংফম ঙা-ঙ্গা খুয়াদা লৈজদে।”
মোমোম্নোক্না নিংশিংলে বীরভদ্র-অথৌ’বু,

রুদ্রতেজ— রুদ্রগী মতিক মঙান, কাত্যায়নী— দুর্গানি, মহামুনি কত্যায়ন্না ইহান-হান্না দেবীবু পূজা তৌখি, হায়ব্রনা কাত্যায়নী কৌখিবনি।

তারোংশূবা মহাদেব। অকী' শকথোং শকপান্বা
খুরমজরৈ রথীনা ভাঙ্‌ান খুয়াদা লৈপকনা,
মেনবি হর মকাদা,—"য়াইবী মাংলে লাম্ফমুং
ইন্দ্রজিংতো ঙসিসে, বৎস ! যজ্ঞশংদা চঙ্‌
মাংহনবনি সৌমিত্রি নমাই থোজান্না মহাকপু।
দূতকী কাংলুপ কীনরে পাওসি পীবা রাবণ-কা।
থোইদোকপনা, সৌমিত্রি, অকন' মানা করম্বা
লৌনম্লাংবু থাক্তুনা লাকঙমদ্রবা ইন্দ্রজিৎ
হাৎখিবনো খংজদে, দূতশিং পুম্বা হিংচাবৈ।
লাইবু নত্ত' হে রথি, কনাই মতিক লৈবনো,
মাগী মায়া খংহৈবা তাইবং মালংপান্সিদা ?
সনা লঙ্কা তমহুনা চৎলো পল্লগন্নুদো,
শয়েং পাম্বোম পাঙ্গম্বা, হিংচাই দূতপু শাহুনা,
কল্লু, রুদ্র তেজ হাপ নিকষাগী মপারী
ঙসি কৌবা নোংসিদা ঐগী য়াথং পুরগা।"
নোংথরুম্বী লময়ান্না লাক্লে বীরভদ্রদো
শকথোং কীবা অথোবা ; নোংদোন-গ্রহপুম্বনা
মাইকৈ মরিদা নোঙ্গরি কীজ-খংজ' ঈরোইনা ;
নিংথি' মঙাম্তাবদা শাম্মী মমি কোরৌহন,
কোরৌহনবা মঙান্দা থাজ মঙাল শাম্বগুম।
টিমেন্তাবাক মঙালদো কীর মঙাল্লাকনবু

বৎস্য— ইবুংঙো (ইচা)

মালেমৈদা ভান্না তাই। ঈরাও খোল্লোই মরাং-হৌ
ঈপাক লাইজ নিংথৌরেল, ভৈরব দূতকী মকাদা
পূজা লুনা কচ্চখি। রক্ষঃ কোন্নুং তমখরে
লাল্লোইতাম্বা অথৌবা খোংফম খোংনেং খুদিংদা
মালেম থ্রুক থ্রুক হাইত্তুনা সনা লঙ্কা নিক্লক্লে।
পামেন উশা কাইদোংলম' উচেক নিংথৌ গরুড়
উশা থানা পাইখিব্দ, উশাত্তুনা হাইহৌগুম।
যজ্ঞশংলেন তমশিনখি; উরে অথৌ' মালেমদা
অকনশিংগী লুচিংবা লৈতাইত্তুনা তুরমবা।
মাইথোং করি লাংশিন্দে মালং চৈফু চারবা
লৈচু হেনবী পাঙ্গোংলৈ, মালেমদবু কেল্লমগুম
শুক্র বনগী মন্নুংদা। নোংমন'দৌনা নোংমন-উ
নোংমন নাইদ্রে থম্মোই-নৌ অরা ঘুংদাম্নজরি।

সনা তাংবন ফম্বাল্লাং রথীরক্তে অথৌবা
কোকলেন তরা পাল্লিবা রক্ষ: শাগৈ কোক্কায়াই,
মকা য়োৎখে বীরভদ্র, লাম্বাও থৌগলপুব-শা,
খাম্বী উৎকী উংপুপ্নুং খাম্বীনা লোন্ন মৈরোৎকুম
মঙাল মমি ইশাম-শাম। খুরুম শিন্ন-শাত্তুনা
আশীষ তৌরি রক্ষদা, মিৎলু ঈরা-ঈরোইনা,
খুবাং অনি পুম্বানা লেপচরুইনে শমু-মাং।
ঙক্লা নিংথৌ পাওহংলি, "করি থৌগী হে দূত,

নোংমন'দৌনা... ...ঘুংদাম্নজরি—শিবা নাইবা তাইবংমীনা শিবা উবদা শিবা নাইদবা লাই অদুগী থম্মোইশোক্লা রাজখি।

ৈলরোল্লেফাই নহাক্লা নথৌ নংগী পাংবদা ?
মীওইবনি রামকৌবা, নত্তে রামগী মনাই নং,
অদুগবু করিগী হে লানবাও পুজবা
মাইথোং নংগী মক্লিবা, দেব দৈত্য ঙমজবা
সনা লঙ্কা থম্বালগী কোরৌহনবা ওইরিবা,
হুইয়েল্লাক্ষম খোংহাইখি ঙসি কৌবা নোংসিদা
থুক্লঙাই লাম্বাও করিদি তম্নিংলিবা ইকাদা ?
তম্মু নপাও লাক্ষমগী পেনবিগে হাই নফম্লাং ?"
ঈংনা তপ্লা পাওখুমজৈ অরোন্সক্তম পুরিবা,
"মাংলে, কম্না ইনিংথৌ হঙ্গৎসিগে অব্রা'পাও
খুয়াখাদা তোল্লবা, হান্না পীনৌ কীঙাইদা
রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো, তোল্ল' ননাঈ ইফমদা !"
পুক্নিং মরাং ঈহৌনা হায়বিরকই অকনবা,
"করি কীবা দূত নংনা ? হায়য়ু করি পল্লদো,-
অফ-ফত্ত নোংদমদি নোংদম্বগী নোংদমনি।—
পীরে নফম কীদবা, থিল্লে হায়রো নপাওদো।"
দূততো বিরূপাক্ষগী রক্ষদূততি শকপানবা
হায়জরকই অকনবা, "হে রক্ষঃ অথৌবা,
ঙসি মাংখে লাক্ষমদা রক্ষঃ শাগৈ পুম্বগী

লাম্বাও করি থুক্লঙাই...... তম্নিংবা—মসিগী ভাবনা, অকনবা ইচা ইন্দ্রজিৎনা হৌজিক লান চৎখি, মানা শোয়দনা লান ঙম্লকনি, নংনা ঐঙোন্দা থুক্লঙাই ওইবা পাও করিবু পীকম লৈবগে, অসিনি। বিরূপাক্ষ—মহাদেব।

নাপঞ্জফম মেঘনাদ রথীরক্কে অথোইবা।"
শুক্রবদি বনগীনুং শাদানবগী তেল্লাং-চা
নোংশা মাদি শানিংথৌ ঙংনা অকী মথোনফম'
মালেমলৈদা তুখিগুম, তুখরেনে নিংথৌরেল
সভায়াইদা হাইথনা' লৈরি মন্ত্রী কাংলুপ্পা
"মাংলে কম্নো" পাখৎখে, কোইখরে অথৌববু ;
কনা 'মনা পুরকই লাইজ মাদি ঈংলবা
সনাই পাত্র থঙ্গোক্লা, কনানা মালং ইচিক-থেম ?
রুদ্রতেজনা পন্দেনে, বীরভদ্রনা হিংহল্লে,
রক্ষঃ অথোইবহুবু। মৈরি খিত্তং লামলুবা
নোংমৈহিদাক পান্দম্নি, ফ্রং-লৈথিন হোৗগৎলি,
য়াথং পীখি দূত তম্না—"হায়য়ু তাগে দূত নংবো,
কনানবু হাৎখিবা মতম পুমদা লানঙমবা
ঙসি পারী ইন্দ্রজিৎ! পম্ন, হায়রো খিল্লেনে।"
থুমজৈ অরোন ফীজেৎপা, "অরোন-শক্লা চংহুনা
নিকুম্ভিলা যজ্ঞশং, সৌমিত্রিদি মীনোংশা,
অথৌলক্কে অথোইবা লৌনম্নান্দা হাৎখিয়ে
ফত্রহুনা নপারী। লাম্মন্মি মাইথোং মকাদি,
ওস্নোকপনি পাঙ্গোং-লৈ কেনগুম লৈমাইবন্নুংদা
মালং শাফুই মতিকনা, অহুগুম্না যজ্ঞশং—
উজৈ অথৌবহুবু। অকল্লক্কে অথোইবা

---

মালং ইচিকথেম=হুমাই-হুৱা।

নংনি রক্ষৈ মবুংঙো, অকন থৌদাং য়ানিংঙাই'
অম্বা-মৈচাক খোঙ্গাওরো, ঙসি কৌবা নোংসিদা।
রক্ষ শাগৈ শাগৈ-মৌ ওইগী শাগৈ খিবিঙ্কী
মিৎলু ইরা ঈহৌনা মালেম অসে ইনিংথৌ
পুম্নপমকপু লুপখ্রনি। নপারীবু হাৎঙমবা
অত্থুগুম্বা ফত্রবা, অহক, চৈবি তেমথেং-পি—
মাবু য়াইবী লৌবিরো বল্ল' হুয়েল্লাম্ফমদা,
কল্লকথোকহম্বিরোনে অথোই' লীরুং লীশূবা,
সনালঙ্কা কোন্নুংগী নূজা ওইবীশিংতুবু।"
থংহৌদেদো দেব-দূত শ্বাই হেক্তা মমাংখি,
স্বর্গৈ ন্নুংশি' মনম্বা শিনখে্র সভা হা-হা-না।
উজ' রক্ষৈ মবুংঙো, জটা ফাবুন অচৌবা,
কীর' তারোং মমিদো। মথুং অনি লোন্নজ'
খুরুমজর' মেঞ্জখি, শিব মনাই ওইজবা :—
"ঙসি অম্বুক কুইর-তুং, লাইবক ফত্র' ননাইবু
মপু, নিংশিংবিরকপোই ? মায়া অসে ওম্বোকই,
করম থংজরুগবা পংলবনা মায়াময় ?
অত্থমকপু হান্ননা ঙাকলুখিগে নয়াথং—
পুম্নমকপু থংবিবা ; মতুং তাবা হঙ্গৎকে
নিংজরিবা থরসে খুয়া [illegible]স্বাল লকাদা।"
শাওনা মঙন লৈবদো ঙসি মহারুদ্রগী

মায়াময়—মায়াগী মপু।

মতিক মঙান হাপ্পনা—লাওখি রক্ষ অথোইবা,
সনা লঙ্কা লৈকোইন্নুং লাগু-হেশিং লৈরিবা,
থিল্লে ঙম্ম শাজন-তৌ, পৈয়ু চতুরঙ্গদি,—
ছুয়েললামফম চংহুনা মৈমুৎঙল্লা য়েংলুগে
থম্মোইন্নুংগী খাম্বী-মৈ, থোইনা হেম্না চাক্লবা।”
শৃঙ্গ খেংবা মহক্তো, প্রলয় মতম ৠাইবদা
শৃঙ্গবরনা খোংখিবগুম কাঁর, খোম্থাং মনিন্নাই।
কাঁর’খোঙ্গেল অসিদৈ কৈলাস চীংদোম্নরাং-হৌ
সাজন তৌগুম থিন্দনা, ভূত-প্রেতকী মপৈনা,
তৌখে সাজন হিংচা’শিং মাইকৈমরি পুন্নোম্নোম,
সনা লঙ্কা নিকথরে অকন-অথৌ খোংফমদা।
থৌদোরক্লে দোলাইশিং, খাম্বী মৈঙাং মকু-চু,
সনাই মচুই ফীরানগা খোংহাই করি পন্দনা,
মৈথু মচুই শামুনি, মনাতোন য়োংশুক ফন্ন-হাই;
চেম্থোরক্লে খক্তুনা, লাঙ্গোই শগোনথুরুপ-থ’,
চতুরঙ্গসেনালক ঙংনা হোৎতোরকপনি
চামর কৌবা হিংচাবা লাইমকনা কীনবা,
রথী কাংবু লোইননা ফাওরকপনি উদগ্র,

চতুরঙ্গ=শামুলান্মী, শগোলান্মী, দোলাই তোংবগী লান্মী, খোংমীগী লান্মী মরি অসি পুনবনি।

শৃঙ্গবরনা— মহাদেবনা। চামর, উদগ্র, বাস্কল, অসিলোমা, বিড়ালাক্ষ, হায়রিবশিং অসে মতিক মথৌনা লৈবা হিংচাবা অমমমগী মমিং ঙাকনি।

লান্দা থোইনা তমথিবা ; লাঙ্গোই শামু শায়াম্নুং
বাস্কল অথৌবা, নোংদোম্নো লক ফাওরকুম
নোংলেন শাদোং বজ্র-শূ. কীর বজ্রখুত্তা-পাই !
শারাওখোনগা হুন্দোকলে অসিলোমাবলী-কৌ'
শগোল্লাল্লোই হঞবা ; খোংগী লান্মী মপৈগা
বীড়ালাক্ষ কৌরবা থোইনা অকী' শকপানবা
কীর লাম্ফমনুংদবু। লাক্লে ফীরান পাইবশিং
ফীরাল ময়াম অহুনা নোংদোস্থক্তা ফ্র-ফ্র হাই,
ধূমকেতু চবুননা খংহৌদনা থোরককুম,
কোরৌনোংদোন্থক্কদি ! রক্ষ যন্ত্র-খোংবশিং
খোংলক্লেনে মনিন-কা মাইকৈমরি পুঞ্চিন্নিন।
দেবতাগী মতিক্কে পোকপী দানবতুম্মনবি
চণ্ডীনবু, লাইশিংগী খুৎলাই শুনা পাইহুনা
হরাওনদি খেক্লকুম, সনালঙ্কা লৈকোইপুং ;
লৌরে শকফম ভৈরবী, রক্ষতেঙ্গোন অপুম্বা—
লাম্ফমগীদি ময়াই-কা। লাঙ্গোই শাবু য়াপম্বা
মপাম্বোম্থু শকপনি, শগোল খোংজেল অয়াংবা
মখোং খোংফম মওইখি ; স্বরূপদি দোলাইনা
কোক্কী লুহুপ ওইরিদো ; রত্ন থাম্বা ফীরান্না
খ্বাংচেৎ মচি লাংবনি ; ভেরী, তুরী, দুন্দুভি,
দামামাগী খোঞ্জেল্লা, শরাও লাল্লাওখোম্ফম-শক।
তবাক্তাশোন, খংনিং-তা, তারোম্তাদি, খুবোম-তা

য়োৎশুক মুংশুক মুদগর কৌন্ত, পটিশ, নারচ
য়াতোন পরেংশকপনি। ৱাম্ফক ফুরিৎ মঙাম্না
লাউর' মিৎকী পান্দম্নাক মৈরি ফ্রিফ্রি কাম্বনি।
মালেম্মাস্থ থুক থ্রুক্লিক, তোইনা লপ্লেনরক্লে
লাইজ্ঞ ঈপাক ঈনুংবুং ঈথক হৌখে কৌজনা;
লোইবী চীংশিং নিকখরে কীর খোঞ্জেন অসিদা,
অমুক চণ্ডী শাইওন্তৌ, শাওনা ঙংলক' পান্দম্নি।
ঙক্ল' লান্সং মনুংদা রঘু শাগৈ' কোরৌহন্
অথৌব-ও মেল্লকই মরুপ বিভীষণবু য়েং,
"চান্নথোক্তবা নংবুনে, সনা লঙ্কা নিক্লি'সে
মিৎকুপ ক্কেন্দোং থুদিংদা য়ুহারাবৈ মতৌগুম!
মৈথু মপৈ পাইদুনা কুপথে কোরৌহনববু
নোংখোং ফুইবা নোংহৌগী শক্লোন্সকফম পুদুনা;
ঙাল্লি পুমঙাম্নোংদোম্বক লাইমা কীবা মঙান্দা
প্রলয় খাম্বী মৈহৌগুম! তাবিসিনে অমুক্তা
নাচংননা ঈরাওখোল। সমুদ্র ঈহৌরকপগুম
প্রলয়গীদি মতাংদা পান্দম অদু ওইনবু।"
থুমজরকই মীপাইনা মাইথোং মাগী তাইরপ্পা
রক্ষঃ মরুপ অথোইবা, "করি হঙ্গচ্চনি, দেব?
নিক্লিবসে লৈকোইবুং রক্ষঃ অকনশিংসিগী!
খোংফম অরুম্বদৈনি, নত্তে য়ুহারাবৈদি!
প্রলয় মৈরি পান্দমগুম ঙান্না উবিরিবসে

নোংদোম্নোংথক ঙাম্নবু বৈদেহীগী মবুংঙো
সনাই ব্রাক্ষক ফুরিৎকী মঙান্দুগা নিংথিবা
থুৎশু থুৎলাই ময়ামগী অরংবগা তোৎননা
ঙাল্লি মাইকৈ তবা শিন। ফুল্লিবসে নিনবনা,
নাকোং লম্বী হৌজিক্তা, নত্তে সমুদ্র ইরাওখোল,
রক্ষঃ তেঙ্গোম্না ঙংবনি, নাপন্না ময়াই কাজনা
মচাই মৈমা কাদুন লানগী থৌরাং তৌরকলে
বীর রথী লঙ্কেশ। করম্নবু তাকপিসি,
ঙাকপীনিদো লক্ষ্মণবু অতৈ অকন' কৈরিবা,
অথৌবও, ঙসিসে থোইনা থুদোং থির'দৈ ?"
 সুংশিরবা মপাওনা মেল্লকইদো ইবুংঙো,
"লেংলো মরুপ পল্লনো, কৌবিরকসি য়াংনবু
লাঞ্জিংপুরেন অপুম্বা। দেবতাশিং মখোং-খা
চংজ' মনাই ঐহাক্নি; মনাইসিবু শোয়দনা
কনবিগনি খল্লিনে, দেবতাগী মরুপনা।"
শৃঙ্গা থাঙ্গৎ রক্ষোবর থিঙ্গাম্নখি থুকহন্না,
লাক্লে কিষ্কিন্ধ্যানাথ শামু য়াপন খোংথাংদা;
লাম্ফমদবু হৈ-শিংবা অথোইবদি অঙ্গদ;
ফাওরকল্লেনে নল, নীল, লাইগী শক্তম হেঞ্জবা;
মালং খঙ্গোন পান্দমগুম থোইনা কন্বা হনুমান,
জাম্বুবানদি অথৌবা; অকল্লক্তে অকনবা

---

কিষ্কিন্ধ্যানাথ— কিষ্কিন্ধ্যাগী মপুংঙো।

থৌনা ক্ববা শরভ ; গবাক্ষদি রক্তাক্ষ,
হিংচা'শিংনা কীনবা ; অতৈ অতৈ লুচিংবা।
তারাম তরাম তৌবিদো অকনবশিং অপুম'দো
মাগী মাগী হৌনবী মতিক চাবা ব্যবহারগা
মতিক লৈবা রাঘব ; মেনবিরকই ইবুংঙো ;
"মচাই মৈনা ঙসিসে, রক্ষঃ নিংথৌ ওমচাক্কা
লানগী থৌরাং তৌরেদো রক্ষঃ তেঙ্গোল্লোইনন।
তোইনা নিক্লি লঙ্কাসে অকনবশিং খোংক্ষমদা !
পুন্নমক্তি অথৌ'শিং মরোল অহুম লানঙম্বা ;
পনবিরম্ভু থৌরাংদো ; ঙাকপিয়ুকো ঙসিসে
রাম ঐবু, অসুম্বা, অরা' খুদোং থি'সিদৈ।
মরুপ মপাং ইপাই-চা শেৎন-বন্দা লাকচবা
নোংদমথিবা ঐনিকো, নখোয় পুমদা রাম-ঐ
ইপুক লুমজবনিদো, কনথৌরবা লাক্ষমদা।
বীর রথী অমত্তং. হৌজিক হিংলি লঙ্কাদা,
লোইবিসিদো ঙসি-মা, অথৌবশিং পুন্নমক !
নখোয় নপানদগীনি, সাগরবু পননাপ্পা ;
শূলী-শূ' গুম পাঙ্গনবা কুম্ভকর্ণ অথৌবা
মাইয়োক্ক' লান্দা হাৎচবা, মাংহঞ্জবনে সৌমিত্রি
দেব-দৈত্য মীন-কী, কীর' মেঘনাদবু !
শাগৈ, ইজ্জৎ, ইথয়াই কনবিনবা কনবিয়ু,

বীররথী অমত্তং—রাবণবুনি, বীররথী হায়রুবনা রথীলক্তগী অকনবনি

রঘুই মরুপ, রঘুই-মৌ, পুক্সি কৈশুম শংলেন্দা
হিংচাবনা লৌনম-তৌ! ন্থংশিবিবনা ইমল-শক
রাম কৌবা ঐসিবু লৈবিরেদো নখোয়না;
পুন্সিনবিরো ঙসিসে হেন্না কনরা লীপুন্না—
রঘুশাগৈগা লীপক্লা, দক্ষিণাত্যে মবুংঙো,
নথৌজানগী লম্মনবু থম্মোই কীশি লাক্সবা।"
খোম্ফম্মৈ লোমখিনে, মিংলু লাইজ ঈরা চেন
রঘু শাগৈগী মবুংঙো। কুমগা-নোংঝোং তম্বগুম
লুম্ন-ঙংবা মপাওদা পাওমেঞ্জেএ সুগ্রীব;
"য়াইবী থক্লাই থাজগে নত্রে রাবণ লোইজগে,
রাশক অসে অথোইবা খুয়া-খাদা কচ্চরি!
নিংথৌ ফম্বাল্লাংজবা থৌজান্নবি ননাইনা,
ইচাক-ইরল শাগৈ-মান, নংনা পীনবিবনি;
তৌবিমনদো কাওজদা নরুম থুপচরকপনি;
ঙাঙ্গা খুয়া থাগোন্না। করি অমুক হঙ্গংনি
নফম্নাংদা ইবুংঙো! মনাই ঐগী খোংলোইরক
অকনবশিং লৈরিবা কীজ' কনা য়াওদেদো
নথৌ পাংননবদা যমগা মাইয়োক্সরফাও!"
লাম্মী-লাক্কোক পুন্ন-হৌ শাওনা শরাও তম্লক্লে,
ঙংখে কীর তেঙ্গোন্দো "জয় সীতা পতিরাম!"
'সিগুম কীর' খাঞ্জেন্দা শাওন রক্ষঃ তেঙ্গোনস্ত্র

দক্ষিণাত্যে মবুংঙো— দক্ষিণাত্য দেশকী নিংথৌ।

লাওথোরকই ময়াই-কা, ঙংলকপদা দানবশিং
দানব-ঙম্বী দূর্গানা শাওনা খেক্ল' ঙংলক্লম।—
সনা লঙ্কা থনখরে কীর খোঞ্জেল অসিনা।

শীঙেঙল থম্বাল খুদা-না লেংশিল্লিঙৈ কমলা
রক্ষ রাজ লক্ষ্মীনা, হাইজিনখরে মন্দিরশুং
হোর' খোঞ্জেন অসিবু; ঙক্ল' সতী লেংখৎলি।
থম্বাল মিত্তানবিদো, তশেংনবু উরকলে,
রক্ষ তেঙ্গোল পূষ্পনা মাইকৈ মরিমক্তুদা
শাওনা সাজন তৌরিবা; রক্ষঃ ফীরাম্নোংদোন্দা
ফ্র-ফ্র, নোংদোন ইপোম-য়া, থল্লাই পাম্বা পূষ্পগী
অল্লা'-পুংজা তাকুম্না, য়ৈরি, থিল্লি, শুক্লদি
রক্ষ লানগী' লাম্বুংস্থ। নোংদোম্নোংলম খাইরক্লে
শরদ থাজ ঙমজবী ইন্দিরা, তম্না অম্বাপুর।

পুংশেল মখল কয়ানি য়ৈরিবনে লাইরৈপুং;
অপ্সরাগী কাংলুপ্না জগোই খুথেক্তা কেজরি,
সনাই তাংবন থক্তনা দেব-দেবী লোইননা
দেবরাজনা ঙাল্লিবা, ওইথং শেগা শচীনি,
খোইরুম্মোমোন-পকচবী; হৈ-লৈগী লৈনম-পু
বসন্তগী মালংবা খমগোল মাদি হাদবা
ঈনিন কাইদ' তত্তনা মালং ঈচিক থেম্নম্মী
মন্দার কৌবী লৈরাংনা মাইকৈ মরি নোংজুরি
গন্ধর্ব্বশিং অতুনা। কেশব-প্রিয়া লেংশিল্লে

কেশব-প্রিয়া— শ্রীবিষ্ণুগী চান্নবী।

চাওর’ সভানুংজুদা। ইন্দ্রনৈদ পকচনা
মেঙ্গে মপাও খোইথুম্বা, “পীনবিসি ননাইদা
খুয়াই উফুল পলেম-ও, পলেম খোজান ফংবনা
থুকচনিংঙাই মাংখরে—য়াইবী মাংলে লাক্ষমদা
ঙসি ফজ্র’ রাবণি! লাইরৈপাকী নুংঙাইবা
ইশক্রকপু ওইরনি য়ৈখাই থিঙ্গাই লৈতনা।
খোজাল মিৎয়েং তাবিবা অতুগুম্বা মাগীনে;
খোজাল হৈবী তাকপিসি করি অরাৎ লৈগনি!”
মোমোঙ্গোক্না পাওথুম্মী রত্ন-খোংগী রত্নরেন
নিংথিজবী ইন্দিরা,—“মালেমৈতাইনরেনে
হৌজিক নংগী য়েক্নবা, দৈত্য শাগে য়েরবাও;
লানগী থোরাং লোইখরে রক্ষ তেংঙ্গাল পুন্ন-হৌ
সনা লঙ্কাই মথুংঙে, মচা হাৎপা মাবু-হাৎ,
লক্ষ্মন শিঙ্গে চপ্পি-মুং মচা-শেৎন মৈনা-কা
লানফমসিগী লাংলিবা রক্ষ লঙ্কা কোটিনি।
পাওসি তমগে নকাদা লাক্লি সিদা ঐনা দেব!
নংগী নথো শিল্লোম্না শিনবাংখরে সৌমিত্রি;
মাবু কল্লু আদিতেয়। নতেং পাংবা নহাকী,
থরাই খুবাক হাপ্তুনা অরা’ কোক’ হোৎনবা
পুকচেল চাওবা শরৈনে। করি হেন্না ঐহাক্না
নকমদবু মেনগনি লাইরৈপাকী মথুংঙো?

রাবণি— রাবণগী মচা। আদিতেয়— অদিতি মচা।

রক্ষঃ শাগৈ মতিকপু খংদ' নত্রে নহাক্তি!
"খল্লু তিল্লাং থয়োৎনা, করি উপায় তৌরগা
শচীগীদি মবুংঙো! রাঘববু কনদৌবা।"
খুমজৈ লাইশিং মবুংঙো,—স্বর্গে অরাং পাংবলম,
মিৎয়েংমুক্তা তাবিসি তাইবংসিগী পলেমও;
নোংদোন মাইকৈ তম্নবু;—দেবসেনা পৈরিবা।
লানপামহুনা করিগুম থোরক্লবা লানবুংদা
মঙন চাওবা লীরুং-শূ রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো,
হরাওজনা ননাইনা মাইয়োক শাগে মহাক্না,
থৌজালহৈবী পলেমও! রাবণ মাবু কীহৌদ্রে
নচা ঐনা পলেমও য়াঙদ্রবদা রাবনি।
ইন্দ্রে তেঙ্গোল অচৌবা উবদা রমা ঙাকখিদো
স্বর্গে অরাং থোঙ্গী লম। লাইগী মিৎয়েং শাঞ্জৈবা
লাইমা শান্না চৎপনি, মিৎয়েংহুনা নিংথিবী
উরক্লেনে পৈরিবা, শগোল শামু দোলাইশিং,
শামু শগোন্তোংবশিং, দোলাই লাক্নোক ওইবশিং,
খোংমী মরূপ পাঙ্গনবা যম্মকপু ঙমজবা,
লান্দা মাইপাকচবশিং। গন্ধর্ব্বদি কিন্নর
লাইয়াম থিবিক পৈরিবা, প্রলয় মৈবী পান্দম্নি,
রাহোং য়েকপা দোলাইদা কার্ত্তিক্কদি খোংনেৎপা
তারকাবু ঙমজবা, লাঞ্জিং পুরেন দেবতাই;
য়েক-খোৎলবা দোলাইথক চিত্ররথ লীশূবা।

নোংদোন ঙাম্না লংলিয়ে ৰনগী লম্মৈ চাকপগুম ;
মৈথু চবুন পান্দম্নি শামু শয়োম পৈবনা ;
মৈরি মৈতোন্সক্লিয়ে তাদোন পরেং লংলিবা,
মিংপু-পুমথক থকহন্না ; নোংথাংমক্নি চান্নবা !
ইরেংলেংদ' ফীরানশিং ফ্র ফ্র হাইনা ঢজবা !
কোরৌ মশেক্ল কোই-মান, তথক্লদি লংলিদো
চুঙোই চুংলেন মঙান্না, ৱাক্ষক ফুরিৎ ইথক-থক ।
মাধবগী চান্নবী মপাও মেন্রি মুংশিনা ;—
"দেবনিধি তাকপীসি মপারীও অদিতি,
মুংশিৎনিংথৌ কৈদনো, কৈদ' মাইকৈ ঙাকপশিং ?
লাইরৈপাক্কী তেঙ্গোল্লক মথোয়-হাংনা উরিনে,
ৱারে অসিগীদমক ?" শচীকান্ত পাওথুমজে
মতিক থোনা লৈজবা, "মাগী মাগী রাজ্যবু
মাইকৈ ঙাকশিং' ঙাক্লবা, য়াথং পীখে পলেমও
দেব-রক্ষে হন্দকলান, (শাগৈ অনীমকসিদি
লাকওমদবা ঙাক্তনি) করি থোক্নি থংঙমদে
মালেম মাংবা য়ানা লৈ, প্রলয়গুম্না ওসিসে
চাওর খুৎশেম অসিবু লুপথিগত্রা মীপাইনে
রসাতলবু তম্নদি !" কুবিরম্ল' তম্নদি—
শম্লাং চুম্না শম্ফবী কেশব-খোইজি' পুঞ্জবী

দেব-নিধি=শোরারেনবুনি, শচীকান্ত=শচীগী মবুংঙা, দেব-রক্ষে=
লাই-হিংচাবৈ ।

লাইগী চরৈ নমখাং-থোন লঙ্কা তম্না পলেম-ও
খোংহাই পন্দ হল্লক্লে লৈচিন পোমাই খুদা-নেৎ,
সনা-কুচু ভমজনা; লেংশিনখরে মন্দিরম্লুং,
ব্রানা থম্বাল খুদাথক ফম্বাল্লাংলে কমলা,
ভানখ্রে মাইকৈ তরাদি শককম মঙাল অত্তুনা,
মাইথোংতুনা খেগুম্লাং, ওম্হোকপনি মাংলেদো
রক্ষঃশাগৈ অত্তুগী খল্লুমক্ত চরম-কং।
হুয়েল্লানগী ময়াই-কা, রক্ষশাগৈ-মবুংঙো
থৌরাং তম্না তৌরক্লে; সনাই-লোইবী চাংগুম
সনাই লুহুপ নিংথিবা—মঙাল্লাইনা লংন-লেপ,
মাইকৈ মরি কোয়খরে, লাল্লোই লাঙ্কোক্লিংতুনা!
থিল্লরেদো লাপ্তুনা হুয়েল্লানবুং অহোবা:
হিংচা'শিংগী ফীরাম্না নোংদোম্বক্তা পাইরক্লে,
মশীং লাকঙমদরবা হিংচাবগী মপৈনা,
লাওরি শরাও-লাল্লাওখোন। মতাংশিমক্তদনি
সভা ময়াইতুমক্তা থুংলবদো লৈমরেন
মন্দোদরী রাণীনা, চেক্লা মচাদি লৈরমদা
মহুমম্লুংদা য়েংলুবা, ব্রাজরবী লমখুম্লু—
পান্দমকা পান্দম্লি, ওম্হোকপনি ব্রাখরে।
চেঙ্গরক্লি মতুংদা লোইন থোগন থোগজবীশিং।
নিংথৌ খুয়া তুররে চেৎনা কোন্না লৈমরেন।
লুনা চান্না কোনখৎপি সতী মাব্র তপ্তক্লা,

অম্বা' খোল্লোই মপাওনা মেঞ্জরকই রক্ষোরাজ,
"তাইয়োন্নখে্র হৌজিক্সি রক্ষঃ শাগৈ লৈমরেন,
ঐখোয়'নিদা নোংদম্বা ! 'হুবু হৌজিক হিংলি'সে,
স্বৈক্লে লক্ষ্মন শি.তুনা মাবু হাৎন-নবৈনি !
চৎলো হাংল' নরাস্তম ; লাক্ষম খোংহাইবনি-ঐ,
থিংলি ঐবু করিগী ? কপচনবা মতমদি
দেবি, কুইনা ফংগনি ! নিংথৌ শিঞ্জাং সুভাইবা,
কান্নদ্র'সে হে সতী, তুংওইননা হুন্দোক্লম,
অচীকপদা ফম্লগা ইবান্নিমক পুন্ননে
নিংশিংলগা মাদবু অহিং শুংথিল কপসিকো।
চৎলো হল্লো, করিগী মৈমুৎকেবু লাংবনো
অশাও থাম্বী মৈরিবু মিৎলু লাইজ অতুনা
রাণী মন্দোদরিও ? বনগী লৈতেং ওইজবা
তলা উজাও চিংশু-উ, ঙসি তুরে মালেম থক ;
লোইবী চীংদোন রাংদম্বা, লৈকল্লেরিক তাখরে ;
নোংদোন রত্ন থাজবু লাকঙমখে্রদো রাহুনা !
ঙাক্ল-শেন্ন সখীশিং পুশিনখরে লৈমবু
লৈমকোনবু পাংতুনা, অশাওবনা মাংজিস্থা
ফুদোরকলে পন্দনা, শুক্ল কীবা মপাওনা
লাওথোরকই রক্ষঃনাথ রক্ষঃশিংবু য়েংলগা ;
মী-লাই-হিংচাই লাক্ষমদা মাগী মতিক থোনানা
মাইপাকচবা ঙম্লম্বা রক্ষঃ তেঙ্গোন অসিনা,

মাগী তেনগী তেনজিন্দা অৱা-চৈহৰুজবা
ইন্দ্ররাজ সোরারেন লাইগী রথী পূম্বগা।
নাগশিংনা পাতাল্লুং মীওইবনা মীরম্লেন ;—
ঙসি সিগুম কম্বোইবা, লৌনম্লান্দা মাই য়াইবী
মাংখরেদো অকন'শা ! হুরান ফীজেৎ শেত্তুনা
যজ্ঞশংদা চংলক্ল' সৌমিত্রিনা হাৎপীখে,
পারী ঐগী ইচাবু, খুৎলাই মশা পক্তিভৈ
অচিকপদা তরক্লা ! লংফৈ খোংফম্লখিবা
খোইজেং মুংজেনজনা মীরৈপাক্তা শিখিগুম ;
মাগী ওইবা কনাবু উঙমদনা মমাংদা
মুংশিজবা মহাক্কী পলেম পম্বৌ মচিম্মনাও
মতালোইনা চিংলবা। মাংখ্রে ঙসি কৌব-নোং
সনা লঙ্কা লৈকোইমুং, সনা লঙ্কা লৈভেংবুং
পারী শক্লা নখোয়না কুইনা নাওকোল্লকপা-ঐ,
হংঙু তাইবং মালং-মুং মিংচৎ কনা লৈখিবা
রক্ষঃ শাগৈনা ফাওগুম্লা ? 'মুবু মী-লাই ঙমজনা,
মিংচৎ উরোং খিম্বদি ঙসি তাইবং মালংদা
অরেম্বদা তাখ্রেদো ! নোংদম থিখ্রে, নোংদম্বা,
ঙসি ওইনবিখ্রে লাইবক থিবৈ ইফমদা ;
মরমছুনা কংখরে ঈশিং নিক নিক লাওরম্বা
তলা উপান কম্নঙাই, লাইজ ঈয়োক অপূম্বা
কালেম্নুংশ্লা মৈবা-হো। অছুধু ঐদি তেংথাদে

তেংথাক্নবৈ তোংজব্রা ? হন্না মাবু ফংখিব্রা ?
মিৎকী পীরাং নংবুনে পেৎখিব্রনে করিগুম
যমগুম থম্মোই কল্লবা ? হৌজিক্ষক্লাক্ষম চংলনি
মাংহনগেদো সৌমিত্রি, ধর্ম্ম লৈত্র' পংলবা,
লান্দা লৌনম চাওবদো, ঙসি ঐগী হোংনমন
অরেম্বদা তারবা, হল্লক্লরোই অমুক্তি ;—
খোংদাররোই হন্নদি সনা লঙ্কা কোম্নুং-ঐ,
হন্দক মপোক লাংঙনগী ! ব্রাশক অসি ঐগীনি
রক্ষরথি অপূম্বা। দেব-দৈত্য মী ওইবনা
হ্নোইবু কীনৈ লাক্ষমদা ; তাইবংসিবু ঙম্বশা ;
মেঘনাদ কৌরবা মাবু শিরে তাবদা,
কনা লৈরি হিংনিংবা ঙসি রক্ষঃ শাগৈদা ;
রক্ষঃ শাগৈ অসিগী নাপন্নঙাই ওইরিবা
মেঘনাদ মিংখৈবা মত্তিক লৈবা মহাক্লি।"
মমৈ লোমখে মপাওদো অথোক্ত'লীক্লুং লীশূবা
অব্বা' নিংশা শাংহোম্ন ! অশাও চৈহক পঙ্কেং-য়ে।
রক্ষঃ সেনা পূম্বনা ঙাম্নাওখোম্না নিল্লকলে,
হ্নোইগী মিৎকী পীরাংনা মালেম্পুমচোং ঙহন্না।
তাবা সিগুম্নাল্লাওদি হন্না থুম্মী শারাওখোন
রঘুসৈন্ত তন্ন-ওক ! স্বর্গদনা সোরারেল
লাল্লাও নোংখোং তম্মখিবা ! বৈদেহীগী মথুংঙো
অশাও পঙ্কেনখিয়ে, সৌমিত্রি কৌ মীনোংশা,

সুগ্রীবদি, অঙ্গদ, হনু, লানকোক অপূম্বা,
লানফমদব্ যমশুম্বা ; নল, নীল, সৌরভ
লানফম পোরম শিংলবা,—মপাম্নাইদ্র তেঙ্গোন্না
"জৈ জৈ শ্রীরামচন্দ্রেজৈ" পুন্নিন হেক্ক মনিনখি ;
শুক্ক ঙংথোরকপনি নোংদোন-কুপ্পা নোং-মপৈ
মালেম পুমঙান ঙানহন্না থক্কীতেন্না কাপথরে ;
চামুণ্ডানা খেক্কুমখেক, নোংথাংলৈমা খেকখিনে ;
দেবী মানঃ অত্তুঙৈ কল্লা হুইয়েল লানফমদা
দানব হাৎকে থৌরাংঙৈ খেকখি' মতৌশুমহনা।
লুপথে অমম মপৈরক অমম্বু মাংহনবা
কোরৌহনবা মহাকস্থ ; থাম্বীমৈরি পান্দমদা
মালং খঙ্গোল অঙাওবা মাইকৈমরি' হুন্নক্লে ;
চাকথৎলক্লে বন্নুংশু মৈচাকফবা লম্মৈনা ;
লাইজ ঈচাও অকম্বা খংহৌদনা উম্নৈনে
থুঙ্গং, লৈকং, কোম্নুংবু ; অকন' য়ুহারাবদা
ফুরা দলান কীম্থরে, পামেন উজাও তুখরে ;
মখাই ঙন্না থানরে অহক' মীকপ চৈরোইনা,
থরাই পাম্বা-অপূম্বা প্রলয় মতাং লাকপশুম !
কীমনবনা চেল্লক্লে মালেম্নৈমা কপচনা
বৈকুণ্ঠপুরী পাংনদি। সনা তাংবন ঙাম্মোইনা
লেংশিল্লিবা মাধব নাক, থুক্রমজরে ইবেম্মা
মবুংঙোদা হঙ্গচৈ ;—"হন্না হন্না ননাইগী

থৌজাল ঈপাক ওইবিবা, হে রমেশ, কন্থিখি
শক্লোন কয়া পুবিনা;—শকথোংথেঙ্গু নঙ্গন্থক ;
থম্বী ননাই ওইবীবু প্রলয় খোংফম লাকপদা
থেঙ্গু লাংওল্লৌবিনা ; লৈতেংবীনে য়াম্ভোন্থক
ননাই ঐবু (থাজগী মাইথোংগী মাইহিংশরুদি)
ওক্লেলাবা শকপাল্লৌ, লাংওনবিবা মতাংদা
তোল্লবগী মবুংঙো ! নরসিংহ লাংওল্লা
হাৎপিহুনা পুরুফত্ত' হিরণ্যকশিপু-কৌবদি,
ননাই থম্মোই নেমহনবি। বলি মাগী-নাপম্বু
নমথবীথি নহাল্লা খোংনেম্নাংওন, বামনগী।
হিংজরিনে হে মপু নংগী থৌজান কয়ানা।
অতৈ করি হঙ্গৎনি, ননাইনবু হে মপু?
চরণ খাগী ননাইনি। মরমহুনা চরণ-খা
অৱা' খোংফম ৱাইবদা চংজরক্লি ৱাজনা।"
খোইরুম্নোক্লা হুংশিনা মেম্বিরকই মুরারি,
করি হুংগী ওসিসে, থম্মোই হৗকপা তম্মুদো,
তাইবং মমা হে মালেম ! ইমোম ওইবী নফম্নাং,
করি অৱা' পীররে মুংশিহৈত কনানা?"
থুমজৈ কপ্পা মালেম্না, "খংদ করি লৈবিদ'
নংনি পুমথং খংবিবা ! লঙ্কা তম্না য়েংবিসি
প্রভু, মিস্না লৈনবু। লানফমদবু ময়াই-কা
হিংচাবগী মবুংঙো ; কাশে ময়াই শ্রীরামস্থু,

স্বর্গদনা ইন্দ্ররাজ কারে মম্নাই লানফমগী।
ময়াইকাবা অহুম্না ননাই' নৈবিরদৌরি।
লাইগী শক্তমরবা রথীলক্তে অথোইবা
লক্ষ্মণ নোংশা পান্দম্বা মানা ওসি·কোরৌনুং—
হাংখে মেঘনাদবু—কল্ল' লানফম ময়াইদা ;
অল্লা' ঈপাক ঈরুপ্না রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো
শরিন্যামুং শোনখরে হ্যাংনি লক্ষ্মণ লানফমনুং ;
ইন্দ্র মাম্না ব্রাশক্তি নাপন কল্লক ঈহৌনা
'কল্লি লক্ষ্মণ স্মুমবু' ;—খোংহাই থিন্দ' হৌরনি,
ওন্থোকপনি মাংন-লাল, সনা ফীগে থোন্বিবা ;
স্না লঙ্কা লৈকোইনুং মী, ল্যাই, হ্রিচা' শাওনলা।
কম্না ননাই খাংজোগে অস্থক কীর' অল্লাবা,
মপু নংনা তাকপিস্লি, খাংঙমদৌবা মওংবু।"
মোমোম্নোক্ক। রমেশ লঙ্কাতম্না য়েংলক্লে।
উরে হিংচাই তেঙ্গোন্না ফুদোরকপা মতৌদো
মশীং থিঙমদবনি অশাও মৈথুনা মম্নিৎথক ;
পাম্বোম্মরি পানগুম্মী। খোংকম ম্মোই'অহকপা
মালেম থক থক নিক্লক্লে ; খোংফম্মনিম্নাইবদো
নাকোং লম্বী থিংবনি, উফুক্লো দোল ফুগৎপ্না
মিৎয়েং মাইকৈ মমাথ, কুংলা হৌবা লোংমক্লি।
সনা লঙ্কা লৈময়োল তোইনা লপ্তে হায়রক্লে।
পম্বাম্মাইকৈদা উরক্লে কমল্লাগী মবুংঙো,

রাঘবগী তেঙ্গোন্দো সমুদ্রগী ঈমাইদা
ঈথক মপৈনা ঙাইবগুম মতমকুইনৈ য়েক্রবা
মালং খঙ্গোন অঙাওববু লাপুক্রদিউবদা।
উরগা পুণ্ডরীকাক্ষ, লাইগী মরুপ হোন্থনা
লঙ্ক পাংনা পাইথবা, উচেক নিংথৌ উরুড়না
মহৌশাগী মচিঙ্গাক' তাংজা লীনবু উবদা
শাদোন্তুফাং য়ৈন্থনা খেকথরকুম নোংদে নৈদে,
চাওর মালেম্নৈকোইবুং কীর খোঞ্জেন অসিনা
পুমথন হেক্তা থনখিবা! যোগী কাংবু চেন্নখি'
যাগ যোগ থাদোক্লম, পলেম তম্পাক য়াতাবা
মপারীশিং থাদ-কোন পলেম ওইবাশিং কপ্পখি,
অকী' নিংশা হোনজনা; থম্রাইপানবা কাংলুপ্পা
মাইকৈমরি চেন্নদা মিন্থন চেঙ্গুম চেঙ্গানা?
ঙহাক পুঙ্গোই য়েংবিখি মিস্না থম্বাল মাম্বনা
মতুং তাবা পাওমেনখি মালেম্নেমা চিংন-য়েং
চিন্তামণি হরিনা (যোগীন্দ্রে থম্মোই কাঙঙা-ও)
মুংশিরবা মপাওদা;— "খোইনা খুদোংথিববু
সতি, থুংল'— উরেনে নংগী চাথুং ওইনবু!
বিরূপাক্ষনা রুদ্রতেজ পিন' মতিক চাওরেনে
ঙসি হিংচাই' মবুংঙো। করি উপায় উদরে;
চৎলো মালেম নৌমও নকম্বাংবু তমন্থনা!"

---

পুণ্ডরীকাক্ষ —শ্রীহরি।

চরণ কোম্না মপচর' মঙ্গৈ বসুন্ধারা-ও ;
"মাংলেদনা হেপ্রভু, টিংেন তারো শুবও
মাংহনবদি মশিন্নি ; মতম পুম্বা মানবৈ
হোৎনহুনা হৈরিবা ! "ঐ" হায়বা তমগুণ,
মহুদদা থোংদাবা ত্রিপুরারি মানিদো।
তাংজ মাদি হুপুবা পামজবনি হে সৌরি'
মতম পুমদা হুগীমৈ মৈকাংজবা হায়বসি ;
তাইবং মাংল' মহাক্তি থোইনা হেন্না পেঞ্জবা।
থোজাল্লাইজৈ ঈপাক্তি ওইবিরিবা নহাক্তি,
তাইবং মালং নম্বোব', নংনা নঙ্খোনদ্রবা
কনানা নম্বোবিগনি তাকপীসিনে ননাইদা ?
কনবিয়ুনে ননাইবু, চরণ থাদা শ্রীপতি,
ননাই ওইবী তেল্লবী হন্না হন্না নোঞ্জরি !"
নোক্না তাকপী শ্রীবিভূ, "চংলো য়োরো নকাদা,
মালেম্নৈমা নহাকপো ; নংগীদমক থোৗংগে,
লাইগী মতিক মুখংকে। লক্ষ্মণ মাবু দেবেন্দ্র,
ওমহল্লরোই কঞ্জবা, হিংচা' মাগীদমকতা
উমাপতি কৌবুদি থোইনা হেন্না ঋাথরে।"
সুংঙাইজন: বসুধা চংশে মকাতমহুনা
মেনখি প্রভু গরুড়য়েং, "পাইখো নোংদোনগুয়দি।
শাগতু ফাংনবও ; লাইশিং মতিকহুরুনে

সৌরি —শ্রীকৃষ্ণ শ্রীবিভূ—শ্রীকৃষ্ণনি

ওসি কল্ল' লক্ষ্মণ, উমংগুম লাইজঙ্গইপাক্লা
অশ্বগী য়েক্নবা কোরৌহৈ মগুনবু।
নংত্রগনা নহাক্লা, বিনতাগী মপারী,
হুখিবগুম অমৃত, লাইশিং মতিক য়ৈথংলু।''
শন্না শারুং পাক্লবা নোংদোন তন্না পাইরক্লে,
উচেক খিবিক 'চেক্লিংথৌ; মালেম্নৈথক মমি-তাই
পুম্মম মমখে চান্নবা অযুত ওইবা বন, লমহাং,
লোইবী চীংজাও লোক্তাইদি তুরেলমচা অচৌবা।
য়ুমজাও থাম্বী মৈর়াইবা মিহুংথোংজাও খুদিংদা
থাম্বী মৈরি হাইদোকুম, থোংজাও মরি থোংহাংনা
হিংচাবশিং থোংন-লাও, শাওন ফুদোক্লরক্লে;
লাইগী মরুপ্প হুস্নু হুইয়েল্লাক্ষমদা লাঙ্গংলে।
অথোই শামু ঐরাবত লান্দ-পামদো ফাওরক্লে,
শয়াংথক্তা বজ্রশূ' মমিং লিশিং শুবনি.
স্বজিংগী চীংদোন্দা কোরৌ মশেক হেন্নকুম,
নক্ষত্রগনা কোরৌহন, কোক্তোন হেন্না নিংথিগুম;
ব্রাহোং ফীরাল থেংলবা দোলাইথক্তা তোংহুনা
তারকাগী য়েক্নবা কার্ত্তিকবু য়ৌরক্লে;
য়েং থোংলবা দোলাইথক চিত্ররথ লাকপদি;
গন্ধর্ব্বদি কিন্নর, যক্ষনবু চিংলম্বা
দ্মাগী মাগী দোলাইতোং ওন্না থুংলবনিদো।
লাইশিং পুংশেল থোঞ্জেন্দা লক্কা কীবা পঙ্খংলে

ওক্লা থক থক নিক্লরে লাইশিং অহক লাল্লাওনা
কয়াৎ নিপাল্লৈদ-পক হায়জে ইন্দ্রে মকাদা
মীরক্তগী থোইরবা ; "লাইশাগেগী মনাইগী
মনাই ওইজ' ননাইনি, লাইশাগেগী মথুংঙো।
নহানমপোক লাংওন্দা করি পূণ্য তৌজমন
ননাই ওইবা ঐহাক্লা, হায়রসিগে করিমুক ?
মত্থমক্লা ফংজরে, নথোং থাদা চংজবা
অসুক খুদোং থির'কাল, বক্সশূবা ! ওসিসে
চরণ খোংদাবিবনা শেংলে মালেম নিংথিনা।"
খুম্মকইদো দেবেশ্বর রাঘববু চিংন-য়েং ;—
"দেবতাশিংনা চাল্লবা নংনি রঘুমণি-ও !
দেবরথতা খোংনেৎনা, রথীরক্তে অথোইবা
মাংহল্লুনে নতিক্লা ধর্ম্ম লৈত্র' হিংচাবা।
মানা তৌজ' ধর্ম্মনা মাংনি হিংচাই মবুংঙো ;
কনানা মাবু কনবিনি ? ফংথিগুল্লা অমৃত
সমুদ্রবু নৈরগা, ওসি লঙ্কা কাংখোং-চাই,
হিংচা'শিংবু নৈহৎল' সাধ্বী ওইবী মৈথিলী ;
অথৌবও, নফম্নাং লাইশাগেনা শিল্লগে !
কয়াকুইনা ঈরোন্নুং লৈথি'দোনো লক্ষ্মীনা,
তাইবং মালংপান্সিবু মমহল্লগা শুক- শূগুম।"
হোথে কল্ল' লানফমদি মী, লাই, হিংচাশিংগীবু।

দেবেশ্বর—লাইশিংগী মবুংঙেঙা।

সমুদ্র লাইজ ঈখোনগুম মোইবুং অযুতথিঙ্গায়ে
মাইকৈ মরিমক্তবু; লীরুং লীখোন থোরক্লে
অকন'লীশূবশিংগী নাকোংলগী ঈফুন-ফুন।
তেম্মা শরা শল্লকপা নোংদোম্নোংথক কুপখরে,
নোংথাং মঙাঙ্গক্লা পাই, ব্রাম্ফক ফুরিৎ ফাওনবু
উল্লা শাদোং লেংফাৎনা ঈগী ঈরোং নাইরক্লে।
রথী কয়া তুরক্লে, হিংচাবদি, মী, য়োংগী;
শল্লুপ শল্লুপ শাম্মু তুই, বনগী মন্দুং'কেনবগুম
মালং থক্কোন শউমদা পামেন উনা খিকচাইনা,
খেক্লা শগোল শরুপম্মু মালেমলৈদা তুনরে;
ছয়েল্লানকম অতুবু অকী' মশক ফংখরে।
লান্দারক্লে লাইশিংতম চরঙ্গ সেনাগা
চামরবু মিঙ্গৌবা লাইশাগৈনা নিরুবা!
চিত্ররথ কৌবনি রথীরক্তে লমথোইবা
কোরৌ মঙান ঙমজবা দোলাইথক্তা থুনেৎনা
অথোইবদো চংশিল্লি কল্ল' লাম্ফমন্থুং তম,
লাক্কোই শামুই য়েরুবা নোংশা মাদি শানিংখৌ
চেনশিল্লকপা পান্দম্লি, শামু মাবু উবদা।
অকী'খোম্ফম খোম্থাংনা, সুগ্রীবদা উদগ্র,
ছয়েল্লাঙ্গিংনখিনে রথী লীকাপ হৈবদো।

---

চরঙ্গ' সেনাগা—শগোল তোংবা, শামুতোংবা দোলাই তোংবা, খোঙ্গী লাম্মী, মরি অসিনি।

দোলাই চাকা লৈরকপা মালেম্নেগা লৈতাইবা
খোম্মাং গ্র-গ্র লাওবদো ঈরাওখোম্নি চা-নবা।
শামু শয়াম খৌ।জল্লি, বাস্কলনা লাম্ফমদা
( শল্লুপ পুবা শামুনা হোইরকুয়া মশল্লুপ )—
অঙ্গদবু লাপ্তক-উ ; থংশাও শাওখ্রে যুবরাজ,
শাওদোরকুম নোংশানা শারেন মাদি কাংদোং-ফা
শজি শয়াম উবদা! অসিলোমাবলী-কৌ,
থোর' থাংশাং খুৎশূনা শগোঙ্গরুপ ঈরোইনা
কোইরে শাওনা শরভবু, অকল্লক্কে অকম্বা,
বিড়ালাক্ষ কৌবদো বিরূপাক্ষ পান্দমগুম
লাম্ফম তাক্তক ঙমজবা, হনুমানগা লাম্বাখি,
শাওনা লাম্ফম্মদুংদা ! চংশিল্লিদো লাম্ফমঙ্গুং
মক্তু' দোলাই থক্ত-নেৎ, অখৌ' রথী রাঘব,
ওম্মোকপনি অনি-শু লাইরেপাকী মবুংঙো
বজ্র শূবা ইন্দ্রগুম। রাহোং ফীরান মঙাল্লাই
তারকাগী য়েক্লবা কার্ত্তিকেয় কৌবনা,
নিংথিজবা লক্ষ্মণ-উ ঙকখিবনি চাননা
মাগী শকফম ঙমজবা মালেম্নুংদা লৈরমবা।
পাইরে মাইকৈ মরি শিন, উফুল মপৈ পুম্মমম
থক থক নিক্লে তত্তনা সনা লঙ্কা লপ্তে্র গুম ;
লাইজ ঈপাক সমুদ্র ঈরাওখোনবু কল্লক্লে।
শাখ্রে অঙক ফংলবা ব্যূহ শচীই মবুংঙো।

রক্ষঃ নিংথৌ লাঙ্গংলে পুষ্পক দোলাই নেত্তুনা ;
দোলাই চাক। লৈতকক্কম মখোল্লাইমা হৌরকই
লৈতক্লকপা ঈরোইনা মৈরি ফ্রি ফ্রি মকাম্বা,
শগোল মরি অত্তুনা হরাও খেক খেক, ঙকপনি।
রত্নদগী পোক্লকপা মঙান্দুনা মিৎ-পু থক ;
মাংজিস্থানা থৌজিল্লি, কাংথোং খোংপান্নাইতোম্বা
দোলাইথক্তা নেত্তুনা কোরৌহম্বা য়াথোক-কাল
চীংথাংদগী উদয়া, উষারাণীনা মাংওইগুম।
রক্ষ নিংথৌ মবুংঙো উজমক্তা রক্ষঃশিং
মথোই কানা লাওজাখি লাল্লাও খোন্দি অহকপা।
শাথৌববু য়েংত্তুনা মেনখি রথী অথোইবা,—
"মীদ' নত্তে ঙসি লান, হে স্মৃত য়েংঙুদো,
মৈখু চোম্পক মনুংদা খাম্বী মৈবুনওম্বগুম,
নিংথিজরি লাইশাগে, হিংচা'শিংগী য়েরুবা,
রঘুসৈন্য পন্নুংলক, লাক্লেনেসে ইন্দ্রয়াও
য়াইবী মাংখে তাবদা পারী ঈচা ইন্দ্রজিৎ!"
চিংশিংলুর' মপারী, রক্ষঃ শাগে অথোবা
অশাও থাম্বী মৈরি-হৌ, শুরু ঙংবা মপাওনা
লাওথোরকই অস্থুম্না ; "থৌজিল্লুহৈ হে স্মৃত,

কাংথোং খোংপান নাইতোম্বা— কাংথোং অমথক্তা মপানবা দোলাই।
স্মৃত— দোলাই থোবা।

ঐগী দোলাই, মনাক্তা, বজ্রশূবা ইন্দ্রগী।"
দোলাই হেক্তা থৌজল্লি, পুক্লিংশুম্বা য়াঙলবা।
রঘুসৈন্য কাইরেনে, পান্দম অমা পল্লগা
শামু লমশা য়াপম্বা উবা, নিংশা থবেৎনা
বনগী শাশিং চেন্নশুম! নভ্রগনা অমনি,
অকী' শকপান্ননদি তোইনা থক্কী তেন্বী-তা,
মৈরি মানা লানা ঙান, নোংদোম্বক্তি পুম্নিননিন,
মতাংতুদা চেন্নশুম শাগী উচেক মরুপ্না
মাইকৈ সলাই খংদনা অকী'ক্কোইগী মরাং-হৌ।
লৌরি তনখিংখিংতুনা থৌর'তেল্লাং খুবাম-শৎ
তোইনা কাপশিল্লক্তুনা তেঙ্গোম্নিকুপ' থুগাইরে,
অকনশিংগী নোংশারেল, ঈচেলচিন্দোন লিশিংগী
চৈথেং অহক' চাবদা লৈঙোই পঞ্জাও নিংথাইশুম!
নভ্রগনা পান্দম্নি, অহিং লোইরান পাম্ব-কৈ
শঙ্গোম্সম্বন নমখাইবা! মাংজিন্থানা থৌদোকই
বাহোং ফীরান দোলাইদা, লৌরিনাখোংকংন-চিং,
শাওনা তারকা য়েরুবা থোইনা মণিক লৈবনা
দোলাই কাংমাং থৎলৈনে। মথুং অনি লোন্নজ
নোঞ্জ' লক্কাই মবুংঙো তায়জৈ, চিংলম মপাওনা,
"শঙ্করাদি শঙ্করদা, দেব, পূজা কচ্চবা
অহিং নুংথিন্নোঙ্গাংদা, ননাই ওইবা ঐনিদো!

---

থক্কী তেন্বী—বজ্র।

লঙ্কান্নুংদা য়েক্লক ঙসি করিন্নুংগীবু
নংবু দর্শন ফংজবা ? মীরক্তগী তোল্ল-রাম,
মকাদবু করিগী মতিক চাদ' দানদি
পীনবিরি হে কুমার ? নংনি রথী অখোইবা ;
চুমদ' লানওং তৌরগা পারী ইচা অহুবু
লক্ষ্মণ মানা হাৎপীখি, হাংকে লান্দ-মীনম্বা
পংলবদো ঙসিনোং, ননাই লমদি থাবিয়ুদো !"
খুমখি পর্ব্বতী'মপারী, "লক্ষ্মণ মাবু কনগেনে,
রক্ষঃ শাগৈ নিংথৌরেল, ঐনা ঙসি কৌবনোং
ইন্দ্ররাজৈ য়াথং ঙাক । শাম-নতিক নংগী থোক,
ঐগী শাম ইতিক-নম, মাইথিপিরমখোনে-ঐ
নত্র'নংগী অনিং'দি থুংঙম্নরোই কদৌঙৈ ।"
অশাও'খাম্বী মৈহৌখি, ঙসি মঙান চাওখ্রেদো
মহারুদ্রৈ মতিক্লা, ঙংলক-খোম্ফম মনিন-হৌ
থাখি খুৎলাই রক্ষোরাজ মৈবি পান্দম্নরবা,
তেল্লাং চৈথেং চৈহক্-চা তাবাক শূবা খাংঙমদে ।
বিজয়াবু চিংন-য়েং, মেল্লকইদো অভয়া,
"য়েঙ্ অসে চান্নবী, লঙ্কাপাংনা অমুক্তা,
থৌর' তেম্না লঙ্কেশ্বর পারী ইচাদা থাবিরে
মীন্নুংশিবু খংদনা ! নোংদোননোংথক ময়েংঙ্,
উচেক নিংথৌ গরুড়না লাইশিং মতিক মাংহল্লি,

অভয়া—দুর্গা, লঙ্কেশ্বর—রাবণ ।

চংলো য়েীরো নংবুনে নোংথাংলৈমা খোংহাইতম,
পারী ইচা থামজিল্লু, ইতা ! থম্মোই কাইরেনে,
চৎলো থিল্লে ইখোইরোই, ঈখেংঈরি উবদা
নৌর'ইচাই মশাদে। মনাইনা খুতুম চঙবা
সদানন্দ মহাক্তি মচাদগী ভক্তনা
হেন্না চান্না তৌবনি ; মরমসিদে রাবণ-কী
হৌজিক লান্দা মঙল্লে ; ইতারোইও পল্লস্নু !"
পন্দনা চৎখে ইবেম্মা মঙানমপৈ পুনদি
শংবান' নোংদোল্লোংলম খাই কুমারবু কৌহুনা
থাজ মাম্বী, নাপচিক, কোলোই মপাও মেল্লকই ;
"থিল্লে খুৎলাই হঞ্জিল্লো" শক্তি শূবা শাওরন্নু
শক্তিনমাই য়াথংনি। মহারুদ্রে মতিক্কা
মঙন লৈরে ঙসিসে সনা লঙ্কাই মবুংঙো !"
দোলাই-গেদা হন্দোকই ; তারকাগী য়েক্কবা
মতিক্তদি লমথোইবা ! নোংশা লাল্লাও লাওহুনা
তেঙ্গোন য়েন্দেম থরাক শোই, মশীং থাবা রারবা,
রক্ষে মপু থোজিল্লি, পন্দনদি মাইকৈ তম
ঐরাবতকী মথক্তা বজ্রশূ'না ঙাল্লিবা !
মী' লাইদি গন্ধর্ব্ব পল্লোন চাম-চাম থোক ;
কোইখে হিংচাই মপুদো ; হুঙ্কার শব্দ মনিন-হৌ

(১) শক্তি—তা, শক্তিশূবা—কার্ত্তিকেয়্যুনি। (২) শক্তি—দুর্গানি। তারকাগী য়েক্কবা—কার্ত্তিকেয়নি।

অথৌবনা মিংকুপ্তা খ্‌াইদো খুৎলাই য়াওহন্দে ;
প্রলয় খাম্বী মহাক্সা বনগী উপাল উত্তাগুম।
শমজি খাইনা চেম্নরে, অকনবশিং অপুম্বা
ইকাই-ইকি হুন্দোক্লা! শাংনা ফুজিল্লক্লেদো
দৈত্য শাগৈ য়েক্লবা, পার্থ মাবু উবদা
কর্ণ ফুজিল্লকপগুম কুরুক্ষেত্র লাম্বুংদা।
কীর' তোমর কৌ'খুৎলাই রক্ষঃ পন্দে লংশল্লি
'হৌক্' শোর তাল্লোইনা ঐরাবতকী লুরেন্তুম,
লমখাংদান মহুবু তেল্লাং নোংজুনহুনা
লাইরৈপাক্কী মবুংডো ককখিবদো চিংডৈনা।
হায়খি রক্ষঃ নিংথৌরেন নাপন চখোম চাওরগ্না
সুরনাথ চিংন-য়েং,—"মাবু কীজ' মক্তনা
বৈজয়ন্ত নরমদম, শচীথংলেন নহাক্লা
নিকচরকপা মুংশাংনা, ডসি শিরে রাবণি,
নংগী খুজিল্লাংথাক্লা, লৌনম লাম্ফম্মুংদা!
মহু খংনা লাকচ'শাই ডসি লঙ্কা লৈখৈ পাং;
অচ্চা নংবু ইকাইবি! হাংডমদবা নংনিনে,
অচং-অশি নাইত্রবা, নক্রবদি পিনি-নং
দণ্ডি পীগুম যমকৌ'না মিংনা কুপ্পে মম্মুংদা!
ডম্মোই কম্বা লক্ষ্মণবু নংগী নতিক থৌনানা,
রাশক্লিসে ঐগী, দেব!" চাওর গদা খুৎশূনা,
চোংথরক্লে রথীশ্বর, মালেম্নৈদ, লামজোংনা,

থক থক নিক্লি মালেম্বু। খোংথাং মাগী অরুমদা,
কৈবাক কৈদোম্বক্কদি খাংলেম্বাংখুম ক্রেকক্রাক্লি।
বজ্র শূবা হুঙ্কারগা শাওনা বজ্র তাপ্তা-পাই—
খুদক্কবু হুখিদো শাম মতিক গরুড়না,
লেংঙমখিদে বজ্রদো, দেব বজ্র খুৎশূবা!
চাওর'গদা ফুধরে শামু শাকোক শাফু কন,
রক্ষঃ নিংথৌ অথোইবা, অকন হুংশিৎ অঙ্কিনা
নোংদোন খেৎরাংনরবা পামেন উজাও ফুক্কুনা
লোইবী চৌংদোম্বক্কগী লৈদ-হুম্বরকপগুম।
অহক চৈফু চাবদা শামু মতিক হিকথনা,
মালেম থুরু খুদক্কাই। নোরু-রক্ষ চোংথংখি
মশাই খুৎনেৎদোলাইথক। মিৎকুপ্তদো মাতলি
দোলাই তম্না শমখিবা, ফজধরে দোলাইদো;
পীরে লম্বী খুদক্কা দিতিচাশিং য়েরুবা
ইকাই হুংশি য়ান্নরা! লৌরুং খুহুম চেৎনা-শূ,
নোংশা লাল্লাও শাওনা লাও মক্তু দোলাইথক্কোং;
দাশরথি চংশিল্লি, হুয়েল্লানগী লানবুংদা।
মেনখি হিংচাই মবুংঙো, "পামদে ঙসি নংবুদি
হে সীতাই চান্নরোই। ঙসি তাইবং মালং সুং,
নোংজাসিমা হিংজরু খুয়া তুশিৎচনা-নং!
কৈদা নংগী নশানৌ, হুরাল্লান্না হৈথোইবা
মপাপ শরং শিবদো? মহাক্কবু হাংকে-ঐ!

চৎলো নশাইলাক্লংতম রঘু শাগৈ অথোইবা।"
হৌনা নোংশা লাল্লাওনা অথোই' লীরুং লীশূবা
মতিক থৌনা লৈরবা শ্রীরাম মনাও লক্ষ্মণবু
লাপ্তক্রদি উখ্রে। কাওরেন্সল্লক নোংশাগুম,
মাংহল্লিবা হিচাশিং, মতিক ফবা মহাকনা;
দোলাই থক্তা অমুক-কা অমুক মালেম্নেদ-কুম।
পুষ্পক রথ থৌজিল্লি, দোলাই চাকা মনিন-হৌ,
মৈগী মৈরি ক্রি ক্রি কাম দোলাই চাকা মব্রিদা,
ধূমকেতু পান্দমশক লাইমা নিংথি' ফীরান্দো
দোলাই অম্বারিগী থক! লাপ্তক্রদি লমখুম্নু
উবমক্তা পান্দনা খরংলাবা শান্দোক্তিং
হুমথরকুম নোংদোন্দে; রক্ষঃদোলাই থৌজিল্লি,
উবা হুইয়েল্লাক্লুংদা, মচা হাংৎপা সৌমিত্রি,
খেক্লা ঙংবা খোঞ্জেল্লা মাইকৈমরি ফুল্ল-নিন,
মী; লাইদি অপুম্বা রক্ষঃ থিংগে হোৎচিন্নে!
রক্ষঃ নিংথৌ মবুংঙো উজরকপা রক্ষঃশিং
খোংহাই ফোইগী পান্দনা ফুজিল্লকই-য়া-য়ানা।
বিড়ালাক্ষ কৌরবা মতিক লৈবা হিংচাবা
লান্দা মাইথি পীরম্মা অঞ্জনাগী মপারী
নোংলৈ মুংশিং পান্দম্বা ফুজিন্নক্লে তম্নদি,
লাকঙমদবা হনুনি, ঙংখি অকৌ' ফংনবু
নোংলৈ মুংশিং হুম্বদা তেরা মকোন পাইবগুম

মাইকৈ মরি কোইজাইনৈ ; হিংচাবশিং চেম্নরে
খোংজেন ম্নাংনা উবদা যমগী শকপান' অকনবা ।
শাওনা লঙ্কাই মবুংঙো খুবাম খুবাম তেন্দম্না
অখোববু নিকহল্লে, থক থক নিকখ্রে, হৎদো
ম্নুহারাবা মতাংদা লোইবী চীংজাও নিক্কমনা !
মপাবুংগী চরণবু নিংশিংজখি ম্নার-কাল,
অখোবদো, পেন্দুনা ম্নুংশিং কোবা পীনরে
মপারীদা মতিকপু, কোরৌ মানা মঙান পি
থরো লৈরাংগী চাম্নরোই থাজ মঙান ফংজগুম ।
'হুবু মহাক্রুগী মতিক মতিক লৈরবা
রথী রক্কে লমখোইবা নিকষাগী মচানি ;
ম্নুংশিং পারী অহুবু তরাইনবু থিংখরে ;—
লাম্ফমদগী কাইহুনা চেনখরেদো হনুমান ।
চোংশিল্লকই লাম্ফমদা কিষ্কিন্ধাই মবুংঙো,
লান্দা উদগ্র হাৎলল্ল' লান্দা খোইদাজবদো ।
নোক্লা লাওখি লঙ্কা নাথ ; রাজ্য ভোগপু থারগা
করম হুত্র' খেন্দোংদা, অপংবও নহাকনা
সনা লঙ্কা পাংলকপা ? নয়াম্বগী মতাল্লোই
লৈমা তারা ! নকাদা নোংদোম্বরাম্সক্লিবী ;
মাবু তুংওইনরম্না করিগীদি লঙ্কানুং
রথী লানকোক মরক্তা নংবুনহাই তাবরা

লঙ্কানাথ— লঙ্কাগী মবুংঙো ।

কিষ্কিন্ধ্যা ফম্বৈবা ? থাদোকপিরে চেনখো-হৈ,
নরৈবাক্তুম পাংহুনা ! লুখ্‌াই অরা' মৈফমদা
করি হন্না ইক্তৌরি মাবু অপং নহাক্না ?
মনাও নীপা করম্লে , ভমথং মনাও খোম্মে থক ?
শুক্না হকপা মপাওদা খুমদোরকই অকন্বা
সুগ্রীবদি মিংখৈবা বানর শাগৈ মবুংঙো ;—
"নত্ত' লমচৎ চৎপদা নংগুম কনা লৈরিবা
তাইবং মালং অসিদা হিংচাবগী লুচিংবা ?
মীগী তাল্লোই মীতাবা, নশাগৈগ লোইননা
মুংলগনি ফত্তবা ? রক্ষ শাগৈ অসিগী
অমু-কালি ননিনে, নহাক্নিদো হিংচাবা !
ঙসি থরাই থারনি, ইখুত্তবু শোয়দনা।
মরুপকী তালোই কল্লগে ঙসি নংবু য়াইবা লো !"
অসি হায়না অকনবা ঙংনা থক্না লংলকই
লোইবী চৌংদি অচৌবা, নোংদোন্নোংথক পুম্মমম
পাইশিন্বনি চৌংদে ; থৌর তেন্না পন্দেনে
কাপখাইখিবা সুরথী, রক্ষ শাগৈ মবুংঙো,
লীরুং অমুক লীরি-খিং রক্ষঃ শাগৈ লুহৈল্লে
থৌর তেনবু খিংকাপ্না সুগ্রীবদা নম্না থাই
হৌক হায়বা খোম্লোকনা। হক্ল' চৈথেং চাবদা

---

কিষ্কিন্ধ্যা ফম্বৈবা—কিষ্কিন্ধ্যাগী সিংহাসনদা ফম্বা। বানর শাগৈ মবুংঙো-য়োং শাগৈগী মবুংঙো।

অন্না' হকশোক্লাংবনা লৌশিংবদো চেল্লেনে ;
চেন্নখরে মীপাইনা রঘুই ভেঙ্গোন অপুম্বা
মাইকৈ মরি শমজি খাই ( পঙ্গিংলম্বা কাইবদা
লাইজ রা-রা হাথগুম ) লাইশিং পুম্বা হৌজিক্তি
মমি গুম্না শামখরে, চেন্নরেনে মীশিংগা,
মৈখু ঈরোইনন্দি ছুমগুম মৈরি শউম কন
মালং খঙ্গোন মতিক্তা ! মাংদা রক্ষঃ উরেদো
লক্ষ্মণ লাইগী শক্তমদা ! অকন' ময়াই কাহ্ননা
লাজংলিবু রাবণনা ; ভুং ভুং গুংলি মতিক ভন ;
লংগথোরকই সৌমিত্রি অকৌ' অথুক লৈতনা,
ভংগুম শামু য়াপনবা, য়াপম্বমগী মথোন-তা !
লাইগী খুদোল্লীকুংদো শাওনা লৌরি খিংলক্লে।
"হৌজিক্তদা হাই লক্ষ্মণ,"— শাওনা রাবণ ভংখি ;
"লাম্বুংসিদা নরাধম নংবু ঐনা ফংলবা ?
কৈদনোনে হৌজিকসি বজ্র শুবা ইন্দ্ররাজ ?
শিখিধ্বজ তা-শুবা ? রঘু শাগৈ মবুংগো
নয়াগনি হায়রিবা ? কৈদা নিংথৌ সুগ্রীব ?
কনানা নংবু কনবিনি গুসি লোংদা তোল্লবা ?
চিরক মতম নংগীবু পলেম নমা সুমিত্রা,
নতালোইদি উর্ম্মিলা ; নিংশিংজরো অনিদো !

---

নরাধম— মীরক্তগী তোল্লবা। শিখিধ্বজ তাশুবা— রাহোং কীরান্না মাগী দোলাইদা থেৎপা তা-পাইবা কার্ত্তীকেয়নি।

শদোং নংগী পীজগে শদোং চাবা জীবদা ;
চেম্বুরকপা ঈরিদো মালেম ঈচুপহনগেদো !
পুংফম ক্নেন্দোং যত্ত কাল সাগর লান্না ফক্ত্রবা,
রক্ষঃ সঙ্গাই মঙ্গুং-চং হুরান্বগী ফীজেৎ-শেৎ
রক্ষঃ রত্ন হুরাল্লে—তাংঙম্নবা তাইবংদা"
অকী' ফংনা ঙংহুনা নিংথৌ তেঙ্গা থোংলেদো
মৈবীগুম্বা তেল্লাংশিং নোংশা লাল্লাওলুম্ন-লাও
পাওখুম্মীদো চৈহক্না সৌমিত্রিও মীনোংশা,—
"ক্নেত্রিয় শাগৈ শাৎপনি রক্ষঃনিংথৌ খংজৌনে,
কীদে যমফাও ঐহাক্না, নংবু করি কীহৌনি ?
শোক্লে নংসে ঙসিনোং নচাইমৈনা চাক্তুনা
অঙঃ নতিক তৌজহৌ, রথি, থিন্দ মুৎপিগে
নংগী অরা' মৈচাকসে, থাবিরগে নচাই নাক !"
পাখে মাইয়োক্নবা লান, ঙক্না ঙম্ন: য়েংনরে
মী, লাইনা অনিদো ; ককথৎপনি সৌমিত্রি
তেল্লাং লাংথাক্নরকশিং ইতৎ তৎতা হুঙ্কারগা !
ঙক্না রক্ষঃনিংথৌরেল লাওরকইদো মপাওখোন,
নতিক থৌনা, থাগৎলি, সৌমিত্রিও মীনোংশা !
শক্তি শূবা মাবু-হেন' লৈনে নতিক নহাক্নী
'হুবু নংসে ঙম্মরোই ঙসি কনবা ইথুক্তে !"
পারী মচা নিংশিংঙু অশাও পন্দোল্লোমজনা

হুঙ্কারগা— 'হৌক' হায়বগা লোইননা, শক্তি শূবা-কার্ত্তীকেয়

মহাশক্তি লংলক্লে। বজ্রখোঞ্জেন পান্দয়াক
পাইশিল্লকই ঙংহুনা, নোংদোন মঙান থকয়েবা
নোংথাং কারন হাইগুম্মী, তমথি' য়েক্ল-মাংন-তা !
কৌখিবনা নিক্লরে দেবতাশিং, মী ওইবা!
কল্ল' চৈথেং চৈথা-চা মালেম লৈদ-তুখরে
লক্ষ্মণ কৌবা মহাক্লো, নোংদোন থাজ হিকথগুম,
হৌখি শ্রিং-শ্রাং খোম্বোক্না দেবাস্ত্র খিবিক্লো ,
ঈঙাং পাক্তক্লবনা মঙান মমি শামখিদো।
তাংজ লীন্সিং শয়োম্বা লোইবী চীংদোন কিন্থগুম।

শুক্ল' বনগী মন্নুংদা নাপথুরগা শজিবু
শাদান' মাগী শোইফদ্র' তেল্লাং চৈথেং অহুনা,
চেন্সিনবগুম' খোংথাং-য়াং, শংগী-তুকম পাংনদি ;
দোলাই হুন্দোক্লম্লগা রক্ষোরাজ অথোবা
চেনশিন্বনি পুগেইনা শির' হকচাং অহুবু!
মাইকৈ মরি লাওনরে! মাংলে মাংলে করম্লো,
মী, লাই, রথী চেন্সিন্না কোইখ্রেনে সৌমিত্রি !
হায়জখিনে শঙ্করী,— "হাৎলে ঙসি লক্ষ্মণবু,
রক্ষঃ নিংথৌনা লাম্ফমদা ! মালেম উফুলমরক্তা
থরো ওল্লা তুরেদো শুমিত্রাই মপারী হৌজিক্তি !
পেনহনবিরে কল্লকপু, হিংচাবগী মফমদা
ভক্ত-চাহৈল হে মপু ; অথোই নাপন ইন্দ্রগী

তমথি' য়েক্ল-মাংন-তা— অথিরবা য়েক্লবশিং মাংহন ঙম্বা তা অহুনা।

থুদেকপীরে নহাক্লা ; অতুম ওইনা বিরূপাক্ষ,
নিজে ভিক্ষা হে প্রভু, লক্ষ্মণ হকচাং বনথিয়ু !
নোক্লা মেনখি শূলীনা বীরভদ্র চিংন-য়েং—
"খাম্ল লঙ্কাই মপুসে !" নিংবদা য়ো' খোংফম্লি.
বীরভদ্র কৌজবা ; "চংলো হল্লে লঙ্কা-মুং
রক্ষঃ শাগৈ মনিংথৌ ! য়েক্ল' হাংলে হৌজিক্লে
নৌনা লাম্বাক্লবনা করি থোইনা তো হৌবা ?"
খোম্লেমংলাম্নতাগুম দেব দূততো শ্বাই মাংথি।
নোংশা লাল্লাওতমদুনা দোলাই কাখে অকম্বা ;
লাম্বুং হৌনা থিল্লক্লে, লাওখে খোম্বাং অহকপা
রক্ষঃ সেনা পূম্বনা ; চংশিনখরে কোংংতম
রক্ষঃ তেঙ্গোন অচৌবা লাক্ষম্মাইপাক পীনবী
ভীমা চামুণ্ডাগুম্মী, রক্তবীজ হাংতুনা
দেবী মানা জগোইদি শাগুম হরাও মথোইকা,
ঈখেং ঈওাংনদুনা, খেক্লা খেক্লা নোক্লুম্না
হঞ্জিল্লক্লে নিনখোংনা মশাপূম্বা ঈনা-লুপ !
লাইগী মরুপ হৌদুনা স্তুতি কচ্চবগুম্না
বন্দিশিংনা মনিংথৌ তরাম ওকচখরেদো।
অশোমদনা লান্দগী ঈকাই মাইথি লাল্লংনা
লাইগী মপৈ পুদুনা ইন্দ্ররাজ কৌবসু
সুরপুর মরমথৈ তম্না মপাংখিবনি।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা শক্তিভেদো * কৌবা তরেৎশুবা সর্গ লোইরে )।

---

* সর্গ অসিদা রাবণনা মহাশক্তি লংদুনা লক্ষ্মণবু থক্লাই লোথনা মরু ওইনা ইরি হায়দুনা সর্গ অসিগী মমিং "শক্তিভেদো" হায়না কৌবনি।

# নিপানশুবা সর্গ

নিংথৌ শিঙ্গাং লোইরগা, পোথাশংদা চংহুনা,
নিংথৌরেন্না কিরীট লৌথোক্লগা নিংথিনা
থম্বগুম্না, থম্লেনে নোংচুপ চীংদোম্থক্কী,
কোরৌ য়ুমজংলবদা কোকী রত্ন অঙানবা
কোরৌহন্বা মহাকপু ; ফাওরক্লেদো পন্দনা
তাংলৌ অহিং মরুপ্লোই ঈংজরবা থাজদো।
মৈরি চাম চামনা, ঙাল্লি মাইকৈ মরিমক !
হুয়েন্নানুং মন্নুংদা ! মালেম্নৈদা য়াহিপ্পা
লাক্ষমদবু সৌমিত্রি, পাথৌ য়াহিপ্তাল্লি'নাক,
বৈদেহীগী মবুংঙো, তুজরিনে মনাওগা
তুমিন্নদি উতুপ-তা। মিংলুপীরাং পীথমদে,
মনাও ঈখেং ঈরিগা ঈরোইননা শিন্থরি ;
ইচোং-চোংনা মালেম্নৈ, লোইবী চীংগী চীংশাদে
চেন্থরকপা ঈচেনগুম নৈঙাং ঙাংতোংনহুনা।
থোইজেং হুংজেংজনবু রঘুসেনা কপচরি ;—

পাথৌ য়াহিপ্তাল্লিদো।—লান্দা মাইওন্দনা লাক্ষমদা থম্লাই থাদ্বু পাথৌ য়াহিপ্তানবা কৌই। লক্ষ্মণনা হন্দক রাবণগী শক্তিশেল মাইরোং য়ানা মাই ওন্দনা তুবনি ; অহুনা "পাথৌ য়াহিপ্তাল্লি" হায়রি কবিনা।

বিভিষণবু কৌবদো লান্দা মতিক চাওরবা,
অঙ্গদদি কুমুদ নল, নীল, হনুমান,
সুমালীদি সুরভ, কেশ্বরীদি সুবাহু
সুগ্রীবনচিংলবা মবুংঙোনা রাবদা
ঙম্না রাজখিবনি অরা' খাম্বী মৈরাইনা!
জ্ঞান লাক্লগা ইবুংঙো, তেংথারকই রাজনা ;—
"রাজ্য থার' বন্দ-লাক লৈররবা মতাংদা
য়াম্বে লক্ষ্মণ, খাংপোকথোং তাংলৌ অহিং চুপ্পবু
লীরুং খুতুম চেংনা পাই, লীশ্ হৈবা নংননে,
মিশেল খাংনা তত্তনা শংজবদাই য়াম্নবো ;
ঙসি রক্ষঃ কোন্নুংদা — সুম্বা রক্ষঃ মরমদম,
য়েকনবৈস্নু মরকতা অরা-খুদোংথিবগী
ঈপারুংদা লুপ্ল-কাল, নোংজাসিদা ইবুংঙো,
ইয়াম্নবু কাওথোক্লম, হে পাম্নোম পাঙ্গনবা,
মালেম শাংবা য়াতানা তুমখুন করি তান্নিংবা ?
হায়য়ু ঙসি কনা লৈ ঙাকপিনবা নয়াম্নবু ?
লৌগৎলোদো অকম্বা ? নোংজা কৈদা নহাকনা
নয়াম্বে য়াথং নাচুংদে ?  করে ঐগী লাইবক্তা
নোংদম থিবা মরমনা — লাইবক থির' ঐহাক্তি
মথাদোক্লো ঐবুদি, থরাইদগী হেল্লবাও ;
হায়য়ু তাগে য়াম্বনা, করম ফত্র' মরাম্বু
লংজথবা নকাদা লাইবক থীবী জানকী

"ইনাও লক্ষ্মণ" স্ময়দ-শোন, রক্ষঃ কৈশুমশংমুংদা
অহিং মুংথিল অনিদা কপচরিবী নতৈমা,
করম্নং কাওথোকপা —য়াম্বৈ'বুংঙো হায়য়ুবা,
পলেমশক্লা তত্তনা মাগী সেবা তৌজ'দাই ?
রঘুশাগৈ কোক্কী-য়াই, নশাগৈগী শাগৈ-মৌ ;
ফার-থমথি' নত্রনে পৌলস্ত্যগী মচানা ?
অকন হুয়েল্লাম্বানা মাবু শাস্তি পীদ্রি-ঙৈ
পুকচেল ফত্র হুরান'দো, মতিক চাত্রা ইবুংঙো
সুম্না তুমখুন্তাম্বদি —নতিকথৌনা নহাক্কী
খাম্বী মৈরিপান্দম্বা লান্দা কম্বিররোইদ্রা ?
নতিক লৈবা হৌগৎলো রঘুশাগৈ অসিগী
মিংচৎ পজেং ফীরাল-ও ! কনা লৈত্রে ইতেংগী
নংবু নৎত্ত ইবুংঙো ; চাকা তেক্ক' দোলাইগুম,
রথী শাম পাঙ্গনবৈ ? নংনা য়াহিপ্তানখ্রবা
লৈত্রে পাঙ্গন হনুস্থু ; অকম্বও পানদম্নি
লীরি য়াওদ্র' লীরুংগী ; রানা অরা নোংখোংখ্রে
অঙ্গদদি যুবরাজ ; মরুপ্লোইদি সুগ্রীব,
মাইথোং খেগুম্লাংখ্রেনে ; চনিং তাদ্রে বিভিষণ
রক্ষলক্কে অথোইবা দোলাই লাম্বা হৈ-শিংবা,
মুংবংখরে লৈরিবা অকন অথৌ-অপুনবা।
থিল্লে পম্নু হৌগংলো, খ্বাইগী মিৎপু ইংহল্লো
ইনাও নংবু মুংশিবা পাংলো মিম্না লকাবু !

অম্বুগনে ইবুংঙো নংনা মন্নারবনে
তমথিরবা লাক্ষমসে, রথী লীরুংশূহৈবা,
চৎলো চৎসি হন্ন-বন। কান্নদরে মুংশিবা
সীতা উদ্ধার য়াম্বদা,— নোংদম্লাইবকথিবীনি!
তোংদরেদো ইবুংঙো হাত্তোক্লবৈ হিংচাবা।
পারী প্রেম্না মুংনৌবী সুমিত্রাদি পলেম্না
সরযুগী খোংবান্দা মিস্না তরং ইফুৎথোক
কপ্লমগদৌ মাইথোংদো, লক্ষ্মণ, নয়াম্বননে
করম তৌনা য়েংঙমনি, নংবু য়াঙদ' য়াম্বনা
হন্নিহল্লুবা মতাংদা? করি হায়ুনা পলেমবু
খেমজিনজরুগদৌবা; 'কৈদা রাম ইমাদা,
মিংকী মণি ঐহাক্কী? নহাক্কীনা নশানৌ?'
করি করম থেমজিন্নি উর্ম্মিলাকৌ' নিংথিবী
রঘুই মৌদো ঐহাক্কা, নিংথৌকোনগী মীওইশিং!
হৌগৎলোদো য়াম্বদা! ঙসি নংনা করিনুং
মিংলৈ মাইরৈনরিবা নয়াম্বনা কৌবদা;
মাগী প্রেম্না খুত্নম-চন রাজ্য ভোগপু-থানা-নং
চংলকপনি শুক্ল'-বন। অরা' শক্ল্ক য়ামিন্ন'
নংনা ঐগী মিংলুদা তরং ঈপোম হৌবা-উ,

নোংদম্লাইবক থিবীনি—মসি সীতাগী বিশেষণনি। শ্রীরামগী সীতাবু লাইবকথীবী হায়রুবগী মরমদ, সীতাগী মরমগীদমক লক্ষ্মণগী অসুক থুদোংথিবা অসি থোকলিবনি, অসিনি।

তৈথোকপীবা নত্তরা, কয়াই মতিক লুনা-চান ;
হোৌরে হে জিক নয়াম্বে মিন্না তরং ইফুৎ-থোক ;
অাসিমক্তা ইবুংঙো নয়াম্বদা য়েংলক্তে
থরাইদগী হেল্লবা ? হে লক্ষ্মণ মতৌসে
( ময়াম্ববু চাঞ্জবা' স্নুম্না তাইবং ঋাওবা-নং )
ফজত্রনে নফমদা, ইনাও, পেঞ্জরকপা নংদনা,
পুন্সীসিদা ঐহাক্না ! পোকচৈদগী ঐহাক্না
ধর্ম্মদবু থাগোঞ্জ' দেবতাশিং পুম্বদা
পূজা কচ্চরকপনি,— 'তুগী মহৈ অতুবু
পীনবিরিসিরনে ? হে অহিং লাইরেম্বীও,
থোজানহৈবী নহাক্তি ; লিক্লা ঈরিক চাইবির'
নোঙ্গাংদনা লৈরাংশিং, কালেম্নেশা বোকহন্বি ;
পীনৌ থরাই শিংঙেডঙ্গে। অমৃতবু পীহৈবা
নংনি লোইদাম থাজ-ও ; খিকথবিরো অমুক্তা—
পুন্সী পীবা অমৃত, লক্ষ্মণ ইনাও হিংহল্লু —
হি হন্বিয়ু চানহৈবা ভিখারী রাম ঐহাকপু—।"
মতৌ অস্থম তেংথাখি রক্ষঃ শাগৈ য়েক্নবা
হুইয়েল্লাম্ফম ময়াইদা, চেজেং কোঞ্জ' মথানুং
নুংশিজবা মশানৌ ; তনিক তনিক রাজনা
অকন অথো' অপূম্বা ফম্লি মাইকৈ মরিদা,
পামেল উপাল ময়াম্না হাইগুম তাংলৌ অহিংদা।

শিংঙেডঙ্গে— লক্ষ্মণগী মশক গুইরবা লৈরাংসে।

মালং লিরি শউম-য়ে শুক্লবনগী মনুংদা।
নুংঙাইফমু খংদরে লোইবা চনু, কৈলাসতা,
শ্রীরামচন্দ্রে রাবনা; ধূর্জ্জটিগী চরণ-খা
লৈথরকনা তারক্লে হৈরে তম্পাক তালৈদে
নুংশা মপী শাংনা হোন, মিংলু পীরাং চোংচনা,
শিঙেঙল থম্বাল লৈকাদা ইনুংলিক্লা তুংবগুম
কোরৌ মশেক হেন্বকাল! মেন্থিখিনে প্রভূনা,
"করিগীনো নিংথিবি, রারিববো নহাকনা
ঙসি কৌবা নোংজাদা তম্মু মচু ইফম্লাং?"
"নংনা খংদ-উদবা লৈবিবরা হে দেব?"
খুমজৈ দেবী গৌরীনা; "মনাও লক্ষ্মণ মৈন-রাই
সনা লঙ্কা লমথৈদা কপচরিদো শ্রীরাম,
তাবিসিনে, নুংহিকলি। তপঙমদরে ইথম্মোই,
তেংথা খোনদা শ্রীরামগী। কনা লৈবা হে-নাথ,
পূজা তৌবিগদোবা ননাই ঐবু তাইবংদা?
থোইনা ঈকাই পীনরে, নাথ, ঙসি কৌবনোং;
মিংচৎ থিবৈ ঈপাক্লুং ননাই মিংফম লাকহৎলে।
থুগাইরুবৈ নংগী তোপ ননাই ঈপাপ লৈজরি।
তোপতা চংখোল্লবও; খংজরেনে মচুগী
'মুম্বা দণ্ডি পীবিব্রা? ফজ্র'ক্ষেণদা ইন্দ্ররাজ

ধূর্জ্জটি— মহাদেব, কোরৌমশেক হেন্ব কাল —নোংঙাল্লকপা মতমদা,
গৌরী— দুর্গা।

লাক্লম্মোইদো ইকাদা ! লাইমা ফত্রক্ষেণফমদা
মৈাথলাগী মবুংঙো ঐবু পূজা কচ্চবোহ !"
ব্রাগী মমৈ তাখত্রে মহাদেবা কপচখে
অৱা-মুংশি য়াম্নৰা। খুম্মী নোক্না শম্ভুনা,
"করি লৈত্র' থোসিগী করি লাংতক্লৱবা,
স্নজিংগী মমোম্লোই ? থাখে। রাঘবেন্দ্রবু
খম্নুং লমদম পাংনদি মায়া মাগা লোহনবা ;
তাইবং হকচাং য়াওসনু ঐগী থোজান্দগানি,
প্রেতপুরা য়োসনু দাশরাখ রথাদো !
দশরথ মপাবুং তাকাপিগনি মফমদা
করম' উপায় ভৌরগা মনাও মাগী মপুন্সী
ফংগদোবা হন্নবু ; নুংনাংজবা থাদোক্লো
থাজ মাইথোং ভমজবি ! পিখো, টিমেন্তারোং-ঐ ;
মায়াহ মফম ফজাব। শুক্ল-মম্বা খম্নুং-পুং।
থাম্বী মৈরা শক্ল-ভান, পুমঙান ভান্ন মফমদো,
কৎনি পূজা মাবুদি লৈরম' প্রেতকা মরুপ্না ;
নিংথৌ রাজদণ্ডদা প্রজাশিংনা নোল্লুক্লুম ।"
কৈলাস স্না সঙ্গাইদা নিংশিংলে দূর্গা মায়াবু।
থিন্দে মায়াহৈবীনা নোল্লে অম্বিকাদাদ ;
তগুকপবু মপাওনা হায়াবরকই পাব্বতা ,—
চৎলো নংবু লঙ্কানুং, তাইবং শুন্মৎলিবা-ও।
প্রেত পুরী— শিখ্বাশিংগা মথৱাইনা লৈফম।

কপচরিবা শ্রীরাম মনাও লক্ষ্মণ মৈন-কা,
থুদাং পিক্ষম তৈজনা, নিংথিজবা মপাওনা
মাবু থেমজিল্লগনে, পুকো মাবু প্রেতপুর ;
মপাবুংঙো দশরথ, তাকপীগনি মফমলাং
করি উপায় তৌরগা মনাও লক্ষ্মণ পুকফবে
পুন্সী অমুক ফংদোবা অতৈ তেঙ্গোল শিথি শিং
মাংল-লাম্ফম অসিন্নুং ; পাইরো নথুথন্বান্দা
ত্রিশূলীগী শূল, সতি ! থাম্বী মৈরা শরু-ডান,
শুরুমম্বা থন্নুং-পুং ভানবি থুংলাই অসিনা।"
উমাগী থুয়া নোল্লগা চংথে মায়া পন্দনা।
নিংথৌ তুরেল লমদাংইন ছায়া চেল্লে লাপ্তক্লা
শকথো তুগী মঙান্না মকশিল্লবা মতৌদা !
থরান্নিচাক পরেংদো খোইরুম মোমোন্নোকচরি
মণি ময়াম মরক্তা কোরৌ মশেক য়েঙ্গুমনা।
তুংওইননা নোংদোন্থক মঙান লৈ-ই চিংলম্মী,
সমুদ্রগী ঈমাইদা হিরেল হিরি তম্বগুম,
লাকপনিদো নিংথিবী সনা লঙ্কা পাংনবু।
শ্রীরামচন্দ্রে নাপ চিক, লোল্লপ মেন্বি পল্লেম্না,
"মিংলুই পীরাং তৈথোক্লো দাশরথি রথীরেন,
নথরাই ওইজ ননাওসে শোইদনবু হিংনিদো ;

নিংথৌ তুরেল— জ্যোতিশ্চক্রগী ময়াইদা কোইরপ তৌনা লৈবা থরান্নিচাক মপৈশিং।

সমুদ্রগী ঈরোয়ুং থিল্লে ইরু শান্দেংলো,
চৎসি পল্লগমুসি ঐহাক্কনে খমুং-লম ;
নোংমন্দনা চংগনি, পুকফব-ও ঙসিসে
খমুং পুংদা নহাক্না, সদাশিবৈ থৌজাম্না।
দশরথ নপাবুং, তাকপিগনি নকাদা,
করি উপায় তৌরগা ফজ' ননাও হিংদৌবা ?
হে পাম্বোম পাঙ্গনবা, চৎসি পম্বরনুসি।
শেমগে সুড়ঙ্গ লম্বী-মা, পাখত্তনা সুরথি,
চংঙু মনুং অহুদা, ঐনা নখাং থাগনি
নংবু লমতাক লমতাক্না। সুগ্রীবনচিংগী
লুচিংবশিং লৈরিবা, তাক্লম্মুনে চেয়কশিন্না
লক্ষ্মণ কৌবা ননাওবু শংহৌনবা সন্ত্রিশক।'

ঙকচাননা শ্রীরাম, মপুক ফারে লৈরিবা
লাল্লোই লুচিংবশিংবু, সিন্ধু খোংবান খোংশাল্লে
মহাতীর্থ শেংলবা। লুর' লাইজ' ঈরোয়ুং
শেংনা ঈরু শান্দেংলে লাইবক ফবা ইবুংঙো,
দেব পিতৃলোকনচিং তর্পণ কচ্চ' পেহ্লল্লে,
পন্দে লাসং শংজিন্দা থুংলৈ মদোম শ্রীরাম।
উজরক্লে হৌজিক্তি নিংথৌরক্তে থোইজবা
দেবতাগী মঙান্না শংলেন শিন্না ঙাল্লম্বা।
চেপচ' খুবাং চাংজৌদি, লৈরাং খুজোক কচ্চনা
রথী তৌজে পূজাদি দেবী চরণ খাহুদা।

হকনা কীবা বীরবেশ হকচাংদবু লৈতেংলে
থোইনা থোনা লৈজবা, সুড়ঙ্গী লমদমদা
খোংলেংশিনখে পন্দনা— মানা করি কীদোবা
দেবতানা মফমদা কুবিরবা নত্তরা ?
লাক্লে রাঘব অথোইবা, শুক্ল মম্বা বনগীন্নুং
লম্বী লমদাং ফত্র'দা চৎপা তাংফম অত্থুদা,
তাংলৌ অহিং ৱাইরকপা, থাবন্মঙান তাবদা
নোকচবগুম বনত্থুনা, মায়াই মঙাস্তারিদো।
মাং থা-থাত্থুনা দেবী লেংলি তুমিন্না।
হাকলৈর' রঘুবর তারে ঙক্ল ইরাওখোন,
ঈপাক লিশিং লিশিংগী ঈরাওখোল্লোই মতৌনি !
য়েংবা অকী' পোক্লেনে লাগুক্লবু উবদা
থোইনা কাবা কোন্নুংদো, মমত্থুনতা মরৈবা।
চেল্লি মাইকৈ মরিদা থাঙ্গম্পাৎকী মতোগুম
বৈতরণী তুরেন্ন। হোনা য়াক্লা মখোঞ্জেন,
শঙ্গোম পিকথন ঙৌরবা খাংজাগত্থুনা শোর'দা
মনিন মৈথু ৱা-ৱা-গুম; মিপাই মেথুই চবুন্দো !
কোরৌ মঙাস্তাদেদো খম্নুং নোংদোন্থকসিদা;
থা-থৱান্মিচাকনচিং উদে শূকউ, পুম্মমনি,
মৈরি ৱা-ৱা কারিনে নোংদোস্তাল্লৈক থক্তুদা
নুংশিৎ শিংলি-উরু-রু ; হোনা ঙংলি প্রলয় কাল
পিনাকশূবা শিবনা পিনাক কোবা লীক্লুংদা

থৌর' তেন্দি তেঙ্গা-থোং শাওনা ঙংথোরক্কুম্না।
ঙকখ্রে, রঘুরাজদো, তুরেন্তোন্থক অত্তুদা থোং লান, য়েংব্দা ঙকখ্রবা; করিগুমদা মৈগুম্মী করিগুমদনা মৈথুনা পুয়োম হেক্তা ময়োম্মী নিংথিজগে অমুকস্ত, সনানা শাবৈ মতৌগুম! চেন্সিল্লিনে তত্তনা থোংলান্তম্না প্রাণীশিং লখা লখা কোটিব্ কনানা লাওরি 'মাংলে'; কনা অম্না লাল্লিনে হরাও মথোই কাজনা!
বৈদেহীগী মবুংঙো হংজরকই মায়াদা,— "থৌজানহৈবী তাকপীয়ু, করিগীনো থোংলান্সে শক্লোন কয়া লৌরিবা? করিগী প্রাণী কয়ানা (মৈরি উবা মতাংদা য়ুরালমপৈ পাইশিনগুম) মশীং থীবা ব্রারবা, থোংলান তম্না হোৎচিন্বা?"
খুম্মী মায়াদেবীনা,— "ওইনিংবদা ওইঙম্বী থোংলান্নিদো সীতানাথ; পাপীশিংগী মকাদা থোংলান্না মৈরি মশক্লি, অত্তুগনে খোংহাইরক; পূণ্যচেন্বা প্রাণীনা, থাগৎনিঙাই ওইরবা লাইরৈপাক্কী লমদাংগুম খোইনা নিংথিজবনি। অত্তু, অ'-দৈ অত্মাশিং মশীং থিঙমদরবা উরিবসে নিংথৌরেল, তাইবংমালংপান্বদা হকচাংপোলাং থনম্না, লাক্লিবনি মখোয়সে থম্নুং লৈপাক অসিদা মানা তৌজে মহৈবু

চাজদৌরি মখোয়না। ধর্ম্মে লম্বী লমদাং-লক
অদুগুম্বা মখোয়না থোংলান অসি লাল্লগা
অরাং, মনিং, নোংপোক্তম চৎনখিনি ঙম্ববা,
পাপী ওইবা মখোয়না লাইজখোংথিন ঈরোইনা,
ফৈরান্ননি তুরেনসে অহিং নুংথিল খাক্তনা
অন্না-শদৌ থোংনদি; তুরেল্লেরাই তমজবা,
যমগী দূতনা মকোকথক চৈবিহক্কা ময়েবী,
ঈরোন্নুংদা চাক্কনি পাপকী য়াইবী শিংতুনা।
তপ্পা তপ্পা রঘুবর চৎলি তুংওই নাতৈ-ইন,
সনাই মৈরা চোমজাওগক মাংদা মায়াহৈবীনা
ঙাল্লি খম্নুং লৈপাক্তো। থোংলান্দূগী মনাক্তা
কীনা য়েংশিনখিবদা লাইমা কীর মশাকফম
দণ্ডশূবা যমগী দূত। বজ্র খোন্থাংগুম্ন হক,
লাওরকইদো যমগী দূত, কনানোহৈ নহাকপো!
নঙন নতিক করিনা, তাইবং হকচাং পোলাঙ্গা,
হাই থোনা ফরবা! লাক্লি খম্নুং লৈকোইবুং
আত্মাই শকপাল্লৌনবু? হায়য়ু পন্ন খোংহাই-থু,
নত্র' য়াইবী মাংগনি চৈবুন চৈথান নিংকুপ্পা।"
নোক্লা মায়া, শিবগী ত্রিশূল উৎলে দূত্তুদা।
নোঞ্জনবু খুরুমজ' দূতনা মেঞ্জে সতীদঃ—
করি ইতিক লৈজবা, হে সাধ্বি! নহাকপু
থিংঙমদৌবা নখোংফম? মশামক্কা থোংলান্না

সনাই শকফম লৌজরে মিংয়েং তাবিগনিদো
হরাওজগুম নোংদোন্না উষারাণী উজবা !"
বৈতরণী তুরেনবু লান্থোকলেনে অনিনা।
য়োংনাশাবা কোন্নুং-থোং উরে মাংওইননদি
রঘুপতি কৌবনা ; চক্রগুম্না খাম্বী মৈ,
মপৈ মপৈ লৈরিদো অতৎ অথম লৈতনা,
মাইকৈ মরি পুমঙান ঙান। মৈরি ঙাক্ত তৎতুনা
উরি নিংথৌ অথোইবা, কীর' থোংগী মমাইদৈ ;
"লম্বী সিদা ফাওরগা চৎলি পাপীশিংতুনা
অরা' কুইনা অরা ফংজরি ; হে থোংহাইবিরকপা,
থাবিরগা অপাম্বা, চংশিনবিনি লমদমসে !"
শরু শয়াংদা ঙাইরবা, উজখিনে স্তুরথী
অরুম লাইহৌ হোরবা। করিগুম্বদ ঈংবনা
থক থক নিকনা খাংলিনে কংল'-খুইর মশাদো ;
করিগুম্বদা মৈ থারি নক্রগনা চাকলিনে,
রাড়বাগ্নিনা চাকপগুম লাইজ ঈপাক্লিংথৌবু।
লুংশং, কংথু, লাইহৌনা করিগুম্বদ-লাক্লিক্লক
রাখল্লংজিন মম্লখি। অনাবসিগী মনাক্তা
মবুক ঙন্না চাওরবা ফম্লি চরা তমজনিং ;—
চাশিনখ্রবা চানবা, হন্দোক্লগা ফত্রবা
হন্না হন্না, থাঙ্গংলে মখুং অনি চংতুনা
হরাওনবু 'মুক-চাই ! মহাক্তুগী মনাক্তা

ময়াই কানা খেক্কনোক মমিৎ উইরুম উইরুম্নি !
'মুকস্থু জগোই চামলৌরি শৈরা ওরিনে অমুকস্থু
মুকস্থু শাওনা ঙাংলিদো, অমুক হেক্তা তেংথাবা,
খাখন পরিংহুন্দনা মতম পূমদা পংলবা,
জ্ঞান মাংবনা মশিঙ্গাং ! অতুমগী নাকয়ানা
অপাম ঈপাল্লান্নিংবা, মশাদা চরৈ থোংত্রবা
অশিবগা পাংখকপা, অতুবুনে পাপীদো
নিংজৈ অতং লৈতনা —চাক্লি মথম্মোইবুখোন,
অহিং নুংথিল অনিদা অপাম ঈথক মৈরিনা।
অতুমক্কীস্থু মনাক্তা ফম্লি যক্মা থুংলবা
ঈতোং থ্রোক থ্রোক ঈ ওনা, অহিং নুংথিস্তত্তেনে
শি-থ শি-থ লোক্কং খুই ; অরুম লাইহৌ তত্তবা,
অনাইপুকোক ! পুকয়েকপা ; মমিৎ নাপু কাখরে
শৌজথোংগী থোংবান্দা ঈনা ঈরি তত্তনা-তাই
লাইজ ঈরু পান্দল্লাক। অরাম খৌরাং হায়রিবা
য়েরু পান্দম ওইহুনা মাবু লাকশিলক্লিদো
মিংকুপ খুদিং তত্তনা ; অঙ্গগ্রহ মিংগৌবা
কীর' যমগী দূত্তুনা চুপ্লি মতিক থোকচনা
কংখ্রে ময়াং মহুদা, পাম্বা মানা শারাক্তম
য়াথোং লোল্ল' জীবগুম শুক্ল বনগী মনুংদা
হিকথ লৈদ তুর-কাল, চুপকুম উখেং হরাওনা।
লাপ্তক্কৌনা ফম্লিনে অনাবসিই মনাক্তা

ঙাওরবনি মহাক্তো, —করিগুম্বদা ফিংগৎলি
আহুতিবু পীবদা থাম্বী মৈচাক করক্কুম।
'মুকস্থ শোন্থে মপাঙ্গল! মখল্ল কয়া লৈতেংনা
লৈতেংঙিনে হন্নস্থ; 'মুক্কা চরৈ ফীথোংদে
হরপ্রিয়া কালীগুম। 'মুকস্থ ঈশৈ ঙংথোক্লি
খুবাক্তাল্লোই ঙাওচৎনা, 'মুকস্থ হেক্তা মকপ্পা;
খেক-খেক অমুক্লোকপদা শকফম থিনা কাইবনি
'মুক্কা খনাও লেল্লিনে থোর খুৎলাই খুৎশূনা;
থকচিল্লি হু; লাইজমুং লুপশিন্নিদো মঙক্তা
থোরি লীহুক্করগা! 'মুকস্থ লাইমা তোল্লিনে!
রাখল্লাঙ্গোইনহুনা অপাম-মৈচু নুজানা
কৌরি কামী কনাবু অপাম ঈপাল্লাংনিংনা।
সিনা অমাং অশোইনি রাখল তৌরু' লৈতনা
তরা চাক্কা চতোৎনা ওন্থোকপনি মচারি।
হঙ্গোই তুকচদনা লাইমা লাইনা হোৎনরি।
'মুকস্থ য়োৎহল্লিং মচল্লি, মুকস্থ পুমতে মতেথৈ
চেন্দ্র তুরেল্লাইজগুম মালং শরাইদ্রবদা!
অতৈ অতৈ অনাবা ঙম্না করম শীংথানি?
উরে রাঘব রথীনা মৈগী কুচু দোলাইথক
(চরৈ ফীদি ঈখেং লুপ, থোর' থাংশাং খুৎত-শূ)
লাম্ফমূং! দোলাইদা ফম্লি শাওনা ওনশিল্লি'

কামী কনাবু—অপাম লৈ-চিন্নিংবা কনাবু।

শাধোবগী ফীজেত্তা, ওক্তা মীকোক পরেংনি ;
মীশা ময়াম্না মাংদ-পৈ ! উরে মীহাৎপন্থ্ব,
কীর থাংশাং শূরিবা ; পাম্বোম থাঙ্গত্নদ-লৈ
ওম্থোকইনে মতমপূম, মীহাৎনিংবৈ থৌরাংদা ।
তলা পামেন উশাদা ওক্তা থৌরি লীকা হুক
য়াল্লি করি ঙাংদনা মদোম শিগে থৌরাংনা,
মরৈ শাংনা লৈতিংলি, মমিৎ লাওনা ওনখৎলি
লাইমা কীনে মশকক্ষম ! রাঘবেন্দ্র য়েংতুনা
মুংশিরবা মপাওনা মায়া দেবীনা মেল্লকই,—
"উরিবশিং অপূম্বা শকথিরবা যমগী দূত,
রঘুরথি, কোইরিনে, শক্লোন কয়া পুতুনা
মালেম্নুংদা তত্তনা, শুক্র বনগী মনুংদা
শাদাম্বশিং অতুনা শজি শঙাই থিবগুম !
চংশিল্লুদো ইবুংঙো খম্নুং লমদম সীতানাথ ;
উহনগে ওসি নকাদনে কয়া রানা খাংলিবা
খম্নুংপুংদা আত্মাশিং । মখা থোংনি মফমসে
মরিফুমরি নরক কোম, লৈরি মাইকৈ অশোমদা"
চংশিল্লক্লে খম্নুংলম, সীতাকান্ত পাঙ্গনবা,
লম্মৈ চাকখ্র' বন্নুংদা, ওম্থোকইনে, ঋতুরাজ
মতৌগুম্মী বসন্ত ; খিক্লবগুম অমৃত
থরাই লৈত্র হকচাংদা ! পুম্মমম্মী খম্নুংলম ;

সীতানাথ —সীতাগী মবুংঙো ।

নিল্লি মাইকৈ মরিদা মীকপ মীরাও খোঞ্জেন্না।
কন্না য়ুহা-হাবদা নিক্লি তোইনা তোইনদি
ঈশিং কংফাল লৈরিবা ; শুক্ল মংবা নোংশিংনা
শাওনা ওথোরকলিনে মাংনা-প্রলয় মৈরিদি।
নমথিখ্রবা মনম্ন মালং মানা হুম্নক্লি
শির লখা লখাদি পোংলোইগুমনা মোংকমদা !
মিকুপ খরৈ মতুংদা রঘু' থোইব মাংদ-উই
ঈপাক পাংলেন অচৌবা ; লাইজ ঈশিং পান্দম্ন'
চেল্লি ঈরাওখোল্লোইনা থাম্বী মৈদি প্রলয়গী !
প্রাণী কোটি কোটিনা মত্থদবু তাওরিনে
ওন্না থোইনা থাংলিদো শিরে শিরে লাওজনা।
ওন্থোকপনি নোংদম্বা লাইমা তমথি নথম্মোই,
শোম্বীবনো করিন্নুং ঐখোয় পূমবু নহাকনা
ওন্থোকপনি তমথিনে হাৎপীদবা করিগী
পলেম শিওম্মেম্নুংদা, নাওতম্লিঙৈ মতাংদা !
কৈদা নংবু, কোরৌহন ? তাংলৌ অহিং নিংথৌবা,
নংবু থাজ থানিংথৌ ? পেঞ্জ'ফংনি কদৌঙৈ
নখোয় অনি উজ্জ', দেব ? কৈদা তালোই ইপারী
ঐগী হায়বা নখোয়বো ? কৈদা, মাংলে, ইরন্ন
নরমগীবু কয়ানি ফত্ত' লমদা লমদাংখি
অতৎপবু লৈতনা— তৌখি নত্ত' থৌ কয়া,
ধর্ম্ম মখৈ থওইদা তুংওই খোঙ্গাওনহুনা।"

স্নুম্না পাপী প্রাণীশিং কপ্লি পাৎলেন্সিদবু
মিৎকুপ ক্ষেন্দোং খুদিংদা। নোংদোন্দগী পন্দেনে
পাওখুম্মকই বাণীনা নোংদোন্দেবু নাওথাইবি
কীনা নিনবা খোম্থাংদা, অরেম্বদা করিগী
ফত্রবশা চৈরিবা, বিধি কৌবু নখোয়না?
হোইনা লংজ' থৌগী-হৈ, ফংজবনি খম্লুংপুং!
পাপকী লৌনম্লাংদা-থু, ধর্ম্ম করি কাওরুরি!
বিধি মাগী নোংদমদি নিংথিজবা নোংদমনি,
তাইবংন্নুংদা ফাওরিদো!" লোমখ্রে দৈববাণীদো,
কীর' শকথোং পুরবা যমগী দূৎনা ফুধরি
লুরেন কোকথক অতুদা, চিক্লি তিন্না নানদি,
বজ্রে খুজিন পাল্লবা, শদোং চাবা উচেক্লি
পাইথোরক্ত তোংলরে, মীরেন হকচাং পোল্লাংদা
শিংলি নাওরি শেত্তংলি ঙংনা খেক্না লাওনদি!
অরা-অনা খোন্থাংনা থোঙভাক্লমদম থনখরে।
মেনখি রানা মায়ানা, রাঘববু চিংন-য়েং—
"পাৎলেন অসে রৌরব স্নুম্না মিঙ্গৌনবনি,
তাবরনে রাঘব খাম্বী মৈরি শকপানবা!
মীরল ছুবা ফত্রবা মানা লৈদো ন্নুংশাংনা;
রায়েম্বদা মাননে রায়েন কারন হৈনবা

মীরেন হকচাং পোলাং— যমগী দূংদা শিজুনদি চংলবা থরাইনা ছিংজুনা লৈবগুমলিবা, মশিগী মশক ওইবা। রৌরব— নরক অমগী মমিংনি।

মাস্থ তাইনে অসুম্বা নরক্কী পাৎলেনকোন্সিদা ;
অতৈ অতৈ আত্মাশিং মহাপাপ-তৌ প্রাণীশিং ।
'সিগী মৈদি মুৎনাইদে, চিক্লি তিন্না মতম-পূম !
চুম্নে থাম্বী নত্তেনে, হায়খ্রুহুনি নফমদা ;
চাক্লিবদো প্রেতশিংনা 'সিগুম শুক্ল নরক্কা
রঘু লমথোইরবও ; থাম্বী মৈগী শকপাল্লৌ
নোংদম্বগী অশাওবা চাক্লি সিদা তত্তনা
চৎলো, রথি, চৎসিদো, উহনগেনে কুম্ভীপাক !
শার' থাওদা যমদূতনা ঙৌরি পাপী মপৈবু ;
নরক অহুদগীনি, তোঃ তাওনে অকনবা,
লাপ্পা মীকপ মীরাওখোন ! ঐগী মায়াই মতিক্কা
নাতোল্লম্বী থিংবনি, নংগী, অহু নত্র'দি
সিদ' লৈমক ঙন্নোইদো অথোই রঘু হে রথি ।
নত্রগনা চৎসিনে অন্ধকূপ কৌ' নরকতম ;
কপলি মদোম শিজবা পাপী 'মাংলে' লাওজ্জনা
থাফদ্রবা বন্দী ওই !" খুবাং লোল্লা মেঙ্গেনে
নিংথৌনদি ''ঙাকপিসি, ঙাকপিহৈবী ননাইবু ।
শিজরনি হৌজিক্তি ; মীগী অব্রা উজবা,
অমুক অতৈ অব্রাবা উংপিরবা ননাইদা ।

থাফদ্রবা বন্দী ওই— মথন্দা মরন্নাই শিজবশিংবু 'থাফদ্রবা বন্দী ওই ; হায়রুবদি, মথক্কী 'অন্ধ-কূপ' কৌবা নরকক্তগী অহুক কাখৎনবা উপায় লৈত্রে, সিনি । কুম্ভীপাক, অন্ধকূপ— নরক অমমমগী মিংনি ।

ওম্থোকইনে, পলেমও চাইবং মালংপাল্লিদা
কনানা পোকচনিংগবা, তুংদা দশাসি ফংদৌ'দা ?
পাম্বে লৈত্র' মীওইবা ; পাপ খুরৌ লাংথাকপা
কনানা থুদবা ঙমদৌবা ?" পাওখুমথিনে মায়ানা
"হুবু নত্তে, লীশূবা, তাইবং মালং অচৌবা,
ইন্দ্রি খুত্নম চনবনা হিদাকনিনে মহাক্কী !
হে-বু তোংবা কনানা অসিগুম্বা হিদাকসে,
কনানা মাবু ফনঙম্মি। থৌগী থৌফম চংবদা
পাপকা লাম্বা তৌরবা, অতুগুম্বা লৌশিংবা,
দেবতাগী মপৈনা চানবি মফম, মতম-পূম ;—
ককঙমদ্রবা কবচ ধর্ম্মনা লিংপী মহাকপু ;
সিগুম দণ্ড পিফম লম উরগনে হে রথি,
নিংহন্নরবা নহাক্কা, চৎলো লমদাং অসোমদা !"
খর চৎল, শ্রীরাম খোংহাই, খোংহাইফত্র-বন,
চিকখে, পাকখে, শাংখে ; খোংদে চেক্লা মরুম্প,
মালং শরাই লৈতেদো কীর' সিগুম বনগীনুং,
শাংতে শিঙেঙল্লেরাংশিং, বনগী লৈতেং ওইজবী।
মফম কয়াদা ফাওজিল্ল', পামেন উনা কুংললক

---

মফম কয়াদা ফাওজিল্ল'...... ... অসিনচিংবা—অনাবনা নোকপা মঙানগা মঙান অসিগা চাংদম্নরুবদি, অনাবা মীনা নোকপদা করিগুম্বা রস্ অমদি মঙান লৈতে, অতুগুমদুনা, মঙানশিংদুনা উনা মরক্তা ফাওজিন-ফাওজিন্দুনা চংলকই হায়বতনি। ঙাক্সবতনি, মত্তুদা করিগুম্বা মঙানগী ফজবা অমতা লৈতে।

কোয়ৌ মঙান তাররি, 'হুবু মঙান মশাম্মী ;
অনা য়াহিপ্তাল্লবা মাগী মীনোক পান্দমগুম।
লখা লখঃ লখা প্রাণী, খিন্দে হেক্তা মকোইরে
চঙরুনা রাঘবপু, চুহি পুল্লাং কাইদোইব্দা,
হয়িং মপৈ ওয়ক্লুম। হায়জে কনা, ন্থুংহিকনা,
"কনানোনে নহাকপো, তাইবং হকচাং থাদ্রিবা ?
হায়য়ু করি গুন্নবু খোংহাইরকপা অসিদা ?
ভাংঙু নপাও ন্থুংশিবা, ঐখোয়পূম্বা পেহ্লল্লু,
নপাও খোহি নোংজুহন ! মুমিত্তুদৈ হুবিবা
পাপঃচেন্থরাই যমদূতনা, অত্তুদগী হৌতুনা
লৈয়েং লোন্দি খোইথুম্বা থোকচন্দ্র'নি ঐখোয়না !
ঈংজয়ে ইমিৎ, উজবা নশকফমসে হে রথি,
নিংথিজবা, ইংহল্লো নাকোং অনি নপাওনা !"
খুম্মী রক্কে য়েক্কবা ! "রঘুশাগৈ' শাৎপনি
তোল্লবদি, প্রেত-শা ! দরশথ রথীনা
ঐবু পোকপা পন্থৌনি, পাটেশ্বরী কৌশল্যা,
নাওফুইবীবা পলেম্নি ; রাম কৌই ইকোল্লোই ;
ওন্থোকই, বন্দা লৈজরৈ, নোংদমখোনগী দোঘনা !
ত্রিশূলীগী পাওতাক্কে, পন্থৌ শক উন্নজগে,
অত্তুনোংগী ওসিসে থম্মুং খোংদায়কপনি।"
খুম্মী প্রেত অমনা, "থংঙি ঐনা নংবুকো,
অথৌবও। নহাক্কী ভেঙ্গিন য়াইবী থারকই

পঞ্চবটী বনদা-ঐ ।" উবদবু নিংথৌরেল,
ঙকথি মারীচ রক্ষবু—হকচাং মাগী য়াওরমদ্রে ।
পাওহংলকই শ্রীরাম, "করি পাপ্না লাক্লিবা
শুক্ল কীর বনসিদা, রক্ষঃ তম্মু ইকাদা ?"
"শাস্তি অসি ফংনবৈ, পুকচেল য়ৌনা মক্লবা
পৌলস্ত্যগী মপারী মানা খুজিন তৌবিদো
রঘুশাগৈ অথোইবা ।" পাওথুম্মকই প্রাণীনা
হকচাং পোলাং য়াওদ্রবা, "মাগী মথৌ পাংনবৈ
নংবু লাইথোক্লুবনি, অতুন্নুংগী ফংবনি
খুদোংথি'সে ঐহাক্কী !" লাক্লে দূষণ, খরগা,
(খর, থৌর' থাংমকনি হুইয়েল্লাম্ফম, হিংলিঙৈ)
উজ' শ্রীরামচন্দ্রবু শাওনা, নাপন কানদি
অনি চেনখ্রে থাপ্পবু, য়ারেনহূবু য়াওদ্রবা
তাংজ লীনদি অচৌবা উরুবদা খৈরোইনা
মুংঙাইতনা লোৎখিগুম ! থিন্দে হেক্ত নিল্লকই
কীর' খোঞ্জেন বনগীমুং, চেনখ্রে চোংন-ফম্নদি
লৈরম্মীবা প্রাণীশিং, উনাঅকং পাইখিগুম
নোংলৈ মুংশিৎ শউমদা ! মেনখি অথোইববু য়েং
মায়া, "লৈরি প্রেত্‌শিংসে, রঘুমণি তাবিসি,
নরক কুণ্ড কয়াদা-লৈরিববু ঙাক্তনি ;
মরক মরক মখোয়না মতৌ অস্নুম লাক্লুনা
কোইরৈ, কপফম বল্লিদা, কপচরৈনে তুমিন্না ।

অদো য়েংঙু যমদূতশিং তানশিনখরে শাওনদি
মাগী মাগী মক্কমদা।" সীতাই থম্মোই থম্বাল্লে,
করোহনবা ওইরিবা, উখরেনে নিংথিনা
ভূতশিং মপৈ মপৈবু মঙংত্তুদা ইন্নরি।
কীর-মূর্ত্তি যমগী দূত ; চেল্লি লাও-খোংন ভূত,
শক্তিশিংনা চেনবগুম চরাম্ন নোংশানা তাব্বদা
মুংশা থবেৎ হোন্দুনা! মায়াগবু লোইননা
লাক্লে অরা' ঈকা-হৌ, শ্রীরাম, মিৎলু ইরা চেল।
ঙহাক লৈর' লাওখোংবা তারকপদা সুরথী
পাখৎখি। উই লাপ্তুক্লা লখা লখা নুজাশিং
মঙাল্লমশেক ইশাম-শাম করৌ নুংথিল পোবোপ্তা
থাজনা মমি শাম্বগুম নোংদোক্তিয়া মথক্তা।
কনানবু ফোইদৎলি শাংল' শল্লাং, হায়রকই—
শল্লাং নংবু শম্বুল্লুই মতম পূম'দা ঐহাক্লা
অপাম' ঈপাল্লাংনিংবৈ মপুকশিংবু পুন্নবা,
ধর্ম্ম-কর্ম্ম পুমকাও-কাও, ঙাওখি যৌবন ময়াইদা"
কনানবু খোত্তুৎলি ঙানফম তোংলোই থুজিন্না'
হায়বকইদো ওন্তোকই ; হীবা মুক্তা মতুমনা

মশম শল্ল পুনবনচিংবা মকে শেম্বনা মরম ওইডুনা মহৌশানা কামুক ওইবা মীশিংগী থম্মোই হুডুনা মখল কয়াগী নুংঙাঈ ঈপাল্লাবা অতুগী মহৈনা স্বর্গদা নুংঙাইবা ফংলবগুম থল্লুবদো, হৌক্তিক অসিদা অতুগুম্বা নুংঙাইবা অতুনা নরক ভোগ চাবরোমদা ওন্থোরকলে, অসিনি কবিগী মত।

লৈতেংবদা নহাকপু ঐনা মতম মাংহল্লুই ;
করি মহৈ ফংলবা ! কনাগুম্বী সুজানা
কপ্পা হন্দোকচরিনে মিঙ্গা অনি মশাঙ্গী
( লাংজা মানা হনুবগুম শির' জীবৈ মসিংতি )
মেঞ্জরকই, "কাজ্জ্বলনা ঐনা নংবু লৈতেংলুই,
পাপচেম্বিও মিৎ নংনা খোইরুম্লনা মিংচি-খৎ,
মাইকৈ মরি মিংচি-তেন, মিংশেল শাজম্বদা-য়েং
নশকফমদো নতোমদৈ ; শক্তি মিৎনা হঙ্গোইবি !
নাপনতুগী মহৈবু করি খোক্লে হৌজিক্তা ?"
সুজা কাংবু চংখরে কপ্পা কপ্পা অতুমনা ।—
মতুংতুদা যমগী দূত, মখোয়সু ওন্না সুজানি'
লুতুং শমজি অতুদা তাংজ খু-খু কামলিবী ;
মখুজিনশিং অতুনা খোর খাংগুম চাওরবী ;
ঈখেংনা ঙাংলি মচিম্বান, হাইরি থক থক থক্লা
ঙাক্ষম থিক্তি অনিদো খোইদৌ মখা পেৎনা-চোন ;
শোর পুংমাই নাতোল্লম, মৈরি ফ্রি ফ্রি মকামলি
তথক তথক গুকপনি ; মিৎলু মৈরি মৈয়েংনৈ ।
রাঘববু চিংন-য়েং মায়া দেবী মেল্লকই,
"সুজাশিংসে হে রঘু ! উবিরিবা মাংদৈসে,
অকে-অমো লৈতেংদা খোইদাজেনে মালেম্নুং !
তত্তনা মকে মশেমজে ; ফত্রবীশিং পূম্বসে
বসন্তগী মতম্মদা বননা লৈতেংলক্লমনা ;

অপাম হুকাবশিংগী মপুক ঙাওহন্নবৈ
খৌরাংদদা মরৈজৈ। হৌজিকসিদা কৈ-চংখে
নিংথিজবী নশকফম, মাংখে, মথোৎ কাজবী।"
খংহোদনা তৌরকলে প্রতিধ্বনি হৌনবু,
"হৌজিকসিদা কৈ-চংখে নিংথিজবী নশকফম
মাংখে, মথোৎ কাজবী!" কপ্পা খোঞ্জেল্লরাং-হৌ
চংখে মুজা কাংলুপতো মাগী মাগী নরক-তম।
হন্না মেনখি মায়ানা ;— "অমুক্তা য়েংখো মুন্নদি
মাংদা, হিংচাই য়েক্কবা," উরে নিংথৌ অথোইবা
অতোপ' মুজাকাংলুপ-মা শুদ্ধাংয়াইবু য়াইবুবী।
নিংথি' লৈরাং কয়ানা শম্বুলক্তা খেৎচরি,
অপাম মৈরি মৈহৌরি শজি মিক্তা মিল্লাদা,
চিন্বান খেলৈ তঙাংবী খোইথুম্বনা মুংশিরি!
দেবরাজৈ শঙ্খগুম ঙকশম তোংদম ফজৈনে,
মণি রত্ন লৈতেংলি ; সনাই লংলা কুপশ্রিক-পি,
থাখুম-চৈরে পত্রিৎপি, খোংলি হায়দ' মথোকচ,
উরি মঙান ইপোমহৌ, ঙানফম থিক্লেন অনিদো
কামগী ইখৌ লাংজশিং থম্মোই ইনোৎ কানরে।
চেংদ-চেংবী খাংদাদা ; শংবান্ কীগে তবা-বী
(খোইনা হেন্না পাখ্রবা) তোনখা কুপ্লি মথোকচ,

---

দেবরাজৈ-শঙ্খগুম— কবিশিংনা মহোশানা মুজাশিংগী ঙকশম মতাফববু মোইবুংগা পান্দম্নরকই।

চৱৈ ফীথোংদবীও অপ্সরাইদি কাংলুপ্পা
মানস লাইজ' ঈরোল্লুং ঈফু-নানা শান্নগুম।
নুপুরনা খোংদনি, নিংতু তোংলোই মেখলা;
পুংলোন্তান্থা তুংইন্না বীণা, রবাব, মন্দিরা;
নুংঙাই মরাং ঈহৌনা তপ্পাতাল্লোই ঈপোম্বা।
সঙ্গীত ঈপোমদ হরাওনা তাওজরিনে নুজাশিং।
নিংথিজবা নীপাশিং অতোপ' নাকন অমদা
থোরক্লিনে মোমোল্লোক; হেল্লিবা শক্তো পান্দম্লি
কৃত্তিকাগী মবুংঙো, দেব! কাত্তিকেয় অকনবা,
নত্রগনে রতি, মন্মথ নংগী খোইদাকম।
উবদা সিগুম নীপাশিং অপাম মৈঙাওনতুনা
লৌনম মিংচি তেন্দয়ে নুজা ওইবীশিংতুনা,—
খুজি খোঞ্জেল্লা খুজেংদা নুপুরনা খোংদা নুংশিরি।
নিংশা শানা হোন্বনা লৈরাং লৈরিক পাইবনি,
ঙক্কী লৈরাং পরেংদৈ; উফুল লৈরিক পান্দম্লাক।
ৱাখনগী কোরৌহম্ববু থিন্দে পূমকুপ কুপখিদো।

---

নত্রগনে রতি,......নত্রগা হে রতি দেবি, অসিগুম্বা নীপাশিং অসি নংগী খোইদাজবা কামদেবগা মান্নবনি।

উবা......থিন্দে পূমকুপ কুপখিদো— নীপাশিং অসি উবদা অসিগুম্বী মরমচং ফত্রবী নুপীশিং অসিনা কামনা ময়াই কাখিবদগী মথোয়না হোনবা নুংশাশোরদগী অশাবা নুংশাশোর হোন্দোরকলে অমসুং মথোয়গী মঙকশমদা শিরিবা লৈপরেংগী লৈরিকশিং অতু পাইথোরকলে। মসিনা খংহল্লিবনা, হায়রিবা নুপীশিং অসে কামদা অসুক্কী মতিক ময়াই কাখে, হায়বনি। নীপাশিং অতুসু মথোয়গী মতৌ মওং, তনৌনা ফজবা মশকফমতু উবদা গুম্ফংখ্রে।

লানফমসিদা মাইথিরে নীপা ওইবা কাংবুনা
সুম্বা লাম্ফম ঙম্নবা নীপা কনাই মতিক-লৈ ?
থঙোং-লা অমোমগুম প্রেমগী ঈপাক ঈতাওনা
শাম্নৈ মফম খুদিংদা—ঈখৌজবা মাগী খুৎ—
খুজেং পাইনা বনগীম্নুং ঈখৌ লাংবী চংজনা
অনিংবদি করিনো—মিৎনা-মহু-তাকচনা।
খংহৌদনা বন অদো 'মাংলে' খোঞ্জেল্না নিনখরে।
ঙক্লা উখে শ্রীরাম, থরো থরো ওন্ননা
মালেম লৈদা তারিবা নীপা নীপীশিংহুনা
খোৎন-চিক্ল খুহুমগা খোংপাক, কীনগা ঙক্লরে।
মশম্মনা চিংথংনৈ, মমিৎ মনা খোত্তোক্লে
মনা-মনাতোন শেংতংনৈ, খুজিন বজ্র মাম্বনা।
চেম্হরকপা ঈরিনা মালেম ঙাংনা চোংখরে।
লাম্বাখরে অনিমক; লাম্বা' পান্দমহুমক্লি
কীচক্লা পাবা ভীম কৌ'না, নিপী ফীজেংনহুনা
মৎস্য বিরাট লমদমদা। লাক্লে যম দূত অহুদা,
য়োংশুক চৈফূ পীহুনা তানখাইরক্লে থিন্দনা
নাকন অনিমক্তুবু। তপ্পা মেল্লি নিংথিবী
মায়া, রঘু শাগৈগী পেঞ্জনঙাই শ্রীরামদা ;—
"পুন্সী নাইওইরকপনি কামগী মখা পোন্দূনা
নীপাশিংসে খংবিয়ু; কামগী নাইওইরকপিনী
সুজা কালুংপ অসিসু। কামগী ঈপাল্লাংহুনা

লেল্লক্লবা মখোয়নি, লংথোক্লবা ধর্ম্মবু,—
অধর্ম্মগী ঈরোম্লুং, গুম্ফোকপনি থাদোকই
ইকাই-ইকি ;—হৌজিল্লা কংলে দণ্ড অম্নুমবা
থোংঙাক্লনদম অসিদা। মরীচিকাই লোমমগুম
মরুভূমি থোংহাইবা ঈথৌ লাংবৈ মকাদা।
মকাল হৈরাং মতৌগুম মচু সনা অহিং'নি ;
চানিংবনা ত্তিনজুম্বা ; দশাসিমক গুইবনি
ইপাল্লাং ওয়দেদো ; অনিমক্তো তোংজদে
মখোয়নবু নিংজমন। অতৈ করি হায়সিগে,
থল্ল' য়েংঙু ইবুংঙো ! পাপসে, লাইবক ফব-ও,
পাপী কয়া অসিনা চারি মরুভূমি-কৌ,
নরকসিগী মন্নুংদা ; নোংদম্বগী নোংদমনি—
অরেম' যৌবন পিথোকমন, মশকফম্না লাইররে
মুংনাইদনা কামগী মৈ থম্মোইন্নুংদা মৈহৌবা
মুংঙাইদবা অশাওবা নোংদম্ববু মহাক্কী

---

মরীচিকাই লোমমগুম......মকমদা— মরুভূমিদা মরীচিকানা মীবু সুক্লগী ঈথৌ লাংহনবদা মগুম্মী, থৌয়াংববু ফংহনবদি ঙম্বা নত্তে। অতুগুমতুনা অসিগুম্বী নিংথিজবী সুপীশিং অমদি ফজবা সুপাশিং অসি বিধাতাগী দণ্ডগী মতুংইন্না মখোয় মখোয়না নিংনরিবা অত্ন মহৈ য়ানবা ওয়দে, মরম অসিদগী মথক্কী অসুম্বা থংনবসি থোকই। অহানবা উনবদদি অমুরাগ পোক্লে। মতুংদা অমুরাগ অতুনা অরেম্বদা তাবত্নদা কন্না শাওনখিবতনি।

মকাল হৈরাং— হৈ মখল অমনি (Apple of Sodow)। হৈ অসি মচুদি সনা অহিংবনি, চাক্লবদি হাওতে।

প্রলয় মৈরি পান্দম্লাক হুকচাংদবু চাক্কনি ;
অকনব-ও নকাদা লীরবনি ঐননে
পাপী কাংবু অসিগী তুংগী মনা অসিবু।”
মায়াই চরণ’ নোঞ্জনা হায়জরকই নৃমণি
ওক্ক মতাং কয়াদা উরে খম্নুং মপুংয়াই,
ইমা নংগী থৌজানবু কনানা হায়ঙমগদোবা ?
’তুবু কৈদা রাজর্ষি ? নিজগে ভিক্ষা মাই-চরণ,
নাউব্বা ইনাও লক্ষ্মণগী য়াইবী থরাই ননাইনা।
পুবিয়ু ’তুম্বা পূণ্যধাম নোঞ্জরিনে মসিদা।
নোক্লা হায়খি মায়ানা, “চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা
কোন্নুংসিদা হে রাঘব, খরদংদা নকাদা
ঐনা উহম্বদনি, কুমজা তরানিথোই-চুপ
পোত্থাদনা কোইরবা খম্নুং পুংয়াই অসিদা
অথোইব-ও ’খোয়নিনা, ’তুবু উঙম্মোইদোনি
’সিগী শক্রক-পূম্ববু ! নোংপোক থোংদা শুংঙাইনা
মপুরোই’গা লৈরিনে মপুরোইবু নিংজবী
সাধ্বী ওইবী মুজাশিং, স্বর্গ, মর্ত্ত্য, অনিদা
চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা শক্রক্লিদো খম্নুং পুং ;
মক্কু’ পুখি, লৈকোন্নুং লাইজ নিক-নিক্লরিবা
মনম মুংশি লৈ-থম্বাল ফুগাইনবু মশাংলি।
বসন্তগী মালংবা কাইদ হুমলি তত্তনা,
কোকিলহা খোন্নৌ’শিং খোংলি খোঙ্থাং মঙাদা

মুংশিনবু তংনাইদা। মদোম হৌজ' খোম্বাংনি,
বীণা, মুরজ, মন্দিরা, সপ্তস্বুরা, বাঁশরী
ওম্ভোক্লবু মুংশিখ্রে। শঙ্গোম অনৌ অফম্বা;
ঘীগী ইফুৎ কাপলিনে মাইকৈ মরিমক্তুদা
অমৃত ফল পাল্লিদো লৈরিবদি লৈকোন্নুং।
য়েল্লি তরা: চাকলেনদি মশামক্লা অন্নদা।
শাইনা, লেক্লা, চুপ্প, থক, পুক্লিংনা হেক্তা অপাম্বা
খুদক্তবু ফংঙিনে, স্বর্গ মুংগী কামলতা
পান্দম্লিনে, লীশূবা, অপাম' উহৈদ মপানবা
তোংদে মত্থু উৎলুবৈ; অব্রাং থোংবু ভমসিদো,
চৎসি য়োৌসি অথোবা, ঙহাক্তুংদা কোইরুসি
নিংথিজবা লমদমদো। অমুক করি পন্দনা
পস্থৌ চরণ অত্থুবু উজরনি, নিংথৌরেল!"
অব্রাং পাংনা অনিনা লাক্লে করি পন্দনা
উথি সীতাই মবুংঙো, চাম-চাম লোইবী চীং,
উপাল রাপাল হৌব্রবা, পুমকোকোক্লা চাকথ্রবা
ওম্ভোকপনি দেবতাই অশাও মৈব্রাইনবগুম
ব্রাংল লোইবী চীংদোম্লিং অতৈ অতৈ লৈরিবা
মপৈ মপৈ উন-ঙাক্তা; অমদনা ঙং-লাওনা
কামথোরকলি তৎতনা মৈরি-মৈওমনত্থুনা

---

অন্নদা— চাক্কী লাইরেম্বী।
কামলতা— স্বর্গগী উরি মথল অমনি মহাক্লা অপাম্বত্থুদা পানবনি।

মুংজ্রেং-মুংকুপশিংছুবু মৈগী ঈচেন ঈচাওগা, নোংদোন মৈখু' কুপখিদো, নিনথোংবনা থনখ্রে মাইকৈ মরিম্ক্তদি। উখি প্রভু রামচন্দ্র মরু-ক্ষেত্র-চাম-চাম, চাংজো লৈতনা পাক্লবা মৈগুম শার' মুংশিংনা শিংলি অতং-লৈতনা, হুম্লি উফুল পূম্নমক ঈথক মপৈ পান্দমগুম! উরে পাক্ল' পুখ্রিদি, সমুদ্রগী মতৌনি চাংজো মফম থংদ্রবা ; কদাইদা মালং অঙাওবা হুং খোঞ্জেন মনিন-কা, ঈথক মপৈ হৌহল্লি, লোইবী চৌংথুম, চৌংথুমগুম, কদাইদনা ঈরাক্লে পাঙ্গম্থোক্লনা ঈরোম্লুং! শাম্নরিনে মত্নদা শক্তা কীর' হঙোইনা, খোংলি শুক্ল' খোঞ্জেন্দা! তাওরি চাওর'-লীন্সিং চাওখ্রে স্কোই মশাদো শেষ অনন্ত, তশেংবা ; হুগী মৈরিনা কদাইদা, সমুদ্র নৈঙৈ মতাংগী সমুদ্রনি চান্নবা। 'সিগুম লমদম অসিদা কোইরি পাপীশিংদুনা মাংলে লাওবা মীকপ্লি! চিক্লি লীন্না, চিক্লি তিন, ময়া চোর' বৃশ্চিক! মৈগুম্লিদো মালেম্না নোংদোন্দনা ত্রৎ-ঈংলি! মাংলেদকো! কনানা ঙহাক পোত্থাঙমদোবা 'সিগুম অরাং থোংসিদা। খোংথাং কন্না মায়াগা লাক্লে অথোই' মুরথী!

---

মরুক্ষেত্র— লৈকংলাগী লমদম।

খোংবান অসি য়োরকাল, হীরাম্বনা চ্যেকশিন্না
লাল্লে ঈপাক অসিবু, খোংহাই পন্দ' থুংহল্লে
লৈরাং বনদি অমদা মুংশি' লৈনম লোইনবা
মালং লিরি শিংলিবা ; নাকোং লাইমা ইংথ্রবা
তাহুনদ লাক্লবা কোকিল খোঞ্জেন্নুংশিবা,
সিগী খোঞ্জেন ঈরোইনা—তাওরে হৌজিক্লিদবু
মুংঙাই ঈপাক্লুংদদি অসিগুম্বা হিরানবা।
শুমদৌরিঙৈ রঘুবর, তারক্লেনে লাপ্তকনা
পুং-শেল খোঞ্জেন্নুংশিবা। মাইকৈ মরিদা উরক্লে
য়েংবদবু ঙক্লবা সনাই অট্টালিকাশিং
নিংথিজবা লৈগী-বন—সনাই লৈরাংনা থম্বনি ;
লাইজনা নিকনিক পুখ্রিমুং ফুগাইরবা থম্বাস্নিং !
মুংশিরবা মপাওদা মেল্লকইদো মায়ানা,
"থোংফমসিদা অকম্বা, মাইয়োক্লবা লালদদি
পাথৌ য়াহিপ্তানখিবশিং মতম কুইনা মুংঙাইবৈ
ভোগপু চানা লৈরিদো মহারাণী পূম্বগা।
মতম কক্লাইদ্রবনি, হে লাইবক ফবও,
মুংঙাই ভোগপু মখোয়না চারহুনা লৈরকপা ;
লৈকোল্লম্বী শমজিন্সি, পাম্বোম কনবা নংবুনে
উরনি মতিকলৈ'শিংদো, সঞ্জীবনীপুরীদা
ক্ষোইগী মতিক মগুণনা থম্নবুদি লৈরিবা,
নিকুঞ্জগী মমুংদা মুংশির' মনমনা হা-হাগুম।

সিগুম পূর্ণ্যে লমদমদা বিধাতানা নোকচরি মুমিৎ-থা থৱামিচাক্লা ঙাল্ল' থাংমৈ শকফম লৌ অহিং-মুংথিল ঙাল্লিদো।" রথী লাক্লি হৱাওনা মাংদনা মায়া শূল-শূনা। ঙহাক্তুংদা অকনবা মাংদা উরে লম্পাক-'মা— শাম্নবুংগী মতৌগুম কদাইদনা তাবাকশিং, শাল পাম্বী পান্দম্বা লাইমা পাক্লা মুংখিদো ; কদাইদনা খেক্লিনে শগোন্সরুপ মপৈনা শাপোৎ লানপোৎ লোইনবা, কদাইদা ঙংলি শামুশিং ! থাংশাং পাইনা শান্নরি চুঙ্গোই থাংগা লোইননা ; কদাইদনা মায়োক্লে মালেম ফেৎ ফেৎ নহল্লা, পাইরি ফীরান্লিংছুনা লানঙম পজেং পান্দমগুম। লৈগী ফম্বাম্থক্ত ফম সনাগী বীনা খুত্তা-পাই ; শক্লি কৈদা কবিশিং শ্রোতাশিংদো শুমহৎলি বীর বংশে শৈথারোল। ঈরোইনখি সঙ্গীতসে অকনশিংগী লাল্লাওগা। চুরি মাইকৈ মরিদা কনানোনে, খংঙমদে পারিজাৎতি লৈরাংলেন মপৈ মপৈ চাইথবা, মুংশির' মনম অসিনা হা হা লাওখে মফমদো। জগোই শারি অপ্সরা ঈশৈ শকলি কিন্নরশিং লাইরৈবাককী মতৌনি। রাঘবদা মেল্লকই

বীরবংশে শৈথারোল— অকন্বা শাগৈগী মতিক মথৌনাবু ঈশৈ ওইনা শকপশি জাতিগী, মীপুম খুদিংগী ওইনা কান্নবনি।

মাহামায়া মুংশিনা, "সত্যযুগকী লাম্ফমদা
মমাই ওনবা লৈতনা পাথৌ য়াহিপ্পানখিবা
বীর রথী অপূম্বা, য়েংঙুশিদো লম্পাক্লুং
ক্ষেত্রি শাগে কোক্কী য়াই! সনা মচু মাল্লবা,
সনাই লোইবী চীংগুম্বা, য়েংঙু অসে নিশুম্ভ;
লুরেল লুহুপ মঙাম্না নোংদোন হাইগৎখিবসে
মতিক লৈবা রথীনি। দেবতাশিং মতিক্কে
পোকপী চণ্ডী দেবীনা অকন' হুয়েল্লাম্ফমদা
মাংহনখিদো অকন'সে। য়েংঙু শুম্ভ কৌববু,
তাবাক শূবা অকনবা লাক-ঙম ফাঙমদরবা
কীর' মহিষাস্তুরসে, লাঙ্গোই শগোল খেক্লুম্বা;
ত্রিপুরারিগী য়েক্লবা অথৌ রথী ত্রিপুরসে;—
বৃত্রনবু চিংলবা দৈবত্য কাংবু য়েংঙুসে
জগৎতবু মিংলৈবা। সুন্দ-উপসুন্দসে

---

নিশুম্ভ, শুম্ভ— দৈত্য অনিগী মিংনি। দেবী চণ্ডিগা অকন্ন লান্থা পাবদা শিখিবনি।

দেবতাশিং মতিক্কে পোকপী— মহিষাস্তুরগী ওৎ-নৈবনা থাংবা ঙমত্রতুনা দেবতাশিংনা পুনশিল্লগা মা-মাগী মতিক্তগী দেবী চণ্ডিবু শেমখিবনি।

সুন্দ, উপসুন্দ— দৈত্য মচিন্নুনাও অনিনি। দৈত্য অনিসি অমগা অমগা ওম্বোক্লা চাম্লৈ। দেবতাগী বরদগী মখোয় মশেল হাৎনবা নত্তনা শিদনবা বর ফংঙি। মরম অসিদগী তিলোত্তমা কৌবী থোইনা নিংথিজথবী অপ্সরা অমা বিশ্বকর্ম্মাবু জগৎকী ফজবশিংদগী থোইদিং মরু মরুগুম্ক লৌদুনা শাহল্লগা মখোয় অনিগী মনাক্তা থারম্মী। মখোয় অনিনা মসিগী মাহোদগী হাৎনহুনা শিথি।

য়েংঙু কয়া সুংঙাইরি, মনাও প্রেম্বু ঈহৌরি নৌহৌননা হৌজিকমুক।" মেঞ্জরকই পুকফবা রাঘবনা, "ক্বরিগী উদবগে, তাকপিসি থৌজানহৈবী ননাইদা; কুম্ভকর্ণ, অতিকায়, নরান্তক (লাম্ফমদা মীওইববু লোইঙমবা) ইন্দ্রজিৎনচিংলবা রক্ষঃ মতিক লৈবশিং ?" মায়াহৈবী পাওথুম্মী ; "শ্রাদ্ধ কর্ম্ম হায়রিবা অশি' থৌঙম লোইদনা, য়ৌঙমদেনে লমদমসে, চোইজাইননা লেল্লিদো প্রাণী পুম্বা ককঙাওনা বৈদেহীগী মবুংঙো। নগরসিগী পম্বান্দা কোইপাইননা প্রাণীশিং, লৈরিবনি অতুক্তি প্রেতক্রিয়া লোইদ্রিফাও মাগী ওইনা চ্যেকশিন্না, বিধি মাগী বিধিনি হায়রিবসে নকাদা। মুন্না য়েংঙু অকম্বা, লাকলিবসে অথৌবা, উহন্দবা মওংদা লৈগে নংগা নৃমণি, সুংঙাইনা ৱারী শুনৌদো মহাক্তবু ইবুংঙো।" স্নুম্না মেল্ল' ইমানা খ্বাই হেক্তা মাংথোকখি।

ইঙক ঙক্লা রঘুবর উরে বীরবেশতা মতিক লৈবা অত্তুবু ; শান্নরি লুহুপ লুতোম্বক, নোংথাং লৈমা অত্তুনা, ইলং লংলি শাজাওদা, মিৎথক্লবা লৈতেংশিং! লাঙ্গোই শামু খোংথাংনি। মাংদা য়ৌশিল্লক্তুনা কম্থোবনা কৌরকই

শ্রীরামচন্দ্র কৌবদা, মেল্লকইনে "করিগী
তাইবং হকচাং পোলাংগা ঙসি মক্ষম অসিদা,
রঘুশাগে মণি-ও ? লৌনম লান্দা ঐহাকপু
নংনা য়াইবী লৌবীর' সুগ্রীববু পেনহনখি ;
'হুবু কীবা তৌরল্লু ; সুম্বা খঙ্কুং পুংসিদা
খংদে ঐখোয় শাওনবা, ঙম্মা পুক্কিং' লাকশিল্লি
মীওই' মপোক্তা তাওরিঙৈ মালেম্লুংদা পক্লেনে
পুকক্ষত্তগী লৈখোমবু ; সিদদি ঙম্মা তরুনৈ।
ঐসে বালি কৌ'হুনি।" ইকাই মাইথোং পুঙমদা
শকথংজরে নৃমণি, রথীরক্তে লমথোইবা
কিষ্কিন্ধ্যাই মপুবু ! হায়খি নোক্লা বালিনা,
চৎসি ঐপা লোইননা, দাশরথি রথিরেন !
তু-অসে লৈকোনসে, দেব, উরি লাপ্পনা
সনাই লৈরাং ঙাক্ত-শাৎ, শান্নরি'সে তত্তনা
বনসিদনে জটায়ু রথীরক্তে লমথোই'দো,
নপাবুংগী মরুপ্লোই। হেন্না সুংঙাইজগনি
রথীমানা নহাকপু চেংলৌ নশক উজবা !
মপুন্সিবু পীথোকই পুকচেন চাওবা মহাকনা
ধর্ম্ম খোদাং য়াবদা—সতী ওইবী সুজাগী
খুদোং থিবা ঙাক্লঙাই ; মাগী মিংচৎ অচৌবা
কনানা শীংথা ঙমগনি। লেংলো য়ৌসি পন্নুংসি"
হংঙকই রক্ষে য়েক্রবা, "হায়বিসিদো চান্বিনা,

অথোইব ও হে রথি, নুংঙাই' পাংশোয়নদব্রা
মফমসিদা ঙম্নমক ?" খুমদোরকই বালিনা
"তম্ফাখোংগী মনুংদা ফংঙি লিশিং তম্ফাদি,
হে রাঘব, মঙান্দি চপ মান্নবা নত্তেদো,
হায়রিসিনি নকাদা ;— অদুবু মঙান্নাইদবা
রঘুমণি কনা-নৈ ?" মতৌ অসুম তৌদুনা
নুংশি ৱারী শুমিন্না অনিদুনা লাক্লেদো।
নিংথিজখ্' বনদনি অমৃত লাইজ ঈচেনবা
তুরেল্লাইজ ঈশিংগুম মফমদুদা চেল্লিনে
ঈরাও খোম্থাং নুংশিনা, উজরেদো নৃমণি,
জটায়ু' গরুড় মপারী, লাইগী শকপানবম্বা,
শামু ময়ানা শাথ্‌বা রত্ন মথল কয়ানা
থাম্বা ফম্বান্থক্ত ফম ! মাইকৈ মরি ঈপোমলি
বীণা খোঞ্জেন নুংশিবা ! থম্বাল্লৈকাই মঙান্না
মঙান চবুল ঙাল্লিনে অসিগুম্বা বনসিগী
উৎসব শংলেন মনুংদা, নিংথিজরি য়েংবদা।
থোইনা মনম্নুংশিনা মালং কাইদ হুমলিদো
অতৎ-অথম নৈতনা ! চান্ন-লুনা অকনবা
তোরকইদো শ্রীরামদা ,—"ঈংলে মিস্না ঙসিনোং,
মীরক্তগী থোইরবা মরুপ ঐগী ইপারী !
য়াইফেদকো নহাকসে ! নংবু নাওথুজখিবোই
থোইনা ফবা খেন্দোংদা, য়াইফৈ পলেম নহাক্কী !

লাইগী মরুপ্পা চাল্লে-নং, মহুমরু' লাকওমল্লি।
তাইবং হুক্কা লোইননা খম্ন্ং লৈপাক তম্নদি।
হায়রু 'খুঙো তাগেনে, লানঙম্নাম্বাও অহুব্র?
মাংলত্রা য়াইবী লাম্ফম্ন্ং পুকচেল ফত্র' রাবণদো?
খুরুমজনা ইবুংঙো খুমজরকই মুংশিনা,—
"নংগী চরণ থৌজান্দে, পন্থৌ! কল্ল' লাম্ফমদা,
মাংহল্লে রক্ষঃ কয়াদি; রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো
রাবণ মদোম ঙাইহৌরে হৌজিক রক্ষঃ কোন্নুংদা।
মাগী তেল্লাং চৈথেংদা য়াইবী মাংলে ঐ-লক্ষ্মণ
পুকফজবা ইশানৌ; লাকচরিনে ননাইনা
খুদোং থির' খম্ন্ংলম, শিবৈ য়াথংনা ঙসিসে।
হায়বিগনি চানবিনা, তাকপিয়ুনে ননাইদা,
কৈদা পন্থৌ অপোকপা, নংগী মরুপ, হে রথী!"
"মেল্লি জটায়ু পাঙ্গম্বা," মনিং থোংজাওরোমদনি
ঙাল্লিবনে রাজর্ষি, রাজ-ঋষি মরুপকা।
ইফম্নাংদা থিংদেদো মফম খুদিং কোইবদি
খম্ন্ং লৈপাক অসিদা; চৎকে ইপা নংগবু
চৎসি চৎলো পম্নুসি য়েরুঙম্বা নংবুনে!"
পুক্লিং হুবা মফমশিং উবখিবনি পুকফবা,
সনাই অট্টালিকাশিং; লাইগী শকপান্নরবা
রথী কয়া অমনি; লাইজ পুখি মপান্দা
শিঙেঙল্লৈরাং বনগী মুং শাম্নরি হরাও'প্রাণীশিং,

বসন্তগী মতমদা, খোইমু খ্বাংজেংবশিংনা ঙংজবগুম মুংশিনা নিকুঞ্জগী মন্নুংদা, নত্র' তাংলৌ অহিংদা তন্দন মানা ঙাঞ্জগুম মাইকৈ তরা পুম্নং-লং। খোংকাপ য়াংঙি অনিদো লখা লখা প্রাণীনা কোইশিল্লক্লে রাঘবপু।

হায়খি কল্ল' জটায়ু, "রঘুশাগৈ পোকচবা খোইনা কম্বা রথীনি। তাইবংহক্কা লোইননা সদাশিবৈ য়াথংনা, লাকলি থম্নুং পুংসিদা, দরশনগীদমকনি মপাবুংগী শ্রীচরণ; য়াইফ-পাওবু কুবীরম, য়ৌরো নখোয় অপুম্বা নফম্নাংশিং প্রাণীশা।" চৎনখরে ঙম্নমক য়াইফ পাওবু কুবীরম। লাক্লে অনি শুংঙাইনা। কদাইদা সনাই চীংদোম্না নোংদোম্ভেমশিংনজরি তলা পামেন কোকথোন্ন, জটানা কোক্তাহেল্লবা জটাপুবা শিবগুম! ঈচেন কনবী তুরেল্লা চেল্লি খোন্থাং মুংশিনা। হীরা, মণি, মুক্তা শাৎলি লৈরাং পান্দমগুম লূর লাইজ ঈরোম্নুং। কদাইদনা মালেম-লৈ, নিংথিজরি লৈরাংশিং। শংবান্নবা লৈমাইথক, মতুদা পুখ্রি জাগোর, শিঙেঙন্তম্বান্ন-হৎলবা! অতৎ-অথম লৈতনা কোকিল্লহা খোম্লোবা খোংলি বল্লুং মুংশিনা।

প্রাণী— জীব, (থবাই)

বিনতাই পারী' মপারি মেল্লকইনে কৌহনা
রাঘবদা ; "মনিংথোং, রঘুমণি য়েংবিয়ু !
সনানা মপুং ওইখি্বা, অসিগুম্বা লমদমসে
হীরা মণিমুক্তানা শেম-শাখ্বা সঙ্গাইশিং ;
য়েংশিন্বিয়ু মুন্নদি, সনাই তলা পামেন-খা,
ম-র-ক-ত মণি মনাগী চাওর ছত্রনা কোক্কোন্থক
সনাই তাংবন মথক্তা ফম্লি দিলীপ নৃমণি,
মপুরোইবৈ চাকহেনবি, সুদক্ষিণাগা লোইননা
ভক্তি ভাবকা চৈরোইনা পূজা তৌজৌ নধৌবু ।
নশাগেগী পুকোক্লি । মফমসিদা লৈরিদো
শীংথা'ঙমদ্র' রাজর্ষি ;— ইক্ষ্বাকুদি, নহুষ,
মন্ধাতানচিংলবা ঙম্না তাইবং ফাওখ্বা ।
অহাম্বদা নবুধৌ পূজা কৎলু পাঙ্গনবা ।"
মাংওইনরপ রথীশ্বর মফম নিপানলৈপক্লে
লৈম-নিংথৌ চরণ-খা । মঙ্গলপিনা পাওমেল্লি
দিলীপনা, "কনানো ! হায়য়ু কম্না লাক্লিবা
তাইবংহক্কা থম্নুংদা, লাইগী শকপান' হে রথি ?
নংগী মাইথোং থাজ-উ, মুংঙাই পীরাং ঈহৌরক
ঐগী থম্মোই থুমথরে ।" হায়বিরকই থোৎচনা
সুদক্ষিণা লৈমরেল, "হে লাইবক ফব-ও

মরকত মণি মনাগী— সনাগী উপাধী অদুগী মনা মরকত মণিনা ওইবা
সুদক্ষিণা—দিলীপকী রাণীনি ।

হায়য়্‌ করি পম্বনো, কনানোনে নহাকপো ?
মীরৈপাক্তা লৈঙৈদা ইরম' মীওই উবদা
মিস্না ঈংনা পেঙ্গবা পাংখক অতু ওইরেনা
ইমিৎ অসে ঐগীবো, নচেংলোবু উবদি !
করম' সাধ্বী য়াইফবী পুংফম ক্কেনদোং ফবদা
নংবু হৈরু নাওপম্বা, পুকফজবা নংবুকো !
দেবতাগী শাগৈদা ফুইজমক্তি ওইরবা
হে লাইগী শকমানবা, নহাক্নে করিন্নুং
নরু-লৈদ লৈপক্না খুরুম্বনোকো ঐখোয়দা ?
দেবতাবু নত্রবা, করম শাগৈদা শাৎচবা
নরদেব শকপাল্লৌ, হায়রো তাগে পল্লনো ?"
দাশরথি খুমজৈদো খুবাং চাংজৌ চেপচনা ;—
"মালেম শাৎনা ফাওখ্রবা রঘু কোৰা নপারী,
রাজর্ষি ও, তাইবংসে ঙম্মী মাগী পাঙ্গন্না
দিগ্বিজয় চত্তুনা, অজকোবা মপারী
পোকপনিদো মহাকনা মালেম মানা মঙাকপা ;
ইন্দুমতি নিংথিবী অজৈ ধৰ্ম্ম নাকয়াজৈ ;
মাগী শিওমন্নুংদদি ফুইজৈ দশরথ কৌজবা
থোইনা পুকচেল চাওরবা, মাগী রাণী কৌশিল্যা ;
ননাই ঐসে শাৎচৈনে ; রাণী মাগী শিওমদা ।
সুমিত্রা-কৌ পলেন্না লক্ষ্মণ কোবা মপারী
বীর-নোংশা মহাক্নি ; শত্রুঘ্ন-লাম্ফমদা

য়েক্লশিংনা মীপাইবা; কৈকেয়ীদি পলেম্না
ভরত কৌব ইনাওবু নাওফুইজেনে মাই-শিওম !"
খুম্বীরকই রাজর্ষি, "রামচন্দ্র মিংঙৌবা
ইক্ষ্বাকু শাগৈ অসিগী কোক্কী লৈতেং ওইবনি !
নংবু আশীষ তৌরিদো। নোংম-নোংমৈ হেল্লনি
নংগী মিংচৎ অথোইব তাইবং শিনবা থুংনদি।
ভুমিৎ-থানা থোক্লিবা 'তুক্কীমখৈ অতিয়া,
মিংচৎ নংগী মুৎলরোই ! ঐগী শাগৈ ঙাল্লনি
নগুণদগী মালেম্নুং, হে গুণচেল্লবাও !
য়েংঙু উরিদনসে, সনাগীদি লোইবী-চীং,
মাগী মনাক অসিদা মক্ষমসিদা ফাওরবা
অক্ষয় কৌবা বট-পাম্বী হৌরি বৈতরণী-নাক।
পামেন্সিগী মথোং-খা নপাবুংদি ইবুংঙো
পূজা তত্তনা তৌজরি ধর্ম্মরাজে মকাদা
নংগীদমক হায়ত্থনা, চৎলোনে হে পাঙ্গনবা
রঘুশাগৈ লৈতেং-ও, মকা মাগী য়োনবা।
নংগীদমক রাজরি দশরথ রথীনা।"
খুরুমজরে চরণ-খা পেঞ্জরেদো নৃমণি,
জটায়ু বিদায় তৌরম্লে মদোম খোংহাইজরক্লে
(নোংদোম্ভাল্লে মায়ানি) স্নাই লোইবী চীঙ্গীনাক
নিংথিজবা অক্ষয়, তলা পামেন অচৌবা

আশীষ—হাইফনবা মপাও !

উজরেনে স্নুরথী বৈতরণী তোর্ব্বান্দ।
অমৃত ঈচেন্নরিবী থম্নুং লমথৈন্নুংহুদা।
সনাই পামেন উশানি, ম-র-ক-ত মণি মনানি,
মহৈ অদো ওস্থোকই, মণ্ডান ফনা হাইপংলি।
দেবতাশিংগী চংজফম পামেল মুক্তা পিহৈবী।
লাপ্তক্রবু উজবা নুংশিজবা মপারী,
রাজর্ষিনা তিংথোক্লি মপাম্বোমদি শুংশিনা
(থবাক্রুরেন পিরাং-চোং) নুংনোখরে কৌরকপা;
কমদৌনবু লাকনোকো খুদোং অস্নুক চাত্রবা
থম্নুং লমদম অসিদা, ঙসি কৌবা নুমিংতা
থরাইদগী হেল্লবা-ও দেবতাগী থৌজান্দে
ঈংহল্লব্রা ইমিং 'নি? ফংলব্রনে ঙসিসে
মাংজখ্রু' ইরন নহাকপো ওস্থোকপনি কয়ানো
ঐনা অব্রা' খাংখিবা নংবু মাংজখ্রুবদা,
করম হায়না তমসিবা, ইপাগী রাম শকহেন্বা?
মৈঙাং ইকপা য়োত্তুম্না ইঙক্লমসি ফুগাইগুম
নংগী মৈনা ওমচাক্লা য়াইবী মাংজে খাংঙুথক।
ইমিং অনি উইশিল্লে, ওস্থোকই থম্মোই মৈওল্লে।
নোংদমথিদা নোংদম্বা, ইপাই দোষতৈ ইবুংঙো
অব্রাবদাঃ খোরীখ্রে, মাংলে, নংগী খৈলৈ-থক;
ধর্ম্মে লম্বী লমদাংজ' নহাকনিদো ইপাদা!
নংনা 'সুম্বা থৌদোকপু থোকখ্রুবকো ওস্থোকই;

মাংলে, নৈবিখিবনি কৈকেয়ীবু কৌবীনা
পুল্লী নৈকোন নিংথি'ন্দুং আশাই উরি ঐহাক্কী,
শাযু অমোম ঙাওরবি শকপাম্ভোংবু লৌহুনা।
দাশরথি কপচখি তুমিননবু মরননাই।
হায়জে অখৌ' রাঘবনা, "মপাম্নাইদ্র ঈপাক্সুং;
তাওখে নচা পাবুং-ও হৌজিকী মতম অসিদা;
কনানা মাবু ঙাকপীনি খুদোং থির' অসিদৈ।
লমদমসিদা থোক্ত্রকাও থোকখি' তাইবং মালংদা
অত্নবু নংগী নকাদা করি খংদ' নৈতেদো;
করিথৌগী ননাইনা খযুং লমদম পাংলকপা!
মতম চাদনা, ওম্ভোকই, অকল্লাম্ভেংনবদা
য়াইবী মাংখে, ঙসিসে মুংশিজর' ইশানৌ!
মাবু হন্না' ফংত্রবা, অমুক ফংলোইদোবগুম
কোরৌ মঙান নিংথিবা, থাজ থরানমিচাকশিং!
য়াথং পিনবিরোনে থরাই থাগে হৌজিকমক
পম্মৌ নখোং খাসিদা! মাগী খাইন-মৈন-চু
নচাই থম্মোই-পুঙমদে।" কপচখরে নৃমণি
পম্মৌ খুন্না খান্নদা; মচাই অরা' উবদা
রাজত্না মেল্লকই দশরথ-কৌ নিংথৌরেল—
"খংভি ইপা করিগী থযুং থোঙ্গন তারবা
নংনা অরা' পীরোইনা! পূজা কৎলি ইপানা
মতম নৈবা খিবিকন্দুং ধর্ম্মরাজে চরণ-খা,

ঙম্না থাদোকচরগা য়াইফ-মুংঙাই অপুন্বা,
নংগী মঙ্গলগীদমক। ফংনি লক্ষ্মণ, নিংথিবা!
য়াইবী থন্নাই হৌজিকফাও মহকচাংদা লমদল্লি,
তেক-কাইরবা কৈশুমশং বন্দী পুল্ল'থমগুমনা।
গন্ধমাদন কৌব-চীং মাগী চীংদোল্লমদমদা
হৌরিবনি শিদয়াই, পারী 'বুংঙো থংঙ্নে,
বিশল্যকরণী কৌরবা সনানা মরি মওইবা;
লৌরুরগা হিংহল্লু নশানৌদো মুংশিবা।
মশামক্না থৌজানবি' থম্মুং নিংথৌ যমরাজ
ঙসি তাকপীরম্বনি উপায় অসে ইফম্লাং।
ননাইনিদো নহাক্কী মালং থঙ্গোন মপারী
হনুমানবু মিংনাইবা, থঙ্গোনগুম্না খোংয়াংবা
মাবু থাওদো ইপাদা, মিংকুপ'মদা পুরকনি
শিদয়াইদো নকাদা, হক্না শাম পাঙ্গনবা
মালং থঙ্গোন পান্দম্নি। হাংঙম্লনি নংনবু
হুয়েল্লাম্ফম্মুংদদি রাবণ কৌবা ফত্র'দো;
মশাগৈগা তুম্লনি তেল্লাং নংগী চৈথাদা
পাপী পুকচেল ফত্রবা। রঘু শাগৈ লক্ষ্মীদো
ইমৌ মাবু মুংশিবী রঘু কোন্নুং' হল্লগা
হন্না ঙান্নি ইমাদো,—অহুধুনে মুংঙাইবৈ
নোংদম খোরী অহুদি খোরীরমত্রে ইবুংঙো!
ধুপপু থাবা মতাংদা 'হুগী মনম মুংশিবা

হা-হা নমগুম শিন্থ্রংনা ; কয়াবুদি অন্নাবা
থাংনি ভারত ভূমিদা, 'হুনা মিংচৎ নিংথিবাও,
অহুম গিংচৎ নিংথিনি ! ঐগী পাপকী মরমদৈ
বিধিনা নংবু লাক্লবি ;—ইপাগ্নে ইপানা
ইদোম য়াইবী মাংঙিদো নংবু কাইন-মৈন-কা ।
নোংয়াইচবুক ব্রাই'কালদা মওইরিদে৷ মালেম্নুং ।
দেবতাগী মতিক্লা হল্লো নংবু ইপাদা
লঙ্কা লৈথে পাংনদি ; থাখ্রো পন্দ' হন্সুবু ;
শিদয়াইদি লৌহল্লু, পারী, ননাও হিংহল্লু ;—
তাংলৌ অহিং ইতুপন্নুং লৌরুচংলো শিদয়াই ।"
থৌজানবিরে দশরথ, দাশরথি অথৌ'দা ;
মপাবুং খুয়াই উফুলবু লৌজগেইগী আশাদা,
খুয়া থম্বাত্তমজরুই খুৎম্না থম্বাল মাল্লবা,—
অরেম্বনি ! শোকঙমদ্রে পম্ভৌ চরণ নিংথিবা
মেঞ্জরকই মপাওদো লাইমা থুম্বা খোম্থাংদা
রঘুই-চা-অজনা-পোক-দশরথকী পারীদা ;—
"নত্তে তাইবং ইপাদি ; পারী নংনা উরিবা,
হে থরাইদৈ হেল্লবাও ! মমিদনি স্নুরুগী !
কম্না শোকচ' ঙমগবা মমিসিদা হক্লাইবা ?
মিংশেন্দা তাবা মিরেম্নি, নত্রগনা লাইজম্নুং,
মমি তাবগা পাংথক্লি ইপাই হকচাং অসিদি ।
থিল্লগনু ইপাদা চংলো য়ৌরো পল্লনু

সুংশিথোইবা নংবুকো লঙ্কা লৈখৈ পাংনবু।”
 শুকচাননা থুরুমজে পঙ্গৌ থুয়া লৈকাদা
লাকচরেনে পুকফবা মায়া দেবী লোইননা।
শুহাক পুঙ্গাই তুংদদি থুংখরেনে অকনবা
পাখৌ শাংব-য়াতাকম লক্ষ্মণ কৌবা সুরথী;
মাইকৈ মরি অকন’শিং মিশেল থাংখি রাজনা।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা * প্রেতপুরী কৌবা
নিপানশুবা সর্গ লোইরে )।

* সর্গ অসিদা প্রেতপুরীগী রাফম্না মপুং ওইনা ইবা মরম্না সর্গ অসিগী মমিং “প্রেতপুরী” হায়না থোনবনি।

# মাপনশুবা সর্গ

ইমুং মথোং তৈরক্লে, জৈজৈ শ্রীরাম খোঞ্জেল্লা
নিনখে অচৌ' তেঙ্গোন্না লঙ্কাই মাইকৈ মরিদা
সনা তাংবন থাদোক্লা, রানা মালেম লৈমাইদা
ফম্লিবদো ওস্থোকই, লঙ্কাই মপু রাবণনা ;
কীখ' খোঞ্জেল অতুবু থিন্দনবু তাথরে,
সমুদ্র ঈরাওখোনশুম্না ! ভক্লা রথী অথোইবা
মেনখি সারণ চিংন-য়েং,—"হায়য় পল্লগন্নুদো
হে মন্ত্রি অথোইবা লৌশিংবও, করিগী ;
নিল্লি য়েক মপৈনা ; অহিং মমৈ লোম্বরাই
অৱা' মৈখু মৈকাওনা ? হায়রো পল্লগন্নুদো !
হিঙ্গৎলব্রা হন্নধু লান্দা লৌনম চাওরবা
পংলবও সৌমিত্রি ? কনানা থংভমগবনো—
দেবতাশিং' মতেংনা অস্মুম্নবু তৌবরা !
লেপ্ত ঈচেন ঈথৎল' থিংভি পনবু হৈ-শিংনা
অতুগুম্বা রামচন্দ্র ; তাওরি মুংজাও অচৌশিং
মাগী মায়াই মতিক্লা লাইজ ঈমাইথক্তুদি ;
অনিরক হুম্না শিরুবা, লাম্ফমুংদা, হিংলবা ?
মানা ভমদ' করি লৈ তাইবং মালংপাল্লিদা ?

হায়য়ু তাগে মন্ত্রিবর, করি থোদোক থোকখিবা।"
মন্ত্রিরক্কে অথোইবা মখুৎ অনি লোম্নজ'
মপাও মাগী খুমজৈদো কয়াই মতিক ল্লাজনা ;
"কনানা থংঙম্নসিগে লাইগী মায়া অঙকপা
মায়াই মালংপানসিদা নিংথৌরক্কে অথোইবা !
গন্ধমাদন, চীংশিংগী চীংনিংথৌবু ওইজবা
দেবতানা মাই-থরাই, মশামকনা লাক্কনা
ঙরাং অহিং তাংলৌন্নুং শিদ-হিদাক পিরম্না
হে মপু হিংহল্লে রামগী মনাও লক্ষ্মণবু ;
মরমসিদৈ তেঙ্গোম্না হরাও খোম্থাংনবনি।
নিংথম কান্বী লোইখ্নুং তাংজলীনগী মরুপ্না
মতিক শরুক অনি হেন, কাম্লকপগুম খু-খুনা
ঙংখ্রে অথৌ' সৌমিত্রি— ময়াই কানা অকম্বা
সুগ্রীবনা চিংলবা দাক্ষিণাত্য,—পুন্ন-হৌ
ঙংখ্রে শামু শল্লুপকা শল্লুপ পু'গা ঙংগুম্না।"
অর্রা' নিংশা-শাংনা হোন, হায়রকইদো সুরথী
লঙ্কা নিংথৌ "নোংদম্বে, নোংদম কনা' ককঙম্বা ?
দেবতাফাও চেল্লবা ঐগী মাইয়োক লাম্বাদা,
ঐগুম'না হাৎল' য়েক্লবা হিংলবকো হন্নদি
দেবতাগী মতিক্লা ? হে সারণ, ঐহাক্কী
নোংদমথিবমক্কনা, কাওখ্রবনি মাই ধর্ম্ম
ঙসি কৌবা নোংসিদা যমরাজ মশামক।

নোংশা মানা য়োংখ্রবা শজিমচা অতুবু
কদৌঙৈদা নাম্বোকপা ? কৈদৌরুনি করিগী
অরেম্বদা কপ্লবা। খংঙ্গে ঐনা তশেংনা,
তাখ্রনি শুরু মন্বন্নুং রক্ষঃ শাগৈ কোরৌহন !
লাক্ষমদবু তুখরে শূলী শূবা শম্ভুগুম
কুম্ভকর্ণ ইশানৌ, পারী ইন্দ্র ঙমজবা
তাইবংগী 'নিশু তা-শূবা ! য়াইবী থরাই হিংলুবৈ
ঐমা করি তোংজবা ? মথোয় অনি অতুবু
ফংখিদ্রা হন্না তাইবংদা ? চংলো নংবু হে সারণ
অথোই' রথী রাঘব নাক ; মেল্লু অথৌবত্নদা—
রক্ষঃ নিংথৌ রাবণনা হে পাম্বোম পাঙ্গনবা,
ভিক্ষাসিদং নিজরি নংগী নম্ফম্লাংদগী ;—
লৈবিয়ুদো নহাক্লা নংগী তেঙ্গোল পূম্বগা
সনা লঙ্কা অসিদা কোরৌশিংবুম তরেংনি
য়েরু' ব্রাখল পুমথা-থা, হে লাল্লোই তাম্বও !
পারী মচা মুংশিবৈ সংক্রিয়া থৌবাংগে
নিংথৌ খঞ্জবগীনি, হৌন-য়োংচৈ কান্দনা।
বীর ধর্ম্ম ঙাকউদো রঘুপতি অথোইবা !—
য়েরুদম্থ অকন'না সম্মান পীনৈ তত্তনা।
নপাম্বোম্না অথৌবা অকম্বশিং তাকহল্লে

---

তা-শূবা— কার্ত্তিকেয়বুনি। সংক্রিয়া— পোৎলোইবনাচংবা থৌরমশিং অপূর্ণা। হৌন-য়োংচৈ কান্দনা— হৌনবী কাইদনা নিয়ম চুম্না।

অকন অখৌ পোকচবী সনা লঙ্কাই হৌজিক্তি !
অকল্লক্তে য়াইফৈ নং ! অফ' পুংফম ক্ষেন্দোংদা
লীশূরুবোই, নৃমণি ! থৌজাপ্বিনে নফম্লাং
নোংদম ফনা, বিধিনা ; নোংদম তাইয়োনখিবনা
রক্ষঃপতি হৌজিক্তি খুদোংথিবা তারেদো ;
অতোপ্পনা নিংজখা থুংহনবিয়ু স্মরথি।
চৎলো থিন্নু মন্ত্রিবর ; শ্রীরামচন্দ্রে লান্সংদা।"
রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙোই চরণ খাদা নোঙ্গরে
মাগী খোংলোই পুক্নুনা লাক্লে মন্ত্রীলুচিংবা।
খুদক্তবু হাংদোকই শূন্না হৌবা খোন্থাংদা
সনা থোংজাও, থোংশংশিং। তপ্পাতপ্পা ব্রাজনা
রক্ষোমন্ত্রি লাক্লিনে ঈরাও খোল্লোই হৌনশা
সমুদ্রগী খোংবান্দা, অমুক করি পন্দনা।
লান্সংমুংদা ঙান্থোইরি প্রভূ রঘুশাগৈ লন,
মুংঙাই ঈপাক তাওজনা, মাংদা লক্ষ্মণ রথীরেন ;
ব্রাকচিং উল্লেন থকখ্রৈবে তালা পামেন্নাপুংগুম।
থাজ মপুং ফাবদা নোংদোনোংথক নোকচবা
নত্র' শিঙেঙল্লৈথম্বাল ইমুংঙান'দা শাৎচগুম ;
য়েৎতা রক্ষঃ বিভীষণ শাম কনবা মরুপ্লোই,
অতৈ লুচিংবশিংনি— লান্দা লাকঙমদরবা,—
দেবেন্দ্রবু কোইজগুম দেবতাগী মরুপনা।
হঙ্গচ্চরৈ শমতক্লা থৌগন পাওদো পাওবুবা ;

"রক্ষঃ শাগৈ মন্ত্রীনি, দেব, তাইবং ফাওরবা
সারণ মাদি মিংনাইবা, লানসং খোংদা পঞ্জরি
মাগী খোংলোই পূম্বগা, য়াথং করি, তাকপিসি,
ননাই ওইবৈ ইফম্লাং নিংথৌরক্কে নিংথৌরেন !"
য়াথং পিনৈ রঘুবর, "পুশিল্লকসি পন্দনা,
পাওবুবও, মন্ত্রীবু তরাম্ননা অসিদা।
লান্দা দৃতপু হাংহৈদে থংনদবা কনা লৈ ?"
লান্সংগুংদা চংজরক' নোঞ্জে সারণ কৌবনা—
(নোঞ্জর শ্রীরাম চরণ-খা) "রক্ষঃ শাগৈ লুচিংবা
রাবণনদি, পাঙ্গনবা ভিক্ষাসিদং নকাদৈ
নিজরক্লি পামজনা, তেঙ্গোনগবু লৈবিসি
সনা লঙ্কা লৈকোইবুং কোরৌ তরেংনিদংদি
য়েক্ল' রাখন থাহির' রথিরক্কে লমথোইবা !
পারী মচাই সংক্রিয়া পাংগে থঞ্জে নিংথৌনা।
অকন্বগী ধর্ম্মবু খোংফম চোইদ' ভাকপিসি,
রঘুপতি।— য়েক্লবদা, অকন্বশিং মতমপূম
অতুম ইকাই লমখুমনৈ। নপান্থোমগী পাঙ্গল্লা
অথৌবও, অকনশিং অকন পোকপী লঙ্কাগী
তুমহনখ্রেদো হৌজিক্কি। অকন' শাগৈরক্কগী
য়াইফবনি নহাক্কি ! অফ' ক্ষণদা শূখিবোই
নংগী লীরুং ন্নমণি ; মতম পূম্বদা চানবিরি
য়াইফ পীবা নোংদম্বা ; নোংদম লাইবক থীবনা

রক্ষঃ নিংথৌ হৌজিক্তি অৱাবদা তারেনে ;—
অতোপ্পনা নিংজবা থুংহনবিয়ু শ্বুরথি ।"
পাওখুম্মকই রঘুনাথ, "অথোই' য়েক্লবনি-এ়,
হে সারণ, নবুংঙোই, 'তুবু মাগী অৱাবদা
ঐস্মু শরুক য়াজরি ; হায়জরিনে নকাদা ।
কোরৌহনবা মহাকপু উমথ্রবদা রাহুনা
কনানা থৱাই ৱাদবা ? তলা পামেন অচৌবা
মঙান্না বনবু থঞ্জবা, মাইথোং মকচৈ মহাকক্ষাও
মতাং অসি লাকপদঃ ! খুদোংথিবা লাকপদি
ঐগী মীগী খাইজদে, ইফমদদি মন্ত্রিবর !
লেংলো সনা লঙ্কাতম, পাইৱোই খুৎলাই ঐহাক্না
কোরৌশিংবুম তরেৎনি ঐগী খোংমী লাম্মীগা !
তম্বিৱুকো, লৌশিংবা, রক্ষঃ শাগৈ মপুদা,
ধর্ম্মে থৌদা খোইদাজ' অতুগুম্বা মহাক্না
খুৎলাই থারোই কদৌঙৈ ধর্ম্ম চেম্বে মকাদা ।"
অস্তুম মেল্ল' অকন্বা মপাওখোন্থাং লোমথৱে ।
রক্ষঃ মন্ত্রী নোঞ্জনা পীজরকই পাওখুমদি ;—
"মীপোক্লংদৈ থোইব-নং, রঘু শাগৈ মণিনি ,
বিদ্যা বুদ্ধি নপাঙ্গন জগৎসিদা তাংওম্বা !
মতিক চাবা থৌনিদো নহাক্কীদি অথোইবা !
মতিক চাদ' থৌবুদি তৌনৈ কনা' পুকফশিং ?
রক্ষঃ কাংবুই লুচিং'না নিকষাগী মপারী ;

মীওইবশিং' লুচিংবা নহাক্নিদো রাঘব !
ফত্র' ক্ষেনক্রমদদিনে—ঙাকপিনিদো লংজবা,
রথি, নোঞ্জে নখুয়া !—ফত্র' পুংক্ষম ক্ষেন্দোংদা
উনক্নুরে অনিমক য়েক্নবগী—ব্রাখনদা।
নোংদম্বগী নোংদম্ব কনানা কক্ল' ঙমগবা ?
শেম্মী নোদম্বতুনা হে পাম্বোম পাঙ্গনবা
মালং খঙ্গোন মহাকপু সমুদ্রগী য়েক্ল-ওই ;
শারেন্নোংশা শেম্বনি, লাঙ্গোই শামুই য়েক্নবা ;
গরুড়না লানশিংগী য়েক্নববু মওইদো ;—
মাগী মায়াই লোনম্না রাঘব, রাবণ কৌগা য়েক্নরি
মসিদবু কনাদা দোষ পিশিনগদৌবা ?"
থৌজাল ফংজবদদি দৃত্তো চৎখে পন্দনা
রক্ষঃ নিংথৌ মাগী-নাক। তুমিন্নবু ফম্লিবা,
চরৈ ফীবুম চোংখরে মিংলুই লাইজ ঈরিদা
অরা' মৈচুনবগী ! শোমদা য়াথং তাওথরে
লুচিংশিংদা রঘুনা ; লানগী থৌরাং তোক্লনা
ঙম্না পোথানখরে মাগী মাগী লান্সংদা।
ফমজরিদো মতোমদা অশোকবন্নুং বৈদেহী,—
সমুদ্র লাইজ ঈরোন-খা, মাংলে, মতৌমক্নিনে

সমুদ্র লাইজ ............... শান্নবঙুম কমলা— কমলাদি লক্ষ্মীগী অতোপ্পা মমিংনি, মহাকসি ঋগ্বেদদা ফাওরিবী দেবীনি। মহর্ষি ভৃগুগী মচানুপীনি— বিষ্ণুগী পত্নীনি ; মহর্ষি দুর্ব্বাশাগী শাপ্তুগী সমুদ্র লৈথাম্নুংদা লুপ্লুরবনি,

শান্নবগুম কমলা ; লাক্লে সতী সরমা—
রক্ষঃ শাগৈ রাজলক্ষ্মী রক্ষঃ মৌগী ফীজেত্তা।
খুরুমজনা চরণ-খা ফমজরৈনে মুজাদো
মবেম্মগী নাক্তুদা । মুংশিখ্রবা মপাওনা
মেঞ্জরকই মৈথিলী,—“হায়য়ু থাজমানবিও
করিগীনো কপ্পবা কোরৌ নিনি চুপ্পবু
কোম্নুং মন্নুং লৈবশিং ? তাজবদা কীজরুই
শারাও লাল্লাও মুামংচুপ' ঙরাংহুয়েল্লাম্ফমদা ;
তোইনা নিকখি বসুধা ; য়ুহারাবৈ পান্দমগুম
ফনা লাপ্পা, অকনশিং খোংফম খোংনেংপদদি।
উখি নোংদোন্সরাশন, মৈরিগুম্বা তেন্সিংনা ;
নুমিৎ ময়ুম চংবকাল জয় খোঞ্জেন্নহুনা
রক্ষঃ সৈনা চংশিনখি কোম্নুং মন্নুং তমহুনা,
রক্ষঃ পুং-শেল থিনখিনে শুক্রহৌবা খোন্থাংদা !
কনানবু লানঙম্বা ? মাইথিরবা কনানা ?
তম্মু পন্নু সরমা ! রাজরবা থম্মোইসে
ওন্থোকপনি লৌঙমদ্রে ফনা থেমজইপাওব্র !
মরম করি খংদবা, কনাদব্র হংদৌবা ?
পাওখুম ফংদে হংলুবা চেড়ী কাংলুপ্তগীদি।
শকফম থিবা ত্রিজটা, ইতা, মমিৎ ঈথেংতাই ;

সমুদ্র নৈবা মতাংদা অমুক লৌবংলকপনি। অতুননি কবিনা সমুদ্রগী মন্নুংদা কমলানা শান্নবগা অশোকবন্দা সীতানা ঙাল্লিবগা চাংদম্নারবা।

পাইদো থৌর' থাংশাংদি চামুণ্ডাগী শকফম পুই ;
লাকই ঐবু হাৎকনি ঙরাং অহিং অসিদা ;
অশাওবনা মমত্থনা ! অতোপ চেড়ী অমনা
মাবু খামজিনবিবনি ; অত্থমকনা ইথব্রাই
হিংজহোই ঐহাকসে শম্লাং তোনগা ফজবা !
'জিস্নু নিক্লি ইথম্মোই, নিংশিংলুবা ফত্রবি' !
সরমা সতী মেল্লকই, থুমখরবা মপাওদা,
"নোংদম নগী ফবনা, লাইবক ফবি তুরেদো
লান্দা ইন্দ্রজিৎ কৌরবা ! মরমসিদৈ লঙ্কাদা
কপলি'সিনি অস্থম্না অহিং থুংথিল কাংদনা।
অস্থক কুইরৈ মতুংদা পাঙ্গন তেকখে, হে, দেবি,
হিংচাই-'বুংঙো অকন্বা। মন্দোদরী কপখরে ;
রক্ষঃশাগৈ থুজাশিং, অরাবদা লুপখরে,
রক্ষোরথী অপূন্বা ঙম্না থুংবংনখরে।
নংগী পুণ্যে শতিক্লা, থন্বাম্মিত্তানরিবি ;
ননাও' ইবুংঙো লক্ষ্মণ-ও রথীরক্তে লমথোইবা
লাইশিংনা ঙমদ্র' থৌরাংবু লাইনা পাংখে লাম্ফম্নুং,
হাৎখে ইন্দ্র ঙম্বদো, জগত্তা লাম্বা লৈত্রবা !'
থুমজরকই থুংশিনা, "রাতা থোইহি হেনবি-নং'
ঐগী-ইম্ফম্নাংদদি, রক্ষ শাগৈ মৌ ওইবী
লৈপাক্লিগী মথুংদা। য়াইফৈ রঘুশাগৈগী
বীর-ইন্দ্র-সৌমিত্রি, শারেম্নোংশা পাংখকপা।

অফ' পুংফম ক্ষেন্দোংদা অসিগুম্বা মপারী,
সুমিত্রাদি ইনেম্না শিওমনাওতমখিবোইনা,
খোইনৌ ইতা নংবুনে! খংলে অস্থকুইর-তুং
কৈশুম শংলেন থোংজিদি ঐগীদমক হাংবিরে
কুবিহৈনা নোংদম্বা! মদোম ঙাইরে হৌজিক্তি
রাবণ কৌবা ফত্রবা মহারথী লঙ্কানুং!
য়ে.সি করি থোক্লবা, উরগনি অম্বাবা
অঁতৈ করি ইরাইবক তম্বা অমা লৈরিবা?
অত্থম ওইনা তাও ইতা অমুক্তদি নাচংনা!
মথং মথং হেনগংলি 'মাংলে মাংলে' খোঞ্জেন্সে।'
মেঞ্জরকই সরমা মুংশি মপাওখোল্লোইনা,—
"হিংচাবগী মপুগা রাঘবেন্দ্র নবুংঙো—
তৌনথরে সন্ধিবু, সমুদ্রগী খোংবান্দা
পুরকলিনে মপারী অশি' থৌরম পাংনবা;
সতি! মুমিৎ তরেৎনি অহিং-মুথিল চুপ্পদি
খুৎলাই পাইনররোইনে কনা রক্ষঃ লৈকোইমুং
য়েরুবগী রাখনদা— রাশক অসে তৌনখ্রে
রঘুরাজ নবুংঙো, রাবণনা হায়জ' রাদগী,—
থৌজাল সমুদ্রনিদো, দেবি রাঘবেন্দ্রদি।
দৈত্য চনু প্রমীলা থোকনা নিংথিজবীদো—

শিওমনাওতমখিবোইনা—গভ পুথিবোইনা।
সন্ধি—য়ানবা।

থম্মোই কাইরে হে, সখিব, নিংশিংলুবা রাক্ষসে।
ফজজবী প্রমীলা হকচাং পোলাং থাদোক্লম,
সতীনা পোৎলোইক্ষমত্নদা মপুরোইবগী তুংব্র ইন,
মপুরোইবৈ চাকহেনবি ঙসি পাংনি স্বর্গপুর।
হরৈ-অশাও' মৈনা-চাক, মতাংহুদা হে দেবি,
কামদেবনা তাঙ্গোই-তা য়াইবী মাংল' মত্ৗংদা
রতি দেবী নোংমন্দ্রাও মৎুংঙোগী তুংবু ইন ?"
কপখে রক্ষঃ বধুনা পিরাং ঈরি চোৎচনা
অরা' চৈহক্লবনা। তাইবং মালং অসিদা—
থৌজান শকপান্নবীনি সীতা কৌবী মহাক্তি ;
মীগী অরাবদদি তত্তনবু রাজবী ;
হায়জে পীরাং ঈরোইনা, মতারোইবু য়েংলগা ;
"পুংফম ফত্র'পোকখ্রবোই ঐসে সরমা শকহেন্বি !
মুংঙাইহৈবী মৈরাবু ইতা হেক্তা মুৎথৎলুই,
ঐনা চংলু চংলুবা য়ুমথোংদনে, মাংলেদো,
অমঙ্গলগী মশক্তি-ঐ। চাক্লো হায়না ইরাইবক
নোংদম খোরি তমখ্রবোই। মীরক্তগী অথোইবা
ইপুরোই'নি ঐহাক্কী ; য়েঙু বনদা মচৎপা !
বনদা লৈহনবনিদো, নিংথিজবা ইনাওদো
লক্ষ্মণ কৌবা পুকক্ষবা। য়াইবী থরাই চুপহন্নি
ইতা, ইকু নিংথৌস্থ ! অযোধ্যা-কৌ পুংময়োল
হৌজিক মমহৌরবনি, সনা তাংবন হাংহৌরে।

শিখ্রবনি জটায়ু, য়েক্লবনা কীনঙাই,
পাম্বোম হকনা কঞ্জবা ; মনাই ইজ্জৎ ঙাক্ল-ঙাই !
অম্‌ক য়েংঙ্‌ সোমদস্থু—শিরে ইন্দ্র ঙমজবা
দোষতৈ নোংদম থিবী-ঐ. অতৈ রক্ষোরথীশিং,
কনানা মশিং থা-ঙম্বা ? শিরনি দানব চন্ত্রশিং—
চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবী রক্ষ পুংময়োনসিগী
নিংথিজবা তেহ্‌লনবি ! বসন্তগী তাজিনদা
ওন্থোকপনি কংখরে অসিগুম্বী লৈরাংলেন !"
"নরাল্লনে ইবেম্মে"—হায়জখিনে সরমা,
"হায়বিসিনে নিংথিবি ? কনানা ফোই' পুরকপা
'সিদা সনাই উরিসে, তলা হৈনৌ হৈপান্দ
য়েংচত্‌না লৈজবী ? কনানা হেক্ল' পুরকপা
রাঘব থম্মোই লৈথম্বাল' স্থম্বা হিংচা পুংসিদা ?
মাগী তৌজ' মথৌদাং, মাংলে লঙ্কাই মবুংঙো !
করি হঙ্গৎলসিগে ননাই ওইবী ঐহাক্লা !"
কপচৈ সরমা রাজনা ! রক্ষঃ শাগৈ মৈনা-শোক
স্থম্বা অশোক বনসিদা কপচরি রাঘব থাগোম্বি-
মীগী অক্সা' উরগা তত্তনবু রাজবী !
মনিং থংবা স্বধোং হাংখ্রে কীর' খোঞ্জেন্দা
হিং-চা' লখা থোরক্লে সনাই দণ্ড পাইত্‌না,

শিরে ইন্দ্র ঙমজবা— ইন্দ্রবু ঙমজবা হায়বদি ইন্দ্রজিৎনি ।
রাঘব থম্মোই লৈথম্বাল— সীতাবুনি ।

রেশমগীবু ফীরান্নি, নোংদোন ফ্র ফ্র পাইরিনে
সনা লমজাও নাক-য়েত্তা, চৎলি পরেং-পরেংনা
তুমিন ফীরান পাইবশিং ! খ্বাইগী মাংদা তুন্দুভী
শামু শয়াং থক্তা থিন, সনা লঙ্কা নিনখিনে
শুরু কীবা খোঞ্জেন্দা। খোংনা খোংমীশিংতুনা
পরেং পরেং মচৎলি, শগোল শামু দোলাইরেং,
রথীশিংনা রথকী থক কাইদ-কাইদ মচৎলি,
যন্ত্র খোংবা কাংবুনা মুংশি-মুংহিক খোংজরি।
সমুদ্রগী খোংবানফাও তান্না অসুম য়েংখিবা,
চংলি' রক্ষঃ পুস্বদো ওম্না অব্রা' মাইথোং পুই,
ইলং-ইলং মিং থকই সনাই রাম্ফক ফুরিংশিং।
কোরৌ মণ্ডাল পান্দম্নি, ফীরান চৈথোক সনাগী
কোকী মণিনা কোক্তোন্দা, খ্বাংলাক্তনা থাংখুন্নি
শাংল' তাবাক্না খুত্তনি ;—মিংলু পিরাং ঈহৌবা
ওন্থোকপনি ; য়েংবদি ন্মোইগী মিন্না লকাশিং।
থোরক্লে থৌনা ফবীশিং (প্রমীলাইমনাইনুপীশিং)
মতিক্তা ভীমা পান্দম্বী, শক্তা বিদ্যাধরীনি,
লানগী ফীজেৎ শেত্তুনা ; লাঙ্গোই কারুথক্তনি
নৃমুণ্ড মালীনি ;—মাইথোং মাগী মকচনা,
থাজ মাইথোং পান্দম্নি ইমুং ভাল্লুক মতাংগী।
তত্তে মিংলুই লাইজদি, চোংলে চরৈফীবুমদি,
লাঙ্গোই শগোল চোংখরে, মালেম্মাস্থ পুমখরে।

মুংশা শাংহোন্নরিনে কনাগুম্বী নুজানা;
কনানা কপচৈ নুংহিক্লা, কনা' মনা য়েংঙক্লি
রঘুই তোঙ্গোন্তমত্নুনা অশাও' মৈরি হৌন-মিৎ,
পাম্ব-কৈমোম পান্দম্নি (লাংনা মশা কোইখুবা)
শাদানবশিং উবদা লাপ্তক্তৌনা মনাক্তে।
কদাইদনো ওন্থোকই, খোইরুম্নোকপী মীনোক্তো
নোংথাং কারণ হাইগুম্না! কৈদা মিংচি তেল্লাংদো
কামগী হুয়েল্লাম্ফম্নুং তেল্লাং ফাওব্রিং তেন্দম্বা?
চেড়ী কাংলুপ্পুংদবু লাঙ্গোই শগোল অমোমদো
শয়াং ইহাং হাংখরে, নিংথিজবা লৈতরে,
শিঙেঙৈল্লেরাং শাৎতবী শিঙেঙৈল্লেখোক্তুমক্লি!
মনাইশিংনা শয়োমশা চামর থোগন্তোজরি
মাইকৈ মরি কোইনবু, লাক্লি নুজা কাংলুপকা
কপ্পা খোংনা মালেমদা, মীকপ মীরাও খোঞ্জেন্সে
নোংদোন্তালৈ ফুগৎথে। প্রমীলাগী বীরবেশ
ইথক থক্ৰা লংলিদো লাঙ্গোই অমোম শয়াং-থক,
থাংশাং-চুঙ্গোই-তেন্দোং-তেন, কিরীটরত্ন থাম্লবা!
খাংলাক মণি হৎলবা সনা কোঙ্গোল চাইরব
রাম্ফক ফুরিৎ নিথিবা, অনি-অদো মকখরে।
খাংলাক্তুনা লিংশিংজৈ ওন্থোকইনে নুজাগী
চেংতক্তৌবী খাংদাদো। থঞ্জৈ রাম্ফক ফুরিৎনা
ঙাম্ফম খিক্তি তোংগাবী, লোইবী চীংলেজ্জকচবী!

চাইরি কবোক অফাবা, লিক্কোল, সনা তাঙ্গশিং,
নুজা মনাই নুপীশিং ; নুংদাম শৈশক শকচরি
শৈরাংজবীশিংত্না ; নোর থবাক্তোংদম-থক
থাফু-ননা কপচরি, রক্ষঃ নুজা ওইবীশিং।
থোদোরক্লে তপতক্না দোলাই ময়াম মরক্তা
অচৌ' দোলাই নোংকুচু, দোলাই চাকা নোংথাংনি ;
নোংদোন চুমথাং পাংখক্না, ফীরান্না দোলাই তোন্থক্তা ;
অত্তুম ওইনা মঙানদি শামখরেনে ঙসিসি
প্রতিমাগী পোলাংগুম, প্রতিমাবু য়াওদ্রবা
বিসর্জ্জনদি তৌখ্রবা ! কপখ্রে খোঞ্জেন্থোকচনা
রক্ষোরথী অথোইবা, তোইরপ খুত্তুম থা-ফুনা
হেন্না অন্না' চৈহকচ ন্নান্থত্না তাজরি।
দোলাইথক্তা মফজে, য়েং'দা কীবা লীরুংদো,
তেন্দোং চুঙ্গোই, মোইবুং-তা, চক্র, গদানচিং--
পুম্নমক্তো খুংলাইশিং ; নিংথিজবা কবচ,
কোরৌ মঙান পান্দম্বা, ফজথ্রবা কিরীট ;
অতৈ লৈতেং, অকনবৈ। নুংহিকচবা খোঞ্জেন্দা
অন্না-তেংথা শৈরাওরি, রক্ষশিংদো রাজনা।
সনা তাঙ্গা চাইরিনে কনাগুম্বা রক্ষনা,—

---

প্রতিমাগী পোলাংগুম·······লৈপাক্না শাবা দেবীবু পূজা তৌবা লোই-রগা ঈশিংদা থাদবদা, লৈপাক কিন্থথ্রগা গুরুগী লৈপাক তোপ্লম্বা পোলাং অত্তুদা লৈহৌবগুমলে হায়বনি।

পামেল মপাল কেনগুম্না খঙ্গোন অকন শউমদা
তল্লা পামেন অচৌবৈ। মনম্নুংশি' লাইজ'চাই ;
লাইজ লুথোংনবশিং, উফুল্লেরিক ৱাংখরে,
লেপ্তুনা থাং' খোংথাংদা, দোলাই লাক্লে সিন্ধু-তম্।
ম্নাই কৈরেনকৈজাওদা, শিঙেঙল্লেরাং শৈওম কুপ,
নোংমল্লবা হকচাং-নাক নাকয়াজরি প্রমীলা,
মালেম' রতি ওইবীদো, নোংমল্লবা কামগা
লোইনত্নুনা চংলিনে, খৈলৈ লাইবক শিন্দুরনি।
ওক্তা লৈগী পরেং-শি, সনা খুজি নিংথিবী
হেরা থম্বৌ পাম্বোম-হেন্ লৈতেং কয়া লৈতেংলে
রক্ষঃ বধু ওইবীদো। হুমজরিদো কপ্নদি
চামর থৌগস্তৌজবী নিংথিজবা চামরনা,
চাইরি লৈরাং কপচনা নুজা নিংথিজবীশিং।
অৱা-হুংচাকখিবনা রক্ষঃ শাগৈ চন্নুরা
কপ্লি মাংলে-তেংথাজা। ওস্থোকইনে কৈদনো
নঙান! ঙানবা মতম পূম, নিংথি' মাইথোং থাজদা!
কৈদা আহাঃ, অতুম্বা খোইরুম্নবী মনোক্তো ;
নিংথিজখে' চিম্বান্দা নিতিগীবু লৈতেংবি,
কোরৌ মঙান পান্দম্নি ভয়ানগুম্বি নচিম্বান,
শিঙেঙল থম্বান মাল্লবি? মৌন-ব্রত কত্তুনা
থাজ মানবি নংবুনে—নপুরোইবৈদমক্তা
য়াইবী, যৌবন পূম্বা-থা, নপুরোইবৈ নাক্ত-কো!

কংখ্রে পামেন অচৌবা, কংখরেনে উরিগু,
মুজা খুজেং পাল্লোইবি। পরেং পরেং অম্মুমনা
চৎলি রক্ষোরথীশিংছুগা, শক্তোক্লবা থাংশিংদো
শমু খুত্তা পাইরিবা, কোরৌ মঙাল্লা য়ৈবদা
ইলং ইলং লংলিনে সনাই ব্লাক্ষক ফুরিৎশিং
মঙাল্লা মিৎপু থক্লিদো ! খোন্থাং ঈপোম হৌজনা
বেদ থিরি বেদজ্ঞ মাইকৈ মরিমক্তুদা।
খাম্বী মৈবু পুবনা পুরি খাম্বী মৈবুদি
হোত্রীনবু শোল্লিনে মহামন্ত্র মৈছুদা,
কুঙ্কুম, শিঙেঙল্লেরা শিং পুরি রক্ষঃ বধুশিং,
সনাই সেম্পাক নিংথিব'দা, সনাই চফু থন্ননে
শেংল'গঙ্গাই লাইজ' পুই। স্নাই মখোক্নি মৈরাগী
ঙাল্লি মাইকৈ মরিদা। থিল্লি ঢাক-ঢোল কাড়াস্থু
দরং দরং অম্মুম্না; মুংশিখরে করতাল,
ডুম্বকীদি মৃদঙ্গ য়ৈরি খোন্থাং মুংনৌনা;
খোংলি মোইবুং ঝাঁঝরী; মঙ্গল খোল্লাগুনজরি,
মপুরোইবৈ চাকহেন্বি রক্ষঃ চন্নুরাশিংনা,
পিরাংনদি পুমচোৎ-চোৎ ওন্থোকপনি মতৌসে
মঙ্গল ধ্বনি তৌরিদো অমঙ্গলগী কোরৌদা।
লেংথোরকই খোংনবু রক্ষশাগে মনিংথৌ—
রাবণ; শেৎলি পশোৎ-ফী চরৈ নমথাং পশোৎনি,

বেদজ্ঞ— বেদহৈবা। পশোৎ-ফী— ঙোরোক ঙৌবা ফী।

সগোইদাক্কী পরেংগুম ধূর্জ্জটিগী ঙকশমদা,—
মাইকৈ মরি মন্ত্রিশিং লাপ্তুকইল্লি লুক্রুকনা।
ঙাংদে ৱাগী মচেৎতি রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো,
মিৎলু পিরাং নিক নিক্লি মন্ত্রি কাংলুপ ইল্লি’স্নু
ৱাগী মচেৎ ঙাংদেদো। লুচিংবশিং অপূম্বা
রক্ষঃ কাংলুপ য়াইতোংবা : ইঞ্জরকলি কপ-কপ্লা
মতুংহুদা লৈরিশিং, রক্ষঃ কোম্নুং’ রক্ষশিং—
নুপী, অঙাং, অহল্লি, সনা কোম্নুং হাংহৌরে,
পুম্মম মমহৌরবনি ; হৌজিকসিদা, মতৌগুম
গোকুল ভবন নিংথিবা শ্যাম্না খোংলেংখ্রবদা !
তপ্না তপ্না সিন্ধু-পাং পিরাংনদি পুম্পুম-পূম,
লাক্লরিদো অপূম্বা, মীকপ মীরাও খোন্দনা
সনা লঙ্কা লৈময়োন ইথনবুদি থনথরে।

অঙ্গদবু চিংন-য়েং মেনখি নৌনা প্রভূ রাম,—
রথী লিশং অমা-পু চৎলো নংবু অকনবা
মথং খনবা যুবরাজ, মরুপ ৱাখন তৌবিনা
রক্ষশাগৈ অসিবু, সমুদ্রগী খোংবান্দা !
চেকশিন্নবু লেংবিনি হে রথি অথোইবা !
থৱাই অসে ৱাজথ্রে, রক্ষঃ শাগৈ অৱা-উ
সিগুম অৱা-মৈফমদা য়োংলৈ-মেলৈ ৱাথন্দি
খনঙমদ্রেকো ইপুক্তা, কুমার ! লক্ষ্মণ অথৌবা
নাক্তা উবা মতাংদা শোইরোই ফ্রংদা শাওগনি;

হৌখি রাফম-তন্না নিং, রক্ষঃ শাগৈ মবুংঙো,
'হুনা লেংশি যুবরাজ ! নিংথৌ শাগৈ নিংথৌরেন,
নপাবুংদো নহাক্কী, মাইথিখিদো হিংচা'সে।
থকসি কারন্দবৈ-কা থকসি খাসি খংবও.
চানবিয়ুনে নহাক্কা তিল্লাং থয়োৎনবিনা !"
রথী লিশিং অমা পু ল্যাক্লে রথী অকনবা
সাগর পাংনা অঙ্গদ। লাক্লে নোংদোম্বক্তম্মু
দেবতাগী মরুপশিং ;— ঐরাবতকী থক্তনি
দেবতাশিং' মবুংঙো, নিংথিজবী শচী-পু
মতম লৈবখিবিক্তা মাইথোং তদেক তদেকপি,
ফীরান রাহোং য়েক্লবা শিখীধ্বজ দোলাইতোং
স্কন্ধ, তারক' য়েক্লবা সেনাপতি থুংলরে ;
য়েকখোৎলবা দোলাইথক চিত্ররথ স্মুরথী ;
শক্তি খোংনেৎনহুনা নুংশিৎনিংথৌ থুংলরে
পুষ্পক-রথতা যক্ষনি অলকাগী মবুংঙো ;—
লাক্লে অহিংগী মবুংঙো ঈংল' অমৃত পুরবা,
কোরৌ মঙান্দা মকচবা ; থুংলৈ খোইরুম্নরবা
অশ্বিনীকুমার ফাইবোক্তো, অতৈ লৈরি' দেবতা !
লাক্লে লাইগী চন্নুশিং থোইনা হেন্না নিংথিবী ;

---

থকসি কারন্দবৈ-কা— লোনচৎ খংবগী মফমদা।
থকসি খাসি খংবও— লোনচৎ খংবা।
স্কন্ধ— কার্ত্তিকেয়নি। স্মুরথী— অথোইবা রথী।

গন্ধর্ব্বদি, অপ্সরা, কিন্নরদি কিন্নরী!
হরাও পুংখোল থোরক্লে নোংদোম্তালৈথক্তদি
লাইশিং যন্ত্র মুংশিরে। দৈব-ঋষি থুংলরে
অতৈ অতৈ প্রাণীশিং মরোন'হুমদা লৈরিবা।
থুংলৈ সাগর খোংবান্দা, শেমলে করি পন্দনা
চিতা, রক্ষঃ বিধি-চুম; মীপোং মীপোং পুরক্লে
মনম নুংশি চন্দনশিং, ঘীনা মপৈ মপৈনি,
শেংলবা মন্দাকিনীগী লাইজনা শেং' ইকরি
নোংমল্লবা হকচাংদো, মুগা ফীরেন শেংখরে,
পৈরে রক্ষ অপুম্বা খাম্বী মৈরা চুফম-কোই;
শুক্ল-হৌবা খোম্থাংদা মন্ত্র থিনখে রক্ষংগী
পুরোহিতশিং অতুনা। হকচাং ঈরু শান্দেংলে
মহাতীর্থে ঈন্নুংদা সাধ্বী সতী প্রমীলা
থোইন নিংথিজবীদো; রত্নে শেংলি-চারি'শিং
ঙম্না য়েন্থোকচরেদো। খুরুমজরে গুরুজন
রাঙাং মপাও খোইথুখি, নুংশি নুংদামজনবু
দৈত্য চন্নুরাশিং-য়েং, মেঞ্জরকই স্নুম্নে;—
"লৌনে ইতা নখোয়বো, ঙসি কৌব নোংসিদা
পুন্সী লীলা লোইরেদো, পুন্সী লীলা শাম্নকম
নুজা ওইবী নতাইদি। নখোয় পূম্বা হল্লোকো
দৈত্য দেশ নরমদম! তম্বীয় পাবুং খুয়া-খা

প্রাণীশিং— থরাইপান্নশিং।

ইপাও পুম্বা বাসন্তি। পলেমদস্থু মেল্লুকো"
খংহৌদেনে ওন্থোকই নুজাই মিংলু পীরাংদো !
লেপখে মপাও সতীগী ;— দানব চন্নু পুম্বনা
কপ্পখরে রাজনা অব্রা খোল্লোই ঈপোম-হৌ !
মিংকুপমুক্তং অব্রা-খাং, হায়জৈ মপাও ফজবী ;
তম্বিয়ু পলেম ইমাই-কা, মমোম ঐগী ইরাইবক
নোংদম খোরী থিবনা থোক্লি' থোদোক অসিবু
থোক্লবনি ঙসি-নোং ! মাগী মফমলাংদনে
শিন্নবিবা মমোম্থু পলেম পন্থৌ অনিনা,
চৎচরেদো ঙসিদি, মাগা পাংথ-লেংথনা ;
মপুরোইবু নত্তনা পাঙ্গনসোনবি নুজাগী
করি পাঙ্গন তাইবংদা ? করি অমুক মেনখিনি
ইখোইরোইও-চান্নবি ? কাওবিগন্থু মসিদা
প্রমীলাগী ভিক্ষানি ইতা হোয়গী নকমদা !"

চিতাথক্তা কাখৎলে নুজা সতী ওইবিদো
(শিঙেঙল ফম্বাল্লাংগুম্ন) ফমজখিদো নিংথিবী
কয়াই মতিক হয়াওনা মপুরোবৈ খুয়ানাক,
শম্বুল্লকী শিঙেঙন্স মকা ফন্না শাৎকাইরে।
রক্ষঃ পুং-শেন থিল্লক্লে, খোম্বাং ঈপোম হৌনদি
থিখে বেদ বেদজ্ঞ ; রক্ষঃ নুজা ওইবীশিং

চিতাথক্তা—অশিকবু মৈ থাননবা শীং শেমলিবা থক্তা ;
বেদজ্ঞ— বেদ হৈবা।

মঙ্গল ধ্বনি তৌরক্লে : খোঙ্জেল্লিগা ঈরোইনা
নোংদোক্তম্না ফু-গংখ্রে, 'মাংলেদনা' লাওবগা
লৈরাং নোংবু চুরক্লে মাইকৈ মরিমক্তগী !
মখল কয়াই লৈতেংনি, ঘী, চন্দন, কস্তুরী,
কেশর. কুঙ্কুমচিংলবা কয়া খুদোন তমজৈদো
রক্ষ: চন্দুরাশিংনা, হৌন-লোনচৎ কাইজদা ;
শাগী মন্নপ কয়ানি কক্ল' থৌর' খুৎলাইনা
ঘীদা ভম্না তোৎলগা রক্ষঃশিংনা চ্যেকশিন্না
মাইকৈ মরিদা থম্লিদো, মতৌ লাইমা মমাল্লি
মহা নবমী পুমিত্তা শাক্ত-ভক্তে য়ুমথোংশিং
শক্তি ইমাই পূজাগী পীঠ থক্তা থম্বদি !
ইহান হান্না রক্ষোরাজ মেঙ্গরকই মুংহিক্লা
"আশা তৌরুই ইপানা, পুন্সি থাংমৈ মুৎলমদাই
উইশিঙ্গনি ঐহাকনা ইমিৎ অনি নখোয়-মাং।
শিন্নজর' রাজভোগ, পারী নকা, খোংথাংগে
অরোই' খোংফম ইপাগী ! অতুবুক্নে নোংদম্বা—
থংওমদগে করম্না লীলাসিবু নহাক্কী,
কাইখ্রে মুংঙাইজবদো ! তৌজরম্বা আশাদো,
রক্ষঃ সনা-তাংবন্থক, ইমিৎ অসি ইংজনি
পারী 'বুংঙো নংবু-উ, নংগী ওইথং নাকয়াক্ক'
রক্ষঃ শাগৈ লক্ষ্মী-শক রক্ষঃ লৈত্রেন ফম্বাল্লাং
ইমৌ ওইবী প্রমীলা ; ওঃ ! অরেম্বনি ঐ আশা।

নহান্মপোক তৌজমন উরে নখোয় অনিবু
ঙসি নোংলেনসিদদি মাংন' ফম্বান্থকসিদা
রক্ষঃ শাগে নাপন'বা কোরৌ হনবা নংবুনে
থারোইদবা রাহুগী খায়াংম্নুংদা তাত্নুনা।
শিবগী সেবা তৌজবা কয়াইমতিক লুনা ঐ,
'তুগী ফংব্রা মহৈসে? করম্না হঞ্জিল্লসিগে
মাংলেদকো ওন্থোকই, কনানো তাকপিগদবা
মতৌ করম হল্লুগে হাংল' লঙ্কা নুংদবু?
শাজিন্নবা থেমজিন-ম্বা, মেল্ল' করম থেমজিন্নি
পলেম মমাই মকাদা, কনানো তাকপিগদবা?
'কৈদা পারী, ইমৌদি?' হংলক্লবা মতাংদা
মন্দোদরী লৈমরেল,—'করি হেন্না নুংঙাইনা
লেংবিরকপা থনম্ল' অনিবু সিঙ্কু খোংবান্দা
রক্ষঃ শাগে মবুংঙো?—করি পাওমেন রাহৈনা
থেমজিনগনি মহাকপু? মাংলে করি পুকমেন্নি
পারী ইবুংঙো নুংশিবা! পাঙ্গঞ্জবা ইপাগী!
লুইয়েল্লাম্ফম খুদিংদা মাইপাকচবা নংবুকো!
পলেম ওইবী নংবুনে রক্ষঃ শাগে হে লক্ষ্মী!
করি পাপ্পা খোরিবা অম্মুক রাবা খোরিব্বু
রাবণ কৌবা ঐহাক্কী লাইবক শেলৈ থকসিদা?"
তপঙমদরে শূলীদো চীংলেন কৈলাস মগাইদা

শূলীদো— মহাদেবদো।

কোক্কী জটা হাইরক্লে, শুক্ল ঙংথোরকপদা
কাম্লকলেনে লীনপুষ্পা, ফোং ফোংননা ঙাল্লক্লে
লাইবক খেলৈ মৈবিনা, কীর' ঈৱাওখোল্লোইগা
ঈচেন কল্লে গঙ্গাম্বু, নোংজু থাগী তাংফমদা
ঈচেন কনবি তূ-গুম্না লোইবী চীংদোম্বক্তগী—!
নিক্লে লোইবী কৈলাস থ্রক থ্রক্লনা লপ্লে হাই ।
নিকখ্রে কীনা মালংপান ; কীজনদি অভয়া
মথুং অনি লোম্নজ সাধ্বী মেঞ্জে মহেশতা,—
"করিগীবু স্থক-শাওবি, প্রভূ ননাই তাকপিসি
শিরে লান্দা হিংচাবা নোংদম্বগী নোংদমনা
নত্তে রঘু রথীগী দোষ ! মাংহনবিগে নিংলবা
মাবু তিল্লাং থয়োং-তা, নাথ, ননাই ওইবীবু
হান্না উৎপুং তাহনখো !" চরণ কোনখ্রে ইমানা ।
লুনা চান্না সতীবু কোনথৎপির' ধূর্জ্জটি
মপাও নোনা মেম্বিনে ; "কাইরে ঐগী থম্মোইসে
চীংনিংথৌগী মমোম্লোই, রক্ষঃ শাগৈ অৱা-উ ;
নংনা থংলিবহুমঙাই, কয়া লুনা তৌজবা
নিকষাগীঃ মপারী অথোবনা ইফমদা ।
নপাওদগী ক্ষমাবু হে ক্ষেমঙ্করিও
পীরে ঐনা হুংশিনা রাম লক্ষ্মণ অনিদা ।
য়াথং পিরে রাজনা অগ্নিদেবদা ত্রিশূলী

ক্ষেমঙ্করি— দুর্গাদেবি । ক্ষমা,— ঙাকপিববু ।

'হে শেং'ঙম্বা, নহাক্না শোকপা, ঙম্না শেংঙিদো,
পুরক্লো থিন্দ' ধামসিদা রক্ষঃ থংলেন মতালোই।"
বক্রে মৈরি শকপাল্লৌ অগ্নিদেব পাইরক্লে
মালেম লৈবু তমহুনা! ফ্রোং চাকখে চিতাদো
ঙক্ল-য়েংনৈ ঙম্নমক উবা মৈগী দোলাইদো;
সনাগীদি আসন্দা দোলাইথক্তা ঙাম্মোইরে
বীর বাসব ঙমজবা মক্তু শকফম পুহুনা!
ওইগী নাক্তা ঙাঞ্জরি প্রমীলা কৌ ফজবী;
নৌজরকপীগী মশকফম মঙান মপৈ অহুনা
মুজাই হক্তা ঈপোম্না কয়াই মত্তিক নিংথিরি!
খোইরুম্নোকপি চিন্বান্দ লোইনাইদ্রবি মীনোক্লি!
কাখে নোংদোস্তম্নবু দোলাই লাইমা য়াংনদি
শিঙেঙল্লৈরাং নোংজুরে, দেবতাশিং পুম্ন-হৌ;
থনখে পাক্ল' অতিয়া, মুংঙাই খোম্মোং মনিন্না!
শঙ্গাম অনৌ ঈরি-হৈ চাক্ল' থাম্বী মৈজাওদা
মৈমুংখরে রক্ষশিং। থোইনা লূনা তৌজনা
খোমজিনখরে উৎপুম্বা, সমুদ্রগী ঈরোম্নুং
ঈরোন চনখে ঙম্না। পোংলোইফম্বু লূনা
জাহ্নবীগী লাইজনা পাক্ল-চাওনা তৈথোক্লে।
রক্ষঃ থুংহৈল লখা-চং করি ইপম পন্দনা
লোইননবা 'শ্মারেদো সনা মপাকী চেকশিংনা
নিংথিরবা মঠ অমা চিতা শেমম্ফম মথক্তা;—

কৈচিম্নোংলক কাওদোক্লা মঠ অতুই মতোন্দো
নোংদোন তম্না হাইগৎখি কয়া নিংথিজনবু।
সিন্ধুই লাইজ ঈরোম্নুং রক্ষশিংদো ঈরুরে,
হৌজিক লঙ্কা পাংলক্লে; পীরাংনদি চোৎচনা
দশমীগী কোরৌদা প্রতিমা ঈরোন চনখিগুম!
কোরৌ শিংবুম তরেৎনি লঙ্কা কপখি রাজনা।

( মতাং অসিদা শ্রীমেঘনাদবধ-কাব্যদা * সংস্ক্রিয়া কৌবা
মাপনগুবা সর্গ লোইরে )।

---

দশমী ......প্রতিমা ঈরোন চনখিগুম—দূর্গা পূজা মতমদা নবমী পূজা কৎপা লোইরগা দশমীদা ( তম্নানি পানবদা ) দূর্গাগী মূর্ত্তি ঈশিংদা থাদখিবগুম।

* সর্গ অসিদা শ্রীমেঘনাদগী সংস্কার ( পোৎলোইবগী ) তৌবগী বারীনা মপুং ওইনা ঈরি হায়বগীদমক সর্গ অসিবু "সংস্ক্রিয়া" হায়না কৌই।



লোইরবা

# অরানবা চুমথোকচবা

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ১৬ | শক্কে | ঐনা, |
| ৮ | ১৭ | লৈখে | লৈখে |
| ১৮ | ২২ | গরুড়গুমগা | গরুড়গা |
| ২৮ | ১৯ | লানেবাগে | লাম্বাগে |
| ৩৩ | ৬ | যন্দ্রশিংনা | যন্ত্রশিংনা |
| ৩৬ | ১৯ | পুমহৈ | পুবা |
| ৫৭ | ১৭ | ভুমথরে | ভুকথরে |
| ৬৩ | ৩ | কোবৌ | কোয়ৌ |
| ৬৪ | ১০ | মোমোম | মোমোন |
| ৬৫ | ২১ | তৌরিবনি | তৌরিবসি |
| ৬৮ | ২০ | পাওথুম | পাওপুম’ |
| ৬৯ | ৩ | খোঞ্জেন্দা | খোঞ্জেন্দো |
| ৬৯ | ৭ | পাথোদা | পাথোদো |
| ৭১ | ৪ | লম্ফমদা | লাম্ফমদা |
| ৮৭ | ১৪ | থুংকান | থুং’কাল |
| ৮৮ | ৪ | তৌর-মুং | তৌর-তুং |
| ১০২ | ১৫ | হরাজনা | হরাওজনা |
| ১০৩ | ১৫ | মঙা | মঙানগা |
| ১০৪ | ৯ | অকনসিং | অকন্বসিং |
| ১০৪ | ১২ | মক্ষমদি | মকাদদি |
| ১০৮ | ১৫ | নংত্তে | ফংজৈ |
| ১০৮ | ১৯ | ঙম্নুনা | ঙমনা |
| ১১০ | ১২ | ঈবাঙম | ঈবাঙমা |
| ১১৩ | ১০ | তূলশীনাক | তুলসীনাক |
| ১১৫ | ১২ | থাংপোকী | থাংপোক্কী |
| ১২৭ | ১৯ | দোলাইন | দোলাই |
| ১৩৪ | ১৪ | অম্বা | অকনবা |
| ১৩৪ | ১৬ | খল্লুদো | খল্লুবা |

| লামাই | শরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ১৪০ | ৮ | ঙম্বা | ঙম্ব্রা |
| ১৪০ | ৮ | নোল্লগা | কোল্লগা |
| ১৪১ | ৮ | ওই | ওইবী |
| ১৪২ | ৬ | লোক্কী | কোক্কী |
| ১৪৪ | ৮ | চেমফম | চেপফম |
| ১৪৪ | ১৫ | ইন্দ্রাদেব | ইন্দ্রদেব |
| ১৫৪ | ১৭ | নিংলৈবা | মিংলৈবা |
| ১৫৫ | ১৯ | লাওয় | লাওথি |
| ১৫৭ | ১৫ | চিফ | চিক |
| ১৫৭ | ১৮ | অস্নুকস্নু | অমুকস্নু |
| ১৫৭ | ১৯ | পুখি্র | পুখি্রদা |
| ১৫৭ | ২৪ | ফাহুনা | কাহুনা |
| ১৫৮ | ১ | মোইগী | ক্মোইগী |
| ১৬০ | ২ | ইকনবনা | অকনবনা |
| ১৬০ | ২০ | খজ্ঞ | যজ্ঞ |
| ১৬১ | ৭ | নিজ'পুম | নিংজ'পুম |
| ১৬১ | ১৪ | মহামায়ানু | মাহামায়াবু |
| ১৬১ | ২১ | মহামায়না | মাহামায়ানা |
| ১৬৫ | ১৬ | মতৌগুম পাংথকপা | মতৌগুম' |
| ১৬৭ | ১১ | মুংশিলা | মুংশিংনা |
| ১৬৯ | ৮ | ঙম্বা | নচা |
| ১৭৯ | ১১ | চিন্নৈ | চেন্নৈ |
| ১৮১ | ৮ | শাওনা | কাওনা |
| ১৮৩ | ৮ | মাগী | মাংগী |
| ১৯২ | ২ | মপুয়াই | মপুংয়াই |
| ১৯৩ | ৩ | কংশিল্লে | চংশিল্লে |
| ১৯৩ | ১২ | শং | য়াওদে |
| ১৯৫ | ২ | কোম্নুংদা | কোম্নুং |
| ২০৩ | ১৪ | শমুই | শামুই |

| লামাই | পয়েং | অরানবা | অ |
|---|---|---|---|
| ২১০ | ১৯ | নেংদম্বা | নে |
| ২১২ | ২ | থাথরে | থা |
| ২১৯ | ৫ | মুথানইদনা | মুৎনা |
| ২২৬ | ১১ | পুন্নিম্নিন | পু |
| ২২৬ | ১৫ | শাবু | |
| ২২৮ | ৪ | তবা | |
| ২৩১ | ১৩ | অম্বাপুর | অম্ব |
| ২৩৩ | ৯ | শাগে | |
| ২৩৩ | ১৩ | স্বর্গে | |
| ২৩৬ | ৮ | হে সতী | হে |
| ২৩৭ | ৬ | হাংপীথে | হাংপি |
| ২৩৭ | ৭ | পক্তিঙৈ | পবি |
| ২৩৭ | ১৪ | নখোয়না | নে |
| ২৩৭ | ১৯ | ওইনবিথে | ওই-ওইনা |
| ২৩৮ | ১৬ | পম্বেংয়ে | পম্বে |
| ২৩৮ | ১৮ | চোৎনহন্না | চো |
| ২৪৩ | ১ | মপচব' | কপ |
| ২৪৩ | ১ | মঙৈ | |
| ২৪৩ | ২০ | নোংদোঙম্নদি | নোংদো |
| ২৪৬ | ১২ | চরক | চ |
| ২৪৬ | ২১ | ” | |
| ২৫৩ | ১৩ | শমথিবা | শেমা |
| ২৬৬ | ৯ | নোজাদা | নো |
| ২৭৩ | ১০ | অম্না ফংজরি | |
| ২৮৮ | ২২ | Sodow | So |
| ২৯৪ | ১৩ | দৈবত্য | দৈ |
| ৩২৮ | ১৭ | মপুরোবৈ | মপুরো |